# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড তরুকশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজগোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড তরুকশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

**শীতলজিৎ সিংহনা**

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল যাওবা।

অহানবা সংস্করণ

**ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা**

**অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা।**

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯১ জুন

**সত্ব পুম্বা ভাক্লবনী ]** **মমল লুপা ২৮ ০।**

# আদি লীলা

## তরুকশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

বন্দে তং শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যমদ্ভুতচেষ্টিতম্ ।

যস্য প্রসাদাদজ্ঞোঽপি তৎস্বরূপং নিরূপয়েৎ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে—ঐনা খুরুমজে, তম মহাকপু, শ্রীমৎ-অদ্বৈত-আচার্য্যম্—অদ্বৈতাচার্য্যবু, অদ্ভুত—অঙকপা, চেষ্টিতম্—থবক ; ( অদ্ভুত-চেষ্টিতম্--অঙকপা থবক তৌববু ), যস্য—মহাক্কী, প্রসাদাৎ—থৌজাল্না, অজ্ঞঃ—( শাস্ত্রখঙদবা ) অপঙবা, অপি—সু, তৎ স্বরূপম্--মহাক্কী তত্ত্ববু, নিরূপয়েৎ—লেপ্পী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী থৌজাল্না ( শাস্ত্র-খঙদবা ) মূর্খসু মহাক্কী তত্ত্ব করিনো হায়বা ঙম্মিবা, অচুম্বা অঙকপা থৌদোগী ওইবা শ্রীমৎ-অদ্বৈতাচার্য্যবু ঐনা খুরুমজে ।

### নৈনরোল

অদ্ভুত-চেষ্টিতম্- অঙকপা-থৌদো তৌবা হায়বনী, মরমদি মহাক্না উপাসনা তৌরগা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহন্খি ।

পরিচ্ছেদসিদা শ্রীঅদ্বৈত-তত্ত্ব করিনো হায়বহু তাক্লি, মরমসুনা গ্রন্থকারনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু বন্দনা তৌরগা মাগী কৃপা প্রার্থনা তৌখি । মাগী স্বরূপা প্রকৃতিবু জগৎশেম্বগী উপাদান ( মচাক ) ওইহল্লগা মহাক্না মুখ্য উপাদান ওইথবকপা মহাবিষ্ণু অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনী, মসিনা শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বদি ।

### মুল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় দয়াময় ।

জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত মহাশয় ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজে, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু, জয়—খুরুমজে, দয়াময়—থৌজানৃহৈববু, জয়—খুরুমজে, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু, জয়—খুরুমজে, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু, মহাশয়—পূকচেলচাওবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজান-হৈবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমজরি। শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজরি। পূকচেল-চাওবা শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজে।

### মূল ৩

পঞ্চশ্লোক কহিল এই নিত্যানন্দ-তত্ত্ব।

শ্লোকদ্বয় কহি অদ্বৈতাচার্য্যের মহত্ত্ব॥ ৩॥

### শব্দার্থ

পঞ্চশ্লোকে- শ্লোক মঙাদা, কহিল--হায়জখ্রে, এই--মসি, নিত্যানন্দ-তত্ত্ব—শ্রীনিত্যানন্দগী মছক অঙৈবা, শ্লোকদ্বয়ে—শ্লোক অনীদা, কহি-হায়জগে, অদ্বৈত-আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যগী, মহত্ত্ব—মতীকময়াই।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক মঙাদা শ্রীনিত্যানন্দগী তত্ত্বসি হায়জখ্রে। শ্লোক অনীদা শ্রীল-অদ্বৈতাচার্য্যগী মতীক-ময়াই লীজগে।

### মূল ৪

মহাবিষ্ণুর্জ্জগৎকর্ত্তা মায়য়া যঃ সৃজত্যদঃ।

তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বরঃ॥ ৪॥

শব্দার্থনচিংবা অহানবা পরিচ্ছেদগী তবানিথোই-শুবা শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

### মূল ৫

অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তিশংসনাৎ।

ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে॥ ৫॥

শব্দার্থনচিংবা অহানবা পরিচ্ছেদগী তরাহুমদোই শুবা শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৬

অদ্বৈত-আচার্য্যগোসাঞি সাক্ষাৎ ঈশ্বর।
যাঁহার মহিমা নহে জীবের গোচর ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য— শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, গোসাঞি--প্রভু ; সাক্ষাৎ— শংশংবা, ঈশ্বর—ঈশ্বরনী, যাঁহার—মহাক্কী, মহিমা—মতীক ময়াই ; নহে—ওইদে, জীবের—জীবগী, গোচর—উবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুদি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী, মহাক্কী মহিমাদি জীবনা উবা নত্তে।

### তৈনবোল

ঈশ্বর মহাবিষ্ণুগী অবতারনা হায়তুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু সাক্ষাৎ ঈশ্বর হায়রিবনী। শ্রীঅদ্বৈত অচম্বা জীবতত্ত্ব নত্তে; ঈশ্বর শক্তিগী আবেশ ফংলবা জীবসু নত্তে, অদুগা মহাক ঈশ্বরতত্ত্বনী। মরমসিনা মহাক্কী মহিমাদু জীবগী বুদ্ধিন লাম্ন-ফংবা পো. নত্তে।

## মূল ৭

মহাবিষ্ণু সৃষ্টি করেন জগদাদি কার্য্য।
তাঁর অবতার সাক্ষাৎ অদ্বৈত আচার্য্য ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

মহাবিষ্ণু—মক ওইবা ( মূল ) কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণু, সৃষ্টি—শেম্বা ; করেন—তৌয়ি, জগৎ-আদি—জগৎ-নচিংবা, কার্য্য—থবক, তাঁর-- মহাক্কী ; অবতার—নোংথম্লক্লিবহু, সাক্ষাৎ—শংশংবা, অদ্বৈত আচার্য্য —শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা হায়বদি মহাবিষ্ণুনা জগৎনচিংবা সৃষ্টি তৌবগী থবক পূম্নমক তৌয়ি। মহাকমক্না তৌবা অবতার-নী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যসে।

### তৈনমন্নোল

কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা প্রকৃতিদা যেংদুনা শক্তি হাঞ্জন্নগা মহামক্না নিমিত্ত কারণ (পোৎ-পুথোকপা) অদুগা উপাদান কারণ (পোথোকী মচাক ওইবা মরম) ওইনগা জগৎ-সৃষ্টি তৌযি। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যসে কারণার্ণবশায়ী মহাবিষ্ণুগী অবতার হায়বদি থোইদোকপা স্বরূপ অমনী। মসিনী শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বদি।

### মূল ৮

যে পুরুষ সৃষ্টি-স্থিতি করেন মায়ায়।

অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি করেন লীলায়॥ ৮॥

### শব্দার্থ

যে পুরুষ—পুরুষ অদু, সৃষ্টি-স্থিতি— শেম্বা অমদি ঙাকপা, করেন —তৌয়ি, মায়ায—মায়া শক্তিনা, অনন্ত—শীঙনাইদবা, ব্রহ্মাণ্ড - ব্রহ্মাণ্ড, সৃষ্টি করেন— পুথোকযি, শাই, লীলায— ইরায় লায়না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মাযাশক্তিনা শেম্বা অমদি ঙাকপা তৌবিবা পুরুষ অদুনা শীঙলাক-ঙমদবা মশীঙগী ব্রহ্মাণ্ড ইরায়-লাযনা পুথোকয়ি।

### মূল ৯

ইচ্ছায় অনন্ত মূর্ত্তি করেন প্রকাশে।

এক এক মূর্ত্ত্যে করেন ব্রহ্মাণ্ডে প্রবেশে ॥ ৯॥

### শব্দার্থ

ইচ্ছায়—নীঙঙকপদা, অনন্ত - শীলাক ঙমদবা, মূর্ত্তি—ছককম, করেন—তৌয়ি; প্রকাশে— ফোঙবা, এক এক—অমমম, মূর্ত্ত্যে— মূর্ত্তিনা, করেন—তৌয়ি, ব্রহ্মাণ্ডে—ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা, প্রবেশে - চঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কারণার্ণবশায়ী পুরুষ ) অদুনা নীঙতকপদদা শীঙলাক তমঙবা মশীঙগী মূর্তি ( হকচাং ) পুথোরকখি। মূর্তি অমমম্না ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা চঙঈ।

## মূল ১০

সে পুরুষের অংশ অদ্বৈত—নাহি কিছু ভেদ।
শরীর-বিশেষ তাঁর নাহিক বিচ্ছেদ ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

সে পুরুষের— পুরুষ অদুগী ( মহাবিষ্ণুগী ), অংশ—শরুক, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈত, নাহি—লৈতে, কিছু কবিছু, ভেদ খেন্নবা, শরীর-বিশেষ—থোইদোকপা হকচাং, তাঁর মহাক্কী, নাহিক—লৈতে, বিচ্ছেদ—খেন্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কারণার্ণবশায়ী ) পুরুষ অদুগী অংশনী শ্রীঅদ্বৈতাস, ( অনীসিদা ) খেন্নবা কবিছু লৈতে। মহাক্কা ( পুরুষদুগী ) বিগ্রহ-শরীর থোইদোকপা অমা ওইবনা ( অনাসিদা ) খেন্নবা করিস্থ লৈতে।

## মূল ১১

সহায় করেন তাঁর লইযা প্রধানে।
কোটি ব্রহ্মাণ্ড করেন ইচ্ছায় নির্ম্মাণে। ১১ ॥

### শব্দার্থ

সহায় করেন—তঙবাঙঈ, তাঁর—মহাক্কী ( মহাবিষ্ণুগী ), লইয়া—লোযননা, প্রধানে প্রধানগা, প্রকৃতিগা, কোটি ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড কোটি, করেন—তৌখি, ইচ্ছায নীঙতকপগা ; নির্ম্মাণে—শাবা, পুথোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা প্রকৃতিগা লোয়ননা মহাকপু ( মহাবিষ্ণুবু ) তেঙবাঙঈ ( মহাবিষ্ণুনা ) নীঙতকপগা ব্রহ্মাণ্ড কোটি পুথোকয়ি।

## মূল ১২

জগত-মঙ্গলাদ্বৈত—মঙ্গলগুণধাম।

মঙ্গল চরিত্র সদা, মঙ্গল যার নাম ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

জগত-মঙ্গল—জগৎকী যাইফনবগী মছক ওইবা, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈত, মঙ্গলগুণধাম—মঙ্গলগী মছক ওইবা গুণশিংগী তুঙফম, মঙ্গল চরিত্র—(মাগী) চরিত্রদি (লীলাদি, থবক্তি) মঙ্গলগী মছক্নী, সদা—মতম পুম্বদা; মঙ্গল—যাইফবগী মছক ওইবা; যার—মহাক্কী (শ্রীঅদ্বৈতগী), নাম—মিংথৈ।

#### মৈতৈলোন্দা হান্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতদি জগৎকী যাইফনবগী মছক্নী। মঙ্গলগী মশক ওইব। গুণশিংগী তুঙফমনী, মহাক্কী চরিত্রদি (লীলাদি) মতম পুম্বদা মঙ্গলগী মছক্নী, মাগী মিংথৈসু মঙ্গলগী মছক্নী।

### মৈনরোল

"অদ্বৈতো যঃ শ্রীসদাশিবঃ। গৌরগণোদ্দেশদীপিকা। ১১॥" প্রমাণ অসিগী মতুঙ ইন্না শ্রীঅদ্বৈতদা সদাশিবসু লৈ। শিব-গী অর্থদি মঙ্গল হায়বনী। মরমতুনা শ্রীঅদ্বৈতগী নামগুণ অমসুং লীলাদি জগৎ পুম্নমক্কী দমক মঙ্গলগী মশক্নী।

## মূল ১৩

কোটি অংশ কোটি শক্তি কোটি অবতার।

এত লঞা সৃজে পুরুষ সকল সংসার ॥ ১৩।

### শব্দার্থ

কোটি অংশ—অংশ কোটিনী, কোটি শক্তি শক্তি কোটিনী, কোটি অবতার—অবতার কোটিনা, এত মসামসি, লঞা—লোযননা, সৃজে—সৃষ্টি তৌযি, পুথোকয়ি, পুরুষ—কারণার্ণবশায়ী পুরুষন, সকল সংসার—ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কারণার্ণবশায়ী মহাবিষ্ণুনা মহাকী অংশ কোটি, শক্তি কোটি কোটি অমদি অবতার কোটি কোটিগা লোয়ননা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক সৃষ্টি তৌয়ি।

### তৈনরোল

মফমসিদা কোটি শীজিন্নরিবসি শীওলাকওমদবা হায়বগী অর্থদা শীজন্নবনী। মহাবিষ্ণুমক সৃষ্টি তৌবগী মুখ্য ওইবা নিমিত্ত অমসুং উপাদান কারণ ওই, মরমদুনা পয়াবসিদা পাল্লিবা অংশ, শক্তি অদুগা অবতার হায়রিবসি লেপমক মহাবিষ্ণুগী অংশ, শক্তি অমসুং অবতারবু হায়রিবনী। অদুবু অংশ শক্তি অদুগা অবতার পূম্নমকসি কবি করিনে। ? ব্রহ্মাণ্ড হৈরিবসি শীওলাকপা ওমদবা মশীওগীনী। অদুগা শীওলাকওমদবা মথল কোটি কোটিগা পোং লৈ, পোং খুদিংগী মচাকশিংদো তোঙান-তোঙানবা ওইনা উই, রমদুনা উবগী হায়রগদি পূথোকল্লিবা জগৎকী তোঙান-তোঙানবা উপাদানশিং পূম্নমক্কী মশীওসু শীওলাক-ওমদবমশৈ কোটি কোটিনী। মহাবিষ্ণু এথওনা উপাদানগী মশক্তা অংশ কোটি কোটি থোক্লগা থাইনা উনরিবা পোং কোটি কোটিগী উপাদান (মচাক) কোটি কোটি ওইরককপনী। মহাবিষ্ণুগী কোটি অংশ হায়নাসনা থওহল্লবসি উপাদান কোটি কোটি অসিবু ওইরমাল্লে। অদুদগী অমুক মহাবিষ্ণুনা মূল উপাদান-কারণ ওইরবসু গুণ অহুমা-থবাইনরিবা গুণ মায়ানা গৌণ উপাদান কারণ ওইবি, গুণ মায়ানসি মচা মথৎনা করি ওই। অমা ওইথংলকপা ওমদে (স্বত পরিণামশীল ওইবা ওমদে)। পুরুষনা শাক্তদনা গুণ মায়া অহুমক্কা পূথোরল্লিবা (সৃষ্টি) জগৎকা পোং কোটি কোটিগী উনরিবা গৌণ উপাদান কোটি ওইনা ওনথংলল্লিবনী। গুণ মায়াদুমকপু থাইনা উনল্লিবা তোঙান্-তোঙানবা উপাদান ওইহু বগীদমক পুরুষগী শক্তিবু কোটি কোটি থোক্না তোঙান-তোঙান্ থায়দোকপনাম উৎলী।

ব্রহ্মাণ্ড কোটি পোংগী খুদিংমক্কী মনুঙদা গর্ভোদশায়ী ওইনা অমসুং শীওলাক-ওমদবা জীব কোটি কোটিগী মনুঙদা অন্তর্যামী পরমাত্মা ওইনা মহাবিষ্ণুনা অবতার পাল্লিবসিবু কোটি অবতার হায়রিবনী।

শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্ব তাকপগী মতাঙদা মহাবিষ্ণুগী কোটি অংশমচিংবা হায়রবগী কারণদি অসিনী মদুদি—শ্রীঅদ্বৈতদি জগৎকী উপাদান কারণ

ওইরিবনী। অচুনা নৈনরিবা পযারসিদা কোটি অংশ কোটি শক্তি হায়রসিনা জগৎ শেম্বগী উপাদানগী য়াদুমক হাযবনী. মরমচুনা জগৎকী উপাদানদা মহাবিষ্ণুগী কোটি অংশ কোটি শক্তি হায়রিবসি শ্রীঅদ্বৈতগী প্রকাশ ওাত্তনা হাযব দি শ্রী অদ্বৈতনা জগৎকা উপাদান ওইরবা মহাবিষ্ণুগী কোটি অংশ কোটি শক্তিনী, মূর্তি ওইনা ফন্-চোংথোক্লবা বিগ্রহনা হাযবসি পযারসিদা উৎংশ।

## মুল ১৪-১৫

মায়া যেছে অংশ-নিমত্ত উপাদান।
মাযা নিমিত্তহেতু উপাদান প্রধান॥ ১৪॥
পুরুষ ঈশ্বর ঐছে দ্বিমূর্তি করিয়া।
বিশ্ব সৃষ্টি করে নিমত্ত উপাদান লঞা। ১৫॥

### শব্দার্থ

মায়া—থরাই পান্দবা প্রকৃতি; যেছে—অচুম্না, দুই—অনী, অংশ—শরূক, নিমিত্ত—পোৎশাবা থুৎ, উপাদান—পোৎশাবগী পোৎচঙ মাযা জীব মায়া, নিমিত্ত-হেতু—পোৎশা। থুৎ, উপাদান পোৎশাবগী পোৎচঙ, প্রধান—পোৎচঙ ওইরবা মায়াগী শরূকী মমিং, পুরুষ—মহাবিষ্ণু কারণার্ণবশাযী, ঈশ্বর—মপু, ঐছে - মতৌ অচুম্না, দ্বিমূর্তি—মূর্তি অনী, করিয়া - থোক্লুনা, বিশ্ব- প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড, সৃষ্টি করে—পুথোকয়ি, নিমত্ত—পোৎশাবা-থুৎ, উপাদান পোৎচঙ, লঞা—লোযনন্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়ানা নিমিত্ত অমসুং উপাদান হাযনা শরূক অনী থোকপগুম্না হাযবদি জীবমাযানা নিমিত্ত কারণ (পোৎশাবিবা থুৎ) অচুগা প্রধান-না উপাদান-কারণ ওইবগুম্না মহাবিষ্ণু পুরুষ অমসুং ঈশ্বর হাযনা মূর্তি অনী থোক্লুনা প্রাকৃত ব্রহ্মা সৃষ্টি তৌযি।

## নৈনরোল

মাযা হাযবদি থরাই-পান্দবা প্রকৃতিনা জগৎকী (গৌণ) নিমিত্ত অমসুং (গৌণ) উপাদান কারণ ওইনা অংশ অনী থোকপগুম্না করণার্ণবশাযী

পুরুষস্মু জগৎকী ( মুখ্য ) নিমিত্ত অদুগা ( মুখ্য ) উপাদান কারণ হায়বা মূর্তি অনীসি ওইনা গৌণ-নিমিত্ত অমসুং গৌণ-উপাদান কারণ ওইবা প্রকৃতিগী মতেঙনা জ ৎ শেম্বনী। মায়াগী অংশ অনীগী মিংদি জীবমায়া অমসুং প্রধান হায়নদি গুণমায়া কৌয়ি। জীবমায়ানা বিশ্বগী গৌণ নিমিত্ত কারণ অমসুং প্রধান নত্রগা গুণমায়ানা বিশ্বগী গৌণ উপাদান ওইরে। পুরুষদগী শক্তি ফংলগা জীবমায়ানা নিমিত্ত কারণ ওইবা অদুগা গুণমায়ানা উপাদান-কারণ ওইবা যংবনা, মরমসিনা পুরুষতনা জগৎকী মুখ্য নিমিত্ত অমসুং উপাদান কারণ হায়রদুনা, পুরুষনা মহামকী শক্তি শীজন্নদুনা মায়াবু স্মষ্ট তৌবগী মতাকচাবা ওইহল্লগা অদুগী মতুঙদা মহাক্কী মতেঙনা সৃষ্টি থবক পাঙথোকপনা।

পুরুষ ঈশ্বর—পুরুষ অমসুং ঈশ্বর হায়বা রূপ অনীসিনা মথ শীৎনা জগৎকী নিমিত্ত অমসুং উপাদান কারণ ওইদুনা বিশ্ববু সৃষ্টি তৌয়ি কারণার্ণবিশায়ী কারণার্ণবশায়ীন পুরুষ ওইনা চাওদা অমতগী ফীভমদা লেবা পুরুষ, মীৎয়েংশিংগা নাবু প্রথম-মবাও হৌহল্লী, মতৌ অসুম্বা পুরুষনা সৃষ্টি তৌবগী নিমিত্ত কারণ ওইবে। অদুগা ঈশ্বর ( শ্রীঅদ্বৈত ) ওইনা প্রথম মবাও তৌরবা প্রকৃতিগী উপাদান ওইহল্লগা সৃষ্টি তৌবগী মতাকচাব ওইনা, মতৌসুমনা ঈশ্বর ( শ্রীঅদ্বৈতন ) জগৎকা মুখ্য উপাদান কারণ ওইরে।

নত্রগা—পুরুষ ঈশ্বর—ঈশ্বর কারণার্ণবশায়ী পুরুষ হায়বনা, ঈশ্বর শব্দসিনা মহাক শরীর চেল্লা হায়বা তাবয়ি। মহাক্না মূর্তি অনা ওইবগা মুখ্য নিমিত্ত কারণ অমসুং উপাদান কারণ ওইবগা গৌণ-নিমিত্ত কারণগী মশক ওইবা অমসুং গৌণ উপাদান-কারণগী মশক ওইবা প্রকৃতিগা লোয়ননা হায়রদি মহাক্কী শক্তি শীজন্নদুনা প্রকৃতিবু নিমিত্ত-কারণ অমসুং গৌণ-কারণ ওইহনবা, অদুগা মহুদা প্রকৃতিগী মতেঙনা বিশ্ববু সৃষ্টি তৌয়ি।

## মূল ১৬

আপান পুরুষ বিশ্বের নিমিত্ত-কারণ।
অদ্বৈত রূপে উপাদান হয় নারায়ণ ॥ ১৬ ॥

**শব্দার্থ**

আপনে—মহাক্না, পুরুষ কারণার্ণবশায়ী পুরুষ বিশ্বের—বিশ্বগী,

নিমিত্ত-কারণ—পোৎশাবা থুৎ হায়বা কারণ অদুনী; অদ্বৈতরূপে—শ্রীঅদ্বৈত ওইনা, উপাদান—পে ৎচও; হয—ওই, নারায়ণ—মহাবিষ্ণুনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কারণার্ণবশায়ী পুরুষ মহামক্না বিশ্বজগৎকী নিমিত্ত-কারণ ওই। নারায়ণ (কারণার্ণবশায়ী পুরুষ) অসিনা শ্রীঅদ্বৈত ওইনা (জগৎ-সৃষ্টিগী) উপাদান কারণ ওই।

## নৈনরোল

কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা শ্রীঅদ্বৈত ওইনা বিশ্বগী উপাদান কারণ ওই। বিশ্বগী মুখ্য উপাদান-কারণ ওইরিবা মহাবিষ্ণুগী অংশদো শ্রীঅদ্বৈতনা, মসিনী শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বদি। অদ্বৈত অসিমক্না গুণ মায়াদা গৌণ-উপাদানত্ব অদু পীশল্লগা কারণার্ণবশায়ীগী সৃষ্টি-কার্য্যদা তেঙবাওঙী।

## মূল ১৭

নিমিত্তাংশে কারে তেঁহো মায়াতে ঈক্ষণ।

উপাদান অদ্বৈত করেন ব্রহ্মাণ্ড সৃজন॥ ১৭॥

## শব্দার্থ

নিমিত্ত-অংশে—(কারণার্ণবশায়ীগী) নিমিত্ত ওইবা অংশনা, করে তৌয়ি, তেঁহো—মহাক্না (কারণার্ণবশায়ীনা), মায়াতে—মায়াদা, ঈক্ষণ—যেংবা, উপাদান—পোৎচও, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতনা, করেন—তৌয়ি, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড, সৃজন—সৃষ্টি, শেম্বা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মাগী নিমিত্ত-অংশনা মহাক্না মায়াদা মীৎয়েং তাই (সৃষ্টি তৌয়ি) অদুগা উপাদান কারণ ওইনা শ্রীঅদ্বৈতগী স্বরূপতা মহাক্না ব্রহ্মাণ্ড পুথোকয়ি

## মূল ১৮

যদ্যপি সাংখ্য মানে—প্রধান কারণ।

জড় হৈতে কভু নহে জগত সৃজন॥ ১৮॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বসু ; সাংখ্য—সাংখ্যদর্শন , মানে—লৌয়ি , প্রধান—প্রধান , কারণ—থোরকফম , জড হৈতে—থৱাই পান্দবা পোত্তগী , কভু—কদৌঙৈদসু ; নহে—ওইদে , জগত—জগৎ , সৃজন—পুথোকপা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রধান-না (প্রকৃতিনা) কারণ ওই হায়না সাংখ্যদর্শন শাস্ত্রনা হায়রবসু থৱাই পান্দবা পোত্নগী জগৎ থোরকপদি য়াবা নত্তে ।

### মূল ১৯

নিজ সৃষ্টিশক্তি প্রভু সঞ্চারে প্রধানে ।
ঈশ্বরের শক্ত্যে তবে হয়ত নির্মাণে ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

নিজ—মছাগী ; সৃষ্টিশক্তি—পুথোকপা ভস্বা , প্রভু—কারণার্ণব-শায়ীনা , সঞ্চারে হাঞ্জল্লী , প্রধানে—প্রকৃতিদা ; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; শক্ত্যে—শক্তিনা , তবে—মতমদুদা , হয়-ত—ওইরিবনী , নির্মাণে—পুথোকপা, শাবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কারণার্ণবশায়ী ) প্রভুনা মছাগী পোৎ-পুথোকপগী শক্তিদু প্রধান কৌবা প্রকৃতিদা হাঞ্জল্লী । মতমদুদা ঈশ্বরগী শক্তি অদুনা ( পোৎ ) পুথোকপা হায়বদু ওই ।

### মূল ২০

অদ্বৈত-রূপে করে শক্তি সঞ্চারণ ।
অতএব অদ্বৈত হয়েন মুখ্য কারণ ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-রূপে—শ্রীঅদ্বৈত ওইনা , করে—তৌযি , শক্তি সঞ্চারণ—শক্তি হাঞ্জনবা , অতএব -মরমদুনা ; অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতনা , হয়েন—ওই , মুখ্য কারণ—মক্ত ওইবা থোরক্ফম্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাত্মা অদ্বৈত ওইনা ( প্রধান-দা ) শক্তি হাঞ্জল্লী। মরমত্থনা শ্রীঅদ্বৈতনা ( সৃষ্টিগী ) মুখ্য কারণ ওই।

## মূল ২১

অদ্বৈত-আচার্য্য কোটি ব্রহ্মাণ্ডের কর্ত্তা।

আর এক এক মূর্ত্তে্য ব্রহ্মাণ্ডের ভর্ত্তা। ২১ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, কোটি ব্রহ্মাণ্ডের ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী, কর্ত্তা—সৃষ্টিকর্ত্তা, আর- অতুগা, এক এক—খূদিং অমমম, মূর্ত্ত্যে—মূর্ত্তিনা, ব্রহ্মাণ্ডের—ব্রহ্মাণ্ডগী, ভর্ত্তা অঙাকপ মপু ( পালন-কর্ত্তা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যদি ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী পুথোকপা মপুনী সৃষ্টি কর্ত্তানী ) অতুগা মূর্ত্তি অমমম থোকুনা ব্রহ্মাণ্ড খূদিংগী অঙাকপা মপানী ( পালন কর্ত্তাসুনী )।

## মূল ২২

সেই নারায়ণের অঙ্গ মুখ্য অদ্বৈত।

'অঙ্গ' শব্দে 'অংশ' করি কহে ভাগবত ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

সেই নারায়ণের—নিমিত্ত কারণ অমসুং উপাদান কারণ ওইনা জগৎ সৃষ্টি তৌরিবা কারণার্ণবশায়ী নারায়ণগী, অঙ্গ—মশূঙ, মুখ্য—অথোইবা, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতনা, অঙ্গ—অঙ্গ, শব্দে—শব্দনা, অংশ—অংশ ( মশূঙ ), করি- ওইহন্দুনা, কহে—তাবযি, ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতম্-না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতসি ( নিমিত্তকারণ অমসুং উপাদান-কারণ ওইনা জগৎ সৃষ্টি তৌরিবা কারণার্ণবশায়ী ) নারায়ণগী মুখ্য অঙ্গনী ( অংশনী )। 'অঙ্গ' শব্দবু অংশগী অর্থদা শ্রীমদ্ভাগবতম্না শীজন্নে।

## মূল ২৩

নারায়ণস্ত্বং নহি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী ।
নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়নাত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া ।। ২৩ ।।

শব্দার্থনচিংবদি অনীগুবা পরিচ্ছেদগী মূল ৩০ শুবা শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু ।

## মূল ২৪

ঈশ্বরের অঙ্গ অংশ চিদানন্দময় ।
মায়ার সম্বন্ধ নাহি—এই শ্লোকে কয় ।। ২৪ ।।

### শব্দার্থ

ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী , অঙ্গ—মুখ্য হায়বদি অন্তরঙ্গ অংশ ( কাযাৎ ) , অংশ অতোপ্পা অংশ , চিদানন্দময়—চিন্ময় (জ্ঞানশাক্তগী ওইবা) অমসুং আনন্দময় ( নুংঙাইবাশাক্তগী ওইবা ) , মায়ার—মাযাগী , সম্বন্ধ—মরী, শম্নবা , নাহি লৈতে , এই শ্লোকে শ্লোকসিনা , কয়—হাযরিয়ে ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী অঙ্গগা অংশগদি চিৎ অমসুং আনন্দ শাক্তা ওইবনী। মখোযগা মাযাগা মরী লৈনদে হাযনা শ্লোকসিনা হায়রিয়ে।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতদি কারণার্ণবশায়ীগী মুখ্য অঙ্গনী অমসুং মহাক মাযাগী স্বামীনী , মহাক্না মাযাগা লোযননা সৃষ্টিনচি। ৎবক তৌমিন্নববসু মাযাগা মহাকা কবিগুম্বা মরী অমতা লৈতে,—ভাব অসি নৈনরিবা পযারসিগী ধ্বনিনী ।

## মূল ২৫

অংশ না কহিয়া কেনে কহ তারে অঙ্গ ।
অংশ হৈতে অঙ্গ যাতে হয় অন্তরঙ্গ ।। ২৫ ।।

### শব্দার্থ

অংশ অংশ , না কহিয়া—হায়দনা , কেনে—করিগীদমক , কহ—

হায়রি, তারে—মাবু; অঙ্গ অঙ্গ, অংশ-হৈতে—অংশদগী, অঙ্গ—অঙ্গনা, যাতে—মরম্না, হয়—ওই, অন্তরঙ্গ—মুখ্য, মতুংহনজনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু অংশ কৌগেদি হায়দতুনা করিগীদমক অঙ্গ হাযরিবনো? অদুগী মরমদি অংশদগী অঙ্গ-না অন্তরঙ্গ ( মতুং হঞ্জনবা, মুখ্য ) হাযবত্থু খোকয়ি।

### দৈনন্দ্রোল

অঙ্গ-শব্দগী অর্থসু অংশ ওইরবোইদি মমাঙদা লৌখৎখিবা ভাগবত-কী শ্লোক অদুদা অংশ হাযদতুনা অঙ্গ হায়রিবা করিগীনো? মদুগী পাউথুম ওইনা হাযবি—অঙ্গ শব্দনা অন্তরঙ্গ ওই হায়বা তাক য়, থ্বাইনা খণ্ডনবিবা অংশ শব্দনা মত্থু তাক্তে, মরমদুনা অংশ হাযদতুনা অঙ্গ হায়রবনী।

পয়ারসিগী ধ্বনিদি অসিনী—নারায়ণস্ত্বম্-নচিংবা শ্লোকসিদা কারণার্ণবশাযীবু শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-নী হাযববনীনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী অন্তরঙ্গ ওইবা অংশ-নী হাযনা অদুগা মূল পযার ২২ শুবদা শ্রীঅদ্বৈতবু কারণার্ণবশায়ীগী অঙ্গনী হাযবা মরম্না মহাকপু কারণার্ণবশাযীগী অন্তরঙ্গ ওইবা অংশনী ( সাধারণ অংশ নত্তে ) হায়রিবনী।

### মূল ২৬

মহাবিষ্ণুর অংশ—অদ্বৈত গুণধাম।
ঈশ্বরের অভেদ হৈতে 'অদ্বৈত' পূর্ণ নাম ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

মহাবিষ্ণুর—মহাবিষ্ণুগী, অংশ—অংশ ( থোরকপা শরুক ), অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, গুণধাম—গুণগী ভূণ্ডকম, ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, অভেদ—খেন্নদবা; হৈতে—ওইবদগী; অদ্বৈত—অমতা ওইবা, খেন্নদবা, পূর্ণ-নাম—মপুঙফাবা মিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ-গী ভূণ্ডকম ওইরিবা শ্রীঅদ্বৈতদি মহাবিষ্ণুগী অংশনী। ঈশ্বরগা খেন্নদবা মরমদগী 'অদ্বৈত' ( খেন্নদবা ) হাযবা মপুঙফাবা মিং ওইরিবনী মহাক্কী।

## মৈনরোল

হৌজিক 'অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাৎ-নচিংবা' শ্লোক অদুগী অর্থ তৌমি। অদ্বৈত—দ্বৈত হায়বদি ভেদ (খেন্নবা) লৈতবা মহাক্কী। ঈশ্বর মহাবিষ্ণুগী অংশ ওইরে শ্রীঅদ্বৈতনা, অদুগা মহাবিষ্ণুনা মহাক্কী অংশী ওইরে। অংশগা অংশীগগী মরক্তা পোৎশাগী ওইনা খেন্নবা লৈতে মরমদুনা ঈশ্বর-মহাবিষ্ণুগা শ্রীঅদ্বৈতগা দ্বৈত ( অনীথোকপা ) হায়বদি ভেদ ( খেন্নবা ) লৈতে হায়দুনা ( =অভেদ হৈতে—অমত্তনী হায়দুনা ) মহাক্কী মিং অদ্বৈত ওইথিবনী। মসিমক্কা মমিং অদ্বৈত কৌরুবগী মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইরিবনী। অদুগা অদ্বৈত হায়বা মিংসিদা মহাক্কী মপুঙ-ফাবা (পূর্ণতা) হায়বদু তাক্লবনী।

## মূল ২৭

পূর্ব্বে যৈছে কৈল সর্ব্ববিশ্বের সৃজন।

অবতরি কৈল এবে ভক্তিপ্রবর্ত্তন ॥ ২৭ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; যৈছে—গুম্না , কৈল—তৌখি , সর্ব্ববিশ্বের—বিশ্বব্রহ্মাণ্ড মযাম পুম্নমক্কী , সৃজন—সৃষ্টি ( পুথোকপা ) ; অবতারি—অবতার তৌদুনা , কৈল—তৌরে , এবে—হৌজিক , ভক্তিপ্রবর্ত্তন—ভক্তি ধর্ম্ম হৌদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা ( মহাপ্রলয়গী মতুঙদা সৃষ্টি হৌগৎলকপদা শ্রীঅদ্বৈতনা ) বিশ্বব্রহ্মাণ্ডমযাম পুম্নমক সৃষ্টি তৌখিবগুম্না হৌজিক অমুক অবতার তৌরগা ভক্তি-ধর্ম্ম হৌদোক্লরে।

## মূল ২৮

জীব নিস্তারিল কৃষ্ণভক্তি করি দান।

গীতা-ভাগবতে কৈল ভক্তির ব্যাখ্যান ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

জীব—জীববু , নিস্তারিল—লানবিরে্য় কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণ-নীঙবা , করি—তৌদুনা , দান—পীবা , গীতা-ভাগবতে শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতমদা , কৈল—তৌরে , ভক্তির ব্যাখ্যান—ভক্তি শুগাইনা তাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না কৃষ্ণ-ভক্তি দান তৌবিদুনা জীবশিংবু লানবিররে। গীতা অমসুং ভাগবত-কী ব্যাখ্যা তৌবদা ভক্তি প্রচার তৌখি।

### তৈনবোল

ভক্তিগী মাহাত্ম্য শন্দোকপা যাননবা মওংদা গীতা অমসুং ভাগবত হায়বা লাইরীক অনীসি ব্যাখ্যা তৌয়ি।

### মূল ২৯

ভক্তি-উপদেশ বিনু তাঁর নাহি কার্য্য।

অতএব নাম তাঁর হইল আচার্য্য॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তি-উপদেশ—ভক্তিমরমগী পাওতাক ; বিনু নত্তবা , তাঁর— মহাক্কী , নাহি লৈতে , কার্য্য—থবক , অতএব —মরমমতুনা , নাম—মিং তাঁর — মহাক্কী , হইল—ওইখি , আচার্য্য—ওজা, ধর্ম্ম-শন্দোকপা মী , মছামক্না চৎলগা-ধর্ম্ম তাক্পীবা মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিগী মরমদা পাওতাক পীবা নত্তনা মহাক্কী থবক অতৈ অমা লৈরমদে। মরমদুনা মাগী মিং আচার্য্য ( মছামক্না আচবণ তৌরগা হায়বদি চৎলগা ধর্ম্ম তাকপীবা মী ) ওইবি ॥

### মূল ৩০

বৈষ্ণবের গুরু তেহোঁ জগতের আর্য্য।

দুই নাম মিলনে হৈল অদ্বৈত আচার্য্য। ৩০ ॥

### শব্দার্থ

বৈষ্ণবের— বৈষ্ণবশিংগী , গুরু -গুরু , তেহোঁ—মহাক , জগতের— জগৎকী , আর্য্য— লাৎনক্কম , দুই অনী , নাম--মিং, মিলনে—তিন্নরগা , হৈল—ওইখি ; অদ্বৈত আচার্য্য—অদ্বৈত আচার্য্য।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণবশিংগী গুরু ওইদুনা মহাক জগৎকী লাংনফম ওইখি। মিং অনী ভিন্নরগা মাগী মিং অদ্বৈত আচার্য্য ওইখি।

### নৈনরোল

ভক্তিধর্ম্ম প্রচার তৌদুনা, থোইদোক হেন্দোক্লা শ্রীমন্মহাপ্রভুবু নোংগুম্-হল্লকগা ভক্তিধর্ম্ম প্রচারগী যুম্ফম থোন্দুনা মহাক্না জগৎকী মীশিংবু বৈষ্ণব ওইহনখি হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতবু বৈষ্ণবশিংগী গুরুনী হায়রিবনী। মহাক্না জগত্তা ধর্ম্ম শন্দোকখি হায়বগীদমক জগৎকী আর্য্য (লাংনফম) ওইরিবনী।

### মূল ৩১

কমলনয়নের তেঁহো যাতে অঙ্গ-অংশ।
'কমলাক্ষ' করি ধরে নাম-অবতংস ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

কমলনয়নের—থম্বাল-মিত্রা-পানবা মহাবিষ্ণুগী, তেঁহো—মহাক, যাতে—মরম্না, অঙ্গ-অংশ থোরকপা শরুক (ওইবা), কমলাক্ষ—কমলনয়ন, করি—হায়রগা, ধরে—লৌয়ি, নাম-অবতংস—মিংথোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কমলনয়নগী (মহাবিষ্ণুগী) মহাক অংশ—অন্তরঙ্গ অংশ—ওই হায়দুনা 'কমলাক্ষ' হায়বা মিংথোল অমা লৌয়ি।

### নৈনরোল

মহাবিষ্ণুগী মিং অমদি কমল-নয়ন কৌয়ি। মাগী অংশনী হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতবুসু কমলাক্ষ কৌয়ি। কমলাক্ষগী অর্থদি কমলনয়ন (থম্বাল মিত্রা-তাবা) হায়বনী। কমলাক্ষ হায়বা মিংসি অদ্বৈতদা মপাবুংনা থোনবনী। কমলাক্ষ হায়বা মিংসি মপাবুংনা থোনবা ওইরবসু অদ্বৈতদি কমলনয়ন মহাবিষ্ণুগী অন্তরঙ্গ অংশনীনা মিংদাসি নাইত চাখ্রে।

### মূল ৩২

ঈশ্বর-সারূপ্য পায় পারিষদগণ।
চতুর্ভুজ পীতবাস যৈছে নারায়ণ ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরসারূপ্য—ঈশ্বরগা মান্নবা ছকফম ( রূপ ); পায়—ফংঙী, পারিষদগণ—পার্ষদভক্তশিংনা, চতুর্ভুজ—খুৎমরিলোঙবা, পীতবাস—সনাফিগে-থোনবা, যৈছে- গুম্, নারায়ণ—শ্রীনারায়ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পার্ষদভক্তশিংনা ঈশ্বরগীগা মান্নবা ছকফম ( সারূপ্য ফংঙী ), শ্রীনারায়ণগা খুৎ-মরি-লোঙবা অমসুং সনা-ফিগে থোনবগুম্না পার্ষদশিংসু মথূৎ মরি লোঙঙী অদুগা সনাফিগে থোন্নী।

## নৈনরোল

শ্রীনারায়ণগী পারিষদশিংনা শ্রীনারায়ণগী রূপকা মান্নবা রূপ ফংহুনা চতুভুজ অমসুং পীতবসন ওইবগুম্না শ্রীনারায়ণগী অথোইবা অংশ শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীনারায়ণগী মিং কমলাক্ষ হায়বসি ফংবদা করিসু ওক্লগাই ওইদে।

## মূল ৩৩

অদ্বৈত আচার্য্য ঈশ্বরের অংশবর্য্য।

তাঁর তত্ত্ব নামগুণ-সকল আশ্চয্য ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য শ্রীপাদ অদ্বৈত-আচার্য্য, ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, অংশবর্য্য- অথোইবা অংশনী, তাঁর—মহাক্কী, তত্ত্ব- অংইবা রা নাম - মিং, গুণ মতৌক, সকল—পুম্নমক, আশ্চর্য্য - অঙকপনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যদি ঈশ্বরগী অথোইবা অংশনী। মাগী তত্ত্ব, নাম, গুণ পুম্নমক অঙকপনা থনৌবনী ( মখুমদি মহাকসু ঈশ্বরনী )।

## মূল ৩৪

যাহার তুলসীজলে যাঁহার হুঙ্কারে।

স্বগণসহিতে চৈতন্যের অবতারে ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

যাঁহার—মহাক্কী ( শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী ), তুলসীজল—তুলসী মনা অমস্থং ঈশীঙনা, যাঁহার ( মহাকী ), হুঙ্কারে—খোল্লাওনা, স্বগণ—মাগী লোইনশিংগা, সহিতে—লোয়ননা, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী, অবতারে—অবতার।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না তুলসীমনাগা গঙ্গাজলগনা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌরম্মী অদুগা খোল্লাও থাদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌখি। মতৌ অসুম তৌবনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা মছাগী পরিকরশিংগা লোযননা অবতার তৌখি।

## মূল ৩৫

যাঁব দ্বারা কৈল প্রভু কীর্ত্তন প্রচার।

যাঁর দ্বারা কৈল প্রভু জগত নিস্তার ॥ ৩৫ ॥

## শব্দার্থ

যাঁর দ্বাবা—মহাক্না থোঙ ওইরগা, কৈল—তৌখি, প্রভু—শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুনা, কীর্ত্তন—নাম সঙ্কীর্ত্তন ( নাম শোন্‌বা ), প্রচার—শন্দোকপা, যাঁর দ্বাবা—মহাক্না থোঙ ওইরগা, কৈল তৌখি, প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, জগত-নিস্তার—জগৎপু লানবিবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু শীজন্নদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নাম-সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকখি। মহাকপু শীজন্নদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জগৎপুন্সবু লানবিখি।

## মূল ৩৬

আচার্য্যগোসাঞির গুণ-মহিমা অপার।

জীবকীট কোথায় পাইবেক তার পার ॥ ৩৬ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্যগোসাঞির—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য প্রভুগী, গুণ-মহিমা—গুণগী মহিমা, অপার—মপান্নাইদবনী, জীব কীট—তীন্মচাগুম্বা জীবনা, কোথায়—কদাযদা, পাইবেক—ফংগনী, তার—( গুণমহিমা ) অদুগী; পার—ওমখৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য প্রভুগী গুণ গী মহিমাদি মপাম্মাইদবনী। তীম্মচা-গুম্বা জীবনা মতুগী ( গুণ-মহিমাশিংগী ) তমখৈ কদাযদা হংগনী ( হায়বদি গুণ-মহিমাশিং লোইনা খঙবা ঙম্মোই )।

### মূল ৩৭

আচার্য্যগোসাঞি চৈতন্যের মুখ্য অঙ্গ।

আর এক অঙ্গ তাঁর প্রভু নিত্যানন্দ ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুদি, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, মুখ্য—মকোক-ওইবা, অঙ্গ—ভক্ত নত্রগা পার্ষদনী, আর—অতোপ্পা, এক—অমা, অঙ্গ—পার্ষদনা, তাঁর—মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যগী), প্রভু নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু-নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্ত নত্রগা পার্ষদ (অঙ্গ) মকোক্নী। মহাক্কী (শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী) অতোপ্পা অঙ্গ অমনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনী।

### তৈনরোল

খোঙ-খুৎ-নচিংবা হকচাঙ-কাযাংনা ( অঙ্গ-না ) মকু ( মূল ) ওইবা হকচাঙবু য়োক্ থাক্পগুম অঙ্গ ঙাব্শেনবগুম, শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগা অনীনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী লীলাদা মকোক ওইনা মতেঙ পাংখি, মরমসিনা মখোয অনীবু শ্রীমহাপ্রভুগী অঙ্গ হায়রুবনী।

### মূল ৩৮

প্রভুর উপাঙ্গ—শ্রীবাসাদি ভক্তগণ।

হস্ত-মুখ-নেত্র অঙ্গ চক্রাদ্যস্ত্র সম ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী; উপাঙ্গ—পীকথবা অঙ্গ (অঙ্গগী অঙ্গ),

শ্রীবাস-আদি—শ্রীবাস-নচিংবা , ভক্তগণ—ভক্তশিং ; হস্ত-মুখ-নেত্র—খুৎ-মায়থোঙ-মীৎ , অঙ্গ—অঙ্গ , চক্র আদি-অস্ত্র—চক্র নচিংবা খুৎলাই , সম—মান্নে ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী উপাঙ্গদি ( অঙ্গগী অঙ্গদি ) শ্রীবাস-নচিংবা ভক্তশিংনী। মখোয়সি মহাপ্রভুগী খুৎ, মায়, মীৎ, চক্র-নচিংবা খুৎলাইগা মান্নে।

## নৈনরোল

মমাঙদা থোকখিবা অবতারগী মতমশিংদদি চক্র-নচিংবা খুৎলাই শীজন্নদুনা মহাক্না অসুর হাৎপনচিংবা তৌখি। অদুবু গৌর-অবতারদদি মহাক করিগুম্বা খুৎলাই অমতা শীজন্নরমদে , অদুগী মহুত্তা মহাক্কী পার্ষদ-ভক্তশিংবু থাদোক্লুনা নাম-প্রেম প্রচার তৌহল্লগা অসুরগী পূকচেন-চেন্‌বা মীশিংগী মপুক্তো শেংদোকপিখি। নত্রগা, প্রভুগী শ্রীঅঙ্গ ( হকচাঙ হাযবদি থোঙ খুৎ-মায়-মীৎ-নচিংবা ) অঙ্গ ( হকচাঙ কায়াৎ ) উবদদা অসুরগী পূকচেলচেনবা মী অযাম্বগী হিংচা যাওম্বা-পূকচেনদু মাঙখি। মতৌ অসুম্না, প্রভুগী ভক্তশিংনা ( হাযবদি প্রভুগী অঙ্গ-নচিংবনা ) গৌর-লীলাদা প্রভুগী চক্র-নচিংবগী থবক পাঙথোক্‌খি।

## মূল ৩৯

এই সব লঞা চৈতন্য প্রভুর বিহার।
এই সব লৈয়া করেন বাঞ্ছিত প্রচার।। ৩৯ ।।

**শব্দার্থ**

এই—মসি , সব—পূম্নমক , লঞা—লোয়ননা , চৈতন্যপ্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , বিহার—লীলা ; এই সব অসি পূম্নমক , লৈয়া—লোয়ননা , করেন—তৌয়ি ; বাঞ্ছিত—অপাম্বা , প্রচার—শন্দোকপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

পূম্নমকসি লোয়নদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লীলা শান্নখি। মখোয পুম্বসিগা লোয়ননা প্রচার অপাম্বা তৌখি।

## মূল ৪০

'মাধবেন্দ্রপুরীর ইঁহো শিষ্য' এই জ্ঞানে।
আচার্য্যগোসাঞিরে প্রভু 'গুরু' করি মানে ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

মাধবেন্দ্রপুরীর—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী, ইঁহো—মহাকসি; শিষ্য—সেবক-নী, এই জ্ঞানে—অসি খন্দুনা, আচার্য্যগোসাঞিরে—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যবু; প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা; গুরু—গুরু, করি—হায়দুনা, মানে—লৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না ( শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যসে ) মাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্যনী হায়বা ৱাখল্লা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা মাগী গুরুনী হায়না লৌয়ি।

### তৈনবরোল

অদ্বৈতাচার্য্য—স্বরূপকী ৱা হায়রগদি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভক্ত ওইরবসু, মীয়ম্লেনগী লীলাদদি শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মহাকপু গুরু ওইনা মান্য তৌয়ি, মরমদি, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যসু লৌকিক-লীলাদা মহাপ্রভুগী পরম-গুরু শ্রীপাদ-মাধবেন্দ্র পুরী-গোস্বামীগী শিষ্যনী হায়দুনা মহাপ্রভুগীদি গুরুগী মফমদা লৈরে। মবমসিনা মীয়ম্লেন্দা গুরুদা অমদি গুরু শিংদা মর্য্যাদা (ইকাইখুম্নবা) উৎকদবনী হায়বসু তন্দিগে হায়বগীদমক শ্রীমন মহাপ্রভুনা স্তুতিগা লোয়ননা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী চরণখাদা খুরুম্মী।

**গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী গুরুবর্গ।**—বৈকুণ্ঠনাথ শ্রীবিষ্ণু ভগবান্‌গী শিষ্য—শ্রীব্রহ্মা, শ্রীব্রহ্মাগী শিষ্য শ্রীনারদ মুনি শ্রীনারদগী শিষ্য—শ্রীশুকদেব গোস্বামী অমসুং শ্রীমাধবাচার্য্য, শ্রীমাধ্বাচার্য্যগী শিষ্য—শ্রীপদ্মনাভ আচার্য্য, শ্রীপদ্মনাভগী শিষ্য—শ্রীনরহরি, শ্রীনরহরিগী শিষ্য—শ্রীমাধব; শ্রীমাধবগী শিষ্য—শ্রীঅক্ষোভ্য, শ্রীঅক্ষোভ্যগী শিষ্য—শ্রীজয়তীর্থ, শ্রীজয়তীর্থগী শিষ্য—শ্রীজ্ঞানসিন্ধু, শ্রীজ্ঞানসিন্ধুগী শিষ্য—শ্রীমহানিধি; শ্রীমহানিধিগী শিষ্য—শ্রীবিদ্যানিধি, শ্রীবিদ্যানিধিগী শিষ্য—শ্রীরাজেন্দ্র, শ্রীরাজেন্দ্রগী শিষ্য—শ্রীজয়ধর্ম্ম, শ্রীজয়ধর্ম্মগী শিষ্য—শ্রীপুরুষোত্তম, শ্রীপুরুষোত্তমগী শিষ্য—শ্রীব্যাসতীর্থ; শ্রীব্যাসতীর্থগী

শিষ্য—শ্রীমান্ লক্ষ্মীপতি , শ্রীলক্ষ্মীপতিগী শিষ্য—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী ; শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্য—( ১ ) শ্রীঈশ্বরপুরী অমসুং ( ২ ) শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য , শ্রীঈশ্বরপুরীগী শিষ্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ।

## মূল ৪১

লৌকিক লীলাতে ধর্ম্ম-মর্য্যাদা-রক্ষণ ।
স্তুতি-ভক্ত্যে করেন তাঁর চরণবন্দন ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

লৌকিক-লীলাতে— মীরম্নেনগী লীলাদা , ধর্ম্মমর্য্যাদা রক্ষণ—ধর্ম্মগী চৎনলোন ঙাকপা , স্তুতি-ভক্ত্যে—স্তব ( হাযজহুনা থুরুম্বা ) অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা , করেন—তৌয়ি , তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী ) ; চরণবন্দন থুয়াদা খুরুম্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীরম্নেনগী লীলাদা ধর্ম্মগী হৌনবী চৎনলোন ঙাক্নবগীদমক শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মহাক্কী ( শ্রীঅদ্বৈতগী ) চরণ থাদা স্তুতি অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা খুরুম্মী ।

## মূল ৪২

চৈতন্যগোসাঞিকে আচার্য্য করে প্রভু-জ্ঞান ।
আপনাকে করেন তাঁর দাস অভিমান ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞিকে -শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু , আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা , করে—তৌযি , প্রভুজ্ঞান—( মাগী ) প্রভুনী হায়না খন্বা , আপনাকে—মছাবু , করেন—তৌযি , তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ) , দাস—মনাইনী , অভিমান—খন্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা শ্রচৈতন্য মহাপ্রভুবু মবুংঙোনী ( প্রভুনী ) হায়না খল্লী, অদুগা মছাবুনা মহাক্কী ( শ্রীচৈতন্যগী ) মনাইনী হায়না খঞ্জে ।

### মূল ৪৩

সেই অভিমানে সুখে আপনা পাসরে।
'কৃষ্ণদাস হও' জীবে উপদেশ ক'রে ॥ ৪৩ ॥

#### শব্দার্থ

সেই অভিমানে—ৱাখন্দুনা, সুখে—নুংঙাইবনা, আপনা—মছাবু, পাসরে—কাউথোকখি কৃষ্ণদাস শ্রীকৃষ্ণগীমনাই, হও—ওইয়ু (হায়না), জীবে—জীবদা, উপদেশ—পাউতাক, করে—তৌখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী মনাইনী হাযবগী) ৱাখন্দুদা নুংঙাইখিবনা (শ্রীঅদ্বৈতনা) মছাবু কাউথোকয়ি, অদুগা কৃষ্ণ-মনাই ওইযু হায়না জীবদা পাউতাক্ পী।

#### নৈনৱোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মছাবু কৃষ্ণগী মনাইনী হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী মছক লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়না লৌজবদা নুংঙাইজবদু জীবশিংবু ফংহল্লীওবনা মখোযতুসু কৃষ্ণদাস ওইয়ু হাযন, তাকপিরম্মী।

### মূল ৪৪

কৃষ্ণদাস-অভিমানে যে আনন্দ-সিন্ধু।
কোটিব্রহ্মসুখ নহে তার একবিন্দু ॥ ৪৪ ॥

#### শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী, অভিমানে—খনবদা, যে—মদু, আনন্দ-সিন্ধু—নুংঙাইবগী সমুদ্র, কোটি ব্রহ্মসুখে—ব্রহ্মগী নুঙাইবগী শরুক কোটিনা, নহে—ওইদে, তার—মদুগী, একবিন্দু—মরীক অমা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী মনাইনী খন্বদা নুংঙাইবগী সমুদ্র ইহৌরকয়িবা অদুগী ইরীক অমফাওবগা ব্রহ্মদা তিল্লগা ফংবা নুংঙাইবদুগী শরুক কোটি ফাওবগা চাওদম্বা য়াদে, হায়বদি কৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খন্বনা নুংঙাইবা হেল্লী।

#### নৈনৱোল

শ্রীঅদ্বৈতনা হায়—কৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খন্বদা পোকপা নুংঙাইববু

সমুত্রগী চাংদমরকপদা নির্বিবশেষ ব্রহ্ম-দা তিল্লগা অংবা মুংঙাইবত্নগী কোটি ওইবা শরুক্তা মুংঙাইবা সমুদ্রত্নগী ইরীক অমা কাওবা য়োবা ওমদে, হায়বদি ব্রহ্মানন্দদি করিছু লৈতবনী ।

## মূল ৪৫

মুঞি যে চৈতন্যদাস আর নিত্যানন্দ ।
দাসভাব-সম নহে অন্যত্র আনন্দ ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

মুঞি—ঐ যে—মহু, চৈতন্যদাস—শ্রীচৈতন্যগী মনাই, আর—অদুগা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, দাস-ভাব-সম—নাই ওইবগী ভাবকা মান্নবা, নহে লৈতে, অন্যত্র—অতোপ্পা মফমদা, আনন্দ—মুংঙাইবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগা শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইরিবসে নাই ওইবগী ভাব-কা মান্নবা মুংঙাইবা অতোপ্পা মফমদা লৈতবনী ।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রি "অতোপ্পা মখল পুম্নমক্কী মুংঙাইবদগী কৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খন্দুনা চৎচবগী মুংঙাইবনা য়াম্না য়াম্না হেল্লী হায়দুনা শ্রীনিত্যানন্দগা ঐগা শ্রীচৈতন্যদাস ওইরিবনী।" মুংঙাইবসি শ্রীঅদ্বৈত মহাপক্কা ফংলগা থগত্নুনা মযামদা কৃষ্ণদাস ওইয়ু হায়রিবনী।

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীচৈতন্যগদি অমত্তনী থেন্নদে হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতনা মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্যগী দাসনী হায়জরবস্তু কৃষ্ণদাস ওইবিয়ু হায়না মী পুম্নমক্কা পাউ-তাক পীবনী, কৃষ্ণগী মনাই ওইবা মহাক্কো শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী; অদুগা শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইবা মহাক্কো শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী।

## মূল ৪৬

পরমপ্রেয়সী লক্ষ্মী— হৃদয়ে বসতি ।
তেঁহো দাস্যসুখ মাগে করিয়া মিনতি ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

পরম-প্রেয়সী— খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবী; লক্ষ্মী—শ্রীনারায়ণগী

মুংশিথোইবী ; হৃদযে — থবাক্তা , বসতি — লৈ , তেঁহো — মহাক (লক্ষ্মী) , দাস্য-সুখ — নাই ওইবগী মুংঙাইবা , মাগে নিজৈ ; করিয়া — তৌদুনা , মিনতি — প্রার্থনা ( হাযজবা ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিথোইবী শ্রীলক্ষ্মীদেবীদো শ্রীনারায়ণগী থবাক্তা লৈবনী। অদুবু মহাক্না থরাই য়াওনা প্রার্থনা তৌজরগা নাই ওইবগী মুংঙাইবদু ফংজগে হাযনা নিজৈ ।

নৈনরোল

অসিদা য়াওরিবা লক্ষ্মী শব্দসি শ্রীনাবাযণগী থবাক-ভানবী লক্ষ্মীবু হাযবা নত্তদুনা সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী ( লক্ষ্মী পুম্নমক্কী মচুক ওইবী ) শ্রীরাধিকাবু হায়রিবনী হাযনা লৌবগদু যাই। শ্রীমতি রাধারাণীদি শ্রীকৃষ্ণগী মুংশি-থোইবীনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী হৃদয়-বিলাসিনী ওইবফাংবদা য়াম্না থরাই রাজনা শ্রীকৃষ্ণগী নাই ওইববু ( দাস্যবু ) প্রার্থনা তৌরি। মুংশিবী অমা ওইবগী মুংঙাইববুদি দাস্যভাব-কী মুংঙাইবনা শ্রীলক্ষ্মী অমসুং শ্রীরাধাগী মফমদদি পাম্নঙাই ওইবা হেল্লী হায়বদু পয়ারসিনা খঙহল্লী ।

মূল ৪৭

দাস্যভাবে আনন্দিত পারিষদগণ ।
বিধি ভব নারদ আর শুক সনাতন ॥ ৪৭ ॥

শব্দার্থ

দাস্যভাবে — নাই ওইবগী ভাব-না ; আনন্দিত — মুংঙাইজবা , পারিষদগণ — শ্রীভগবানগী পার্ষদ-ভক্তশিং , বিধি — ব্রহ্মা , ভব — শিব মহাদেব , নারদ — শ্রীনারদ মুনি , আর — অদুগা , শুক — শ্রীশুকদেব গোস্বামী , সনাতন — চতুঃসনগী মনূঙদা যাওবা সনাতন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবানগী পার্ষদ-ভক্ত পুম্বা অদুগা ব্রহ্মা, শিব, নারদ, শুকদেব অমসুং চতুঃসনগী সনাতন-খোয় পুম্নমক দাস্যভাব-তা মুংঙাইজৈ।

## মূল ৪৮

নিত্যানন্দ অবধূত —সভাতে আগল ।

চৈতন্যের দাস্যপ্রেমে হইলা পাগল ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , অবধূত—সন্ন্যাসী মখল অমগী মিং, সভাতে - মযাম পূম্নমক্কী মনুঙদা , আগল—মাঙ জিন-থাবা , চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী , দাস্যপ্রেমে—নাই ওইনা মুংশিবদা , হইলা—ওইখি ; পাগল—ঙাওবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবধূত সন্ন্যাসী শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীচৈতন্যগী পার্ষদলক্তা মকোন্নী। মহাকন্না শ্রীচৈতন্যগী দাস্য-প্রেমদা অঙাওলগী পান্দমগুম্নম্মী।

## মূল ৪৯-৫০

শ্রীবাস হরিদাস রামদাস গদাধর ।

মুরারি মুকুন্দ চন্দ্রশেখর বক্রেশ্বর ॥ ৪৯ ॥

এই সব পণ্ডিতলোক পরম-মহত্ত্ব ।

চৈতন্যের দাস্যে সভায় করয়ে উন্মত্ত ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবাস শ্রীবাসঠাকুর , হরিদাস—হরিদাস ঠাকুর , রামদাস—রামদাস , গদাধর—গদাধর , মুরারি—মুরারি , মুকুন্দ—মুকুন্দ ; চন্দ্র—শেখর , বক্রেশ্বর—বক্রেশ্বর , এ সব—অসি পূম্নমক , পণ্ডিতলোক—পণ্ডিত ওইবা মী , পরম-মহত্ত্ব—মতীক মযাই-কনবা , চৈতন্যের দাস্যে—শ্রীচৈতন্যগী নাই ওইনা , সভায—পূম্নমকপু ; করয়ে—ওইহল্লী , উন্মত্ত—অঙাওবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাস, হরিদাস, রামদাস গদাধর, মুরারিগুপ্ত, মুকুন্দ, চন্দ্রশেখর, বক্রেশ্বর—মখোয়শিং পূম্নমকসে পণ্ডিত ওাক্কনী অদুগা মখোয়গী মতীক ময়াই কল্লী। অদুবু শ্রীচৈতন্যগী নাই ওইবগী মুংঙাইবনা মখোয় লোইনমক অঙাওবগুম্মী।

মূল ৫১

এই মত্ত গায় নাচে করে অট্টহাস।

লোকে উপদেশে—হও চৈতন্যের দাস ॥ ৫১ ॥

শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; গায়—শৈশকয়ি ; নাচে—জগোই শাই ; করে—তৌয়ি , অট্টহাস—অঙাওবনা ফাক ফাক নোকপা , লোকে—মীশিংদা , উপদেশে—পাউতাক পী , হও—ওইয়ু , চৈতন্যের--শ্রীচৈতন্যগী , দাস—মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা মতৌ অসুম তৌরগা ঈশৈ শকয়ি, জগোই শাই, অমুগা অঙাওবদোনা ফাক ফাক নোকয়ি। অমুগা শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওইয়ু হায়দুনা মী পুম্নমক্তা পাউতাক পীরম্মী।

নৈনরোল

পয়ারসি গ্রন্থকারগী উক্তিনী। জগোইশাবা, ফাক ফাক নোকপনচিংবসি কৃষ্ণপ্রেমগী বাহ্য লক্ষণ ওাক্নী।

মূল ৫২

চৈতন্যগোসাঞি মোরে করে গুরু-জ্ঞান।

তথাপিহ মোর হয় দাস অভিমান ॥ ৫২ ॥

শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা , মোরে—ঐবু (শ্রীঅদ্বৈতবু) , করে—তৌয়ি ; গুরু-জ্ঞান—গুরুনী হায়না খন্‌বা , তথাপিহ--অদুম ওইনমক ; মোর--ঐগী ; হয়—ওই , দাস-অভিমান—নাইনী হায়বা রাখল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য-প্রভুনা ঐহাকপু ( শ্রীঅদ্বৈতবু ) গুরুনী হায়না খল্লী, অদুম ওইনমক ঐহাক মহাক্কী মনাইদং ওইবনী হায়না খল্লী।

### তৈন্নরোল

পয়ারসি শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রনি।

## মূল ৫৩

কৃষ্ণপ্রেমের এই এক অপূর্ব্ব প্রভাব।
গুরু সম লঘুকে করায় দাস্য ভাব ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রেমের—কৃষ্ণবু নুংশিবগী, এই—মসি, এক—অমা, অপূর্ব্ব—অঙকপা, প্রভাব—মতৌ, গুরু—গুরু, সম—লেংমান্নবা, লঘুকে—হন্থবা মীদা, করায় তৌহল্লী, দাস্যভাব—নাইওইবগী রাখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণবু নুংশিবগী অঙকপা মতৌ অমনী অসি, মহুদি—গুরু, লেংমান্নবা অমসুং হন্থবা মীশী মপূক্রীওদা মনাই ওইবগী ভাব পোকহল্লী।

### তৈন্নরোল

তশেংবদি শ্রীকৃষ্ণগী গুরু নত্রগা লেংমান্নবা কনাসু লৈতে, লীলা শান্নবা যানাবগীদমক্তা মহাক্লা পার্ষদ-হিশেষবু গুরু নত্রগা লেংমান্নবনী হায়না খনবগী রাতনী। মাগী গুরুজন ওইহনবা পার্ষদশিংদি শ্রীনন্দযশোদা-খোয়নী অদুগা সম নত্রগা সখা (লেংমান্নবা) ওইরিবা পার্ষদশিংদি সুবল-মধুমঙ্গলখোয়শিনী, অদুগা লঘু (মঙোন্দগী হন্থবা) ওইরিবশিংদি রক্তক-পত্রকখোয়নী।

## মূল ৫৪

ইহার প্রমাণ শুন শাস্ত্রের ব্যাখ্যান।
মহদনুভব যাতে সুদৃঢ় প্রমাণ ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

ইহার--মসিগী, প্রমাণ—মাতৈ, শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু; শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী, ব্যাখ্যান—শুগায়বা, মহদনুভব—অচৌবশিংগী অনুভব (থম্মোঙদা খানবা), যাতে—মহুনা, সুদৃঢ়--ফজনা চেৎলবা, প্রমাণ—প্রমাণ, নাতৈ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিগী প্রমাণদি শাস্ত্রগী ব্যখ্যান্ লৈ, মন্থু মাকোণ্ডনা তাবিযু। মহৎ ওইবা মীওা শিংগী অনুভবনা ( থনুঙদ পানবহুনা ) মহুগী নীঙথিনা চেৎপা প্রমাণ্নি।

## মৈনরোল

পার্ষদ শিংগী মনুঙদা গুরুজন নত্রগা সখা ওইরিবা মখোয়গী পুক্কীওদা কৃষ্ণপ্রেম-না দাস্যভাব পোকহন্নী হায়বসিগী প্রমাণদি শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী প্রমাণ লৈ। শুদ্ধসত্বনা লংলবা চিত্ত চেনবা মহৎজনশিংগী অনুভব-না প্রমাণ ওইরি। মহৎজনশিংগীদি ভ্রম-প্রমাদ-নচিংবা দোষ লৈতে। মখোয়না অনুভব তৌবহু লান্দে। মরমহুনা মখোয়গী অনুভব-না করিগুম্বা হীরমদা অচেৎপা প্রমাণ ওই। মখোযগী অনুভবশিংহু মখোয়না শাস্ত্রনচিংবদা ইশন্দুনা থনম্মী, মহৎজনশিংগী অনুভব-তগী ফংলকপা সত্য-নী (অওইব-নী) হায়হুনা শাস্ত্রগী বাদি প্রমাণ ওইমৈ। তশেংবমক মহৎ-অনুভবমক্তি প্রমাণ পুন্নমক্কী মকোক্কী, মখোয়গী রাদি আপ্তবাক্যনী। কৃষ্ণপ্রেমনা গুরু-সম-লঘু পার্ষদ জাৎ পুন্নমকপু দাস্যভাব চেল্হন্নী হায়বগী প্রমাণদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী মহৎকী অনুভবকী মছক ওইবা প্রমাণ পীবা য়াই। প্রমাণ অহু মথাদা লাক্লিবা পয়ার খরদা পীরি।

## মূল ৫৫-৫৬

অন্যের কা কথা, ব্রজে নন্দমহাশয়।
তাঁব সম গুরু কৃষ্ণের আর কেহ নয় ॥ ৫৫ ॥
শুদ্ধ বাৎসল্য,—ঈশ্বরজ্ঞান নাহি যাঁর।
তাঁহাকেই প্রেমে করায দাস্য অনুকার ॥ ৫৬ ॥

## শব্দার্থ

অন্যের—অতৈগী, কা—করি, কথা—বা; ব্রজে—বৃন্দাবন-দা; নন্দমহাশয়—নন্দনিংথৌ, তাঁর সম—মহাকা মান্নবা; গুরু—গুরু; কৃষ্ণের-শ্রীকৃষ্ণগী, আর—অতৈ; কেহ—কনামা, নয়—নত্তে; শুদ্ধ-বাৎসল্যে—মকুবা মচাগী ভাব-তা, ঈশ্বর-জ্ঞান—ঈশ্বরনী হায়বা রাখল, নাহি—লৈতে, যাঁর—মহাক্কী, তাঁহাকেই—মহাকপু, প্রেমে—খুংশিবনা, করায়—তৌহন্নী, দাস্য—অনুকার—নাই ওইবগী মতৌ তম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈগী রাদি করিবু হায়সিগে ? ব্রজদা শ্রীনন্দ মহারাজ অমু মহাক্না মায়বা কৃষ্ণগী গুরু অতে কনাসু লৈত্রবনী, মাগী বাৎসল্য-প্রেমদি (মচা ওইনা কৃষ্ণবু য়ুংশিবদি) মক্তবনী, মানা (কৃষ্ণবু) ঈশ্বর-নী হায়না খঙদে। অতুবু প্রেমতনা মহাক ফাওবা মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খল্লী।

## মূল ৫৭

তেঁহো রতি মতি মাগে কৃষ্ণের চরণে।

তাঁহার শ্রীমুখবাণী তাহাতে প্রমাণে ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

তেঁহো—মহাক (নন্দ নিংথৌ), রতি—য়ুংশিবা, মতি—পুকচেল; মাগে—নিজে, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, চরণে—খুয়া থাদা, তাঁহার—মহাক্না (নন্দমহারাজগী), শ্রীমুখ বাণী—চীন্দগী ৱাহৈনা, তাহাতে—মতুদা, প্রমাণে—প্রমাণ (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না (নন্দমহারাজনা) শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াথাদা য়ুংশিবা (রতি) অমুগা পুক্নীংগী বাখল (মতি) নিজে। মহাক্না (নন্দনিংথৌগী) শ্রীমুখদগী থোরকপা ৱাহৈনা মতুগী প্রমাণ ওই।

## মূল ৫৮-৫৯

শুন উদ্ধব, সত্য কৃষ্ণ আমার তনয়।

তেঁহো ঈশ্বর, হেন যদি তোমার মনে লয় ॥ ৫৮ ॥

তথাপি তাহাতে মোর রহু মনোবৃত্তি।

তোমার ঈশ্বর কৃষ্ণে হউক মোর মতি ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

শুন নাকোংঙনা তাবিয়ু, উদ্ধব—হে উদ্ধব, সত্য—অওইবনী; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ; আমার—ঐগী; তনয়—ইচা, তেঁহো—মহাক; ঈশ্বর—ঈশ্বর, হেন—অসুম্না, যদি—যদি, তোমার—নংগী, মনে—পুক্নীংদা;

লয—লৌয়ি, (যদি লয়—লৌরবদি), তথাপি—অদুম ওইনমক, তাহাতে—মঙোন্দা (কৃষ্ণদা); রহু—লৈশনু, মনোবৃত্তি—পুক্নীচঙবা, তোমার—নঙগী, ঈশ্বর কৃষ্ণে—ঈশ্বর কৃষ্ণদা, হউক—ওইসনু; মোর—ঐগী, মতি—পুক্নীঙ চঙবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হে উদ্ধব, (নাকোঙনা) তাবিযু। অওইবা কৃষ্ণদো ঐগী ইচানী। মহাক ঈশ্বরনী হায়না নপুক্নীঙদা লৌরবসু মহাক ইচানী হাযবা ঐগী পুক্চেল অসি অদুম লৈশনু। নঙগী ঈশ্বর কৃষ্ণদসু ঐগী পুক্নীঙ লৈইশনবা ওইসনু।

## নৈনরোল

নন্দ নিংথৌগী শ্রীমুখগী বাহৈ অদু পযার অনীসিদা ফোঙদোক্লি। শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধব-পু মথুরাদগী ব্রজদা থারকপা মতমদা ব্রজদা থুংলরগা নন্দ মহারাজনা কৃষ্ণ কায়নবগী রারস্বদো উকুবে। কাযন-মৈচাক অদু কোক্হনবা যাগদরা হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণদি ঈশ্বরনী হাযবগী রা হৌদোক্লুরে, মাগী রা তারগা নন্দ মহারাজনা হাযরকখি—"হে উদ্ধব মাগা কাহনবগী থরাই চাক্লবা অদুগুম্বা কৃষ্ণদো কনা নত্তেনে, মহাক ঐগী ইচানীনে। অদুমকপু নঙনা যাবু ঈশ্বরনী হাযনা থল্লবসু (তশেংবা ঐহাক্তি অদুম্না খন্দে), মাগী মফমদা ঐগী পুকচেন্দি হৌজিক হৌজিক চেল্লিবসুম্না লৈশনু—ইচানুপানী হাযনা ঐনা নুংশিনা লুনা তৌরিবসি, হৌজিক নঙগী চীন্দগী যাবু ঈশ্বরনী হাযবা বাসি ঈনানা তারগ, হনবা তৌরাই হায়বা, মরমদি নঙনা হাযগে মখে হাযযু ঐনা খঙজবদি কৃষ্ণ ঐগী ইচানী, ইথরাইদগী হেনবা ইচানী, করিগুম্বা মরম অমগীদমক যাবু নুংশিনা লুনা তৌদবদগী, মাবু য়োক থাকপা বাৎপদগী, মাগী মঙ্গল-অমঙ্গল কৈনো হায়বা যেংশনবা রাৎপদগী মহাক্কী অমাঙ অতা থোক্লবদি ঐদি মদু খাঙবা ঙমজরোই। অদুগা কৃষ্ণ কৌবা নঙনা ঈশ্বরনী হায়বা—কনামা লেরাবাইদি মঙোন্দসু ঐগী মতি লৈবা ওইসনু হাযনা ঐনা প্রার্থনা তৌজরি। নত্রগা, (অনুরাগনা হেনজনবনা শ্রীনন্দনা হায়রি) নঙনা ঈশ্বরনী হায়রিবা (তশেংবদি ঐগী ইচা ওইরিবা) কৃষ্ণদুদা ঐগী মতি—নুংশিবা অমদুং লুনা নীঙবা—মতম পুম্বদা লৈবা ওইসনু।" বচন অসিদা শ্রীনন্দনা কৃষ্ণগী দাস (মনাই) ওইবগী ভাব ফোঙদোক্লবসু মদু ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞানদা ওইবা দাসত্ব নত্তে, অদুগী মহুত্তা

মছাগী পিতৃ-অভিমান ( কৃষ্ণগী মপা ওইবগী পুকচেল ) অদুবু লেওদৰমথৈ ঊাক্লগ। নন্দ মহারাজনা কৃষ্ণগী মনাই ওইনীঙবত্থ ফোঙদোকপনী—করিগী-দমক মনাই ওইবনো হায়বৰ শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক অদুগা মাগী অমঙ্গল মাঙননবগীদমক ওইবা মনাই মওইত্থ ফোঙদোকপনী। গুরুগী ভাব-পুবা মীতাশিং খ্বাইনদি মথা-থাবা মীতাশিংদগী সেবা পাম্মী, নন্দ মহারাজদি শ্রীকৃষ্ণগী গুরুনী হায়বগী অভিমান চেন্নবসু শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু সেবা তৌবা করিমত্তা পামদে, পাম্বদি লায়রবুনা। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু য়োকৃপা-থাকৃপা-ঊাক্-শেনৃবনচিংবা সেবাত্থম তৌনীঙবনা খোয়রাগুঙী। মতৌ অদুম্না ভাব খুদি মত্তা সম্বন্ধ থম্লিবা পুম্নমক্না মাগী মাগী ভাব অদুগী মতৃঙ ইম্না শ্রীকৃষ্ণ-পেন্নবা তৌবতনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগী থোইদোকপা শক্‌ফম্মী।

## মূল ৬০

মনসো বৃত্তয়ো নঃ স্যুঃ কৃষ্ণপাদাম্বুজাশ্রয়াঃ।
বাচোঽভিধায়িনীর্নাম্নাং কায়স্তৎপ্রহ্বণাদিষু॥ ৬০ ॥

## শব্দার্থ

মনসঃ—পুক্নীঙগী, বৃত্তয়ঃ—মচংশিং, নঃ—ঐখোয়গী, স্যুঃ—ওইসনু, কৃষ্ণপাদাম্বুজ আশ্রয়াঃ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বান্দা চঙজবা, বাচঃ—( ঐখোয়গী ) ৱাহৈশিং, অভিধায়িনীঃ—শক্‌-শোনবা, নাম্নাম্—মিংথৈশিংগী, কায়ঃ—হকচাঙনা, তৎ—মঙোন্দা, প্রহ্বণাদিষু—খুরুম্ব-নচিংবদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী পুক্নীঙদি শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বান্দা চঙজবা ওইসনু, ঐখোয়গী ৱাহৈনা মহাক্কী মিং ময়াম শক্‌-শোনবা ওইসনু, অদুগা ঐখোয়গী দেহনা ( হকচাঙনা ) মাবু ভক্তিগা লোয়নন্না খুরুম্বদা শীজন্নবা ওইসনু।

## তৈনরোল

মসি শ্রীমদ্‌ভাগবতমদগী লৌথোরকপনী ( ১০/৪৭/৬৬ )। শ্লোকসিগী মমাঙথংবা শ্লোক ( ১০/৪৭/৬৫ ) অদুদা হায়রে "নন্দাদয়োঽনুরাগেণ প্রাবোচন্নশ্রুলোচনাঃ" শ্রীনন্দমহারাজনচিংবনা অনুরাগদগী মুংশিবা মথল) মীৎলুদা পিরাং শিন্থ-শিন্থ লৎ-লৎ লাউনা শ্রীউদ্ধব তা হায়রম্মী।" মরম-সিনা তৈনরিবা মনসোবৃত্তয়—নচিংবা শ্লোক্কী মর্মস্থ শ্রীনন্দখোয়ন

অনুরাগগা লোয়নন হায়রিবনী—উদ্ধবকী চীন্দা শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরনী হায়বগী রা তারগা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যজ্ঞান পোক্লবদা রা পুম্নমক্না হায়খিবা নত্তে।

উদ্ধবকী ঐশ্বর্য্যনা নম্‌ককৃপা মত নৈনবগা মথোয়ন খল্লম্বা য়াইমা—"ঐখোয় কৃষ্ণগী মমা মপানী, কৃষ্ণদি শক্তি অমস্তুং গুণগী ওমথৈ-নাইদবা সমুদ্র গুম্বনী, অদুম ওইনমক ঐখোয়না মঙোন্দা শাথীবা লমচৎ চৎখরে, হৌজিকস্তু তৌরি। কৃষ্ণনা ব্রজদা লৈরম্বা মতমদা মঙোন্দা হুংশিবা কয়া উংখি, অদুবু হৌজিক মদু পূম্নমক তৌশিন্নবা ওইরম্লে হায়না খল্লি, নৎত্রগদি মহাক্কা কায়নরবা ফাওবদা কবিগী ঐখোয়না হিংদুনা লৈবা ওম্লিবনো? সংসারসিদা মহারাজ দশরথ মথন্তনা মপা ওইবগী গুণ চেন্‌খি—মচানুপা রামচন্দ্রন্থ লমদম তাম্না চৎখ্রে হায়বা তাকুবদদা মথন্নাই থাখি। অদুগা ঐখোয়দি হিংলি। তশেংবমক ইচা-কৃষ্ণগী মযমদা ঐখোযগী প্রেম লৈবগী রাদি থমগ্রদুনা—প্রেমগী মনমফাওবা লৈতে। ঐখোয় পা-মা ওইবদা মতৌবচাদবনী, মরমদুনা কৃষ্ণনা ঐখোযবু হুন্দোক্তুনা দেবকী-বসুদেববু মমা মপা ওইনা লৌখিবনী—উদ্ধবনা কৃষ্ণদি পরমেশ্বরনী হাযরি, পরমেশ্বরনী হায়দুনা মাগী ঐখোয়না খল্লুবদা লাম্বা ফংদবা অঙকপা স্বভাব অমা লৈবদগী কৃষ্ণনা অম্নুম্না তৌরম্বা ওইবা য়াই। অদু ওইরসনু, ঐখোযসে মাগী মপা মমা ওইবদা মতৌক চাদ্রবনী হাযদুনা থাদোকপসিদা করিস্তু চিংননঙাই লৈতে, ঐখোয়গুম্না লাইবক-থীবা কনা অমা লৈত্রে, তো ল্লদকো ঐখোয়সে।" মরুক্লুংদা অম্নুম্না খল্লদুনা কৃষ্ণ কায়নবা মৈচাক্না চাক্লদুনা অদুগা কৃষ্ণনা মখোযবু থৌওইবিদ্রে হায়বগী বাখল্না নন্দমহারাজগী পুক্লুংদা মহানুরাগদগী পোকপা মহাদৈন্য থোরকখিবদুগী ইরৈদা তাদুনা মহাক্না হায়রম্মী—"মপোকসিমদি মতৌ অম্নুম্না লেনখরে, মতুংগী মপোক অমদা শ্রীকৃষ্ণদা রতি মতি ( হুংশিবগী পূকচেল ) ওইবা, ঐখোয়না মাগী মমা-মপা মতৌক চাজ-ঙম্বা, মদুদ প্রার্থনা তৌয়ি।"—[ সখ্য, বাৎসল্য অমস্তুং মধুব ভাবকী হৌনবীদি অসিনী মদুদি কায়নবগী চাকপনে অদুগা মছাবু বিষয়ালম্বন ( পান্দম্নফম ) শ্রীকৃষ্ণনা থৌওইবিদ্রবদা ভক্তগী থম্মোইদা মহাদৈন্য থোরকয়ি, মদুদা মরম্নাই লৈরম্ব। ভাব অদু লৈবক্তে অমস্তুং দাস্যভাব থোরকয়ি। মরমদুনা নন্দমহারাজনা মথক্তা পল্লিবা চিন্তা মতৌ অসি তৌখিবনী, মনসোবৃত্তয়-নচিংবা রা হায়বা ওম্লিবনী—কৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বা খঙদুনা হায়খিবা নত্তে ] ( চক্রবর্ত্তী )।

নত্রগা, মনসোবৃত্তয়-নচিংবা শ্লোকসিনা হায়বা রাতাসিনা

নন্দমহারাজনা হায়বা নত্তে—মমাঙগী শ্লোক অদুদা হায়রি, শ্রীনন্দমহারাজ-নচিংবদি অনুরাগনা লাবৃথুখিদুনা মীৎতা পিরাং চেন্দুনা লৎ লৎ লাওনা রা ডাঙলম্মী—মসিদগী খঙবা য়াবদি, অনুরাগনা হেন্‌মন্‌খিদুনা—মরমদুনা কায়ন-মৈচাক্লা হেন্‌মন্‌খিদুনা—রা ডাঙবা হৌগৎলকপদা খনাও যুন্‌খিরম্মী, অদুনা রা ডাঙখিদ্রে—হায়বসিনী। মতমদুদা মাগা লৈমিন্নরম্বা অতোপ্পা গোপশিংনা মনসোবৃত্ত-নচিংবা রাসী হায়খিবনী, মসি নন্দমহারাজনা হায়বা নত্তে, ওইবনু ওইথোক্কে, মরমদি, "ঐখোয়গী পূকচেন্দি কৃষ্ণগী থুয়া-থম্বান্দা চঙশনু" হায়বা অসিগুম্বা প্রার্থনাসি বাৎসল্যগী অয়োবী থাক্তা লৈবা শ্রীব্রজরাজগী ওইফম থোক্কে ( বৃহত্তোষণী )।

## মূল ৬১

কর্ম্মভির্ভ্রাম্যমাণানাং যত্র ক্বাপীশ্বরেচ্ছয়া।
মঙ্গলাচরিতৈর্দানৈ রতি নঃ কৃষ্ণ ঈশ্বরে ।। ৬১ ।।

## শব্দার্থ

কর্ম্মভিঃ—প্রারব্ধকর্ম্মগী ফল মতু ইন্না, ভ্রাম্যমাণানাম্—কোয়চৎ-চৎলিবশিংগী, যত্র ক্বাপি—মফম অম-অমদা, ঈশ্বরেচ্ছয়া—ঈশ্বরগী-ইচ্ছানা, মঙ্গল-আচরিতৈঃ—(নিত্য-নৈমিত্তিক) য়াইফনবা থবক্না; দানৈঃ—দান হায়বা থবক্না রতি—নুংশিবা, নীঙবা, নঃ—ঐখোয়গী; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, ঈশ্বরে—ঈশ্বরদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী নহান্নুক্কী মপোক্তা তৌরকপা কর্ম্মফলগীদমক ঈশ্বরনা নীঙবা মতুঙ-ইন্না ( পৃথিবীসিদা নত্রগা মথক্কী লোকশিংদা ) করিনো মফম অমদা কোয়চৎ-চৎলিবা ( পোক্লু-পোক্লুরিবা ) ঐখোয়না তৌজবা মঙ্গলাচরণ ( নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম্ম ) অমসুং ( শম্মচিংবা ) দানগী মাপান্না ঈশ্বরগী মছক ওইবা কৃষ্ণদ রতি পোকপা ওইসনু।

## নৈনরোল

মথক্কী শ্লোক অসীসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌখোকপনী ( ১০/৪৭/৬৬-৬৭ )। মসদা ডাঙলবা রাসে নন্দ মহারাজনচিংবা ব্রজবাসীশিংনা মথুরাদগী লাকপা শ্রীউদ্ধবকী মফমদা ডাঙখিবনী।

শ্রীনন্দমহারাজখোয়দি নিত্যসিদ্ধ ভগবৎ-পরিবার ওাক্লী, শুদ্ধসত্ত্ব-বিগ্রহনী; মখোয়গীদি কর্ম্ম হাযবা লৈতে, মখোয়দি লীলাদং শারবনী। পদ্মপুরাণগী প্রমাণ মতুঙ ইয়া বৈষ্ণবশিংগী ফাওবা কর্ম্ম ফল ওইবা পোকপনচিংবা লেত্রে হায়, মতুদি— ন কর্ম্ম-বন্ধনং জন্ম বৈষ্ণবানাঞ্চ বিদ্যতে। মবমসিনা ভগবৎপরিকর ওইবা নন্দখোয়গী কর অমুক হায়রু-গনী? মখোয়না ভগবান্‌গী নরলীলাগী পরিকরনী হাযতুনা মখোয় মছা মছাবু সংসারী ওইনা লীলাশক্তিগী ইচ্ছাদগী থগ্গে, অতুদা মফমসিদা কর্ম্মফলগী রা অঙক পূর্ণরকপদনী।

মথক্কী শ্লোক অনীসি ৫৬ শুবা পযারগী প্রমাণ ওইনা লৌখংলিবনী।

## মূল ৬২

শ্রীদামাদি ব্রজে যত সখার নিচয়।
ঐশ্বর্য্যজ্ঞানহীন, কেবল সখ্যময় ॥ ৬২ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীদামাদি—শ্রীদাম-নচিংবা, ব্রজে—ব্রজদা, যত অদুক, সখার—মরূপ-মপাঙগী, নিচয়—ময়াম, ঐশ্বর্য্যজ্ঞানহীন—(কৃষ্ণবু) ঈশ্বরনী হায়না খঙদে, কেবল—তশেংবা, সখ্যময—মরূপ-মপাঙ ওইবগী রাখন্তনা থনবনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদামনচিংবা ব্রজদা লৈবা মরূপ মপাঙশিং পুম্নমক কৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খঙদে, মখোয়দি তশেংবা মরূপ ওইবগী রাখন্তনা থনবনী।

### নৈনরোল

শ্রীদামনচিংবা ব্রজলীলাগী সখাশিংনা পুরম্বা ভাব-তি শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বগী ভাব অতু করিমতা যাওরমদে, শুদ্ধ সখ্যভাব অতুতনী মখোয়না চেল্লম্বা। মখোয়না থল্লী—শ্রীকৃষ্ণদি মখোযগা মান্নে, করিগুম্বা হীরমদা মখোয়দগী হেন্দে, মরমতুনা মখোয়না মাম্ন মান্নবা মশেলগী ভাব লৌতুনা কৃষ্ণগা লোয়ননা কাল তৌবীগগ শান্নে, করিগুম্বা শান্নবতুদা মায়থীরবদি মখোযনা মরেংবান্দা কৃষ্ণবু হাপকৎলগা তোংহল্লী; অতুগা কৃষ্ণনা মাযথীরগা মখোয়স্তু কৃষ্ণগী মরেংবান্দা কাখৎলী, অতুগা করিমতা হঙ্গোইবা হায়বদি

চিংনবা তৌদে ; মশৌ অসুম্ন কৃষ্ণগা লোয়ননা মখোয় তোংনে-ত্তিন্নৈ। অদুবু কৃষ্ণপ্রেমগী অঙকপা স্বভাবকী মতুঙ ইন্না মখোযনা করি করিগুম্বা মতমদা মনাইদোনা কৃষ্ণগী চরণ-সেবা তৌয়ি। মখোয়না সখ্যভাবকী মী ওইরবসু দাস্যভাবকী হৌনবী সেবাদা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনবগীদমক্তা তৌনীঙঙী।

## মূল ৬৩

কৃষ্ণসঙ্গে যুদ্ধ করে-- স্কন্ধে আরোহণ।

তারা দাস্যভাবে করে চরণসেবন ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণসঙ্গে—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা, যুদ্ধ করে—লাল তৌয়ি, স্কন্ধে—লেংবান্দা, আরোহণ—তোংবা, তারা—মখোয়না, দাস্যভাবে—নাট ওইবগী মতৌদা, করে তৌয়ি, চরণসেবন খোঙ-সেবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সখাশিংনা) কৃষ্ণগা লোয়ননা লাল তৌবী শায়ে মরেং।ান্দস্থ কাখৎতুনা তোংঙী। মখোয়না দাস্যভাব পুত্তুনা মখোঙ নোইবনচিংবা সেবাসু তৌয়ি।

## মূল ৬৪

পাদসংবাহনং চক্রু কেচিত্তস্য মহাত্মনঃ।

অপরে হতপাপ্মানো ব্যজনৈঃ সমবীজয়ন ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

পাদসংবাহনম—খোঙনোইবা চক্রুঃ তৌরম্মী। কেচিৎ কনামনা; তস্য—মহাক্কী, মহাত্মনঃ—লাইবকফবশিংনা অপরে অতোপ্পা, হত-পাপ্মানঃ—পাপচেন্দবশিংনা, ব্যজনৈঃ—হুমাইনা, সমবীজয়ন্—হুমম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনা-গুম্বা লাইবক-ফবা সখাশিংনা মহাক্কী খোঙ নোইরম্মী। আতোপ্পা পাপচেন্দবা সখাশিংনা হুমাই হুমদুনা সেবা তৌরম্মী।

## ঙৈনেল্লোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ১০/১৫/১৭)। ধেনুকাসুরবু হাৎলবা মতুঙদা শ্রীকৃষ্ণবলরাম-না সখাশিংগা লোয়ননা শাম্নরম্বগী ৱাহু অসিদা হায়রি।

**হতপাপমানঃ** হাযবা শব্দগী অর্থদি পাপ চেল্লহ্নদগী কোক্লবা হাযবনী। অদুবু মফম অসিদদি মসিগী অর্থদি মতম পুম্বদা পাপ স্নুকচেন-চেন্দবা হায়না লৌগদবনী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী সখাশিংদি জীব নত্তে অদুনা করিগুম্বা মতমদা মথোয়দা পাপ চঙবা ঙমদে, মথোযদি নিত্যসিদ্ধ ভগবৎ-পরিকবনী, অদুনা মথোযগী দেহদি শুদ্ধসত্বগী দেহনী।

**মহাত্মনঃ**—মসী আর্ষপ্রয়োগ-নী, **মহাত্মানঃ** ওইগদবনী, অর্থদি—পরমভাগ্যবান্ ( যৌনা লাইবক-ফবা মী ) হায়বনী।

### মূল ৬৫-৬৬

কৃষ্ণের প্রেয়সী ব্রজে যত গোপীগণ।
যাঁর পদধূলি করে উদ্ধব প্রার্থন ॥ ৬৫ ॥
যাঁ-সভা উপরে কৃষ্ণের প্রিয় নাহি আন।
তাঁরা আপনাকে করে দাসী অভিমান ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রেয়সী—নুংশিনবী গোপীশিং, ব্রজে—ব্রজদা, যত অদুক, গোপীগণ গোপীশিং, যার—মথোয়গী পদধূলি খুয়া উৎফুল, করে—তৌয, উদ্ধব শ্রীউদ্ধব-না, প্রার্থন—নিবা, যাঁ-সভা—মথোয পুম্নমক্কী, উপরে মথক্তা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রিয়—নুংশিবা, নাহি—লেতে, আন অতৈ, তাঁরা—মথোয ( ব্রজ গোপীশিং ), আপনাকে—মছাবু, করে—তৌযি, দাসী-অভিমান—মনাইনুবী ওই হাযনা খল্লবা।

#### যৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগা নুংশিনবগী ব্রজদা লৈবী গোপীশিংগী খুযা-উৎফুলবু শ্রীউদ্ধবনা নিজে। গোপীশিংসিগী মথক্তা কৃষ্ণনা নুংশিবা অতৈ অমা লেত্রবনী। অদুগুম্বা মথোয়সু বজাগোপীশিংসু ) মহা মছাবু কৃষ্ণগী ) মনাই ওইবগী নাপঞ্জে।

## তৈনবোল

শ্রীমদ্ভাগবতমগী "নোদ্ধবোঽণ্বপি মন্ন্যূনো" ( ৩/৪/৩১ ) হায়বা শ্লোকসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—"উদ্ধ সে এঙোন্দগী মরীক অমফাদবা হন্দবা নত্তে।" অদুগা অমুক "ন তথা মে প্রিয়তম আত্মযোনির্ন শঙ্করঃ। ন চ সঙ্কর্ষণো ন শ্রীর্নৈবাত্মা চ যথা ভবান।।" ( ২১/১৪/১৫ ) হায়বা শ্লোকসিদসু শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায হে উদ্ধব। নঙবু এনা চুংশিবগুম্ যৌনা ব্রহ্মা, শিব, সঙ্কর্ষণ, লক্ষ্মী, করি হায়রী আত্মা ফাওববু এনা চুংশিদে।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা রাফমসিনা তাকপদি মহিনাদা যেংলুরে অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা চুংশিবা অমা ওইনা যেংলুবে শ্রীউদ্ধবকা মান্নবা কন'-মত্তা শ্রীকৃষ্ণগী মযমদা লৈরমদে। অদুনা শ্রীউদ্ধবনা ভক্ত পুম্নমক্কী মকোক্কী মণিনা। অদুবু কৃষ্ণবু চুংশিবদা পুঙথোই-থোইবী গোপীশিংগী প্রেম-মহিমাদি ( চুংশিবগী মতাংতা ) কযামুক ভরুভাক ওইখ্রবগে হায়ববু মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগুম্বা উদ্ধবমক্কসু মছাবু গোপীশিংদগী হেন্না হন্থে খন্দুনা গোপীশিংগী খূযা উৎফুল ফংনাঙঙী হায়না নিজন্নী। অসিগুম্বা গোপী-শিংসু মছা মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খাঙ্জ, মসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক অমা পোথংলী।

## মুল ৬৭

ব্রজজনার্ত্তিহন বীরযোষিতাং
নিজজনস্ময়ধ্বংসনস্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো
জলরুহাননং চারু দর্শয়।। ৬৭।।

ব্রজজন আর্ত্তি-হন—ব্রজদা লৈবা মীশিংগী য়াংবু কোকহনবা, বীর- অথৌবা, যোষিতাম্- মুজাশিংগী, নিজজন—নহাক্কী লোইন্-শিংগী, স্ময়—নাপল, ধ্বংসন—মাঙহন্নবা, স্মিত নোকপা, (নিজজন-স্ময়ধ্বংসনস্মিত—নহাক্কী লোইন্শিংগী নাপল মাঙহন্নবা মনোক); ভজ —নীঙঙু; সখে—হে মরূপ, ভবৎ-কিঙ্করীঃ নহাক্কী ননাই, স্ম—লেপ্পমক, নঃ—এখোয়বু, জল-রুহ-আননম্—মায়থোঙ-থম্বান্দো, চারু —পূর্ণ ও হুবা, দর্শয়—উহল্লো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রজজনগী অরাবরু কোক্‌হনবা, হে অথৌবা, হে মোমোন্‌-নোকপনা নঙগী ৎইবা মীশিংগী নাপল মাঙহল্লিবা, হে সখা ( মরূপ ), ননাইমুবী ঐখোয়বু নীঙবীযু অত্তুগা নহাক্কী পুক্নীঙ হুনঙাই ওইবা মাযথোঙ-থম্বান্দো উহন্‌বিরো।

### নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী '১০/৩১'৬'। মসি শরৎকী মহারাসদা শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলীদগী মাঙখ্রবা মতমদা কাযন-মৈচাক-চাক্লগী ব্রজগোপীশিংনা তৌখিবা তেংথারোলগী শরুক অমনী।

### মূল ৬৮

অপি বত মধুপুর্য্যামার্য্যপুত্রোঽধুনাস্তে

স্মরতি স পিতৃগেহান সৌম্য বন্ধূংশ্চ গোপান।

ক্বচিদপি স কথাঃ ন কিঙ্কর ণাঃ গৃণীতে

ভূজমগুরু সুগন্ধং মূর্দ্ধ্ন্যধাস্যৎ কদা নু ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

অপি লেপ্পমক বত – ভবাবগী মশক্কী, (অপি বত – করি হায়গনী), মধুপুর্য্যাম– মধুপুরীদা, আর্য্যপুত্র—শ্রীকৃষ্ণ অধুনা - হৌজিক আস্তে —লৈ, স্মরতি নীঙশীঙগী, স.—মহাক, পিতৃগৃহান্‌—পাস্থোগী যুম, সৌম্য—হে পুকচেল-চাউবা, বন্ধূন —মরূপশিংবু, চ – অমসুং, গোপান— গোপশিংবু, ক্বচিৎ করিগুম্বা মতমদা, অপি—সু সঃ- মহাক, কথাং— ৱা, নঃ —ঐখোয়গী, কঙ্করীণাম – মনাইমুবী শংগী, গৃণীতে— হায, ভুজম - পাম্বোম, অগুরু-সুগন্ধম– অগুরুগী মণম চেম্লবা, মূর্দ্ধ্নি- কোক্তা, কদানু –কদোমুংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সৌম্য ( পুকচেন চাউবা ), আর্য্যপুত্র ( শ্রীকৃষ্ণ ) অহু ( গুরুকুল-দগী হল্লক্লগা ) হৌজিকপু মধুপুরীদা লৈরিবরা? মহাক হৌজিক ( মহাক্কী ) পস্থৌ-শঙ্গাইশিংবু, মরূপ মপাংশিংবু, অমসুং গোপশিংবু নীঙশীঙলিবরা? মনাইমুবী ঐখোয়গী ৱারী করিগুম্বা মতমদা মহাক্কা শা-লাক্‌পরা? অগুরু-মণম-নম্বা মপাম্বোমহু ঐখোয়গী কোক্তা থম্বিগদরা?

## মৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ভ্রমরগীত হায়বা মতাওতুদা য়াওবনী (১০/৪৭/২১)। শ্রীউদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী পাও পুরক্লুনা ব্রজদা লাকপা মতমদা ব্রজগোপীশি না হংখিবা রাহুংনী।

ব্রজগোপীশিংনা মখোয মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী দাসী ওই হায়না খঞ্জে হায়বতুগী প্রমাণদি শ্লোকসিনী।

### মূল ৬৯-৭০

তাঁ-সভার কথা রহু শ্রীমতী রাধিকা।
সভা হৈতে সকলাংশে পরম অধিকা ॥ ৬৯ ॥
তেঁহো যাঁর দাসী হৈঞা সেবেন চরণ।
যাঁর প্রেমগুণে কৃষ্ণ বদ্ধ অনুক্ষণ ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

তাঁ-সভার - মখোয় পুম্নমক্কী ; কথা—রা , রহু—লৈখিশনু , শ্রীমতী রাধিকা--শ্রীমতী রাধিকা , সভা হৈতে- লোইনমক্কী , সকল-অংশে—মায়কৈ খুদিংমক্তা , পরম-অধিকা- পুকহেল হেল্লী , তেঁহো - মহাক ( শ্রীরাধিকা ) , যাঁর- মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) , দাসী—নাই মুবী ; হৈঞা —ওইতুনা , সেবেন—সেবা তৌযি , চরণ—খোঙ , যাঁর—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) , প্রেম-গুণে--প্রেম-গুণা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , বদ্ধ—পুল্লবা ওই , অনুক্ষণ- মতম পুম্বদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় লোইনমক্কী ( ব্রজগোপীশিংগী ) রাদি থমথিসিনী , শ্রীমতী রাধিকাসে মখোয় পুম্বদগী হীরম-মায়কৈ-খুদিংমক্তা পুগুহেল হেন্নবনী। মহাকনু ( শ্রীমতী রাধিকানু ) মনাইমুবী ওইনা চরণ-সেবা তৌয়ি। মহাক্কী প্রেম-গুণ অতুনা মতমপুম্বদা কৃষ্ণবু ফ। পুন্বা ওন্মী।

### মূল ৭১

হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ ক্বাসি ক্বাসি মহাভুজ।
দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম্ ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

হা-নাথ—হে নাথ, রমণ- মপুরোইবনা পীকম-থোকপা স্থংঙাইবা পীনরিবা, শ্রেষ্ঠ—খ্বাইদগী হেন্না ফু শিবা, ক- কদায়দা, অসি— (নহাক) লৈ, ক—কদায়দা, অসি—লৈ, মহাভুজ হে পাঙ্গোম-লিংবা, দাস্যাঃ—মনাই মুজাশিংগী, তে—নহাকী, কৃপণাযাঃ- নঙগা কায়নবদগী যাম্না কন্না রারবী, সখে—হে এগী মরূপ, দর্শয়—উহল্লু, সন্নিধিম- নাক্তো।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হা নাথ, হে রমণ। হে শ্রেষ্ঠ (খ্বাইদগী হেন্না ফুংশিনা)। কদাযদা লৈ, কদায়দা লৈ? হে মহাভুজ, এখোযসে ননাইহন্নবী ঙাক্রা, নঙগা কাযনবগী মৈচাক্না চাক্লবী ঙাক্ল।, এডোন্দা, হে সখে, নঙগা নক্লবত্নু পীবিবো।

### নৈনবোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনা (১০,৩০/৩৯)। শ্রীমতী রাধিকামকস্নু কৃষ্ণগী দাসীনী হায়রগা হরাংজৈ। মসিগী প্রমাণ ওইনা নৈনরিবা শ্লোকসি লৌখৎপনী

#### শ্লো। ৭২

দ্বারকাতে রুক্মিণ্যাদি যতেক মহিষী।
তাঁহারাও আপনাকে মানে কৃষ্ণদাসী॥ ৭২ ।

### শব্দার্থ

দ্বারকাতে- দ্বারকাদা রুক্মিণী-আদি রুক্মিণীনচিংবা, যতেক—অতুথক, মহিষী—লৈমা, তাঁহারাও—মখোযস্তু, আপনাকে—মছা মছাবু, মানে- লৌজৈ, কৃষ্ণদাসী কৃষ্ণগী মনাইন্নুবী ওই হাযনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকাদা রুক্মিনীনচিংবা লৈমা লৈরন্বা মখোয়স্নু মছা মছাবু কৃষ্ণগী মনাইন্নুবীনী হায়না লৌজৈ।

## মূল ৭৩

চৈদ্যায় মার্পয়িতুমুদ্যতকার্মুকেষু
রাজস্বজেয়ভট-শেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ।
নিন্যে মৃগেন্দ্র ইব ভাগমজাবিযূথাৎ
তচ্ছ্রীনিকেতচরণোঽস্তু মমার্চ্চনায় ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

চৈদ্যায- শিশুপালদা, মা—ঐবু, অর্পযিতুম্—পীথোক্কদবগীদমক, উদ্যত—থাঙ্গৎলবা, কার্মুকেষু মাগী লৈরুৎ তেল, উদ্যতকার্মুকেষু—লীরং-তেল পায়খৎলম্লবা, রাজসু—(জরাসন্ধনচিংবা) নিংথৌশিং, অজেয-ভট-শেখরিত-অঙ্ঘ্রিরেণু—মাগী খুয়াগী উৎযুম্না, মাযথীডমদ্রবা বীরশিংগী মুকুট মণি ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ, নিন্যে—পুরক্লম্মী, মৃগেন্দ্র—নোংশা, ইব—গুম্না, ভাগম—শরুক অজ অ বযূথাৎ—হামেং যাওশিংগী লূপ্লক্তগী, তৎ শ্রীনিকেতচরণ—ফজব লৈতেগী মহুম ওইবা মখোঙ, অস্তু—ওইসনু, মম—এগী, অর্চ্চনায—পূজা তৌনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিশুপালগী মথুক্তা ঐবু পীথোক্কদবগী দমক (জরাসন্ধনচিংবা) নিংথৌ-শিংনা লীবং-তেল পায়খৎলবদা, মহাক্কী খুয উৎফুম্না, মায়থীডমদ্রবা বীর-শিংগী মুকুট-কুম ওইখিরম্বা অমসুং হামেং-যাওশিংগী লূপ্লক্তগী নোংশানা মশরুক মুন্দূনা লৌবগুম মহাক্না (নিংথৌশিংগী মরক্তগী) ঐবু (হুরান্দুনা দ্বারকাদা) পুরকখিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীগী (ফজবা-লৈতেগা) সঙ্গাই-ওইবা চরণ অদুগী সেবাদু মতম পূদ, ঐগী ওইবা ওইসনু।

### তৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী (১০/৮৩/৮)। মসি শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা শ্রীরুক্মিণীনা হায়খিবা বানী। মপাবুং অমসুং মবুগনা শ্রীরুক্মিণী-দেবীবু শিশুপালদা পীরগা লুহোংবিগে তৌখি। শ্রীরুক্মিণীনা লোম্না চিঠি ইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইজরে অদুগা থুনমক লেঙলক্লগা মহাকপু কণবিররো হায়জখি। মদুগী মতুং ইম্না শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলক্তুনা শ্রীরুক্মিণী দেবীবু পুদুনা লেঙলম্লবদা জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণদগী রুক্মিণীবু

মুন্নবা হোংনখি, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় পূন্নমকপু মায়থীবা পীরগা রুক্মিনী-দেবীবু দ্বারকাদা পুরকখি। শ্লোকসিদা, ব্রারোনসিগী ইঙ্গিত তৌদুনা শ্রীরুক্মিণী দেবীনা মরায়দক ফবা অতুগা মথক্তবু তোন্না খঙ্গবগী ব্রা ফোঙদোকখি।

## মূল ৭৪

তপশ্চরন্তীমাজ্ঞায় স্বপাদস্পর্শনাশয়া।
সখ্যোপেত্যাগ্রহীৎ পাণিং সাহংতদগৃহমার্জ্জনী ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

তপঃ — তপ ( হকচাঙগী অবাবা খাঙদুনা লাইনীঙবা ), চরন্তীম্— চৎলিবীবু, আজ্ঞায়— খঙলদুনা, স্বপাদ-স্পর্শন-আশয়া— মছামক্কী খোঙ শোক্নীঙবগী আশাদা সখ্যা — সখা ( অর্জ্জুনগা ) লোয়ননা, উপেত্য— ইনাক্তা লাক্লুনা, অগ্রহীৎ পাযবিখি, পাণিম্ - খূৎ, সা—হুপী মহাক-তো, অহম - ঐ, তৎ-গৃহ মার্জ্জনী— মাগী যুমগী ব্রাইশীৎ-ব্রাইতৈবী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী চরণ-শোক্চনীঙবী ওইদুনা তপ-তৌজবীনী হায়না ঐবু খঙবিদুনা, মাগী সখা অর্জ্জুনগা লোয়ননা লেঙলক্লগা ঐবু হুপী ওইনা লৌবিখিবা শ্রীকৃষ্ণ অতুগী ঐসে যুমগী বাইশীৎ-ব্রাইতৈবী মীনাইনে (হাযবদি মহাক্কী য়ুম্লেমা ওইবদ। মতীক চাজদে )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/৮৩/১১ )। মসিদা য়াওরিবা ব্রাসি শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা কালিন্দীদেবীনা হায়খিবনী। মহাক্কী সূর্য্যগী ( হুমীৎকী ) মচানুপীনী অদুগা যমুনা তুরেনগী অধিষ্টাত্রী দেবীনী। শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইজগে হায়না মহাক্না তপ তৌজখি, সূর্য্যদেবনা যমুনাগী ইরোম্নুংদা মাগীদমক পুরী অমা শারগা পীবিখ, মদুদা লৈরগা মহাক্না তপস্যা তৌখি। নোংমা অর্জ্জুনগা শ্রীকৃষ্ণগা শাদানবা লেঙবদা কালিন্দী দেবীনা লৈরম্বা মফমদুগী মনাকব্রাইদা যমুনা তোর্বান্দা য়োৎকখি। শ্রীকৃষ্ণনা কালিন্দীবু উরদুনা অর্জ্জুনবু থাভন্নগা মরোল হংহন্খি। অর্জ্জুন দু কালিন্দী-দগী ব্রারোল পূম্বা খঙলগা শ্রীকৃষ্ণদা পাউদমখি। অদুদগীদি শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগা লোয়নবগা কালিন্দীবু অহানবদা হস্তিনাপুরদা পুরকখি, মতুঙদা দ্বারকাদা পুরল্লগা মহাকপু হেনবী মতুঙ ইন্না লুহোংখি।

## মূল ৭৫

আত্মারামস্য তস্যেমা বয়ং বৈ গৃহদাসিকাঃ ।
সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যাদ্ধা তপসা চ বভূবিম ॥ ৭৫ ॥

## শব্দার্থ

আত্মারামস্য—মথন্তনা পেঞ্জওম্বা ভগবানগী , তস্য—মহাক্কী , ইমা —অসি , বয়ম্—ঐখোয় , বৈ—লেপ্নমক , গৃহদাসিকাঃ—ইমুংগী মীনাই-নুবীনী , সর্ব্বসঙ্গ—সঙ্গ পূম্বা , নিবৃত্ত্যা—লাম্থোক্কুনা ; অদ্ধা—হকথেংননা (সাক্ষাৎ) , তপস্য—তপস্যাগী মপান্না , চ—অমসুং , বভূবিম—ওইজেযে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয পূম্নমক্নে সঙ্গ পূম্নমক ( লন অমদি ইচানচিংবা বিষয় পূম্বগী অপাম্বা) থাদোক্কুনা অমসুং তপস্যাগী মপান্না মথন্তনা পেঞ্জওম্বা (আত্মারাম) শ্রীভগবানগী সাক্ষাৎ ( তশেংবা ) যূম্নাই-নুবী-ওইজরবনী ।

## নৈনহ্নোল

শ্লোকসি শ্রীমদভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/৮৩/৩৯ ) । শ্লোক-সিদা হায়বিবা ৱাসি শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা শ্রীলক্ষ্মণাদেবীনা হায়খিবনী । মহাক্না দ্রৌপদীগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগা মাগা লুহোংনবগী ৱারী তম্বদা খিত্তং ইকায়-ৱম্মী , মতমদুদা মাবু হনবী শ্রীরুক্মীণীনচিংবীশিংগী পেন্নবা হায়দুনা মছাদগী বা হাযবা তোক্কুনা মযামগী ওইনা হাযবগা মখোয নীপান্না শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনুবী ওইবদা ফবা লাইবক্কী ৱাহ্ন ফোঙদোক্লম্মী ।

ইমা বয়ং—ঐখোয পূম্নমক্নি , রুক্মিণী, সত্যভামা, জাম্ববতী, কালিন্দী, ভদ্রা, সত্যা মিত্রবিন্দা অমসুং লক্ষ্মণা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা নীপান অসিবু তমদুনা ইমা শব্দনা খঙহনবনী ।

আত্মারামস্য—আত্মারাম ( মথন্তনা পেঞ্জওম্বা ) শ্রীকৃষ্ণগী । শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিংসি স্বরূপকী হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তি ওইরনী , অদুনা মখোযদু শ্রীকৃষ্ণগী মছাদগী থোকপনি ( আত্মভূতা-নী ) শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদ , মরমদুনা মহাক পূর্ণ ( মপুঙফাবা ) ওইরবসু লৈমশিংসিগা শান্নে—মদুদা মহাক্না আত্মারাম ওইবদু হন্থরকপা নত্তে ।

## মূল ৭৬-৭৭

আনের কি কথা, বলদেব মহাশয়।
যাঁর ভাব—শুদ্ধসখ্য-বাৎসল্যাদিময় ॥ ৭৬ ॥
তেঁহো আপনাকে করেন দাস ভাবনা।
কৃষ্ণদাস-ভাব বিনু আছে কোন্ জনা ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

আনের—অতৈগী, কি—করি, কথা—রা, বলদেব মহাশয়—(শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বু) বলদেব মহাশয়, যাঁর—মহাক্কী, ভাব—রাখল, শুদ্ধসখ্য—মক্তুবা মরূপ ওইবা, বাৎসল্য-আদিময়—মচা-মনাও ওইনা কৃষ্ণবু নীঙবগী, তেঁহো—মহাক্ন, আপনাকে—মছামথন্তবু, করেন—তৌয়ি, দাস-ভাবনা—নাই ওইবগী রাখল, কৃষ্ণদাস-ভাব—কৃষ্ণ-মনাইনী হায়বগী রাখল, বিনু—নত্তনা, আছে—লৈ, কোন্—করম্বা, জনা—মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈগী রাদি করি হায়গনী? কৃষ্ণগী ময়াম্বু বলদেব মহাশয়গী (রা পনবা যাই)। মহাক্কীদি তশেংবা মমান্নবা ওইবগী (সখ্যগী) ভাব অহুনী অহুগা বাৎসল্যভাব ঙাক্তনী। অহুগা মহাক্-সু মছামকপু মনাইনী হায়না খঞ্জে। কৃষ্ণগী মনাইনী হায়বা ভাব নত্তনা কনা অমা লৈবগে?

### নেনরোল

শ্রীবলদেবনা মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়না খন্বগী প্রমাণদি শ্রীভাগবতমগী শ্লোক ১০/১৩/৩৭—'প্রায়ো মায়াস্তু মে ভর্তু' [ঐগী ভর্তাগী মায়ানী মসি] হায়বা অসিনা ওইরি। ভর্ত্তা শব্দদি প্রভু (মবুংঙো) হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণবু মহাকী প্রভুনী হায়বসিনা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হায়বসি তাক্লবনী।

## মূল ৭৮

সহস্রবদনে যেঁহো শেষ সঙ্কর্ষণ।
দশ দেহ ধরি করেন কৃষ্ণের সেবন ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

সহস্রবদনে—(মচীন-লীশীঙ-লোঙবা) অনন্তদেব, যেঁহো—মহাক,

শেষ সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণগী অবতার ভগবান্ শেষ, দশ—তরা; দেহ—হকচাঙ, শক্তম, ধরি—লৌহ্না, করেন—তৌয়ি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, সেবন—সেবা, থৌগল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅনন্তদেবনা শেষ সঙ্কর্ষণ ওইনা ওইনা দেহ তরা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি।

## নৈনরোল

**দশ দেহ**—ছত্র ( পে ), পাদুকা ( খুদোল ), শয্যা ( ফমুং ), উপাধান ( কোক্কী মোন ), বসন (থোন্নবা নমখাঙ অমদি খাঙচেৎনচিংবা), উপবন ( লৈকোন ), বাসগৃহ ( শঙগাই ), যজ্ঞসূত্র ( লুগুন ), সিংহাসন ( তাঙবল ), অমসুং কোকথক্তা পৃথিবী-পুবা শেষ—দেহতরা অসিনী। শক্তম তরাসি লৌবগা অনন্তদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌযি। ১/৫/১২৩—১২৪ শুবা মূল পযার অদু যেংবিযু।

## মূল ৭৯

অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডে রুদ্র—সদাশিবের অংশ।

গুণাবতার তেঁহো সর্ব্ব-অবতংস ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

অনন্ত—শীঙলাক-ঙমদবা, ব্রহ্মাণ্ডে—ব্রহ্মাণ্ডদা, রুদ্র—শিব, সদাশিবের—সদাশিবগী, অংশ—থোরকপা শরুক, গুণ-অবতার—তমঃগুণ লৌহ্না তৌবা অবতার, তেঁহো—মহাক্না, সর্ব্ব-অবতংস—লোইনমক্কী লৈতেং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শীঙলাকঙমদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা লৈবা অমসুং সদাশিবগী অংশ ওইবা রুদ্র ( শিব ) অদু গুণ-অবতারনী, মহাক ( লাই ) পুম্নমক্কী লৈতেংনী।

## নৈনরোল

**রুদ্র**—রুদ্র তরামাথোইনী। রুদ্রদি ভগবান্ শিববু হায়রিবনী। **সদাশিব**—মহাকসি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-মূর্ত্তিনী, পরব্যোমগী মনুঙদা লৈবা শিবলোক অদুদা সদাশিব লৈবনী। মহাক নির্গুণ হায়বদি প্রাকৃত

গুণগী রাংমদনী। অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডশিংদা অনন্ত রুদ্র লৈ, মখোয় খুদিংমক সদাশিবগী অংশ ওাক্নী, অদুগা মখোয় খুদিংমক সগুণ ওাক্নী। তমঃগুণ লৌদুনা গুণাবতার ওইনা জগৎতা অবতার তৌরিবা সদাশিবগী অংশদুবু রুদ্র নত্রগা শিব কৌযি। রুদ্র হায়বদি শিব অসি জগৎকী প্রলয়কর্ত্তানী ( তুমহন্নবা মপুনী )।

## মূল ৮০

তেঁহো যে করেন কৃষ্ণের দাস্য-প্রত্যাশ।
নিরন্তর কহে শিব—মুঞি কৃষ্ণদাস ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

তেঁহো—মহাক ( শিব ), করেন—তৌযি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; দাস্য-প্রত্যাশ—মনাই ওইবগী আশা, নিরন্তর—অতৎ-অথম লৈতনা, কহে—হায়, শিব—শিব-না, মুঞি—ঐ, কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণগী মনাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্ন, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইনীঙ্ঙী। শ্রীসদাশিবনা তৎতনা হায় 'ঐহাক শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী।'

### টৈনবয়োল

শিবনা শ্রীকৃষ্ণগী দাস ( মনাই ) ওইবা পাম্মী—শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌনীঙ্ঙী হায়বসি শ্রীভাগবতমগী শ্লোক অমনা হায়রি। মদুদি—"ভজে ভজেন্যারণপাদপঙ্কজং ভগস্য কৃৎস্নস্য পরং পরায়ণম ( ৫/১৭/১৮ )।" মসি সঙ্কর্ষণস্তব-তা শ্রীশিবনা হায়বনী। মসিগী ভাবার্থদি—"হে ভজনতৌফম ওইরিবা, ঐ নহাকপু ভজন তৌজে, নহাক্কী খুযা-থম্বান্দি লোইনমক্কী তুঙফম্মী ( আশ্রয়নী ), নহাক ঐশ্বর্য্য মখল তরুকমক্কীসু তুঙফম্মী।"

## মূল ৮১

কৃষ্ণপ্রেমে উন্মত্ত বিহ্বল দিগম্বর।
কৃষ্ণগুণ-লীলা গায় নাচে নিরন্তর ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রেমে—শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবনা উন্মত্ত—ময়াইকাবা, বিহ্বল—বিভুলা চুবা, রাখল চোইবা; দিগম্বর—শিব নত্রগা ফি-থোকপা,

কৃষ্ণগুণলীলা— শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অমসুং লীলা, গায় শর্ৎশাল্লী, নাচে— জগোই শাই ; নিরন্তর— তত্তনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবদগী ময়াই-কাখিবনা মহাক বিভুলা চুখি অদুগা ফি থোক্কুনা (নক্রগা ফি-শেত্তবা শিব-না) তত্তনা জগোই শাখি অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অমসুং লীলাবু শক-শোনখি ।

## মূল ৮২

পিতা-মাতা-গুরু-সখা ভাব কেনে নয় ।

প্রেমের স্বভাবে দাস্যভাবে সে করয় ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

পিতা— পাম্থৌ, মাতা— পাল্লেম, গুরু থক-পোংবা মা, সখা— মরূপ— মপীজা ভাব — ভাব কেনে নয়— ওইগে হায়বা অমা ওইসনু, প্রেমের প্রেমগী, স্বভাবে— লাচংনা, দাস্য ভাবে— নাই ওইবগী ভাব তা, সে মহাক, করয় তৌযি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাম্থৌ পাল্লেম-গুরুজন সখাগী ভাব ওইগে ওইসনু, কৃষ্ণবু নুংশিবগী স্বভাব তনা মখোযদো নাই ওইবগী ভাব অদু হেন্না তৌযি ।

## মূল ৮৩

এক কৃষ্ণ সর্ব্বসেব্য জগত-ঈশ্বর ।

আর যত সব তাঁরে সেবকানুচর ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

এক কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ অদুমতা সর্ব্ব-সেব্য— পুম্নমক্কী সেবা তৌফম্মী, জগত-ঈশ্বর— জগ কা মপু ঈশ্বর, আর— অতৈ যত সব—লৈরিবা পুম্না, তাঁর— মহাক্কা, সেবক অনুচর— সেবা তৌবা তুংইনবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ অদুমতনী পুম্নমক্কী সেবা-তৌফম ওইবা অদুগা জগৎকী মপু ওইরিবা । অতৈ লৈরিবা খিবক্তো মহাক্কী সেবক (মনাই) তুংইন্বা ভাক্কী ।

## মূল ৮৪

সেই কৃষ্ণ অবতীর্ণ—চৈতন্য ঈশ্বর।
অতএব আর সব তাঁহার কিঙ্কর ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণ অদুনা, অবতীর্ণ- নোংশুম্নকপা, চৈতন্য-ঈশ্বর—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ভগবান, অতএব- মরমদুনা, আর- অতৈ, সব—পুম্নমক, তাঁহার--মহাক্কী ; কিঙ্কর- নাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ অদুনা অবতার তৌবকপা শ্রীচৈতন্য ভগবান্নী। মরমদুনা অতৈ পুম্নমক্তি মহাক্কী মনাইনী।

## মূল ৮৫

কেহো মানে কেহো না মানে, সব তাঁর দাস।
যে না মানে, তার হয় সেই পাপে নাশ ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

কেহো কনানা, মানে—যাই, কেহো- কনানা, না মানে—য়াদে, সব—লোইনমক, তাঁর মহাক্কী, দাস নাই, যে- মহাক, না মানে—য়াদে, তার—মহাক্কী, হয- ওই, সেই পাপে—পাপ অদুনা, নাশ—মাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা যাগনী, কনামনা যারোই, অদু ওইরবসু পুম্নমক মহাক্কী মনাই ওাক্তনী। মহাক্কী যাদবা কৌবা পাপ অদুগী ফল ওইনা মহাক মাঙ-তাকৃচনী।

### টৈনন্রোল

শ্রীকৃষ্ণ (হায়বদি শ্রীচৈতন্য) অসিনা স্বরূপকী হায়রবদি জীব পুম্নমক্কী সেব্য-নী (সেবা তৌফম্নী) অদুগা পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী (হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী) সেবক-নী (সেবা তৌবা মীনী), মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণবু (হায়বদি শ্রীচৈতন্যবু) সেব্য-নী হায়না মানিদ্রিবা মী অদুসু শ্রীকৃষ্ণগী (হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী) দাসনী (মনাইনী) অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা (হায়বদি শ্রীচৈতন্যনা)

মহাক্কী প্রভুনী ; অদুনা সেব্য-সেবক অনীগী সম্বন্ধতু য়ানীওঙ্ক্রবদু সম্বন্ধতুদি তৎপা যাদে, মরমদি সম্বন্ধদো স্বরূপকী তুংইনবা সম্বন্ধনী। মানিরিবা মহাক্কী প্রভুসু শ্রীকৃষ্ণনা (হায়বদি শ্রীচৈতন্যনা) ওইবগুম্না, মানিদবা মহাক্কী প্রভুসু শ্রীকৃষ্ণনী ( হাযবদি শ্রীচৈতন্যনী )। অদুবু মানিদবা মহাক্কীদি মরাল ( অপরাধ ) লৈবি, মরাল অদু লৈবনা মহাক্কী পুন্নাও মাওবা হায়বদু ওইরনী, অদুনা মহাক লৈখা তাদুনা সংসারদা হন্না হন্না পোক্ল শির তৌদুনা মহাক অব্রাবা নংলগনী। কনাগুম্বনা মছামক্কী পোরকৃকম্ ওইবা ঈশ্বরবু ভজন তৌব্রবা অদুগা থৌশাদ্রবা, অদু ওইরবদি মহাক মযম তাদুনা লৈখা তারগনী হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতমগী বচন অশেওবনী, মদুদি- “যঃ এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম। ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ॥ শ্রীভা. ১১/৫/৩॥”

## মূল ৮৬

চৈতন্যের দাস মুঞি চৈতন্যের দাস।
চৈতন্যের দাস মুঞি তাঁর দাসের দাস॥ ৮৬॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যের --শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দাস—মনাই, মুঞি—ঐহাক, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দাস মনাইনী, চৈতন্যের দাস মুঞি —ঐহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দাস—মনাইনা চৈতন্যের দাস মুঞি— ঐহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনাইনী, তাঁর- মহাক্কী, দাসের- মনাইগী, দাস—মনাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনাইনী শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী, ঐহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনাইনী, মহাক্কা মনাইগী মনাইনা।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা হায়রম্মী—“লোইনমক শ্রীচৈতন্যগী মনাই ওাক্তনীনা ঐহাকসু মহাক্কী মনাইনী” যাম্না নোম্ননা অমূকসু হায়রম্মী- “ঐহাক শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী, মহাক্কী মনাইগী মনাইনী।”

তার দাসের দাস- শ্রীচৈতন্যগী দাসদি শ্রীনিত্যানন্দনী, মহাক্কী

অংশ (মরমতুনা সেবক) ওইরিবনা শ্রীসঙ্কর্ষণনী, শ্রীসঙ্কর্ষণগী অংশ ( মরমতুনা সেবক ) ওইরিবনা শ্রীমহাবিষ্ণুনী ; মহাবিষ্ণুনা শ্রীঅদ্বৈত ওইনা অবতার ত্তৌবনী , মরমতুনা শ্রীঅদ্বৈতসি শ্রীকৃষ্ণগী হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী দাস অনুদাস-নী ( দাসানুদাস হায়বদি মনাইগী মনাইনী ) ।

## মূল ৮৭

এত বলি নাচে গায় হুঙ্কার গভীর ।

ক্ষণেকে বসিলা আচার্য্য হৈঞা সুস্থির ॥ ৮৭ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিখক , বলি-হায়তুনা , নাচে—জগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শকয়ি , হুঙ্কার—অশুঙবা খোল্লাও , গভীর—অরূম্বা , ক্ষণেক—ভাইহাক লৈবগা , বসিলা- যংথরে , আচার্য্য--শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , হৈঞা ওইদুনা , সুস্থির—মিহুন হন্থবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বা খরসি হায়বগা জগোই শাই, ঈশৈ শকযি, অমুগা কৃষ্ণপ্রেমগা থুম্নথিদুনা খোল্লম্না ওঙলম্মী । ভাইহাক লৈবগা আচার্য্যনা মিহুন হন্থদুনা ফম্লম্মী ।

## মূল ৮৮

ভক্ত-অভিমান মূল শ্রীবলরামে ।

সেইভাবে অনুগত তাঁর অংশগণে ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

ভক্ত-অভিমান—ভক্তনী হায়জবা , মূল—মরু , শ্রীবলরামে—শ্রীবলরামদা , সেইভাবে—মতৌ অদুমা , অনুগত তুইনবা , তাঁর—মহাক্কী , অংশগণে—অংশশিংনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ঐহাক ভক্তনী' হায়বা ভাব অদুগী মরুদি শ্রীবলরাম-নী । মহাক্কী অংশশিংনা ( ভক্তগী ) ভাব অদু লৌদুনা মহাক্কী মতূঙ ইল্লী ।

## মূল ৮৯

তাঁর অবতার এক শ্রীসঙ্কর্ষণ।
'ভক্ত' করি অভিমান করে সর্ব্বক্ষণ ।৮৯॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (শ্রীবলরামগী), অবতার—অবতার, এক—অমদি, শ্রীসঙ্কর্ষণ—শ্রীসঙ্কর্ষণী, ভক্ত করি—ভক্তনী হায়দুনা, অভিমান—খঙ্গবা, করে—তৌযি, সর্ব্বক্ষণ—মতম পুম্বদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীবলরামগী ) অবতার অমদি শ্রীসঙ্কর্ষণী, ( শ্রীসঙ্কর্ষণ অদুনা ) মছাবু ভক্তনী হায়না মতম পুম্বদা খঙ্গে।

## মূল ৯০

তাঁর অবতার এক—শ্রীযুক্ত লক্ষ্মণ।
শ্রীরামের দাস্য তেঁহো কৈল অনুক্ষণ ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীবলরামগী ), অবতার—অবতার, এক—অমা, শ্রীযুক্তলক্ষ্মণ—শ্রীলক্ষ্মণ, শ্রীরামের—শ্রীরামগী, দাস্য—নাই ওইবা, তেঁহো—মহাক্না, কৈল—তৌখি, অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (শ্রীবলরামগী) অবতার অমনা শ্রীলক্ষ্মণী, মহাক্না মতম পুম্বদা শ্রীরামগী মনাই ওইনা লৈ।

## মূল ৯১

সঙ্কর্ষণ-অবতার কারণাব্ধিশায়ী।
তাঁহার হৃদয়ে ভক্তভাব অনুযায়ী ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্কর্ষণ-অবতার—সঙ্কর্ষণগী অবতারনী, কারণাব্ধিশায়ী—কারণ-সমুদ্রদা হীপ্লা মহাবিষ্ণু নাবায়ণদি, তাঁহার—মহাক্কী, হৃদয়ে—থম্মোইদা, ভক্তভাব—ভক্ত (মনাই) ওইবগী ভাব; অনুযায়ী—মতমপুম্বদা লৈবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাবণার্ণবশাযীদি সঙ্কর্ষণগী অবতার-নী। মহাক্কী মপুক্লীওদা ভক্ত ওইবগী বাখল তত্তুনা থল্লী।

## মূল ৯২

তাঁহার প্রকাশভেদ অদ্বৈত আচার্য্য।
কাযমনোবাক্যে তাঁর ভক্তি সদা কার্য্য ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ( কারণাব্ধিশাযীগী ), প্রকাশভেদ—তোঙানবা শকফোঙ অমা, অদ্বৈত আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনী, কায-মন.-বাক্যে—হকচাঙ পুক্লীঙ অমসুং ৱাহৈনা, তাঁর—মহাক্কী, ভক্তি—ভক্তি, সদা—মতম পুম্নমক, কার্য্য—মথৌনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( কারণার্ণবশায়ীগী ) তোঙানবা প্রকাশ অমনা অদ্বৈত আচার্য্যনী। অদ্বৈতাচার্য্যগী মতম পুম্নমক পুক্লীঙ, হকচাঙ অমসুং ৱাহৈ যাওনা তৌবা মথৌসু ভক্তিনী।

## তাৎপর্য্য

শ্রীসঙ্কর্ষণ-দি বলরামগী অবতার ওইবা অংশনী, মহাক্কী অবতার ওইবা অংশ অমনা শ্রীলক্ষ্মণ-নী। সঙ্কর্ষণগী অবতার ওইবা অংশদি কারণাব্ধিশাযী নারায়ণনী অদুগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা কারণাব্ধিশায়ীগী শকফোঙ ( আবির্ভাব ) অমনী। মথোয় লোইনমক শ্রীবলরামগী অংশগী অংশনী হায়রুনা ভক্ত ওইবগী ভাব অদু মথোযদসু লৈ।

## মূল ৯৩

বাক্যে কহে—'মুঞি চৈতন্যের অনুচর'।
মুঞি তাঁর ভক্ত'—মনে ভাবে নিরন্তর ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

বাক্যে—বাহৈদা, কহে—হায়, মুঞি—ঐহাক, চৈতন্যের অনুচর

—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনাইনী , মুঞি—ঐহাক , তাঁর—মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যগী) , ভক্ত—ভক্তনী , মনে—পুক্কীওদা , ভাবে—খল্লী , নিরন্তর —তত্তনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ) ব্রাহৈদা হায়—"ঐহাক শ্রীচৈতন্যগী ভুংইনবা মনাইনী ।" 'ঐহাক মহাক্কী ভক্তনী' হায়না তত্তনা খল্লী ।

## মূল ৯৪

জল তুলসী দিয়া করে কায়েতে সেবন ।

ভক্তি প্রচারিয়া সব তারিলা ভুবন ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

জল—ঈশীঙ , তুলসী—তুলসী মনা , দিয়া—কৎতুনা , করে—তৌয়ি কায়েতে—হকচাঙনা , সেবন—সেবা , ভক্তি—ভক্তি , প্রচারিয়া —শন্দোক্তুনা , সব—পূম্নমক , তারিলা—লানবিখি , ভুবন—জগৎ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাজলগা তুলসীমনাগা কৎলগা হকচাঙনা ভগবানবু সেবা তৌয়ি । ভক্তি প্রচার তৌতুনা জগৎ পূম্নবু লানবিখি ।

## মূল ৯৫

পৃথিবী ধরেন যেই শেষ সঙ্কর্ষণ ।

কায়ব্যূহ করি করেন কৃষ্ণের সেবন ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

পৃথিবী—মালেম , ধরেন—পুই , যেই—মা , শেষ—সঙ্কর্ষণ—শেষগী ( অনন্তদেবগী ) মচুক ওইবা সঙ্কর্ষণনী , কায়ব্যূহ—শাযোন মযাম , করি—পুথোক্তুনা , করেন—তৌয়ি , কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী , সেবন—সেবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালেম—কোকথোঙ-নারিবা শেষগী মচুক লৌবা সঙ্কর্ষণ অহনা শাযোন কয়া পুথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌয়ি ।

## নৈনরোল

শ্রীসঙ্কর্ষণনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইবগুম্না মালেম-কোক্‌খোঙনারিবা শেষ-সু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনী মহাক্না শ্রীবলরামগী অংশ-কলা ওইবনীনা মঙোন্দসু ভক্ত ওইবগী অভিমান লৈ। মহাক্না পৃথিবীবু কোক্‌থোঙ নারগা ভগবান্‌গী সৃষ্টি-রক্ষাগী মচুক ওইবা সেবা তৌরি অতুগা ছত্র-চামরনচিংবা ছক মথল মখা লৌতুনসু ( কায়ব্যূহ পুথোক্তুনসু ) শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ-সেবা তৌযি।

## মূল ৯৬

এই সব হয় শ্রীকৃষ্ণের অবতার।

নিরন্তর দেখি সভায ভক্তির আচার ।। ৯৬ ।।

## শব্দার্থ

এই—মসি, সব—পুম্নমক, হয়—ওই, শ্রীকৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, অবতার—অবতার, নিরন্তর—তত্তনা, দেখি—উই, সভায়—পুম্নমক্তা, ভক্তির—ভক্তিগী, আচার—শাজৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুম্নমক অসি ( শ্রীবলরামদগী হৌরদুনা শেষ সঙ্কর্ষণ ফাওবসি ) শ্রীকৃষ্ণগী অংশাংশনচিংবা অবতার ওাক্নী। অতুম ওইনমক মখোয় পুম্নমক্কী শাজৎতি ভক্ত-শাজৎ ওইনা ওাক্তা ঐখোয়না উবা ফংঙী।

## মূল ৯৭

এ সভাকে শাস্ত্রে কহে—'ভক্ত-অবতার'।

ভক্ত-অবতার পদ উপরি সভার ।। ৯৭ ।।

## শব্দার্থ

এ সভাকে—পুম্নমক অসিবু, শাস্ত্রে—শাস্ত্রনা, কহে—কৌয়ি, ভক্ত-অবতার—ভক্ত ওইনা তৌবা অবতার, ভক্ত-অবতার—ভক্ত ওইবা অবতার, পদ—ফম, উপরি—মথক্তনী, সভার—পুম্নমক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্রনা মখোয় পুম্নমকসিবু ভক্ত অবতার হায়না কৌয়ি। ভক্ত-অবতার হায়বা পদবীসিদি ( ফমসিদি ) পদবী পুম্নমক্কী মথক্নী।

## মৈনক্লোল

শ্রীবলদেব-ন চিংবা পূম্নমক্কী স্বরূপকী হাৎরগদি মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনী অদুবু মখোয়গী আচরণ ( শাজৎ ) য়েংলগদি মখোয় ভক্তনী , মরমদুনা মখোয়সিবু ভক্ত-অবতার হায়বদি ভক্তগী মচক ওইবা অবতারনী হায়রিবনী ।

মখোয়সি স্বরূপকী য়েংলগদি শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব বিশেষ গুাক্তনীনা মখোয়সি, কৃষ্ণগা মান্নে হায়বা তাই ( তৌবগীবুদি শক্তি উৎপা মতমদা খেন্নবা লৈ ) , অদু ওইরগসু মখোয়বু ভক্তনী হায়রগদ মখোয়না ঈশ্বর ওইবদা ময়েং তাফম থোকযি হায়না চিংনবা য়াই, চিংনবদু কোক্লনবা হায়দুনা—ভক্ত-অবতার পদ হায়দুদি অবতার পূম্নমক্তগী পুংথোই থোইবনী —হায়না হায়রিবনী । ভক্তাবতারগী মগুণদি খাইদগী হেন্‌বনীনা মখোয়বু ভক্তাবতার কৌবদা মখোয়গী ময়েং করিমতা তাদে ।

## মূল ৯৮

অতএব অংশী—কৃষ্ণ, অংশ - অবতার ।
অংশী—অংশে দেখি জ্যেষ্ঠ-কনিষ্ঠ—আচার ।। ৯৮ ।।

### শব্দার্থ

অতএব মবমদুনা অংশী - অংশী (থোবকফম) , কৃষ্ণ - শ্রীকৃষ্ণনী অংশ—থোবক্লাব শরুক্লা অবতার—অবতার-নী , অংশী-অংশে—অংশী-গা অংশগদদি , দেখি—(ঐখোয়না) উই জ্যেষ্ঠ—মথক , কনিষ্ঠ—মখা , আচার—শাজৎ , ( জ্যেষ্ঠ কনিষ্ঠ আচার– থক্‌ সখা সিনন্নগা অহল নহাগী শাজৎ ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার পূম্নমক্কী থোরবকফম অংশীনী অদুগা অবতারনা মহাক্কী অংশনী । অংশীগা অংশগা অনী চৎনবা মতৌদি অহল-নহা থাযরগা চৎপা অদুনী ।

## মূল ৯৯

জ্যেষ্ঠভাবে অংশীতে হয় প্রভুজ্ঞান ।
কনিষ্ঠভাবে আপনাতে ভক্ত—অভিমান ।। ৯৯ ।।

### শব্দার্থ

জ্যেষ্ঠভাবে—থক-থোংবা ওইনা ; অংশীত্তে —অংশীদা (থোরককমদা) , হয় —ওই , প্রভুজ্ঞান—মপু ওইনা খনবা ; কনিষ্ঠভাবে—খা থাবা ওইনা , আপনাতে— মছাদা ; ভক্ত-অভিমান ভক্তনী হায়না লৌবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অংশীবু থক-থোংবনী খন্দুনা মবুংঙোনী হায়না লৌয়ি। অদুগা মছাবুনা খা-থাবনী খন্দুনা অংশীগী ভক্তনী হায়না লৌয়ি ।

### মূল ১০০

কৃষ্ণের সমতা হৈতে বড ভক্ত-পদ ।

আত্মা হৈতে কৃষ্ণের ভক্ত প্রেমাস্পদ ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—কৃষ্ণগা সমতা--মান্নবা , হৈতে—দগী , বড়—হেল্লী , ভক্ত-পদ ভক্তগী মফম্ , আত্মা হৈতে—মছামক্তগী , কৃষ্ণের - কৃষ্ণগী , ভক্ত— ভক্তনা , প্রেমাস্পদ- নুংশিফম ( ওই ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগা মান্নবা হায়বদুদগী মাগী ভক্ত ওইবা মফমদুনা হেল্লী । কৃষ্ণগী মছামক্তদগী ভক্তনা হেন্না মাগী নুংশিনঙাই ওই ।

### মূল ১০১

আত্মা হৈতে কৃষ্ণ 'ভক্ত বড' কবি মানে ।

তাহাতে বহুত শাস্ত্রবচন প্রমাণে ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

আত্মা হৈতে—মছামক্তদগী , কৃষ্ণ শ্রীকৃষ্ণনা , ভক্ত ভক্তবু , বড করি—চাউবা হেল্লী হায়না , মানে—লৌয়ি , তাহাতে—মদুগী মতাঙদা ; বহুত—য়াম্না , শাস্ত্রবচন - শাস্ত্রগী ৱাহৈনা , প্রমাণে—প্রমাণ তৌয়ি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্তদগী ভক্তনা চাউবা হেল্লী হায়না লৌয়ি। মদুগী মতাঙদা শাস্ত্রবচন মযাম্না প্রমাণ তৌয়ি ।

### মূল ১০২

ন তথা মে প্রিয়তম আত্মযোনির্ন শঙ্করঃ।
ন চ সঙ্কর্ষণো ন শ্রীর্নৈবাত্মা চ যথা ভবান্॥ ১০২॥

### শব্দার্থ

ন—নত্তে, তথা—অদুগুম্না, মে—ঐগী, প্রিয়তম—খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা, আত্মযোনিঃ—ব্রহ্মা, ন শঙ্করঃ—শঙ্করসু (শিব মহাদেবসু) নত্তে, ন চ—নত্তে, সঙ্কর্ষণঃ—শ্রীসঙ্কর্ষণসু নত্তে, নশ্রীঃ—লক্ষ্মীসু নত্তে, ন এব আত্মা চ—করি হায়নী ঐহাক ইছামক্সু নত্তে, যথা ভবান্—নহাক্না (ঐগী মুংশিবা) ওইবগুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি)—হে উদ্ধব, নহাক্না ঐগী মুংশিথোইবা ওইবগুম্না, ব্রহ্মাসু, শঙ্করসু, সঙ্কর্ষণসু, লক্ষ্মীসু, করি হায়নী ঐহাক ইছামকসু মুংশিথোইবা ওইবা ঙমদে।

### মৈনবোল

শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকরকপনী (১১/১৪/১৫)। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অমা ওইরিবা গর্ভোদশায়ীগী খোয়দৌ-থম্বান্দগী ব্রহ্মা পোকপনী, ব্রহ্মাসি শ্রীকৃষ্ণগীদি মচানুপানী, শ্রীশঙ্করসু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অমনী, অদুগা শ্রীলক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী কান্তানী (তালোইনী)। মথোয়সি উদ্ধবনা ওইবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিথোইবা ওইবা ঙমদে। মসিনা তাকপবু ভক্ত ওইবতনা শ্রীকৃষ্ণনা মুংশিনবগী মরম্নী, অতৈ সম্বন্ধনা মহাক্কী মুংশিনবগী মরম ওইবা ঙমদে। ব্রহ্মাবু শ্রীকৃষ্ণনা মুংশি হায়বা চুম্মী, অদুবু মচানুপানী হায়দুনা মুংশিবা নত্তে ভক্তনী হায়দুনা মুংশিবনী। ব্রহ্মাগী চিত্তদা ওইরকপা ভক্তিগী মচাঙ মতুঙ ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু মচাঙ অদুখক্তং মুশি। শঙ্কর অমসুং লক্ষ্মীগী মতাঙদসু অদু মঙায। লক্ষ্মী শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবী অমনী, অদুবু ভার্য্যানী হায়দুনা মুংশিবী ওইবা নত্তে। লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজে (কৃষ্ণদা প্রেমবতী ওই) হায়বগীদমক্ত। মহাক শ্রীকৃষ্ণগী ভার্য্যা ওইবনী। শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কা লৈনবা সম্বন্ধসে মাগী কৃষ্ণপ্রেমগী মতুং ইনবনী। ব্রহ্মাগী, শঙ্করগী অমসুং লক্ষ্মীগী ভক্তিদগী উদ্ধবকী ভক্তিনা হেন্না হায়দুনা পুন্নমক্তগী উদ্ধবপু পুঙহেন হেন্না শ্রীকৃষ্ণনা মুংশি—হায়রিবনী। অদুদগী হেন্দোকুনা শ্রীকৃষ্ণনা

অসিমক্তু হায়রম্মী – উদ্ধব, নহাক্তপু ঐনা মুংশিবগুম্ ঐগী বিগ্রহবু ( হক-চাঙবু ) মুংশিদে। মসিগী মরমদি শ্রীউদ্ধবকী ভক্তিননী।

## মূল ১০৩

কৃষ্ণসাম্যে নহে তাঁর মাধুর্য্যাস্বাদন।

ভক্ত ভাবে করে তাঁর মাধুর্য্য চর্ব্বণ ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণসাম্যে– কৃষ্ণগা মান্নবনা, নহে– ওইদে তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), মাধুর্য্য-আস্বাদন—মাধুর্য্যতু মহাও তংবা, ভক্তভাবে—ভক্ত ওইনা, করে—তৌয়ি, তাঁর মাধুর্য্য—মহাক্কী মাধুর্য্য, চর্ব্বণ—ছায়বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগা মান্নকবনা মহাক্কী মাধুর্য্যগী মহাও তংবা য়াদে। ভক্ত ওইবদনা মাগী মাধুর্য্য ছায ( ছায়রগা ওইনম্বগুম্না চুপ্পী )।

## মূল ১০৪

শাস্ত্রের সিদ্ধান্ত এই বিজ্ঞের অনুভব।

মুঢ়লোক নাহি জানে ভাবের বৈভব। ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী, সিদ্ধান্ত—বারেপ, এই – অসি, বিজ্ঞের—অখঙবগী, অনুভব—উপলব্ধি ( খঙবা ), মূঢ়লোক— খঙদবা মীনা, নাহি জানে—খঙদে, ভাবের - ভক্তিগী, বৈভব— লন, মতীকময়াই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অখঙবশিংগী মখঙ (অনুভব) অসি শাস্ত্রনা শোয়দ্রে হায়না যারবনী। খঙদবা মীনা ভক্তভাবকী মতীক-ময়াইসি খঙদে।

### তাৎপর্য

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী মহাও তংবা ভক্তগী মতীক শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবা ওইবস্তু

হেল্লী। রাকমসি শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনী অদুগা মছামক্লা খণ্ডলবা মীগী রানী। শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যগী মহাও তনবগী অমতা ভায়বা পাশ্বদি প্রেম হায়বদি ভক্তি-দনী—মচা ওইবনচিংবা সম্বন্ধনা ওইদে নত্রগা কৃষ্ণসাম্যনস্ত ওইদে।

হৌজিক হংবা যাই শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যগী মহাও তংবা ঙম্বগী শক্তক অদুক মহাও-তবা মী অম ওইন। অতৈদগী হেনবগী শক্তক ওইবদি য়াই, অদুবু মহাক কৃষ্ণগী নুংশিবা মী অমা অদুক্কী মতীক হেন্না ওইগদৌবিবা করি-গীনো? হাযবদি নুংশিবা ওইবদা প্রিযত্বাংশে' মহাক অদুক হেন্না থোইগদৌরিবা করিগনো? মদুগী পাউথুমদি অসিন—শ্রীকৃষ্ণদি বসিক (রস-চূপ্পা অনস্তু চূপীঙবা) কাঙবুলনা মকোন্না মহাক রস চূপ্পস্তু ই অদুগা রস চূপীঙবনস্তু হন-হন লাংবিবনী। বস চূপ্পসিদা মঙোন্দা অদুক্কী মতীক মতেঙ পাংবা ঙম্লিবা মীদু কৃষ্ণ মাগ অদুক্কী মতীক নুংশিবা ওইবা হেল্লী। মহাক্লা আস্বাদন তৌবদি ভক্তগী প্রেমবসগ মচিদুনী মবমদুমা প্রেম হাযবদি ভক্তি অদুক্কী মতীক চেনবা মীদুনা শ্রীকৃষ্ণগী আস্বাদন তৌনবা পোত্তাত্তু অদুক্কী মতীক হেন্না পীনা ঙমগনী বস চূপ্পগী মতাঙদা অদুক্কী মতীক কৃষ্ণদা তেঙবাঙবা ঙমগনী, মবমদুনা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিব। (প্রিয অমা ওইবদস্তু অদুক্কী মতীক হেনগনী। মতৌ অস্তুম্না, ভক্ত ওইব। মীদি শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যগা মহাও-তংব অমা ওইনস্তু চাউয়ি, অদুগ শ্রীকৃষ্ণনা রস আস্বাদন তৌবগী তেঙবাঙবা ওইনস্ত—মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা ওইবদস্তু মহাক চাউযি হাযবদি হেল্লী। সম্বন্ধ লৈবতনা নত্রগা কৃষ্ণগা মান্নবতনা (কৃষ্ণসামাতনা) রস আস্বাদন তৌবগী মরমদা কৃষ্ণগী মতেঙ পাংবা ঙমদে, মরমদি সম্বন্ধগা সাম্যগনা প্রেম পোবৃহনবগী মরম (হেতু) ওইদে' শ্রীনন্দযশোদাস্ত শ্রীকৃষ্ণগী অপোকপা অপোকপীনী অদুগা শ্রীবসুদেব-দেবকীস্ত মহাক্কী অপোকপা-অপোকপীনী। নন্দ যশো-দাগা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা সম্বন্ধদুগুম্ন বসুদেবকীগস্তু শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ অদুম মরৈনৈ। অদুবু মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা (প্রিয) ওইবদা মান্নদে। নন্দ-যশোদানা কৃষ্ণগী প্রিয় ওইবগুম বসুদেব-দেবকীনা ওইবা ঙমদে, মদুগী প্রমাণদি অসিনী—বসুদেব-দেবকীগী মনাক্তা লৈরগস্তু নন্দ-যশোদাগা কাযনবগী মৈচাক্লা কৃষ্ণবু চাকহল্লী (প্রকট লীলাদা), তৌইগুম্বস্তুং নন্দ যশোদাগী মনাক্তা লৈবা মতমদদি বসুদেব-দেবকীগা কায়নবগী মৈচাক ফংদে। মসিগী মরমদি নন্দ যশোদাদা কৃষ্ণপ্রেম লৈবদুনা বসুদেব-দেবকীদা

প্রেম বিকাশ ওইবদগী হেল্লী, মরমসিনা নন্দ-যশোদানা বসুদেব-দেবকীদগী কৃষ্ণগী নুংশিবা। প্রিয় ওইবগী শরুক্তা হেল্লী।

শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীবিগ্রহনা (হকচাঙনা) ভক্ত-খঙ্মোইদা নুংশি-ইহৌ হৌহল্লগা অমুম মথঙ মথঙ ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী রস আস্বাদন তৌবদা মতেঙ পাংঙীদি হায়ববু সাক্ষাৎ ওইনদি ভক্তনা তেঙবাঙবগুম পাংদে। করি হায়নী, মহাকী শ্রীবিগ্রহনা শ্রীকৃষ্ণদা মছামকী মাধুর্য্যদু আস্বাদন তৌহন্‌বা ঙমদে- করিগুম্বা ভক্তনা মছামক্কী প্রেম নত্রগা ভাব অতুনা তেঙবাঙদ্রবদি। মসিগী প্রমাণ অসিনী- শ্রীরাধাগী ভাব লৌদ্রিবঁদা লক্ষারক হোৎনদুনসু শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌবা ঙমখিদে। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীবিগ্রহদগীসু (আত্মাদগীসু) প্রিয (নুংশিবা) ওইবগী শরুক্তা ভক্তনা হেল্লা হায়বদি চাউযি।

অমূক ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীবিগ্রহদগীসু চাউরবনীনা—মছামক্তগীসু নুংশিবা ওইবদা হেনগ্রবনীনা, শ্রীকৃষ্ণগা মান্নবদা ওইবা—শ্রীকৃষ্ণমক্ত নত্তবা—মখোযদুদগী ভক্তনা প্রিয় ওইবা হেনগনী হায়বসে ইরায়-লায়না রাখন্না লেপ্পা য়ারে।

## মূল ১০৫-১০৬

ভক্তভাব অঙ্গীকরি বলরাম লক্ষ্মণ।
অদ্বৈত নিত্যানন্দ শেষ সঙ্কর্ষণ ॥ ১০৫ ॥
কৃষ্ণের মাধুর্য্যরসামৃত করে পান।
সেই সুখে মত্ত, কিছু নাহি জানে আন ॥ ১০৬ ॥

## শব্দার্থ

ভক্তভাব—ভক্তগী পুকচেল নত্রগা মওং মতৌ, অঙ্গীকরি—লৌদুনা, বলরাম—শ্রীবলরাম, লক্ষ্মণ—শ্রীলক্ষ্মণ, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, শেষ—শ্রীশেষ, সঙ্কর্ষণ—শ্রীসঙ্কর্ষণ, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, মাধুর্য্যরসামৃত—মাধুর্য্যরসগী মছক ওইবা অমৃত, করে—তৌযি, পান—ফান্‌বা, সেই সুখে—মদুগী নুংঙাইবনা, মত্ত—ময়াই-কাবা (ওই), কিছু—করিসু, নাহি জানে—খঙদে, আন—অতোপ্পা, অতৈ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বলরাম, লক্ষ্মণ, অদ্বৈতাচার্য নিত্যানন্দ, শেষ অমসুং সঙ্কর্ষণ-খোয়সিনা ভক্ত ওইবগী ভাব লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য-রসগী মছক ওইবা অমৃত ফাল্লী। মদুদা নুংঙাইবদগী ময়াই কাবনা অতৈ করিমতা খঙলমদে।

## মূল ১০৭-১০৮

অন্যের আছুক কার্য্য, আপনে শ্রীকৃষ্ণ।
আপন মাধুর্য্য-পানে হইয়া সতৃষ্ণ॥ ১০৭॥
স্বমাধুর্য্য আস্বাদিতে করেন যতন।
ভক্তভাব বিনা নহে তাহা আস্বাদন॥ ১০৮॥

## শব্দার্থ

অন্যেব—অতোপ্পগী, আছুক—লৈখিসনু, কার্য্য—মথৌদি, আপনে—মছামক্না, শ্রীকৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, আপন—মছামকী, মাধুর্য্য—মাধুর্য্য, পানে—ফানবদা, হইয়া—ওইরদুনা, সতৃষ্ণ—খৌরাংবা, স্বমাধুর্য্য—মছামকী মাধুর্য্য, আস্বাদিতে—মহাও তংগে হায়দুনা, করেন—তৌয়ি, যতন—হোৎনবা, ভক্তভাব—ভক্তগী মতৌ, বিনা—নত্তনদি, নহে—ওইদে, তাহা—মদু, আস্বাদন—মহাও তংবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অতৈগী রাদি লায়বদুনা, শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না মছামকী মাধুর্য্য পান তৌগে হায়না খৌবাংমনখিবনা মাধুর্য্য পান তৌগে হায়না হোৎনৈ। অদুবু ভক্তভাব নত্তনা মদুগী মহাও তংবা ওইথোক্তে।

## মূল ১০৯

ভক্তভাব অঙ্গীকরি হৈলা অবতীর্ণ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-রূপে সর্ব্বভাবে পূর্ণ॥ ১০৯॥

## শব্দার্থ

ভক্তভাব—ভক্ত ওইবগী মতৌ, অঙ্গীকরি—লৌরদুনা, হৈলা—ওইখি, অবতীর্ণ—নোংথুম্নকপা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-রূপে—শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী মছক ওইনা, সর্ব্বভাবে—মওং পুম্নমক্তা, পূর্ণ—মপূঙ-ফাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবম পুম্বদা মপুঙ-ফারবা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী মছক ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী ভাব লৌরগা নোংঙ্গুম্লকখি।

## তৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ব্রজদা আস্বাদন তৌবা ঙমখিদবতু শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য ওইনা নবদ্বীপ-তা আস্বাদন তৌখি মসিনা তাকৃপদি আস্বাদক হায়বদি-রসিক মহাও-তংবা হৈবা ) মবোব ওইনা খল্লুবদা শ্রীকৃষ্ণস্বরূপতগী শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য স্বরূপ অদুনা মপুঙফাবা ( পূর্ণতর ওইবা ) হেল্লে। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ স্বরূপ ওইনা মহাক্না বিষযজাতীয (রসগী বিষয ওইবদগী থোরকপা। নুংঙাইবা অদুদা আস্বাদন তৌখি অদুগা আশ্রযজাতীয ( রসগী আশ্রয়-হাযবদি তুঙযম ওইবদগী থোরকপা / নুংঙাইবতুদি আস্বাদন তৌবা ঙমখিদে মবমদি আশ্রয-জাতীয সুখ আস্বাদন তৌনবগী মচাক অতু ব্রজগী শ্রীকৃষ্ণদদি ফোঙদোল্লমদে,—অতু মপুঙ ফানা ফোঙদোক্লম্বদি মহাক্কী স্বরূপ শক্তি শ্রীরাধিকাদদা ফোঙদোকৃখি অতুবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মনুঙদদি শ্রীরাধাগী ভাব যাওবনীনা মহাক্না আশ্রয়জাতীয় সুখ আস্বাদন তৌবা ঙমখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধাগগী—শক্তিমানগা শক্তিগা অনীতিল্লবা বিগ্রহনী, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা আশ্রযজাতীয অমসুং বিষয়জাতীয় সুখ হায়বা মখল অনীমক মপুঙফানা মহাও তংবা ঙম্খি। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি রসিক শেখর ওইবগী মপুঙ ফাবা মওংনী,

## মূল ১১০

নানা ভক্তভাবে করেন স্বমাধুর্য্য পান।
পূর্ব্বে করিয়াছি এই সিদ্ধান্ত ব্যাখ্যান ।। ১১০ ।।

## শব্দার্থ

নানা—মখল মখাগী, ভক্তভাবে—ভক্তওইবগী মতৌদা, করেন—তৌয়ি, স্বমাধুর্য্য—মছাগী মাধুর্য্য, পান—ফানবা, পূর্ব্বে—মমাঙদা, করিয়াছি—তৌখ্রে, এই সিদ্ধান্ত—সিদ্ধান্ত অসি, ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা ( শন্দোক্লা তাকপা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত ওইবগী ভাব মখল-মথাদা মছাগী মাধুর্য্য মহাও তংগী। সিদ্ধান্তসি মমাঙদা ব্যাখ্যা তৌখ্রে।

## মূল ১১১

অবতারগণের ভক্ত ভাবে অধিকার।
ভক্তভাব হৈতে অধিক সুখ নাহি আর ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

অবতারগণের—অবতারশিংগী, ভক্ত-ভাবে—ভক্ত ভাব-তা, অধিকার—হক (লৈ), ভক্তভাব হৈতে—ভক্তভাবতগী, অধিক—হেন্‌বা, সুখ—নুংঙাইবা, নাহি- লৈতে, আর—অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত ওইবদা অবতারশিংগী হক লৈ। ভক্ত-ভাব তগী হেন্না নুংঙাইবা অতৈ অমা লৈত্রে।

## মূল ১১২

মূল ভক্ত-অবতার—শ্রীসঙ্কর্ষণ।
ভক্ত-অবতার তঁহি অদ্বৈত গণন ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

মূল—মরু, ভক্ত-অবতার—ভক্ত-অবতার, শ্রীসঙ্কর্ষণ—শ্রীসঙ্কর্ষণ, ভক্ত-অবতার—ভক্ত-অবতার, তঁহি—মহ ওইনা, অদ্বৈত গণন—অদ্বৈতবু শীঙথাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত-অবতার মরুদি শ্রীসঙ্কর্ষণনি। ভক্ত-অবতার ওইনা অদ্বৈতবুসু শীঙথানৈ।

### নৈনরোল

শ্রীসঙ্কর্ষণনা মূল ভক্ত-অবতার ওইহনা অদুগা শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীসঙ্কর্ষণগী অংশগী অংশ ওইবনা শ্রীঅদ্বৈতসু ভক্তাবতার ওইরে। মরমদি অংশীগী গুণ অদু অংশদসু য়াওয়ি।

## মূল ১১৩

অদ্বৈত-আচার্য্য-গোসাঞির মহিমা অপার।
যাঁহার হুঙ্কারে কৈল চৈতন্যাবতার ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য-গোসাঞিঞর—অদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী, মহিমা —মতীক-ময়াই, অপার—ঙমথৈনাইদবনী, যাঁহার- মহাক্কী, হুঙ্কাবে—খোল্লাও না, চৈতন্য-অবতার শ্রীচৈতন্যন অবতার তৌবনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী মহিমাদি ঙমথৈ-নাইদবনী। মহাক্কী হুঙ্কার না শ্রীচৈতন্যবু অবতার তৌহনবনী।

### মূল ১১৪

সঙ্কীর্ত্তন প্রচারিয়া জগৎ তারিল।

অদ্বৈত-প্রসাদে লোক প্রেমধন পাইল। ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্কীর্ত্তন—নাম সঙ্কীর্ত্তন, প্রচারিয়া—প্রচার তৌরগা, জগৎ—জগৎপু, তারিল—লানবিখি, অদ্বৈত-প্রসাদে—শ্রীঅদ্বৈতনা চান্‌বিবনা, লোক—মীয়াম্না, প্রেমধন—কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন; পাইল—ফংলে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নামসঙ্কীর্ত্তন প্রচার তৌরগা জগৎ লানবিখি। শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা চান্‌বিবনা মীয়াম্না কৃষ্ণবু মুংশিবা হায়বা লন্ অমু ফংলে।

### মূল ১১৫

অদ্বৈত-মহিমানন্ত কে পারে কহিতে।

সেই লিখি যেই শুনি মহাজন হৈতে ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-মহিমা—শ্রীঅদ্বৈতগী মহিমা, অনন্ত—ঙমথৈনাইদবনী, কে—কনানা, পারে—ঙম্মী, কহিতে—হায়বা, সেই—মদু, লিখি—ইবনী; যেই—মদু, শুনি—তায়, (যেই শুনি—নাকোঙনা তারুবদু), মহাজন—মরা-চৎপা অখণ্ড-অহে, হৈতে—দগী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতগী মহিমাদি ঙমথৈ-নাইদবনী, কনানা লোইনা হায়বা ঙমগনী? মরাচৎপা মহাজন-দগী ইনাকোঙনা তাকবদু ঐনা ইবনী।

## মূল ১১৬

আচার্য্য-চরণে মোর কোটি নমস্কার।
ইথে কিছু অপরাধ না লবে আমার ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য-চরণে—শ্রীঅদ্বৈতগী খুয়াদা, মোর—ঐগী, কোটিনমস্কার—কোটিরক খুকস্বা, ইথে—মসিদা, কিছু—খর, অপরাধ—অযোন-অরাল, না লবে—লৌবিরোই, আমার—ঐগী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী খুয়া খাদা কোটিরক হন্না এনা খুরুমজে। মসিদা ঐগী অপরাধ খজিক্তফাওবা লৌবিগন্নু।

## মূল ১১৭

তোমার মহিমা কোটি সমুদ্র-অগাধ।
তাহার ইয়ত্তা কহি, এ বড অপরাধ ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী, মহিমা—মহিমা, কোটি সমুদ্র—সমুদ্র কোটিগা মান্নবা, অগাধ—লেপ-ফংদবনী, তাহার—মতুগী, ইয়ত্তা—ওমথৈ, কহি—(লাক্লগা) হাযরি ঐনা, এ—মসি, বড—অচৌবা, অপরাধ—অরানবা (ওই)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী মহিমাদি সমুদ্র কোটিগা মান্নবা লেপ-ফংদবনী (ওমথৈ-নাইদবনী)। মহিমাতুগী ওমথৈ লাক্লবা অসিদি ইরাল অচৌবা অমনী।

## মূল ১১৮

জয় জয় জয় শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য।
জয় জয় শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ-আর্য্য ॥ ১১৮ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয় জয়—খুরুমজরি খুরুমজরি খুরুমজরি, শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য

—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য ; জয় জয়—থুরুমজরি থুরুমজরি, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, আর্য্য—মকোক ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু হন্না হন্না থুরুমজরি। শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ-আর্য্যবু থুরুমজরি।

মূল ১১৯

দুই শ্লোকে কহিল অদ্বৈত-তত্ত্ব-নিরূপণ।

পঞ্চতত্ত্বের বিচার কিছু শুন ভক্তগণ॥ ১১৯॥

শব্দার্থ

দুই শ্লোক—শ্লোক অনীদো, কহিল—হায়খ্রে, অদ্বৈত-তত্ত্ব-নিরূপণ—শ্রীঅদ্বৈত কনানো হায়বদু লেপ্পা, পঞ্চতত্ত্বের—তত্ত্বমঙাগী, বিচার—খন্নবা, কিছু—খরা, শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু, ভক্তগণ—ভক্তশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত কনানো হায়বদু লেপ্পগী ৱা শ্লোক অনীদা হায়জখ্রে। তত্ত্বমঙাগী ৱা নৈনবস্তু খরা নাকোঙনা তাবিয়ু, হে ভক্তশিং।

মূল ১২০

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।

চৈতন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ১২০॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ, রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী, পদে—খোঙদা যার—মহাক্কী, আশ—আশা (থমজৈ), চৈতন্যচরিতামৃত—কৌবা লাইরীক, কহে—লীজৈ ; কৃষ্ণদাস—শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাসগী খুয়া খাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু লীজেযে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে শ্রীমদদ্বৈততত্ত্বনিরূপণং নাম ষষ্ঠপরিচ্ছেদঃ॥ ৬

---

# আদি লীলা

## তরেৎশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

অগত্যেকগতিং নত্বা হীনার্থাধিকসাধকম্ ।
শ্রীচৈতন্যং লিখ্যতেঽস্য প্রেমভক্তিবদান্যতা ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

অগতি- পান্বে-লৈত গী , একগতিম্—অমতা ঙায়বা পান্বেদা , নত্বা --খুরুমজত্না , হীন-অর্থ-অধিক সাধকম্--অতোন্‌বদস্ত পরম পুরুষার্থ প্রেম পীবিবা , শ্রীচৈতন্যম্—শ্রী চৈতন্যদা , লিখ্যতে-ইরি ; অস্য-মহাক্কী ( শ্রী চৈতন্যগী ), প্রেমভক্তি-বদান্যতা—মুংশিনা নীঙবা হায়বদু পীনবীবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গতি-লৈতবা মীগী অমতা ঙাযরবা গতি ওইরিবা অদুগা তোল্ল তারবা মী শিংদা পুঙথোই থোইবা পুরুষার্থ ওইবা প্রেম পীনবিবা শ্রীচৈতন্যদুবু খুরুমজবগা প্রেমভক্তিগী ( মুংশিন নীঙবগী ) মরমদা মহাক্কী পীনহৈবদু ইজরী ।

### নৈনরোল

দাতা মকোক ওইবা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মতীক চাদবা মীপুম খুদিংদা ব্রহ্মানন্দফাওবা ফংঙমদ্রবা প্রেমভক্তি অদু পীনবিখি । মসি মাগী অঙক ফংবা পীনহৈ নী ( বদান্যতা নী ) ।

### মূল ২

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ।
তাঁহার চরণাশ্রিত -সেই বড় ধন্য ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয় - খুরুমজরি খুরুমজরি, মহাপ্রভু- মহাপ্রভু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য —শ্রীমন্ চৈতন্য মহাপ্রভু, তাঁহার- মহাক্কী, চরণ-আশ্রিত—খোঙদা চঙজরিবা মী, সেই—মহাক্কো; বড- য়াম্মা, ধন্য—থাগৎনঙাইনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমজরি খুরুমজরি। মহাক্কী খুযাখাদা চঙজরবা মীচুদি য়াম্মা থাগৎনঙাইনী।

### মূল ৩

পূর্ব্বে গুর্ব্বাদি ছয়তত্ত্বের কৈল নমস্কার।

গুরুতত্ত্ব কহিযাছি, শুন পাঁচের বিচার ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙদা, গুর্ব্বাদি—গুরু নচিংদা, ছয-তত্ত্বের— তত্ত্ব তরুক্কী, কৈল—তৌখরে, নমস্কার—খুরুম্বা, গুরুতত্ত্ব গুরু করিনো হাযবত্থু, কহিযাছি—হাযখরে, শুন- নাকোঙনা তাবিযু, পাঁচের মঙাগী, বিচার —নৈনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা গুরু-নচিংবা তত্ত্ব তরুকপু খুরুমজখরে। (তত্ত্বতরুক্কী মনুংদা) গুরু তত্ত্বগী মরমদা হায়জখরে। তত্ত্ব মঙাগী মরমদা নৈনবা অমূক নাকোঙনা তাবিযু।

### নৈনরোল

ছয়-তত্ত্ব (তত্ত্ব তরুক) হাযরিবসে গুরু, ভক্ত, ঈশ, অবতার, প্রকাশ, শক্তি তরুকসিনী। আদি লীলাগী অহানবা পরিচ্ছেদদা গুরুতত্ত্বগী ব্রা নৈনখরে। হৌজিক তবেৎশুবা পরিচ্ছেদসিদা লেমহৌরিবা তত্ত্ব হায়বদি ভক্ত, ঈশ, অবতার, প্রকাশ অমসুং শক্তি মঙাসিগী মরম নৈনরি।

### মূল ৪

পঞ্চতত্ত্ব অবতীর্ণ শ্রীচৈতন্য সঙ্গে।

পঞ্চতত্ত্ব মিলি করে সঙ্কীর্ত্তন রঙ্গে ॥ ৪ ॥

## শব্দার্থ

পঞ্চতত্ত্ব—তত্ত্ব মঙা ( শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীগদাধর অমসুং শ্রীবাস ) ; অবতীর্ণ নোঙপুম্লম্মী , শ্রীচৈতন্য সঙ্গে—শ্রীচৈতন্যগা লোয়ননা , পঞ্চতত্ত্ব - তত্ত্ব মঙা , মিলি—তিন্নদুনা , করে - তৌয়ি , সঙ্কীর্ত্তন—মী মযাম তিন্নরগা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ঈশৈ শকপা , সঙ্গে—মুংঙাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগা লোয়ননা তত্ত্ব মঙা অবতার তৌযি। তত্ত্বমঙামক পুন্নগা মুংঙাইনা সঙ্কীর্ত্তন তৌযি।

## নৈনরোল

বহুভির্মিলিত্বা তদ্গানসুখং শ্রীকৃষ্ণগানম—মী মযাম পুন্নগা শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা ঈশৈ শরুবদি ঈশৈদুবু সঙ্কীর্ত্তন কৌযি। সঙ্কীর্ত্তনদি মা নামতনা তৌবা যাদে, মযাম পুন্নগ তৌমিন্নবা তাই। মরমদুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌবগা সঙ্কীর্ত্তন রস তংননবা হায়দুনা তত্ত্ব মঙানা তোঙান্বা মঙা থোক্না অবতাব তৌখিবনী। তত্ত্ব মঙাসিগী মরমদা নৈনরিবহু ১/১/১৪ মূল শ্লোক্কী টীকাদা যেং বযু।

## মূল ৫

পঞ্চতত্ত্ব এক বস্তু নাহি কিছু ভেদ।

রস আস্বাদিতে তভু বিবিধ বিভেদ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

পঞ্চতত্ত্ব—তত্ত্ব মঙাসি , এক বস্তু—পোৎ অমতনী , নাহি—নৈতে , কিছু—করিছু , ভেদ—খেন্নবা , রস মহাও , আস্বাদিতে—তংননবা ; তভু—অদুম ওইনমক , বিবিধ মখলমখাগী , বিভেদ—খায়দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ব মঙাসি পোৎ অমতনী, করিসু খেন্নদে অদুম ওইনমক রস চুপ্পবগী-দমক্তা তোঙান্ তোঙান্বা মখল ওইবতনী।

## নৈনরোল

তত্ত্ব মঙাসি স্বরূপকী য়েংলুবগদি তত্ত্ববস্তু অমতনী, অদুবু তত্ত্ববস্তু

অমতহ্নুনা মঙা যোল্লগা তোঙান তোঙান্‌বা ভাবাবেশ লৌবনী। রসদি মথল মথেল যাম্মী ; মথল মথেলসি চুম্না তারবদি ভাবাবেশসু তোঙান্-তোঙানবা তাই, মবমসিনা রস-মথেল চুপ্পবগীদমক তত্ত্ববস্তু অমথক্না মঙা থোক্‌খিবনী।

পযারসিদা পল্লিবা বস অসি সঙ্কীর্ত্তন-রসবু হায়রিবনী। নামসঙ্কীর্ত্তনদি অমতনী, অদুবু অমতসিনা তোঙান-তোঙানবা ভাব-কী ভক্তনা রস মথেল মথেল চুপ্পী, নাম দি কল্পবৃক্ষগুম্বনী নাম অসিনা ভক্ত-ভক্তহুগী ভাবকা চানবা বসহু ভক্তদ পীনবি। নামগা নামীগা খেন্নদবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা তোঙান-তোঙানবা ভাবকী ভক্তগী মফমদা তোঙান-তোঙান্‌বা রস ফাওহনবগুম মহাক্না খেন্নদবা মাগী নাম-নসু ভক্তগী থম্মোইদা তোঙান-তোঙানবা রস ফাওহনবা ঙম্মী অমুম্না ভাব অমতগী ভক্তগী মফমদসু ভাব কী মথেল মতুঙ ইন্না রস অমথক্কী মথেন্স লোই থন্না নাইদবমখৈ থোকহল্লী।

শ্রীমনমহাপ্রভু গৌরাঙ্গনা অবতাব তৌরবপগী বহিরঙ্গ ( মপান্থোংগী ) মরমদি নাম-সঙ্কীর্ত্তন-প্রচরনী। সঙ্কীর্ত্তন তৌবগীদমক মী ময়াম চঙঙী, মরমহুনা তত্ত্ব অমথক্তুনা ময়াম ( মঙা ) ওইবা থোবকপা তাবনী মসি পঞ্চতত্ত্ব ওইগী কান্নবা অমনী। প্রচাবগী থুদোং চাননবগীদমক সাধারণ মীযামগী মফমদা মযামগী ওইবা সঙ্কীর্ত্তন-রসগী মথেল পোক্‌হন্নবগীদমক্তু সঙ্কীর্ত্তন তৌবা মীশিংগী ভাবাবেশগীসু তোঙান-তোঙানবা মথেল লৈবা তাই। ভাবাবেশসিগী মথেল থোক্‌হন্নবগীসু তত্ত্ব অমথক্তুন ময়াম ওইনা থোরকফম থোকপনী—মসিমা পঞ্চতত্ত্ব ওইবগী অনীশুবা কান্ননী। অব-তারগী বহিরঙ্গ কারণগী মাযকৈ যেংলুরগা হায়রিবা কান্নবা অনীসি উবা ফঙী।

অদুগা অন্তরঙ্গ ( মনুঙগী ওইবা ) কারণ য়েংলগসু পঞ্চতত্ত্বগী কান্নবা লৈ। শ্রীমন মহাপ্রভুনা রাধ-ভাব-তা চংলগা কান্তাভাবকী তুঙফম ( আশ্রয ) অমা ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী মধুর্য্য চুপকে-হাযবসিনা মাগী অবতারগী মরম্নী। আশ্রয় ওইনা কান্তা ওইবগী রস মথেল চুপ্পবা হাযবহুনা ব্রজদা শ্রীরাধানা কান্ত মকোক ওইরবসু গোপসুন্দরী ময়াম ওইনা মছাবু থোক্‌হনখি। শ্রীরাধাগুম্না আশ্রয় ওইনা রস-মথেল পুম্নমক চুপকে হাযরবদি শ্রীমন মহাপ্রভুগীসু তোঙান-তোঙানবা ভাব-য়াওবা লীলাগী চুন্নবা পার্ষদ

( লোইন ) চণ্ডী, পঞ্চতত্ত্ব ওইনা মহামক্ন। থোক্লগা মাগী অবতারগী উদ্দেশ্য পাওথোকপা হৌরিবনী, অন্তরঙ্গ ভাব-তা হায়বদি ব্রজগী ভাবাবেশদা পঞ্চতত্ত্বসিনা পুল্লগা আশ্রয় ওইব। মখলগী কান্তারস মথেল ময়ামে শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যনে চুপ্লম্বনী- মসিনা অবতারগী অন্তরঙ্গ ( মনুংগী ওইবা ) মরম য়েংলুরগা পঞ্চতত্ত্ব ওং বগী কান্নবা অতুনী হায়না খল্লী।

মফম সদা নৈনওাই ব্রাফম অমসু লৈ। অহানবা পরিচ্ছেদদা হায়খ্রে—কৃষ্ণ গুর, ভক্ত, শক্তি, অবতার অমসুং প্রকাশ—হায়বা মওং তরুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা বিলাস তৌয়ি। অহানবা পরিচ্ছেদদা গুরুতত্ত্ব নৈনখ্রে, অতোপ্পা তত্ত্ব মওাগী বাফমসু যাংখ্রে, অতুবু অতোপ্পা তত্ত্ব মওা সগী স্বরূপ বরিনো হায়বতুগী থোইদোকপা বিচারদি অহানবা পরিচ্ছেদদা তৌখিদ্রি, অতুনা মতু তরেৎশুবা পরিচ্ছেদ অসিদা তৌরি। তত্ত্ব মওাসিগী স্বরূপকী থোইদোকপদি অসিনী, মখোযসে স্বরূপকী হায়রগদি তত্ত্ববস্তু অমতনী, শ্রীকৃষ্ণদগী তোওানবা স্বরূপ নত্তে গুরুবু মখোযগী মনুং চন্হন্দবগী মরমদি গুরুদি স্বরূপকী য়েংলগদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তে মাদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিরবা ভক্তনী, শ্রীকৃষ্ণনা তত্ত্ব মওা থোক্না মহাবু ফোংদোকপিবকপনী গুরু ওইনদি থোক্তে। পঞ্চতত্ত্বগুম্না গুরুনা শ্রীচৈতন্যগা লোযননা অবতার তৌরক্তে। গুরুদেবনা কনাগুম্বা শিষ্যবু দীক্ষা পীবা মতমদা শুদ্ধ সত্ত্বনা লংলবা চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণনা মহামকী গুরশক্তিতু হাপচনবীতুনা শিষ্যবু চানবী—দীক্ষা পীনবগী শক্তিতু গুরুদা পীবি। অসুম্না হাপখিবা শক্তিতু ওইনা গুরুগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ভাম্লোই। অদুগা গুরুদেবসু শক্তিতু ফংবনা দীক্ষা পীবা ঙম্মিবনী হায়দুনা শক্তিতুবু মরু ওইনা গুরুনী হায়বা য়াই। মবমদুনা মূল ১/১/৩২ অদুদা হায়রিবনী—শ্রীকৃষ্ণনা গুরু ওইনসু বিলাস তৌয়ি। মসিগী তাৎ-পর্য্যদি অসিনী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা গুরুগী চিত্তদা শক্তিগী মহুক ওইনা বিলাস তৌয়ি, গুরুগী দেহ লৌদুনা তৌবদি নত্তে।

## মূল ৬

পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপস্বরূপকম্।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম॥ ৬॥

শব্দার্থনচিংবা অহানবা পরিচ্ছেদগী তরামন্নি-শুবা শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

## মুল ৭

স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণ একলে ঈশ্বর।
অদ্বিতীয় নন্দাত্মজ রসিক-শেখর ॥ ৭ ॥

## শব্দার্থ

স্বয়ং— মছামক, ভগবান - ভগবান, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, একলে—মথন্তমক, ঈশ্বর—ঈশ্বর ( মপু ), অদ্বিতীয়— অনীশুদবা, নন্দ-আত্মজ —শ্রীনন্দনিংথৌগী মচানুপা, রসিক-শেখর— রস চুপ্পদা মকোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছামক্ত্রা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনী ঈশ্বর মপু হায়বরো। মহাক্তি অনীশুদ্দনী, শ্রীনন্দগী মচানুপানী, অদুগা রসিক মকোক্নী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্ অদুনী হায়বগী অর্থদি মহাক্না ভগবান্ ওইবদা করিগুম্বা অমত্তবু ঙাইদে মথন্তনা অদুম ওইবনী হায়না লৌগদবনী। অদুনা মহাক অদ্বিতীয় হায়বদুনী, হায়বদি মাগুম্বা অনীশুদে, অদুনা মহাক স্বজাতীয়, বিজাতীয় অমদি স্বগত ওইবা ভেদ ( খেন্নবা ) লৈতবা ত্তনী। মহাক ব্রজরাজ শ্রীনন্দগী মচানুপানী রাফমসিনা তাক্লিবদি মহাক নরলীল ( মীওইবা ওইনা লীলা শানবা ) ওই হায়বদু তাকযি। মহাক রস আস্বাদন তৌবদা মকোক্নী হায়বগীদমক মহাকপু রসিক-শেখর কৌরিবনী। শ্রুতিনা রসো বৈ সঃ হায়। শ্রুতিগী শ্লোকসিদা য়াওবা রসঃ শব্দগী অর্থদি রসিক হায়বনী। রস ( আনন্দ-নুংঙাইবা ) আস্বাদন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণগুম্না যৌনা হৈবা অতৈ অমা লৈত্রে।

## মুল ৮

রাসাদি-বিলাসী ব্রজললনা-নাগর।
আর যত দেখ সব— তাঁর পরিকর ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

রাস-আদি-বিলাসী—রাস-নচিংবা লীলা শান্নবা, ব্রজললনা-নাগর —ব্রজগী গোপী-শিংগী নুংশিনবা; আর—অতৈ, যত—কয়া, দেখ—

উরি ( নখোয়না ), সব—লোইনমক, তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), পরিকর—লোযিন্নী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীকৃষ্ণদি ) রাস নচিংবা শাম্নবনী, ব্রজগোপীশিংগী মুংশিনবনী। অদুগা উরিবা অতৈ লোইনমক্কা মহাক্কী পার্ষদ ( লোযিন্ খম্নিন্ ) শাক্নী।

## মূল ৯

সেই কৃষ্ণ অবতীর্ণ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
সেই পরিকরগণ সঙ্গে সব ধন্য ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণ অদুমক্কা, অবতীর্ণ - অবতার তৌযি, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য —শ্রীমন্ চৈতন্য মহাপ্রভু, সেই পরিকরগণ—পরিকরশিংদু, সঙ্গে—লোযননা, সব—লোইনমক, ধন্য—মহৈ য়াল্লী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কৃষ্ণ অদুমক্কা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার তৌযি। মহাক্কী পরিকর-শিংদুসু লোয়নরক্লগা লোইনমক মহৈ য়াঞ্জে।

## মূল ১০

একলে ঈশ্বরতত্ত্ব—চৈতন্য ঈশ্বর।
ভক্তভাবময় তাঁব শুদ্ধ কলেবর ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

একলে—মথন্তা, ঈশ্বরতত্ত্ব—ঈশ্বর হায়বদু, চৈতন্য—শ্রীমন্মহাপ্রভু; ঈশ্বর—ঈশ্বর ( মপু ), ভক্তভাবময—ভক্তভাবকীদা ওইরবা, তাঁর—মহাক্কী, শুদ্ধ—মায়-পক্লবা, কলেবর—হকচাঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু মথন্তনী ঈশ্বর হায়বদু। মহাক্কী মায়া-পক্লবা হকচাঙদু ভক্ত-ভাবকীদা ওইবনী।

### মৈননরোল

শ্রীকৃষ্ণমক্লা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌরম্বনীনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যহুমক অমতা ভাযবা বনাঃতাগী মপান্থাংদব। ঈশ্বরনী। মহাক্কী দেহসু ঈশ্বরগী দেহনী, অতুম ৎইনমক মহাক্ল ভক্তভাব লৌয়ি হাযদুনা মহ'ক্কী ঈশ্বরগী ওইনা দেহদু ভক্তভাংকী ওইব দেহ ওইরম্মী। শ্রীমতী রাধিকাদা ভক্ত-ভাবকী অযৌবী মতাওদু য়াও-র্নীনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবনীনা মহাকপু ভক্তভাবকী ওইবা হাযবিবনী।

### মূল ১১

কৃষ্ণ মাধুর্য্যের এক অদ্ভুত স্বভাব—।

আপনা আস্বাদিতে ধরে ভক্ত ভাব। ১১॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণমাধুর্য্যের—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী ফজবা মতৌগী) এক- অমা, অদ্ভুত —অঙকপা, স্বভাব—মতৌ, আপনা—মশামক্লা, আস্বাদিতে—মহাও তংগে হাযবগীদমক, ধরে—লৌযি, ভক্তভাব ভক্ত ওইবগী ভাব।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী অওইব মতৌদি অঙকপা অমনী। মশামক্লা (মশা-মক্কী মাধুর্য্যদুগী) মহাও তংগে হায়বগীদমক ( মহাক্লা ) ভক্তভাব লৌবনী।

### মৈননরোল

শ্রীকৃষ্ণদি কনামগী মপাস্তাংদনা মশামক্লা ওইবা ভগবান্নী, ভগবান্ মহাক্কীবু অরাংপা করি লৈফম থোকপগে? অদুদি করি রাংলদুনা মহাক্লা ভক্তভাব লৌরম্লিবা করিগীনো? মসিগী পাউখুমদি অসিনী—করিগুম্বমতা রাংদুনা মহাক্লা ভক্ত-ভাব লৌবা নত্তে, মহাক্কী মাধুর্য্যগী হায়ফম-খঙদবা ধর্ম্ম অমা লৈ, মদুগীদমক মহাক ভক্তভাব লৌবা তাখিবনী, মহাক্কী মাধুর্য্যদু করম তৌবগে হায়ববু মদু আস্বাদন তৌনীঙবনা মী পুম্নমক লাওতক্লে। অদুবু ভক্তভাব নত্তনদি মাধুর্য্যদু আস্বাদন তৌবা যাদে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তভাব লৌবা তাখি। মহাক্কী স্বরূপ-শক্তি শ্রীরাধানী, অদুনা শ্রীরাধাগী ভক্ত-ভাব অদুসু শ্রীকৃষ্ণমক্কী স্বরূপ-শক্তিগী মওং অমনী, মরমদুনা ভক্তভাব অদু লৌবদা মীপাস্তাংদবা হায়বদুগী মযেং হুম্বদে।

## মূল ১২

ইথে ভক্তভাব ধরে চৈতন্য গোসাঞি।

ভক্তস্বরূপ তাঁর নিত্যানন্দ ভাই॥ ১২॥

### শব্দার্থ

ইথে—মরম অসিনা, ভক্তভাব—ভক্তগী ভাব, ধরে—লৌয়ি, চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা। ভক্তস্বরূপ—ভক্তগী মছক্কী, তাঁর—মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যগী), নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, ভাই—ময়াম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরম অসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভক্ত-ভাব লৌয়ি। মহাক্কী ময়াম্বুং নিত্যানন্দস্থ ভক্তগী মছক্কী।

### নৈনরোল

শ্রীনিত্যানন্দস্থ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ময়াম্বুংনী হায়রিবনী, অদুবু মহাকস্থ ভক্তগী মছক লৌয়ি, মূল ১/৬/৮৮ শুবদা শ্রীবলরামবু মূল ভক্তঅভিমান ওই হায়দুনা মহাক মূল ভক্ত-স্বরূপ-নী, হায়বদি স্বরূপ-য়েংলগদি ভক্ততত্ত্বনী, অমস্থুং মহাক্না শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতার তৌরকপনীনা শ্রীনিত্যানন্দদো ভক্তস্বরূপ ও'রে। শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত-স্বরূপ-নী।

## মূল ১৩

ভক্ত—অবতার তাঁর আচার্য্যগোসাঞি।

এই তিন তত্ত্ব সবে 'প্রভু' করি গাই॥ ১৩॥

### শব্দার্থ

ভক্ত অবতার—ভক্ত ওইনা তৌবা, তাঁর—মহাক্কী, আচার্য্য-গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভু, এই তিন—অহুমসি, তত্ত্ব—তত্ত্ব (পোৎ), সবে—মী পুম্নমক্না, প্রভু—মপু, করি—ওই হাযদুনা, গাই—শকৃশোল্লী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তাবতারনী। তত্ত্ব অহুমসিবু (চৈতন্য-মহাপ্রভু, নিত্যানন্দ প্রভু অদুগা অদ্বৈত গোসাঞিবু) মী পুম্নমক্না প্রভুনী (মপুনী) হায়না শৈশকয়ি।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যাসি শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা ভক্তাবতারনী, মূল ভক্ততত্ব ওইবা শ্রীবলরামগী অংশ-কলাগী মছক ওইবা অবতারনী হাযহুন। অদ্বৈত্যাচার্য্যবু ভক্তাবতার-নী হায।

এই তিন তত্ত্ব 'তত্ত্ব অহমসি' হাযবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, ভক্তস্বরূপ তত্ব ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ অমুগা ভক্তাবতার তত্ব ওইবা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনী। তত্ব অহমসিনা ভক্তগী ভাব লৌরবমু প্রভুনী, হায়নদি ঈশ্বরতত্বনী।

## মূল ১৪

এক মহাপ্রভু, আর প্রভু দুইজন।

দুই প্রভু সেবে মহাপ্রভুর চরণ ।। ১৪ ।।

## শব্দার্থ

এক অমনা, মহাপ্রভু—অচৌবা প্রভু, আর - অমুগা, প্রভু - মপু, দুইজন—অনীনা, দুই প্রভু - প্রভু অনীন, সেবে—সেবা তৌয়ি, মহাপ্রভুর - ( চৈতন্য ) মহাপ্রভুগী, চরণ - খোঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভু অহুমগী মনূঙদা ) অমনা মহাপ্রভুনী ( পরমেশ্বর ভগবানী ), অমুগা অতৈ অনীনা প্রভু-নী ( ঈশ্বরতত্বনী )। প্রভু অনীনা মহাপ্রভুগী খোঙ সেবা তৌযি।

## নৈনরোল

প্রভুঅহুমগী মনূঙদা অমনা হাযবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মহাপ্রভুনী, মরমদি, মহাক্তি অদ্বিতীয় (অনীশুদবা) অমুগা মহাক্তোপ্পা অনগী মপাম্বাংদবা পরমেশ্বর ভগবান্নী; অতৈ অনীমনা হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগনা প্রভুনী, মখোয়নীদি মহাপ্রভু নত্তে, মরমদি মখোয়নী ঈশ্বর ওইদি হায়ববু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগুম্না অনীশুদবা অমুগা অতোপ্পগী মপম্বাংদবা স্বয়ং ভগবান হায়বমু নত্তে, মখোয়না প্রভু হাযবদি ঈশ্বর ওইবসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী প্রভু ওইবগী মপাম্বাংবনী। মরমমুনা মখোয়নীসি প্রভু ওইরবসু মখোয়গী মূল হাযবদি অংশী ( থোরকফম মরু ) ওইবা মহাপ্রভু-শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণ-সেবা তৌহুনা লৈ, অংশীবু সেবা তৌবদি অংশগী স্বরূপকী তুংইন্বা মথৌনী।

## মূল ১৫

এই তিন তত্ত্ব - সর্ব্বারাধ্য করি মানি।
চতুর্থ যে ভক্ততত্ত্ব - আরাধক জানি ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

এই - মসি, তিন - অহুম ; তত্ত্ব—তত্ত্ব, সর্ব্ব আরাধ্য - পূম্নমক্কী লাৎনফম, করি - ওই হায়না, মানি - লৌযি, চতুর্থ - মরিশুবা, যে - মহাক, ভক্ততত্ত্ব ভক্ততত্ত্ব, আরাধক—লাৎলিবা মনাই, জানি— ( ওইনা ) খঙঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ব অহুমসিদি মীপূম্নমক্কী লাৎনফম্মী হায়না লৌজে। মরিশুবা তত্ত্ব-ভক্ততত্ত্ব ওইরিবদুবুনা লাৎলিবা মনাইনী হায়না খঙনৈ।

### নৈনরোল

প্রভুতত্ত্ব অহুমসিবু মী পূম্নমক্না লাৎনৈ। অদুগা মরিশুবা ওইরিবা ভক্ত তত্ত্বদুনা আবাধক তত্ত্বনী হাযবদি প্রভুতত্ত্ববু লাৎলিবা সেবক অদুনী।

প্রভুতত্ত্ব অহুমসি খ্বাই পূম্নমক্কী লাৎনফম্মী ( সর্ব্বারাধ্যনী ) হায়বা রাফমসিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু লাৎত্রবসু যারে হায়বা নত্তে। গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়দদি শ্রীশ্রীগৌর নিত্যানন্দগা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগা চপম মনা ভজন তৌগদবনি, নত্রগদি ভজনগী অমসুং লীলারস চৃপ্নগী মপুঙফাবা হাযবদু ফংবা যারোই।

মবিশুবা তত্ত্ব হাযবদি ভক্ততত্ত্বসি ভক্তাখ্যতত্ত্ব ওইবা শ্রীবাসনচিংববু অদুগা ভক্তশক্তিক-তত্ত্ব ওইবা শ্রীগদাধর নচিংববু হায়রিবনী। মখোয সিবু ভক্ত হাযবনীন অহানবদা পল্লিবা সর্ব্বারাধ্য (পূম্নমক্কী লাৎনফম) ওইবা তত্ত্ব অহুম লাৎপা হাযবদি অহুমদুগী আরাধক ওই হায়রিবনী। অদুনা ভক্তাখ্য অমসুং ভক্তশক্তিক হায়বা তত্ত্ব অনীসিবু পুল্লপ্ন মরিশুবা তত্ত্ব-নী হায়রিবনী।

ভক্তাখ্যগা ভক্তিশক্তিকগা, তত্ত্ব অনীসিসু অমতা ওায়বা পরমতত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব মথক্কী— মরমদুনা স্বরূপকী মতৃঙ ইন্না ঈশ্বর তত্ত্ব ওইরবসু মখোয়গী লৈরিবা ঈশ্বরতত্ত্বসু যান্না থগ্ন লৈখ্রে, মখোয়দদি ভক্ত-

ভাব হায়বত্থনা মরু ওইনা উৎলী ; মরমত্থনা মখোয়বু ভক্ততত্ত্বগী মনুঙদা চল্হল্লে। মখোয়না প্রভুতত্ত্ব অহুম্বু লাৎলিবা ( আরাধক ) ভক্ততত্ত্বনী, মখোয়বু তোঙান্-তোঙান্না কনামতনা লাৎতে হায়বদি মখোয় কনাগীম্নু আরাধ্য নত্তে, অদুবু পরিকর ওইনা মহাপ্রভুগী তু, ইঙ্গবা সাধকশিংগীদি আরাধ্যনী ( লাৎনফম্নী )।

## মূল ১৬

শ্রীবাসাদি যত কোটি কোটি ভক্তগণ।

শুদ্ধ ভক্ত তত্ত্ব-মধ্যে সভার গণন ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবাস-আদি শ্রীবাসনচিংবা, যত—কয়া, কোটি কোটি—কোটি কোটি, ভক্তগণ—ভক্তশিংনা, শুদ্ধ ভক্ত-তত্ত্বমধ্যে—অশেঙবা ভক্ত-তত্ত্ব মনুঙদা, সভার—পুম্নমকপু, গণন—শীঙথাবা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসনচিংবা অতৈ ভক্ত কোটি কোটি লৈরিবা পুম্নমক্তো শুদ্ধভক্ত-তত্ত্বমুংদা শীঙথানৈ।

### তৈনবোল

শ্রীবাসনচিংবা শীঙলাকঙমদবা ভক্তশিংদি ভক্তাখ্যতত্ত্বনী। ভক্তিনা মখোয়বু কৃপা তৌবি হায়হুনা মখোয় ভক্ত-আখ্যা ( ভক্ত হায়বা মিংথোল ) ফংখি, মরমত্থনা মখোয়বু ভক্তাখ্য কৌরিবনী।

## মূল ১৭

গদাধর-আদি প্রভুর শক্তি-অবতার।

'অন্তরঙ্গ-ভক্ত' করি গণন যাঁহার ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

গদাধর-আদি—গদাধরনচিংবা, প্রভুর—প্রভুগী, শক্তি-অবতার—শক্তিনা ওইবা অবতার, অন্তরঙ্গ—মনুঙ হঞ্জনবা, ভক্ত—ভক্ত, করি—তৌরি, গণন—শীঙথাবা, যাঁহার—মহাক্কী ( মহাকপু );

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গদাধর-নচিংবা ভক্তশিংদি প্রভুগী ( ভগবান্গী ) শক্তিনা ওইরকপা অবতারনী। মহাক্কী ( ভগবান্গী ) অন্তরঙ্গ ( মনূঙ হঞ্জন্বা ) ভক্তনী হায়না মখোয়বু খঙনৈ।

### তৈনবোল

শ্রীগদাধর নচিংবা শক্তি-অবতারশিংবু অন্তরঙ্গ ভক্তনী হায়রুবগী মরমদি মখোযনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুক্নীঙগী রা খঙঙী হায়বননী।

### মুল ১৮

যাঁহা-সভা লৈয়া প্রভুর নিত্য বিহার।

যাঁহা-সভা লৈয়া প্রভুর কীর্ত্তন প্রচার। ১৮ ॥

### শব্দার্থ

যাঁহা সভা— মখোয় পুম্বগা, লৈয়া—লোয়ননা, প্রভুর—শ্রীকৃষ্ণগী, নিত্য—মতম পুম্বা, বিহার—শান্নবা, যাঁহা-সভা— মখোয় পুম্বগা; লৈয়া - লোযননা, প্রভুর—প্রভুগী, কীর্ত্তন—নামসঙ্কীর্ত্তন, প্রচার—শন্দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা নিত্য লীলা শান্নৈ। মখোয় পুম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকপনী।

### মুল ১৯

যাঁহা-সভা লৈয়া করেন প্রেম আস্বাদন।

যাঁহা-সভা লৈয়া দান করেন প্রেমধন ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

যাঁহা-সভা লৈয়া— মখোয় পুম্বগা লোয়ননা, করেন - তৌয়ি, প্রেম —ভগবানবু নুংশিবা, আস্বাদন—মহাও তংবা, যাঁহা-সভা লৈয়া— মখোয়পুম্বগা লোয়ননা, দান করেন—পীনবি, প্রেমধন—প্রেম কৌবা লন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী মহাও তংঙী। মখোয়পুম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম কৌবা লন দান তৌয়ি।

## নৈনরোল

মূল পয়ার ১৮—১৯-দা, শ্রীকৃষ্ণনা পঞ্চতত্ত্ব ওইনা করি করি তৌখি হায়বহ্ সূত্র ওইনা তাল্লী। মখোয়সে প্রভুগী নিত্যলীলাগী পার্ষদশিংনী। নিত্য পার্ষদশিংসিগা লোয়ননা জীবগী মঙ্গলগীদমক প্রকট-লীলাদা প্রভুনা নাম-সঙ্কীর্ত্তন প্রচার তৌয়ি। মখোয়গা লোয়ননা প্রভুনা (অপ্রকটলীলাদা) অমসুং প্রকটলীলাদা মছামক্না প্রেম-আস্বাদন তৌয়ি অদুগা প্রেম মহাও-তংবগা লোয়ননা প্রকটলীলাদা জীবশিংদা প্রেম দান তৌয়ি।

## মূল ২০—২২

এই পঞ্চতত্ত্ব মিলি পৃথিবী আসিয়া।
পূর্ব্বপ্রেম-ভাণ্ডারের মুদ্রা উঘাড়িয়া॥ ২০ ॥
পাঁচে মিলি লুটে প্রেম করে আস্বাদন।
যত যত পিয়ে, তৃষ্ণা বাঢ়ে অনুক্ষণ॥ ২১ ॥
পুনঃ পুনঃ পিয়া পিয়া হয় মহামত্ত।
নাচে কান্দে হাসে গায় যৈছে মদমত্ত॥ ২২ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসি, পঞ্চতত্ত্ব—তত্ত্ব মঙা, মিলি—তিল্লগা, পৃথিবী—পৃথিবীদা, আসিয়া—লাক্তুনা, পূর্ব্বপ্রেম—হান্নগী প্রেমগী, ভাণ্ডারের—পূক্কৈগী, মুদ্রা—শিলমোহর, চাজুম, উঘাড়িয়া—থুগায়দুনা, হাংদোক্তুনা, পাঁচে—মঙানা, মিলি—তিল্লদুনা, লুটে—লাক্কে-মুন্নে, প্রেম—ভগবানবু লুংশিবা, করে আস্বাদন—চুম্মী, মহাও তংঙী, যত যত—অদুক্কী মতীক; পিয়ে—থকয়ি, তৃষ্ণা—খোরাংবা, বাঢ়ে—হেল্লী, অনুক্ষণ—ক্ষণথুদিং; পুনঃ পুনঃ—হন্না হন্না, পিয়া পিয়া—থক্ল থক্লগা, হয়—ওই, মহামত্ত—য়াম্না মযাই-কাবা; নাচে—জগোই শাই, কান্দে—কপ্পী, হাসে—নোকয়ি, গায়—শৈশকয়ি; যৈছে—অম্না, মদমত্ত—য়ু্ঙাংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পঞ্চতত্ত্বসিনা তিন্নরগা পৃথিবীদা লাক্তুনা মমাংঙৈগী প্রেম-পূক্কৈগী চাজুম থুগায়রগা মঙামক পুন্না প্রেম লাক্ক-মুন্নদুনা আস্বাদন তৌয়ি। অদুক্কী মতীক থকয়িবমখৈ মীংকুপ থুদিংগী প্রেম-খোরাংবা হেল্লী। হন্না-হন্না

থকচন্-থকচন্দুনা য়ায়া ময়াই কারকয়ি। অদুনা য়ুঙাওবদোনা জগোই শাগৎলকয়ি, কপ্পী নোকয়ি অদুগা ঈশৈশু শকৃথৎলকয়ি।

## নৈনৱোল

পূর্ব্ব-প্রেম-ভাণ্ডারের—মমাঙৈঙগী ( হায়বদি ব্রজগী ) কৃষ্ণবু নুংশিবা ( প্রেম ) হায়বদু ভূগুশন্দুনা থম্বা শঙ অদুগী। শঙদুগী থোঙদু চুম-শো লোন্দুনা থম্বৎম থম্মী হায়বদি ব্রজলীলাগী প্রেমগী কৈদু হাং-দোক্লবা চুম-শোদু পঞ্চতত্ত্বসিগী কনামতগী মনাক্তা লৈরমদে। হৌজিক্তি নবদ্বীপ-লীলাদা কৈদুগী চুমশোদু পঞ্চতত্ত্বসিনা ফংলে, ফংলদুনা থক্লীঙবনা লোইরদুনা ঈখৌ-লাংবা মীনা ঈশীঙ থুজোক শোকৎতুনা থকপঙম ব্রজ-প্রেমগী কৈ লুট তৌবা হৌরে, লুট তৌনা তৌনা প্রেম-অমৃতদু থকপা হৌখি। অসি হায়বগী মরমদি অসিনী, ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণদু গোপীপ্রেমগী বিষয়দমক ওইরম্মী হায়দুনা আশ্রয় জাতীয় ওইবা নুংঙাইবদুগী মহাও তংবা ৎইথোক্লমদে ( প্রেমগী আশ্রয় জাতীয় আস্বাদন অদু শ্রীকৃষ্ণগী মরমদদি চাজুম-নম্বা কৈনুঙদা শো লোল্লগা থনম্বগুম্মী ), অদুবু শ্রীরাধাগী ভাব লৌরগা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা নবদ্বীপ-তা লেঙথরক্লবা মতমদদি— শ্রীরাধাগী ভাব লৌবা মরম্না—আশ্রয়জাতীয় সুখ আস্বাদন তৌবদা মহাক মতীক চারম্লে [ চাজুমনম্নবা কৈগী ( রাধা ভাবকী মছক ওইবা ) শো অদু ফংলরে মবমদুনা কৈদুগী থোঙ হাংদোক্লে ] অদুগা নীঙবা থুংনা সুখ অদু আস্বাদন তৌবা হৌরে।

পাঁচে মিলি—পঞ্চতত্ত্ব পুন্দুনা। শ্রীরাধাগী মাদন-কৌবা ভাব অদুনা আশ্রয়জাতীয় প্রেমভাণ্ডারগী শোনী, মরমসিনা পঞ্চতত্ত্বগী অতোপ্পা তত্ত্ব মরিদা আশ্রয়জাতীয় ভাব অদুনা আশ্রয়জাতীয় প্রেম ভাণ্ডারগী শোনী, মরমসিনা পঞ্চতত্ত্বগী অতোপ্পা তত্ত্ব মরিদা আশ্রয়জাতীয় ভাব লৈরবসু ভাব অদুগী অয়োবী হায়বদুদি শ্রীগৌরাঙ্গদদমক লৈরম্মী। ব্রজ-লীলাদা সখীমঞ্জরীশিংনা শ্রীরাধানা আশ্রয়জাতীয় প্রেম আস্বাদন তৌবদা রস য়োকখৎনবগীদমক মতেঙ পাংবগুম শ্রীগৌরাঙ্গনা আশ্রয়-জাতীয় প্রেম আস্বাদন তৌবদসু মহাক নত্তবা তত্ত্ব মরিদুনা রস য়োকখৎপদা মতেঙ পাংলম্মী। অদুগা রস য়োকখৎনবা তেঙবাঙবগী হৌনশা ব্রজলীলাগী সখী-মঞ্জরীগী মতৌগুম্বা তত্ত্ব মরিদুসু মনীঙ থুংনা প্রেম-রস আস্বাদন তৌজে।

মহৌশানা ঈশীঙ খৌরাংবা মীনা ঈশীঙ থকৎলকপদা থক্ল-থক্লগা মাগী

খোরাংবতু হঞ্জরকয়ি। অদুগা ব্রজপ্রেমগী মগুণ-দি অঙকপনী—থক্ক থক্কগা থক্কীওবা থোইনা থোইনা হেন্জংলকয়ি। মরমদুনা পঞ্চতত্ত্বগী মফমদসু মযাই-কাবা অস্থুম অস্থুম হেন্জংলকপতুগী লোইবা-থবা লৈখিদে। প্রেমদা ভাওথিবনা মথোয়না অঙাওবগী মতৌগুম্না জগোই শাগংলকয়ি, নোক্ন-নোকয়ি, কপ্পসু কপ্পী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম-রূপ-লীলা-গা বিষয় ওইবা ঈশৈ শকথংলকয়ি। শ্রীমদ্ভাগবতমসু মতৌসিমক হায়রি—"হসত্যথো রোদিতি, রৌতি গায়ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ। ( ১১/২/৪০ )।।"

## মূল ২৩

পাত্রাপাত্র-বিচার নাহি, নাহি স্থানাস্থান।
যেই যাহাঁ পায় তাহাঁ করে প্রেমদান ।। ২৩ ।।

## শব্দার্থ

পাত্র—ফংবদা মতীক-চাবা মী ; অপাত্র—মতীকচাদবা মী , বিচার—খায়বা , না হি—লৈতে , নাহি—লৈতে , স্থান-অস্থান —মফম নংপা নত্তবা , যে—মী অমা হেক্তা যাহঁা—মফম অমদা হেক্তা ; পায়—ফংঙী , তাহঁা—মফমদুদা ; করে—তৌয়ি ; প্রেমদান—প্রেম পীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রেম ফংবদা ) মতীকচাবা চাদবা থল্লুবা লৈতে, মফম নংপা নংতবা হায়বা লৈরমদে। মফম অমদা থঙদে অমদা থঙদে থেংন থেংনরুবা মীদা প্রেম পীরম্মী।

## তৈনরোল

পণ্ডিত-মূর্খ, লল্লেবা-লৈতবা, ব্রাহ্মণ চণ্ডাল, হিন্দু নংপা নত্তবা, পাপী, পুণ্য-চেন্‌বা চেন্দবা অসিনচিংবা বিচার তৌদবমখৈ প্রেম পীরম্মী। পীকমসু দেব মন্দির নংপা নত্তবা, গঙ্গাতোর্বান্ নংপা নত্তবা, অশেঙবা মফম থীরমদে , লৌবুক লমুহাও, কৈথেল, তুরেনগী হিদেন তাকম থঙদে—অফওবা মফমদা থেংন-থেংনরুবা মীদা কৃষ্ণপ্রেম দান তৌয়ি। ষট্সন্দর্ভদা শ্রীজীবগোস্বামী চরম্না ইরি—শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা মছাগী হ্লাদিনী শক্তিদু মফম পুম্বদা চাইথোকয়ি। ভজন তৌদুনা দোষ-কোক্লবা চিত্তদা চাইথোক্লরুবা হ্লাদিনীশক্তিদু থুম্রে, অদুম্না থুম্লবা হ্লাদিনীশক্তিদুনা ভক্তি

হায়বদি প্রেমগী মছক ওইখৎলকয়ি, অদুবু অমোংপা চিত্তদদি হ্লাদিনীনা মপুঙ ওইবা শুদ্ধসত্ত্বগী ওইবা প্রেম লৌশন্নবা মক্ষম লৈতে। হায়রিব-সিন। থাইগী চৎনবী ওইরবদি পাত্রাপাত্র খায়দ্রবমখৈ দান তৌরম্লিবা প্রেম অসিবু হ্লাদিনী প্রধান শুদ্ধসত্ত্বগী ওইবা প্রেমত্নী খল্লবদি সিদ্ধান্তবু বিরোধ ( য়েংপা ) ওইনী হায়না চিংনফম থোকয়ি। অনাসঙ্গ ( ভজন তৌনীগুদবা ) ওইনা মপোক য়াম্না শ্রবণ কীর্তন তৌদুনম্মু শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াখাদা প্রেম কৌবা লন অদু ফগুবা গুমদে- অসিনচিংবা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী বচন মতুঙ ইন্না কৃষ্ণভক্তি হাযবদি কৃষ্ণপ্রেমদি ফংবদা য়াবা পোংনী। অসিগুম্বা অন্তাগুবা প্রেমবু অমদ অমদা পীরে হায়না খল্লবদি শ্রীরূপ-ন চিংবা বৈষ্ণবা-চার্য্যগী বচন চৎনফম থোক্রে অদুগা সাধনভজন তৌরুবগী কাপ্পবম্মু লৈতবদৌনা থোক্লে হাযনা প্রমাণ তৌবা তারে। মক্ষম অমদম্মু শ্রীপাদ কবিরাজ গোস্বামীনা হায়বম্মী—কৃষ্ণ-প্রেমদি শ্রবন্নচিংবা তৌত্নুনা শুদ্ধ ওইরবা চিত্তদা পোকয়ি। শাস্ত্রবাক্য পুম্নমক্কী অচূম্বা গুাক্তনী হায়না লৌরগা লেপকদবা য়াদি **প্রেমদান** শব্দগী অর্থত্থ অস্থুম্না লৌবা তারে, মতুদি—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা লেঙথরক্লিবৈগী মমাগুদা মীতা যেংদবমখৈ অমদা অমদা ভগবৎ-ভজন তৌ হায়না পাওতাক পীরমদবা তাই, মতমতুদা চৎনরম্বা স্মৃতিশাস্ত্রগী ব্যবস্থা মতুং ইন্না ত্নুপীগী অমদি শূদ্রনচিংবগী ভগবান ভজন তৌনবা অধিকার লৈরমদে অদুগা হিন্দু নত্তবা ম্লেচ্ছনচিংবগীম্মু হিন্দু শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না ভজন তৌবগী অধিকার লৈরমদে, শ্রীমন্ মহাপ্রভুতনা ইহান্-হেক-হান্না লাউথোকখি—“শ্রীকৃষ্ণ ভজনে নাহি জাতিকুলাদি বিচার—শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌবদা জাতি-শাগৈনচিংবগী য়া লৈতে।” মহাক্না চীম্না লাওথোক্লগদা তোক্লমদে—মছামক্লে অদুগা মহাক্কী পার্ষদশিংনে লোইনমক্না জাতিবর্ণ য়েং-দবমখৈ শ্রীহরিনামগী পাংতোক্লচিংবা শ্রীকৃষ্ণভজনগী অমদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেম ফংনবগী উপাযত্থ পাপী তাপীনচিংবা মী পুম্নমক্কা পীবিরম্মী, হরিদাস ঠাকুর, জগাই মাধাই, পাঠান বৈষ্ণবনচিংবা অসিনা মতুগী লংলবা খুদম্নী। বৈষ্ণব-অপরাধদি লৈতবা অদুগা ফত্তবা থবক্তি তৌরম্বা মীতাশিংদা অনুতাপ পোকহল্লগা নত্রগা অতৈ উপায় অমা তৌদুনা মখোযগী চিত্তদা প্রেম পোকপ য়াননবা কৃপা তৌবিরগা প্রেম পীবিখি। অপরাধ-লৈবা মীতাগীনা, মহাক্কী অচিন্ত্য-শক্তিগী মপাঙ্গা নাম লৌবদদা মখোযগী অপরাধ কোকহন্দুনা মখোয়দা প্রেমদান তৌবিখি। মতৌ অস্থুম্না মহাক্কী কৃপা ফংহৌদবা য়াওখিদ।

মূল ২৪

লুটিয়া খাইয়া দিয়া ভাণ্ডার উজাড়ে।

আশ্চর্য্য ভাণ্ডার,—প্রেম শতগুণ বাড়ে ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

লুটিয়া— লুট তৌদুনা, খাইয়া— চাদুনা, দিয়া—পীথোক্তুনা ; ভাণ্ডার —(প্রেমগী) পূকৈ, উজাড়ে—পুম্‌হাণ্ড হাণ্ডবগুম্লে, আশ্চর্য্য—অঙকপা, ভাণ্ডার—পূকৈনী, প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম, শতগুণ—শরুক চামা, বাড়ে— হেঙ্গংলী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পঞ্চতত্বনা প্রেমগী) ভাণ্ডারদু লুট তৌরে, অদুগা চারে অদুগা অমূক য়েম্থোক্লগা ভাণ্ডার পুমহাণ্ড হাণ্ডবগুম্না তৌহল্লে। অদুবু ( কৃষ্ণ প্রেমগী ) ভাণ্ডারসি অঙকপনী, ( য়েম্থোক-য়েম্থোকলগা ) প্রেম অদু শরুক চামা হেঙ্গংলকয়ি।

মূল ২৫

উথলিল প্রেমবন্যা,— চৌদিকে বেড়ায়।

স্ত্রী-বৃদ্ধ-বালক-যুবা সভারে ডুবায় ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

উথলিল -ঈহৌরম্মী, প্রেম-বন্যা--প্রেমগী ঈচাও ; চৌদিকে— মায়কৈ মরিমক্তা, বেড়ায়—কোয়না চংলী, স্ত্রী—নুপী, বৃদ্ধ—অহল-লাইমন্, বালক—নুপামচা, যুবা—পাথণ্ড, সভারে—পুম্নমকপু, ডুবায় —লূপ্‌হল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমগী ঈচাও হৌরম্লে অদুগা মায়কৈ মরিমক্তা ঈপায়গা চেম্থোক্লকখি ঈচাওদুদা নুপী, অহল-লাইমন, নুপামচা, পাথণ্ড—লোইনমক লূপ্‌হল্লী।

মূল ২৬

সজ্জন দুর্জ্জন পঙ্গু জড় অন্ধগণ।

প্রেমবন্যায় ডুবাইল জগতের জন ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

সজ্জন – অফবা মী ; দুর্জ্জন ফত্তবা মী , পঙ্গু—খোঙতেকপা , জড় —খোঙ-খুৎ-পঙথরবা মী , অন্ধগণ--মীত্তাঙবশিং , প্রেমবন্যায় – প্রেমগী ঈচাওদা , ডুবাইল– লূপ হল্লে , জগতের— জগৎকী ; জন—মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অফবা ফত্তবা, খোঙতেক–মীৎতাঙ খোঙ–খুৎ-পঙথরবা মী হায়বদি জগৎকী পুম্নমকপু প্রেমগী ইচাওদা লূপ্ হল্লে।

### মূল ২৭

জগত ডুবিল, জীবের হৈল বীজনাশ।
তাহা দেখি পাঁচজনের পরম উল্লাস ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

জগত – জগৎ , ডুবিল - লূপ্লে , জীবের—জীবগী , হৈল—ওইরে , বীজনাশ– ( সংসারগী ) মরূ মাঙবা, কর্ম্মফল-মাঙবা, অরান-খুভম ; তাহা —মদু , দেখি—উরগা , পাঁচজনের – তত্ত্ব মঙাগী ; পরম—থমথেংবা , উল্লাস—হরাওবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রেমবন্যাদা ) জগৎ লূপ্ খরে, জীবগী সংসার বীজ হায়বদু মাঙলে ( কর্ম্মফল মাঙলে )। মদু উরগা মী মঙাদু (পঞ্চতত্ত্বদু) থম্থেঙনা হরাওরে।

### নৈনরোল

ঈশ্বীঙ চাউবা মতমদা লৌবুক্তা পাল্লম্বা মহৈ–মরোং পুম্নমক মতম শাংনা ঈশ্বীঙদা থুমদুনা লৈখিবনা মহৈ মরোংদু পুম্নাঙ মাঙঙী, মহৈ মরোংগী পাম্বীশিংদুগী মযোল চোংথংনবা শক্তি মাঙঙী, মতৌ অদুগুম্না জীব পুম্নমক প্রেমগী ঈচাওদা লূপখিবনা মখোয়গী সংসার–বীজ ( সংসারদা হঙৎ-হন্দা পোকপা শিবা তৌবগী কর্ম্মনা পুন্বদো ) মাঙখি। হায়বদি মখোয অমূক পোকপা তোক্তুনা অরান খুভম ফংঙী। অশেংবমক কৃষ্ণপ্রেম ফংলবদি সংসার-না পুন্বা ঙমদরে , করি হায়নী, নাম শোন্বতদা সংসার-বন্ধন মাঙঙী। লাইরীকসিগী অন্ত্যলীলাদা হায়রি—“সঙ্কীর্ত্তন হৈতে— পাপ-সংসার নাশন। ৩/২০/১০ ॥”

## মূল ২৮

যত যত প্রেমবৃষ্টি করে পঞ্চজনে।
তত তত বাড়ে জল ব্যাপে ত্রিভুবনে॥ ২৮ ।

### শব্দার্থ

যত যত অদূক অদূক , প্রেমবৃষ্টি—প্রেমগী মশক ওইবা নোং , করে—হৈথে , পঞ্চজনে তত্ত্বমঙানা , তত তত—অদূক অদূক , বাড়ে—হেঙ্গৎলী ; জল—ঈশীঙ ; ব্যাপে—শীস্থংঙী , ত্রিভুবনে—মরোল অহুমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ব মঙাসিনা প্রেম কৌবা নোং অদূক্কী মতীক হৈথবগা অদূক্কী মতীক প্রেম-লাইজ হেঙ্গৎলকয়ি অতুগা মরোল অহুম শম্না ফংহল্লী।

### নৈনরোল

প্রেম শীববু নোংচুবগা চাংদম্লী, মরমদি নোংগী ঈশীঙদি অরাং-অনেম, অশেংবা-অমাংবা ঈশীঙদা কংফান্দা মফম পুম্নমক্তা তাই , মতৌ অতুংম্না হিন্দু নৎপা নত্তবা, মুপী-মুপা, অঙাঙ-অহল, লল্লেবা-লৈতবা, পণ্ডিত-মূর্খ, পাপী অমদি পুণ্য-চেনবা- পুম্নমক্না পঞ্চতত্ত্বগী মফমদগী প্রেম ফংখি।

## মূল ২৯-৩০

মায়াবাদী কর্ম্মনিষ্ঠ কুতার্কিকগণ।
নিন্দুক পাষণ্ডী যত পঢ়ুয়া অধম॥ ২৯ ॥
সেই সব মহাদক্ষ ধাঞা পলাইল।
সেই বন্যা তা সবারে ছুইতে নারিল॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

মায়াবাদী—শঙ্করাচার্য্যগী মত-লৌবা জ্ঞানমার্গগী মী , কর্ম্মনিষ্ঠ—ফল-পাম্বা কর্ম্মী , কুতার্কিকগণ—মতমচাদনা মরৈ য়েৎপা মীশিং, ভগবানগী মরম নত্তনা অতৈ মরমদা তর্ক তৌবা মীশিং , নিন্দুক—মীগী দোষ থিবা মীতা , পাষণ্ডী—নাস্তিক, ভগবান্দগী মমায়-ওন্থোকপা মী , যত—কয়া , পঢ়ুয়া—পাড়োরান , অধম—অতোনবা ; সেইসব—মখোয় পুম্বদো ,

মহাদক্ষ—য়াম্না হৈ-শিংবা ; থাঞ্জা পলাইল—চেন্দুনা চংখ্রে, সেই-বন্যা—(প্রেমগী) ইচাওদো, তঁ সবারে—মখোয় পুম্ববু, ছুঁইতে—শোকপা ; নারিল—ঙমখিদরে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(শঙ্করাচার্য্যগী মত-পাম্বা) মায়াবাদী, ফল পামদুনা থবক তৌবা মী, মরম-চাদবমথৈ মরৈ-য়েংপা মীশিং, অতোপ্পগী মরান্দমক ঙাঙবা মী, পাষণ্ডী (নাস্তিক—লাই-থাজদবা), অতোন্বা পডোরান্ লৈরম্বা থিবিক—হৈশিংলবা মখোয় পুম্নমকসি হৌদুনা চেনখিরম্মী। মরমদুনা (প্রেমগী) ঈচাওদুনা মখোয় পুম্বসিবুদি শোকপা ঙমখিদে।

**লৈনরোল**

শঙ্করাচার্য্যগী মত-পাম্বা মায়াবাদী শিংদি জীবনা ঈশ্বরগী সেবক-নী অদুগা ঈশ্বরনা জীবগী সেব্য-নী (সেবা-তৌফমী) হায়বদু য়াদে, মরমদুনা মখোযদি ভক্তি অমসুং প্রেম ফংবা ঙমদে।

ফল-পাম্বা কর্ম্মীশিংনা কর্ম্মমার্গদা লুপখিবা মরম্না ভক্তিমার্গগী থবক করিমত্তা তৌদে। কর্ম্ম তৌবগী ফলদি ইহকাল অমসুং পরকাল অনীদা লুংঙাইবা ফংবা অসিতনী। মসিগা ভগবৎ সেবাগা মরি লৈনদে, মরমদুনা কর্ম্মনিষ্ঠ ওইবা মীদি ভক্তি-প্রেম ফংবা ঙমদে।

ভগবান্‌গী বিষযনত্তবা অতোপ্পা বিষয়দা তর্ক তৌবা মী নত্রগা ভক্তি-য়াদবা তর্ক তৌবা মীশিংবু কুতার্কিক হাযরিবনী। অসিগুম্বা মীতাগী তর্কনা ভক্তি য়োকথংনবা ওইবা ঙমদে, অহোইনদুম ভক্তি লোংথি। মরম-দুনা মখোয় ভক্তি হাযবদি প্রেম ফংবা ঙমদে। ভগবান্‌গী নাম রূপ-লীলাগী রাখম্না লাম্বা-ফংদবা অচিন্ত্য মহিমাগী রা কুতার্কিকশিংনা থাজদবা য়াই, করি হায়নী, ঈশ্বর লৈ হায়বা কাওবা থাজরোই—মরমদি, মখোয়গী রাখন মতুঙ ইন্না রা পুম্নমক্রে যুক্তিনা পুথোক-য়াবা (সিদ্ধ) নত্তে। তশেংবদি করিগুম্বা যুক্তিনা (নাত্তনা) ভগবান্‌গী অচিন্ত্য-মহিমাদু লেপ্পা য়াবা নত্তে, মহিমাসিদি অনুভব তনা (থনুঙদা পানবতনা) থঙবা পোৎতানী। মীওইবগী যুক্তিনা ভগবান্‌গী তত্ত্ববু খঙগে তান্বা কুতার্কিকশিংনা ভক্তি-প্রেম ফংবা হায়বদো ওইথোক্তে।

কলক খন্ডনবদগী য়েংথীবদগী অতোপ্পগী মরমদা অওইবা ওইদবা দোষ

থিহুনা ভাণ্ডববু নিন্দা কৌয়ি। নিন্দা তৌবা মীবু নিন্দুক কৌয়ি। নিন্দুক-শিংগী মপুকচেন্দি মতম পুম্বদা অপীকপা ব্যথন্দমক থল্লী। অহুনা মথোয়গী চিত্তদা ভক্তিগী মফম লৈতে।

পাষণ্ডী হায়বদি ভগবানবু থাজদবা নাস্তিক হায়বহুনী। অতুনা মাদি ভগবান্দগী মায ওন্থোক্তুনা লৈ ( বহির্মুখ ওই )। ভগবদ্‌বহির্মুখ ওই হায়ত্থুনা পাষণ্ডীদি ভক্তি-প্রেম ফংবা ঙমদে।

পড়ুয়া-গী অর্থদি ছাত্র, পডোরান্ হায়বনী। শ্রীমন্-মহাপ্রভুগী মতমদা নবদ্বীপতা লাইরীক-তম্বা (পড়ুয়া য়াম্না লৈরম্মী। মথোয়তুগী মরক্তা কুতার্কিক, নিন্দুক অমদি নাস্তিক যাওরপশিংতুবু অধম পড়ুয়া ( অতোন্‌বা পডোরান ) কৌবিবনী, মরমদি ভক্তি শাস্ত্রগী মতুঙ ইম্না কৃষ্ণভক্তিনা বিদ্যা তম্বগী পূওথোই-থোইবা পান্দম্নী। চৈতন্য ভাগবত হায়বহুদা য়াওরি—"পঢে কেনে লোক?—কৃষ্ণভক্তি জানিবারে। সে যদি নহিল, তবে বিদ্যায় কি করে॥— মীনা বিদ্যা তম্নরিবা করিগীনো? কৃষ্ণভক্তি খণ্ডনবগীদমক্তী। মতুবু নত্রবদি বিদ্যাত্থনা করি তৌনগনী?" মরমসিনা কৃষ্ণভক্তিবু পুমথোই-থোইবা বিদ্যানী হায়রিবনী। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা শ্রীলরামানন্দ রায়গা ভাওনবদা য়াওরি, মতুদি—"প্রভু কহে কোন বিদ্যা সার। রায় কহে— কৃষ্ণভক্তি বিনা বিদ্যা নাহি আর॥—প্রভুনা হায়, করম্বা বিদ্যানা মচিনো? রায়না হায়—কৃষ্ণভক্তি নত্তনা বিদ্যা অতৈমা লৈতরে।" মরম'সনা লাইরীক-লাইগু লক্কা তৌহুনসু কৃষ্ণভক্তিবু নৈনদ্রবা অহুগা ভক্তিগী মরমদা অকায়বা কুতর্ক, নিন্দা অহুগা নাস্তিক-আচারদা লুপ্লিবা পড়ুয়াশিংতুবু অধম পড়ুয়া কৌবদা করিমতা কায়দ্রে। ভক্তি নত্রগা প্রেম ফংবদি মথোয়গীদমক্তদি ওইথোক্তরে। মথোয়না প্রেম যংনবগী উপায়গী মশক ওইবা শ্রীশ্রীনাম সঙ্কীর্তননচিংবগী মরমদা পীবা পাওতাকশিংতু লৌদে, অহুগী সু মথক্কা নিন্দা-নচিংবা তৌকবনা নাম-অপরাধ তৌহুনা লৈরে।

মায়াবাদীনচিংবা মীশিংসিবু গ্রন্থকারনা মহাদক্ষ-নী—য়াম্না হৈশিং-বনী হায়না হায়রিবসি করেম্নরিবনী।

## মূল ৩১-৩২

তাহা দেখি মহাপ্রভু করেন চিন্তন।<br>
জগৎ ডুবাইতে আমি করিল যতন॥ ৩১ ॥<br>
কেহ কেহ এড়াইল—প্রতিজ্ঞা হৈল ভঙ্গ।<br>
তা-সভা ডুবাইতে পাতিব কিছু রঙ্গ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

তাহা—মতু ( মায়াবাদীনচিংবনা প্রেম ফংদবতু ) ; দেখি- উরতুনা, মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; করেন—তৌয়ি, চিন্তন—রাখন, জগৎ—জগৎ, ডুবাইতে—লুপহনগে হায়তুনা, আমি—ঐনা, করিল—তৌয়ি, যত্তন—হোৎনবা, কেহ কেহ—কনা কনাগুম্বা মী খরনা, এড়াইল—নাম্বোকখরে ; প্রতিজ্ঞা—ৱাশক, হৈল—ওইরে, ভঙ্গ—কায়বা ; তা-সভা—মখোয় পুম্নমকপু ; ডুবাইতে লুপহম্নবা হায়তুনা ; পাতিব- থাকে ; কিছু—খরা, রঙ্গ—লৌশিং, কৌশল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মায়াবাদীনচিংবা মী খরনা প্রেম ফংদবা ) অতু উরতুনা শ্রীমন্-মহাপ্রভুনা চিন্তা তৌরম্মী। "ঐনা জগৎপু প্রেমগী ঈচাওদা লুপহল্লগে হায়না হোৎনবনী। অতুবু খরদি নাম্বোকখরে, মরমতুনা ঐগী ৱাশক কায়রে। ( অতুনদি হৌজিক ঐহাক ) মখোয পুম্নমকপু (প্রেমগী ঈচাওদা) লুপ হন্নবা লৌশিং অমগী লাং থাক্লগে"

## মুল ৩৩

এত বলি মনে কিছু করিযা বিচার।

সন্ন্যাস-আশ্রম প্রভু কৈলা অঙ্গীকার ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিখক, বলি- হায়তুনা, মনে—পুক্নংদা ; করিয়া বিচার —য়াখল তৌরগা, সন্ন্যাস-আশ্রম—লম্বোইবগী আশ্রম, প্রভু—মহাপ্রভুনা, কৈলা—তৌখি, অঙ্গীকার—লৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিখক হায়রগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মপুক্নীওদা বিচার তৌরগা সন্ন্যাসী ওইখি।

## তৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মপুক্নীওদা তৌখিবা বিচারগী মাতু তরাতরেৎ-শুবা পরিচ্ছেদদা য়াওরি। মতুগী মর্ম্ম-দি অসিনী—"পড়ুয়ানচিংবশিংসে ঐবু নিন্দা তৌদুনা অপরাধী ওইরে, মখোয়গী অপরাধসি কোক্রুবদি মখোয়গী

থম্মোইদা ভক্তি পোক্নোইদৌরে, অদুগনু মখোয়গী অপরাধ কোক্লবগী উপায়সু কংবা লৈরোইদৌরে। ঐঙোন্দা অমুক্তং খুরুমজয়বদি মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গী অপরাধতু কোকপা য়াবনী। অদুবু ঐগী হৌজিক ওইরিবা ক্ষীণমসিদদি মখোয়না ঐঙোন্দা খুরুম্নোই। ঐনা সন্ন্যাস লৌরবদি ঐবু সন্ন্যাসীনী হায়দুনা মখোয়না ঐবু খুরুম্বসু ময়াই। মরমদুনা ঐহাক সন্ন্যাস লৌরগে। মখোয়না ঐবু সন্ন্যাসী অমনি হায়না খুরুম্নগনী, মদুদা মখোয়গী অপরাধ কোক্ননী। মখোয়গী অপরাধ-লৈত্রবা মোত্তবা থম্মোইদা ভক্তি পোকহন্‌বিরগে।"

## মূল ৩৪

চব্বিশ বৎসর ছিলা গৃহস্থ-আশ্রমে।

পঞ্চবিংশতি বর্ষে কৈল যতি ধর্ম্মে ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

চব্বিশ—কুম্মরি ; বৎসর—চহী , ছিলা—লৈরম্মী ; গৃহস্থ-আশ্রমে—য়ুম-পান্‌বগী আশ্রমদা , পঞ্চবিংশতি—কুম্মঙা , বর্ষে—চহি মত্তাঙদা , কৈল—লৌরি , যতিধর্ম্মে—সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা চহি কুম্মরি গৃহস্থ আশ্রমদা লৈরম্মী, অদুগা চহি কুম্মঙা চঙলকপদা সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম লৌথি।

## মূল ৩৫

সন্ন্যাস করিয়া প্রভু কৈল আকর্ষণ।

যতেক পলাঞাছিল তার্কিকাদিগণ ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

সন্ন্যাস করিয়া—লম্বোইরগা , প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা , কৈল—তৌথি ; আকর্ষণ—চিংশন্‌বা , যতেক—মখোয় কয়া , পলাঞাছিল—চেন্‌থিরম্মী , তার্কিক-আদি-গণ—তার্কিকনচিংবশিংদু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌরগা তার্কিক-নচিংবশিং মখোয় কয়া চেন্‌খিরবশিংদুবু চিংশিল্লম্মী।

## মূল ৩৬

পড়ুয়া পাষণ্ডী কর্ম্মী নিন্দকাদি যত।
তারা আসি প্রভু পায় হয় অবনত ॥ ৩৬।

### শব্দার্থ

পড়ুয়া—ছাত্র, পাষণ্ডী—নাস্তিক, কর্ম্মী—ফল-পাম্বা কর্ম্মী, নিন্দক-আদি—দোষ-থিগনবা মীনচিংব। যত—কয়া ; তারা—মখোযনা ; আসি লাক্লুনা, প্রভু পায়—প্রভুগী খোঙদা, হয়—ওইরয়ে ; অবনত—নোন্জবা, খুরুম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ছাত্র, পাষণ্ডী, ফল-পামত্নুনা-থবক-তৌবা মীশিং, প্রভুবু নিন্দা তৌরম্বা মীনচিংবা লৈবম্বা কযাদো—মখোয় লোইন। লাক্লুনা প্রভুগী খোঙদা নোঙ্খি।

## মূল ৩৭

অপরাধ ক্ষমাইল, ডুবিল প্রেমজলে।
কেবা এড়াইবে প্রভুর প্রেম-মহাজালে ।৩৭॥

### শব্দার্থ

অপরাধ—মরাল, ক্ষমাইল—ঙাকহনবিরে, ডুবিল—লূপখবে, প্রেম-জলে—কৃষ্ণপ্রেম-লাইজম্লুংদা, কেবা—কনানা, এড়াইবে—থৈদোক্নী ; প্রভুর প্রভুগী, প্রেম-মহাজালে—প্রেমগী মহাজাল কৌবা ইঙ্গাও।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়গী মরালদু প্রভুনা ঙাকপিরে অদুগা মখোয কৃষ্ণপ্রেমগী লাইজম্লুংদা লূপখরে। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী প্রেমগী ইঙ্গাওদু কনানা থৈদোক্নী।

## মূল ৩৮

সভা নিস্তারিতে প্রভু কৃপা অবতার।
সভা নিস্তারিতে করেন চাতুরী অপার ॥ ৩৮॥

### শব্দার্থ

সভা—মী পুম্নমকপু ; নিস্তারিতে—লান্‌থীগে হায়বগীদমক, প্রভু—

প্রভুনা , কৃপা—অবতার – কৃপা তৌবিহুনা ওইবা অবতার নত্রগা কৃপাগী মূর্ত্তি ওইনা তৌবা অবতার , সভা – পূম্নমকপু ; নিস্তারিতে—লানবিগে হায়দুনা ; করেন—তৌয়ি , চাতুরী—লৌশিং , অপার—ভমখৈ নাইদবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূম্নমকপু লানবিগে হায়দুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা কৃপা-মূর্ত্তি ওইনা অবতার তৌবিরকপনী । পূম্নমকপু লান্‌বিনবা হায়দুনা লৌশিং ভমখৈ নাইদনা শীজম্মখি ।

## মূল ৩৯

তবে নিজ ভক্ত কৈল যত ম্লেচ্ছ-আদি ।
সবে এক এড়াইল কাশীর মায়াবাদী ।। ৩৯ ।।

## শব্দার্থ

তবে—অদুগী তুংদা , নিজ—মছাগী , ভক্ত—ভক্ত , কৈল—ওইহনখি , যত—কয়া , ম্লেচ্ছ-আদি—ম্লেচ্ছনচিংবা , সবে—পূম্নমক্তুদা , এক—অমদি , এড়াইল—নান্থোকখবে , কাশীর—কাশীগী , মায়াবাদী—নির্ব্বিশেষবাদী জ্ঞানমার্গী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা ম্লেচ্ছ-নচিংবা লৈরম্বা পূম্নমকপু মছাগী ভক্ত ওইহল্লে । মদু পূম্নমক্কী মতুংদা কাশীগী মায়াবাদীশিংদদি থৈদোকহোখি ।

## নৈনরোল

**কাশীর মায়াবাদী** - কাশীদা লৈবা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিং , মখোয়গী মনুংদা প্রকাশানন্দ সরস্বতীনা অথোইবনী । বৃন্দাবন্দগী হল্লকপদা লমথাংদা প্রভুনা মখোয়সিদা প্রেম পীবরম্মী । মতংগী মমাংদদি মখোয় মায়াবাদী ওইরম্মী । অদ্বৈতবাদগী আচার্য্য শ্রীমৎশঙ্করাচার্য্যগী তুং-ইন্‌বা সাধকশিংবু মায়াবাদী কৌয়ি । মখোয়না জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়না থল্লী , মায়ানা কুপ্পুনা তোঙান্‌বা ওইনা উবনী , সংসারদা তোঙান্‌-তাঙাননা ওইনা উরিবা পোৎশিংগী অওইবা মরৈ ( বাস্তব সত্তা ) করিসু লৈতে, ব্রহ্ম অমথক লৈরিবসি নত্তনা কদায়দসু অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে, লৈবসু য়াদে— মায়াগী প্রভাব তনা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা পোৎকী তোঙান্বা সত্তা লৈ হায়না ঐখোয়গী পুক্নিংদা খন্‌বত্তনী । মায়াগী প্রভাবসি লেত্রবা মতমদা

জীবনা খণ্ডলকনী, মহুদি—উরিবা পোৎ খুদিংমক মিথ্যানী ( গুইদবনী ), ইছাবু তোঙানব সন্তানী হাযনা লৌরস্তুম্ মিথ্যানী, লোইনমক ব্রহ্মাণ্ডাক্টী, মতমহুদ, জীব-সমু ভ্রহ্মদগী তোঙানবা নত্তে অভেদ-নী) হায়বা খণ্ডলকপা শুমজরকনী। মতসি পুরিবা মীতাশিংনা ব্যবহারিক জগত্তা ( তাইবঙদা ) উরিবা পুম্নমকপু মায়াগী প্রভাব-তগী পোকপনী হায়তুনা ব্যাখ্যা তৌবা মরম্না মখোযবু মাযাবাদী কৌয়ি। জীবগা ব্রহ্মগা খেন্নবা লৈতে হায়তুনা মায়াবাদীশিংনা ব্রহ্মগা লোয়নবা জীবগী সেব্য-সেবক ওইবগী সম্বন্ধসু যাদে, মরমতুনা মখোয়গী মত-তি ভক্তি-যাদবা মত-নী , মরমতুনা মখোযবুসু মহাপ্রভুনা ভক্তি ফংহনবা তাথিরম্বনি।

## মূল ৪০

বৃন্দাবন যাইতে প্রভু রহিলা কাশীতে।
মায়াবাদিগণ তাঁরে লাগিল নিন্দিতে ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবন--বৃন্দাবন-দা , যাইতে--লেঙবদা , প্রভু—মহাপ্রভুনা , রহিলা—লৈখ , কাশীতে—কাশীদা , মায়াবাদিগণ—মাযাবাদীশিংনা ; তাঁরে—মহাকপু , লাগিল—হৌখি , নিন্দিতে—নিন্দা তৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন লেঙবদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কাশীদা লৈরম্মী। (মফমতুদা) মাযাবাদীশিংনা মহাকপু নিন্দা তৌবা হৌখি।

### নৈনরোল

নীলাচলদগী ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা বৃন্দাবনগী মায়কৈ পাংলকপদা লমথাঙদা প্রভুনা কাশীদা মতম খরদং লৈরম্মী। কাশীদা মতমতুদা শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতী লৈরম্মী , অতুগা মহাক্কী সন্ন্যাসী শিষ্য লীশঙ তম্না-থকসু লৈরম্মী। মতম অতুরাইদা প্রকাশানন্দ সরস্বতীসে ভারতবর্ষগী মনুঙদা বিদ্যাবুদ্ধিদা, প্রতিভাদা অতুগা মিংচত্তা খ্যাইদগী হেল্লম্মী। মহাক্কী মথ দা যুম্বানবা শ্রীপাদ বাসুদেব সার্ব্বভৌমগী মফম্নী। শ্রীমন মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস হেক লৌরগা নীলাচলদা লেঙলগা মাযাবাদী সার্ব্বভৌমবু ভক্তি-মার্গদা পুশনখি। শ্রীচৈতন্যনা ভক্তি রঙ্গগী মতৌ তৌবগী বাগা মানা ভক্তি

প্রচার তৌবগী রাগা প্রকাশানন্দনা মন্যাকোঙলা হায়দগী তারম্মী ; মহু তাবদা প্রভুগী মরমদা খরা উচ্ছিস্তবা ভাব অমা পুরম্মী। কাশীদা লেঙলক্লগসু প্রভুনা হায়গী ভক্তি-অঙ্গ মতৌহু অতুম তৌরম্মী, মহু খঙলবদা প্রকাশানন্দনা শিষ্যশিংগা লোযননা শাওরম্মী, অদুগা প্রভুবু নিন্দা তৌরম্মী।

## মূল ৪১ ৪২

সন্ন্যাসী হইয়া করেন গায়ন নাচন।
না করে বেদান্তপাঠ – করে সংকীর্ত্তন ॥ ৪১ ॥
মূর্খ সন্ন্যাসী নিজ ধর্ম্ম নাহি জানে।
ভাবক হইযা ফিরে ভাবকের সনে ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

সন্ন্যাসী লম্বোইবা, হইয়া—ওইরগা, করেন—তৌযি, গায়ন—ঈশৈ শকপা, নাচন—জগোই শাবা, না করে--তৌদে, বেদান্তপাঠ—বেদান্ত পাবা, করে সংকীর্ত্তন-- সংকীর্ত্তন তৌয়ি, মূর্খ—অপঙবা, সন্ন্যাসী—লম্বোইবা, নিজ—মছাগী, ধর্ম্ম—মথৌ, নাহি-জানে--খঙদে, ভাবক – পূক্নীঙনৌগনবা মী, হইযা—ওইদুনা, ফিরে – চৎলী, ভাবকেব – ভাবকশিংগা লোয়ননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বোইবগা ঈশৈ শকুনা জগোই শাই, বেদান্ত পাদে, সংকীর্ত্তন তৌয়ি। অপঙবা সন্ন্যাসীনীনা মছাগী মথৌ খঙদে, পূক্নীঙ-নৌবা মীওয়া ওইদুনা পূক্নীঙ-নৌবশিংগা (ভাবকশিংগা) লোযননা চৎলী। (অসি হাযদুনা প্রকাশানন্দখোযনা প্রভুবু নিন্দা তৌখি)।

## নৈনরোল

মতমদুগী সন্ন্যাসীশিংদি অযাম্বনা মাযাবাদী ঙাক্লনী, শঙ্করাচার্য্যনা তৌরম্বা মায়াবাদনা মরুওইবা বেদান্তভাষ্যদুদা মখোযনা নিতিগী পাঠ তৌরম্মী।

বেদান্ত—ব্রহ্মসূত্র। মতমদুগী অদুগা হৌজিকসু অযাম্বা সন্ন্যাসীশিংনা বেদান্ত হায়রগা বেদান্তগী শঙ্কর-ভাষ্যতবু নম্রগা শঙ্করগী ভাষ্য মতুঙ ইনবা বেদান্তবুদা খঙনৈ।

মরমতুনা কনাগুম্বা সন্ন্যাসীনা মায়াবাদী ওইদতুনা ভক্তি ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌবা য়াই হায়রসে প্রকাশানন্দখোয়না খল্লমদে। মরমতুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী আচরণ উরগা ঙকখি। অতুগা প্রভুবু শঙ্করভাষ্যগী বেদান্ত পাদবা মূর্খ অমনী হায়না নিন্দা তৌরম্মী।

## মূল ৪৩

এ সব শুনিঞা প্রভু হাসে মনে মনে।
উপেক্ষা করিয়া কারো না কৈল সম্ভাষণে ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

এ সব—অসি পুম্বা, শুনিঞা—নাকোঙনা তারগা, প্রভু—প্রভুনা, হাসে—নোকয়ি, মনে মনে—মপুক্কুংদা তুমিন্না, উপেক্ষা—থৌশাদবা, করিয়া—তৌদুনা, কারো—কনাগমু, না কৈল—তৌরমদে, সম্ভাষণে—য়ারী শানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিপুম্বা নাকোঙনা তারগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুক্কুংদা নোক্রম্মী। (নিন্দাদু) থৌশাবিদতুনা মায়াবাদী কনামতগা বারী য়াতাই শারমদে।

## মূল ৪৪

উপেক্ষা করিযা কৈল মথুরাগমন।
মথুরা দেখিয়া পুনঃ কৈল আগমন ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

উপেক্ষা করিয়া—থৌশাবিদতুনা, কৈল—তৌরম্মী, মথুরা—মথুরাদা, গমন—লেঙবা, মথুরা—মথুরা, দেখিযা—য়েংলুরগা, পুনঃ—অমুক হন্না, কৈল—তৌখি, আগমন—লেঙঙকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(সন্ন্যসীশিংগী নিন্দাদু) থৌশারবা লৈতনা (মহাপ্রভুনা) মথুরাদা লেঙখি। মথুরা য়েংলুরগা অমুক হন্না কাশীদা লেঙঙকখি।

## মূল ৪৫

কাশীতে লেখক শূদ্র চন্দ্রশেখর।
তার ঘরে রহিলা প্রভু স্বতন্ত্র ঈশ্বর ॥ ৪৫ ॥

## শব্দার্থ

কাশীতে— কাশীদা , লেখক—লাইরীক-শিন্দোকপা মী , শূদ্র — শূদ্র জাতিগী . চন্দ্রশেখর— চন্দ্রশেখৰ , তার— মাগী , ঘরে- যুমদা ; রহিলা— — লৈখি , প্রভু—শ্রীচৈতন্যদি , স্বতন্ত্র - মশাঙ তম্বা , ঈশ্বর— ঈশ্বরনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীদা লাইরীক-শিন্দোকপগী থবক তৌবা শূদ্র-মচা চন্দ্রশেখর লৈরম্মী। মহাক্কী যুমদা মনীঙ-তম্বা ঈশ্বর শ্রীচৈতন্য প্রভুনা লেরম্মী।

### তৈনরোল

লেখক—মফমসিদা লাইরীক-লেংবা হায়বা নত্তে , লাইরীক শিন্দোকপা হাযবনী। মতমছুদা ছাপাখানা লৈবমদে। লাইরীক পুম্নমক খুত্তনা ইরম্মী। অয়াম্বা মীনা লাইরীক শিন্দোক্লগা হিংঙাই শেল তাল্লম্মী। চন্দ্রশেখরসু অদুগুম্বা লেখক অমনী। মহাক্কী জাতিদি শূদ্রনী। স্বতন্ত্র— মনীঙতম্বা হাযবনী। লোকাচারনচিংবা বিধি-নিষেধ (তৌহৈবা-তৌহৈদবা) হাযবগী রা ইন্দবা মনীঙ তম্না চংপা মীবু স্বতন্ত্র কৌয়ি। শূদ্রগী মছক সন্ন্যাসীনা উৰা যাদে হায , অদুবু প্রভুনা শূদ্র-চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লৈবা হৌখি , মতুদা চুম্নগী উবদগী হেন্দোক্লুনা শোক্ক শম্নব-ফাওবা তৌবিবনী। অদুবু প্রভুদি স্বতন্ত্র ঈশ্বরনী, লৌকিক-লীলাদা সন্ন্যাসী ওইদুনসু শূদ্রগী ময়ুমদ লৈথোক্লিবনী।

নত্রগা স্বতন্ত্র শব্দগী অর্থ অস্নুম্না হনবা য়াই :— স্ব হায়বদি “মছাগী, মছাগী ওইবা মী, মছাগী ভক্ত” হাযনা অর্থ হল্লগা ভক্তনা তন্ত্রিত তৌবা হায়বদি ভক্তগী মথাপোনবা মহাকপু স্বতন্ত্র কৌবা য়াই। প্রভুদি ভক্তগী মথা পোনবনীনা চন্দ্রশেখরগী ভক্তিনা লাকথুরবা ওইবনা সন্ন্যাসী-সম্প্র-দায়গী বিধি-নিষেধ থোশাদবমথৈ শূদ্র-চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লৈখি। মবমদি আত্মধর্ম্মগা চাংদম্নবদা সম্প্রদাযগী বিধিদি করিস্নু লৈতে হায়বদু মহাপ্রভুগী আচরণ অসিনা তাকখি।

### মুল ৪৬

তপন মিশ্রের ঘরে ভিক্ষানির্ব্বাহণ।
সন্ন্যাসীর সঙ্গে নাহি মানে নিমন্ত্রণ ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

তপন মিশ্রের - ( ব্রাহ্মণ ) তপন মিশ্রগী , ঘরে— যুমদা , ভিক্ষা— চাক্চীবা , নির্ব্বাহণ— পাঙথোকপা ( তৌয়ি ) , সন্যাসীর সঙ্গে—সন্ন্যাসী-শিংগা লোযননা , নাহি মানে—য়ারমদে, লৌরমদে , নি-ন্ত্রণ—বার্ত্তোন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুন, তপন মিশ্রগী যুমদা লুক হাই। সন্ন্যাসীশিংগা লোয়নন তৌবা নিমন্ত্রণ অদু প্রভুনা লৌরমদে।

### তৈনবোল

কাশীদা প্রভুনা শূদ্র-চন্দ্রশেখরগীদা লৈরম্লবসু তপন মিশ্র ব্রাহ্মণগী যুমদা লুক হারম্মী। অদুগা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা তৌরকপা নি-ন্ত্রণ লৌরমদে।

### মুল ৪৭

সনাতন গোসাঞি আসি তাঁহাই মিলিলা।

তাঁর শিক্ষা লাগি প্রভু দু মাস রহিলা ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

সনাতন গোসাঞি— শ্রীসনাতন গোস্বামী , আসি—লাকুনা , তাঁহাই —মফমদুদা ( কাশীদা ) , মিলিলা—উনরখি , তাঁর—মহাক্কী ( সনাতন গোস্বামীগী ) , শিক্ষা—পাওতাক তাকপিবা , লাগি—মরমগীদমক , প্রভু —মহাপ্রভুনা , দু-মাস—থা অনী , রহিলা—লৈখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলসনাতন গোস্বামী লেঙলকুনা মফমদুদা ( প্রভুগা ) উনরখি। মঙোন্দা শিক্ষা পীনবগীদমক শ্রীচৈতন্য প্রভুনা থা অনী চুপ্পা লৈখি।

### মুল ৪৮

তাঁরে শিখাইলা সব বৈষ্ণবের ধর্ম্ম।

ভাগবত-আদি শাস্ত্রের যত গূঢ় মর্ম্ম ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

তাঁরে—মঙোন্দা ( শ্রীসনাতন গোস্বামীদা ) , শিখাইলা— তম্বিখি ;

সব—পুম্বা, বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী, ধর্ম্ম—মথৌ; ভাগবত-আদি—ভাগবত-নচি বা, শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী, যত—কযাদো, গূঢ়—অথুপ্পা, মর্ম্ম—তৌফমথোকপচু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমদভাগবতমচিংবা শাস্ত্রগী অথুপ্পা ৱাফম্বা যুম্ফম ওইবা বৈষ্ণবকী তৌফম থোকপা পুম্নমক (শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা) মঙোন্দা (শ্রীসনাতন গোস্বামীদা) তাকপিখি।

## মূল ৪৯

ইতিমধ্যে চন্দ্রশেখর মিশ্র-তপন।

দুঃখী হঞা প্রভু-পায় কৈল নিবেদন॥ ৪৯॥

## শব্দার্থ

ইতিমধ্যে—মরক্তিদা, চন্দ্রশেখর—লেখক চন্দ্রশেখর, মিশ্র-তপন—শ্রীতপন মিশ্র, দুঃখী হঞা—থৱাই ঋুংঙাইত্রদুনা, প্রভু-পায়—প্রভুগী খূয়াদা, কৈল—তৌরম্মী, নিবেদন—হঙ্গৎপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরক্তিদা লেখক চন্দ্রশেখরগা তপন মিশ্রগা মথবাই ঋুংঙাইত্রদুনা মহাপ্রভুগী খুযা-খাদা হঙ্গৎখি।

## মূল ৫০

কতেক শুনিব প্রভু তোমার নিন্দন।

না পারি সহিতে এবে ছাড়িব জীবন॥ ৫০॥

## শব্দার্থ

কতেক—কয়া, শুনিব—নাকোঙনা তাগনী; প্রভু—হে প্রভু, তোমার—নহাক্কী; নিন্দন—থীনা ৱাঙনরিবসে, না পারি—ঙমদ্রে, সহিতে—খাঙবা, এবে—হৌজিক, ছাড়িব—থারগনী, জীবন—থৱাই।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"হে প্রভু, নঙবু থীনা ৱাঙনরিবসে কয়া যাম্না নাকোঙনা তাখিগনী? ঐখোয় খাঙবা ঙমদরে, হৌজিক্তি থৱাই থারগনী।"

### তৈনরোল

কনাগুম্বনা বৈষ্ণব-নিন্দা মনাকোঙনা তাগনদি মানা তৌফম থোকপা থবক অহুমথক লৈ, অহুমশুগী মনুঙদা অমা তৌবা তারে। বৈষ্ণব-নিন্দা তৌবা মীত্তুদা যুক্তিতর্ক তৌনরগা নিন্দা তৌবত্তু তোকহনবা তাই, মদু ঙমদ্রগা মফমদুমক্তদা নিন্দা-তাক্সিবা মীত্তুনা মথক্সাই থাদোক্কদবনী, মদু তৌবা ঙমদ্রগা মফমদুদগী চথোকখিগদবনী। অদুনী চন্দ্রশেখরগা তপন মিশ্রগনা থক্সাই থাক্সগে হায়না মহাপ্রভুদা হঙ্গৎলম্লিবা।

### মূল ৫১

তোমারে নিন্দয়ে যত সন্ন্যাসীর গণ।
শুনিতে না পারি ফাটে হৃদয-শ্রবণ ॥ ৫১ ।

### শব্দার্থ

তোমারে—নহাকপু, নিন্দযে – থীনা ঙাঙৌ, যত—কয়া, সন্ন্যাসী-রগণ—সন্ন্যাসী-কাঙবুনা, শুনিতে—নাকোঙনা তাবা, না পারি—ঙমদরে, ফাটে— কায়রে, হৃদয়-শ্রবণ—থম্মোইগা নাকোঙগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাসী কাঙবু লৈরিবশিংনা নহাকপু থীনা ঙাঙনৈ। ঐখোয় তাবা ঙমদবে, ঐখোয়গী থম্মোই-নাকোঙ অনীমক কায়রে।

### মূল ৫২

ইহা শুনি রহে প্রভু ঈষৎ হাসিযা।
সেই কালে এক বিপ্র মিলিল আসিয়া ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

ইহা – মসি, শুনি—নাকোঙনা তাদুনা; বহে – লৈ, প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, ঈষৎ—হাইফেৎ, হাসিয়া—নোক্তুনা, সেইকালে —মতমদুদা, এক – অমা, বিপ্র—ব্রাহ্মণ, মিলিল – উনররে, আসিয়া — লাক্তুনা।

### তৈনরোল

নিন্দা তৌরম্লিবসি মহাপ্রভুবুনী। অদুনা মহাপ্রভুদি বৈষ্ণবকী

উৎতুনা শাক্তবগী মহুত্তা নোক্তুনা থাক্তু ভারম্মী। বৈষ্ণবতি মাবু নিন্দা তৌরকপা মন্নাকোঙনা ঙ্কারগা শাক্তিরোইদৌবনী। অহুগা মহাক্কী মমাঙদা অত্তোম্পা বৈষ্ণব অমগী নিন্দা কনাগুম্বনা তৌরবদি মথক্তা হায়খিবা থবক অহুমদুগী মরক্তা অমা তৌগদবনী।

## মূল ৫৩

আসি নিবেদন করে চরণে ধরিয়া।

এক বস্তু মাগেঁ। দেহ প্রসন্ন হইয়া।। ৫৩ ।।

## শব্দার্থ

আসি--লাক্তুনা, নিবেদন—হঙ্গৎপা, করে—তৌয়ি। চরণে—খোঙদা, ধরিয়া—পাযত্থুনা; এক—অমা, বস্তু—পোৎ, মাগেঁ।—নিজগে, দেহ—পীযু, প্রসন্ন—পেন্‌বা, হইয়া—ওইবিদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণ অহুনা ) লাক্লগা প্রভুগী খোঙ পায়রহুনা রা হঙ্গৎলকথি—"পোৎ অমতং নিজগে, পেনবিদুনা পীবিযু।"

## মূল ৫৪

সকল সন্ন্যাসী মুঞি কৈনু নিমন্ত্রণ।

তুমি যদি আইস পূর্ণ হয় মোর মন।। ৫৪ ।।

## শব্দার্থ

সকল—পুম্নমক, সন্ন্যাসী--সন্ন্যাসীবু, মুঞি—ঐনা; কৈনু—তৌজরে, নিমন্ত্রণ—বার্তোন, তুমি—নহাক, যদি আইস—লেঙলক্লবদি, পূর্ণ হয়—থুংলে, মোর—ঐগী, মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঐনা সন্ন্যাসী পুম্নমকপু বার্তোন তৌজরুরে। নহাক্না লাকপিরবদি ঐগী নীঙবা থুংগনী।"

## মূল ৫৫

না যাহ সন্ন্যাসি-গোষ্ঠী, ইহা আমি জানি।

মোরে অনুগ্রহ কর নিমন্ত্রণ মানি।। ৫৫ ।।

### শব্দার্থ

না যাহ—চত্তে (নহাক্তি) ; সন্ন্যাসি-গোষ্ঠী—সন্ন্যাসী সভাদা , ইহা—মসি ; আমি—ঐহাক , জানি—খঙজী , মোরে—ঐবু , অনুগ্রহ—চানবিবা , কর—তৌ , নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন ; মানি—য়াবিত্থনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"প্রভুদি মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা লেঙশন্দে হাযবসি ঐহাক খঙজৈ । অদুবু ঐগী বার্ত্তোনসি য়াবিত্থনা ঐহাকপু চান্‌বিয়ু ।"

### মূল ৫৬

প্রভু হাসি নিমন্ত্রণ কৈল অঙ্গীকার ।
সন্ন্যাসীরে কৃপা লাগি এ ভঙ্গী তাঁহার ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা , নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন , কৈল—তৌরে ; অঙ্গীকার—লৌবা, য়াবা , সন্ন্যাসীরে—মায়াবাদী-সন্ন্যাসীশিংদা , কৃপা লাগি—চান্‌বিগে হায়বগীদমক , এ—অসি , ভঙ্গী—ইঙ্গিত , তাঁহার—মহাক্কী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নোক্লগা বার্ত্তোনদু যাবিবম্মী । মায়াবাদী-সন্ন্যাসীশিংবু কৃপা তৌবিগে হাযবগীদমক মানা ইঙ্গিতসি উৎপনী ।

### মূল ৫৭

সে বিপ্র জানে প্রভু না যান কার ঘরে ।
তাঁহার প্রেরণায় তাঁরে অত্যাগ্রহ করে ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

সে—অদু , বিপ্র—ব্রাহ্মণ , জানে—খঙজী , প্রভু—মহাপ্রভুদি , না যান—লেঙদ্রে , কার—কনাগী , ঘরে—যুমদা , তাঁহার—মহাক্কী , প্রেরণায়—ইথিন্না , তাঁরে—মঙোন্দা ( মহাপ্রভুদা ) , অত্যাগ্রহ করে—থরাই হকচিন্না তক্‌শিল্লম্মী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি কনাগীসু যুমদা লেঙদে হায়বা ব্রাহ্মণ অদুনা

খঙগী। অদুবু মহাক্কী ( মহাপ্রভুগী ) প্রেরণানা ( ইথিন্না ) প্রভুদা হকচিন্না ব্রাহ্মণদুনা কন্না তকশন্নখনী।

## মুল ৫৮

আর দিনে গেলা প্রভু সে বিপ্র-ভবনে।

দেখিলেন, বসিয়াছেন সন্ন্যাসীর গণে ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

আর—অতৈ ( মতুংগী ), দিনে - নুমীত্তা, গেলা—লেঙখী, প্রভু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, সে—মহু, বিপ্র-ভবনে—ব্রাহ্মণগী যুমদা, দেখিলেন —উরম্মী, বসিয়াছেন—ফম্লম্মী, সন্ন্যাসীরগণে—মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুঙ নোংমা কোনবদা ব্রাহ্মণদুগী যুমদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লেঙখী। মায়াবাদী সন্ন্যাসী ময়াম ফমদুনা লৈরম্বদু উরম্মী।

## মুল ৫৯

সবা নমস্করি—গেলা পাদ-প্রক্ষালনে।

পাদ প্রক্ষালন করি বসিলা সেই স্থানে ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

সব—পুম্নমকপু, নমস্করি—খুরুম্নগা, গেলা—লেঙখি, পাদ-প্রক্ষালনে—খোঙ শেংবা, পাদ—খোঙ, প্রক্ষালন—শেংদোকপা, করি —তৌরগা, বসিলা—ফম্লম্মী, সেই—মহু, স্থানে—মফমদা, ( সেই স্থানে—মফমদুমক্তদা হায়বদি খোঙ শেংলম্বা মফমদুদা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ) সন্ন্যাসী পুম্নমকপু খুরুমজগা খোঙ শেংদোকপা লেঙখি। খোঙ শেংদোক্লগা শেংদোকফম অদুদা প্রভু অদুম ফম্লম্মী।

## মুল ৬০

বসিয়া করিলা কিছু ঐশ্বর্য্যপ্রকাশ।

মহাতেজোময় বপু কোটিসূর্য্যাভাস ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

বসিয়া—ফমগা, করিলা—তৌরম্মী; কিছু—খজিক্কং, ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বর ওইবগী মতৌ, প্রকাশ—ফোঙদোকপা, মহাতেজোময়—য়োনা ঙাল্লবা, বপু—হকচাঙ, কোটি—কোটি, সূর্য্য—মুমিৎ, আভাস—মঙান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা) ফমগা ঐশ্বর্য্য খজিক্কং উৎলম্মী। মহাকী দেহতু মুমীৎ কোটিনা পুম্না ঙাল্লকপগী মঙানগুম্না লংত্রিক লংখি।

### মূল ৬১

প্রভাবে আকর্ষিল সব সন্ন্যাসীর মন।
উঠিল সন্ন্যাসী সব ছাড়িয়া আসন॥ ৬১॥

### শব্দার্থ

প্রভাবে—মঙাম্না, আকর্ষিল—চিংলম্মী; সব সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসী পুম্নমক্কী, মন—পুক্কীঙ, উঠিল—লেপখৎলম্মী, সন্ন্যাসী সব—সন্ন্যাসী পুম্বা, ছাড়িয—থাদোক্তুনা, আসন—ফিদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মঙাম্না সন্ন্যাসী পুম্নমক্কী পুক্কীঙ চিংশল্লম্মী। সন্ন্যাসী পুম্নমক ফিদা থাদোক্তুনা লেপখৎলম্মী।

### মূল ৬২

প্রকাশানন্দ নামে সর্ব্ব সন্ন্যাসি-প্রধান।
প্রভুকে কহিল কিছু করিয়া সম্মান॥ ৬২॥

### শব্দার্থ

প্রকাশানন্দ নামে—প্রকাশানন্দ কৌবা, সর্ব্ব-সন্ন্যাসি-প্রধান—সন্ন্যাসী পুম্নমক্কী মকোক, প্রভুকে—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদা, কহিল—হঙ্গৎলম্মী, কিছু-খবা, করিয়া—তৌতুনা, সম্মান—ইকায়-খুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকাশানন্দ কৌবা সন্ন্যাসী পুম্নগী মকোক্তুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুদা সম্মান তৌতুনা হা খন্না হঙ্গৎলম্মী।

মূল ৬৩

ইহাঁ আইস ইহাঁ আইস শুনহ শ্রীপাদ।

অপবিত্র স্থানে বৈস—কিবা অবসাদ ॥ ৬৩ ॥

শব্দার্থ

ইহাঁ—মফমসিদা, আইস—লাকউ, ইহাঁ—মফমসিদা, আইস—লাকউ, শুনহ—নাকোঙনা তাবিয়ু, শ্রীপাদ—সন্ন্যাসীশিংদা সম্মানগা লোয়ননা কৌবা মকৌ, অপবিত্র—অমোৎপা, স্থানে—মফমদা, বৈস—ফম্নি, কিবা—করি, অবসাদ—মুংঙাইতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপ্রকাশানন্দ সরস্বতীনা হায়রম্মী—"অসিদা লাও, অসিদা লাও, নাকোঙনা তাবিয়ু হে শ্রীপাদ। অমোৎপা মফমদা ফম্নিবহুবু করি মুংঙাই-তবা লৈরবগে?"

মূল ৬৪

প্রভু কহেন—আমি হই হীনসম্প্রদায়।

তোমা-সবার সভায় বসিতে না জুয়ায় ॥ ৬৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, কহেন—হায়, আমি—এ, হই—ওই, হীনসম্প্রদায়—তোল্লবা সম্প্রদায়গী, তোমা-সবার—নখোয় খাইগী, সভায়—সভাদা, বসিতে—ফম্বদা, না জুয়ায়—মতীক চাদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়—"ঐদি তোল্লবা (ভারতী) সম্প্রদায়নী। নখোয় খাইগী সভাদা ফম্বদি ইতীক লৈজদে।"

## নৈনরোল

সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা সম্প্রদায় তরাখক লৈ, মতুদি—তীর্থ, আশ্রম, বন, অরণ্য, গিরি, পর্ব্বত, কানন, পুরী, ভারতী অদুগা সরস্বতী। সন্ন্যাসী-শিংসিবু দশনামী সন্ন্যাসী কৌয়ি। মখোয়সি শঙ্করাচার্য্যগী সম্প্রদায় মনূঙ-চনবনী অদুগা মহাক্কী শিষ্য অমস্তুং অনুশিষ্য গুাক্কী। হায়নবা অমা লৈ, শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা মতম অমদা করিগুম্বা মরম অমগীদমক সম্প্রদায় তরাসিগী মনূঙদা খরগী দণ্ড মুন্দুনা লৌখি—মতুদগী মখোয় গুরু-ত্যাগী ( গুরুবু থাদোকপা ) হায়বদু ওইখি। অদুগা খরমগী দণ্ডনা তংখাই তংখাই তাহল্লম্মী, মতুদগী মখোয় হীনসম্প্রদায় ওইনা লৌনৈ, মখোয়সিগী মনূঙদা ভারতী-সম্প্রদায়সি অমনী। মহাপ্রভুনা ভারতী-সম্প্রদায়দা ( কেশব ভারতীগী মফমদা ) সন্ন্যাস লৌবনী হায়দুনা মছা মথন্তবু হীন-সম্প্রদায়ী-নী হায়না ছক্তাক্লম্লিবনী।

প্রকাশানন্দগী গর্ব্ব ( নাপল ) অমম্ম লৈরম্বা য়াই হায়না লৌবা য়াই মতুদি—মহাক্কা অরাঙবা সরস্বতী সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসীনী, অদুগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অতোন্‌বা ভারতী-সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসীনী। নাপল অসি কান্নদবনী হায়বদু প্রকাশানন্দগী থম্মোইদা ফাওহনগে হায়বগীদমক প্রভুনা মছাবু অতোন্‌বা সম্প্রদায়গী মীনী হায়না হায়রম্লিবনী।

### মূল ৬৫

আপনে প্রকাশানন্দ হাথেতে ধরিয়া।
বসাইল সভামধ্যে সম্মান করিয়া॥ ৬৫॥

### শব্দার্থ

আপনে—মছামক্তা, প্রকাশানন্দ—প্রকাশানন্দনা, হাথেতে—( প্রভুগী ) খুত্তা, ধরিয়া—পায়রগা, বসাইল—ফম্‌হল্লম্মী, সভামধ্যে—ময়ামগী মরক্তা, সম্মান—ঈকাইখুম্নবা, করিয়া—তৌদুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপ্রকাশানন্দ মছামক্তা প্রভুগী খুৎ লাক্তুনা চিংখৎলগা ময়ামগী মরক্তা সম্মান তৌদুনা ফম্‌হল্লম্মী।

## মূল ৬৬

পুছিল—তোমার নাম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
কেশব ভারতীর শিষ্য—তাতে তুমি ধন্য ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

পুছিল—(প্রকাশানন্দনা) হংলম্মী, তোমার—নঙগী, নাম—মিং, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বরা, কেশব ভারতী—কেশব ভারতীগী, শিষ্য—সেবক, তাতে—মতুনা, তুমি—নহাক, ধন্য—থাগৎনঙাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপ্রকাশানন্দনা হংলম্মী—নঙগী মিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবরা? কেশব ভারতীগী শিষ্যনী হাযবা অতুনা নহাক থাগৎনঙাইনী।

## মূল ৬৭

সম্প্রদায়ী সন্ন্যাসী তুমি রহ এই গ্রামে।
কি কারণে আমা সভার না কর দর্শনে ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

সম্প্রদায়ী—সম্প্রদায়-নাইবা, সন্ন্যাসী—লম্বোইবা, তুমি—নহাক, রহ—লৈ, এই গ্রামে—খুঙ্গং অসিদা, কিবা—করি, কারণে—মরম্না, আমা সভার—ঐখোয পুম্নমক্কী, না কর—তৌদে, দর্শনে—উনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম্না যানরবা সম্প্রদায অমগী সন্ন্যাসীনী নহাক, অদুগা নহাক (কাশী কৌবা) গ্রামসিদা লৈরিবনী। অদুবু করি মরমগীনো ঐখোয পুম্ববু উনদবদি?

## মূল ৬৮

সন্ন্যাসী হইয়া কর নর্ত্তন গায়ন।
ভাবুক সব সঙ্গে লৈয়া কর সংকীর্ত্তন ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

সন্ন্যাসী—লম্বোইবা, হইয়া—ওইরগা, কর—তৌরি, নর্ত্তন—

জগোইশাবা ; গায়ন—ঈশৈ শকপা ; ভাবুক—পুক্নীঙ-নৌবা মী ; সব—পুম্নমক ; সঙ্গে—লোয়ননা ; লৈয়া—পুন্থনা ; কর—তৌব্রি , সংকীর্ত্তন—নামসংকীর্ত্তন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"সন্ন্যাসী ওইরগা জগোই শায়, ঈশৈ শকয়ি অতুগা ভাবুক পুন্থগা লোয়ননা নাম সংকীর্ত্তন তৌয়ি নহাক।"

**মূল ৬৯**

বেদান্তপঠন ধ্যান সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম।
তাহা ছাড়ি কেনে কর ভাবুকের কর্ম্ম ॥ ৬৯ ॥

**শব্দার্থ**

বেদান্তপঠন - বেদান্ত পাবা , ধ্যান—ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবা , সন্ন্যাসীর —সন্ন্যাসীগী ; ধর্ম্ম—মথৌনী , তাহা—মতু ; ছাড়ি—থাদোকুনা , কেনে —করিগীদমক , কর—তৌযি ( নঙনা ) , ভাবুকের—পুক্নীঙ-নৌবা মীতাগী , কর্ম্ম—থবক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"বেদান্ত পাবা অতুগা ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবা হায়বসি সন্ন্যাসীগী মথৌনী। মতুদি তৌদতুনা করিগী ভাবুক ( পুক্নীঙ-নৌগনবা মীতা ) অমগী থৌদৌ তৌরিবনো ?"

**মূল ৭০**

প্রভাবে দেখিয়ে তোমা সাক্ষাৎ নারায়ণ।
হীনাচার কর কেনে কি ইহার কারণ ॥ ৭০ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভাবে—মহিমানা, ঐশ্বর্য্যনা ; দেখিয়ে—উই ; তোমা—নহাকপু , সাক্ষাৎ—চংচংবা , নারায়ণ—নারায়ণ , হীন-আচার—অতোনবগী শাজৎ , কর—চৎলিবা ; কেনে—করিগীনো ; কি—করি , ইহার—মসিগী ; কারণ —মরম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাকী প্রভাবনা উবদি নঙসে সাক্ষাৎ নারায়ণমক ওইনা উই। অদুগদি করিগীনো অত্তোন্বা মীগী শাজৎ চৎপদি ? ম.সগী মরম করিনো ?

## মূল ৭১-৭২

প্রভু কহে—শুন শ্রীপাদ, ইহার কারণ।
গুরু মোরে মূর্খ দেখি করিলা শাসন ॥ ৭১ ॥
মূর্খ তুমি তোমার নাহিক বেদান্তাধিকার।
কৃষ্ণমন্ত্র জপ সদা, এই মন্ত্র সার ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, কহে—হায়, শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু, শ্রীপাদ—শ্রীপাদ ইহার- মসিগী, কারণ—মরম, গুরু—গুরুনা, মোরে—ঐবু, মূর্খ—অপঙবনী হায়না; দেখি—উদুনা, করিলা শাসন—রারাক-রাতেম্বিরম্মী, মূর্খ—অপঙবনী, তুমি—নহাক, তোমার—নঙগী, নাহিক—লৈতে, বেদান্ত-অধিকার—বেদান্ত হৈননবা মতীক চাবা গুণ, কৃষ্ণমন্ত্র—কৃষ্ণগী মন্ত্র (হরে কৃষ্ণ), জপ- শোল্লু, সদা—মতম পুম্বদা, এই মন্ত্র- মন্ত্র অসিনা, সার—মচিনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খুম্নম্মী—"শ্রীপাদ, মসিগী মরম তাবিয়ু। ঐগী গুরুনা ঐবু পঙভী হায়বা উরদুনা রারাকপীরম্মী—নঙদি পঙভী, নহাক বেদান্ত খঙ-হৈনবগী গুণ চেন্দে। অদুন কৃষ্ণমন্ত্র মতম পুম্বদা শোল্লু, মন্ত্র অসিনা (বেদান্তগী) মচিনী।

## মূল ৭৩

কৃষ্ণমন্ত্র হৈতে হবে সংসার-মোচন।
কৃষ্ণনাম হৈতে পাবে কৃষ্ণের চরণ ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণমন্ত্র হৈতে—কৃষ্ণমন্ত্রদগী, হবে—ওইগনী, সংসার-মোচন—

সংসার ( পোকপা-শিবা ) কোকপা , কৃষ্ণনাম হৈতে— কৃষ্ণগী মিং শোন্‌ব-দগী , পাবে - ফংগনী ; কৃষ্ণের চরণ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"কৃষ্ণমন্ত্রদগী সংসার ( পোক্ল-শিম্ন পোক্ল-শিম্ন তৌতুনা অরাবা মৈচাক অহুম ফংলিবসি ) কোকনি । কৃষ্ণনাম দগী শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংগনী ।"

**মূল ৭৪**

নাম বিনু কলিকালে নাহি আর ধর্ম্ম ।

সর্ব্বমন্ত্রসার নাম, এই শাস্ত্র-মর্ম্ম । ৭৪ ॥

**শব্দার্থ**

নাম—কৃষ্ণনাম ; বিনু—নত্তনা , কলিকালে—কলিগী মতমদা , নাহি—লৈতে ; আর—অতৈমা , ধর্ম্ম—ধর্ম্ম , সর্ব্বমন্ত্রসার—মন্ত্রপুম্নমক্কী মচিনী ; নাম—কৃষ্ণনাম-দি , এই—মসি ; শাস্ত্রমর্ম্ম—শাস্ত্রগী মথীবোঙ ওইবা রা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"কলিযুগসিদা কৃষ্ণনাম শোন্‌বা নত্তনা অতৈ ধর্ম্ম অমা লৈত্রে । মন্ত্রপুম্নমক্কী মচিনী নাম দি । রাফমসি শাস্ত্রগী মথীবোঙ ওইবা রানী ।"

**মূল ৭৫**

এত বলি এক শ্লোক শিখাইল মোরে ।

কণ্ঠে করি এই শ্লোক করিহ বিচারে ॥ ৭৫ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিথক , বলি—হায়রগা , এক শ্লোক—শ্লোক অমা ; শিখাইল—তম্বিরম্মী , মোরে—ঐঙোন্দা , কণ্ঠে করি—চীন্‌ফা পুরগা ; এই শ্লোক—শ্লোকসি , করিহ—তৌ , বিচারে—নৈনবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অসিথক হায়রগা ঐঙোন্দা গুরুনা শ্লোক অমা তম্বিরম্মী অমুগা হায়রম্মী—"চীন্‌ফা পুতুনা শ্লোক অসি নৈনৌ ।"

## মূল ৭৬

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

হরেঃ নাম—হরিগী মিং ; হরেঃ নাম—হরিগী মিং ; হরেঃ নাম—হরিগী মিং , এব—লেপ্পমক , কেবলম—চুতা ( লৈ ) , কলৌ—কলিদা , নাস্তি—লৈত্রে , এব—লেপ্পমক ; নাস্তি—লৈতে , এব—লেপ্পমক , নাস্তি—লৈত্রে , এব—লেপ্পমক , গতিঃ—গতি, পাম্বৈ , অন্যথা—অতু নত্রগদি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলি যুগসিদা হরি-নামতনী, হরিনামতনী, হরিনামতনী, অতু নত্রগদি গতি ( লম্বী ) লেপ্পমক লৈত্রে, লেপ্পমক লৈত্রে, লেপ্পমক লৈত্রে।

### নৈনরোল

পারমার্থিক জীবনগীদমক্তদি কলি যুগ অসিদদি হরি-নাম অসিতনী গতি ওইবা। মসিগী মহুৎ অমা লৈত্রে। বেদান্তগী মচি ওইবা শরুক্তি 'হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ' হায়বা কময়ে নিপাল্লিদা লোইনা চঙবনি। সংসার ঈপাক লাম্নবা পাম্বৈদি হরি-নাম কৌবা হিরেন অসিতনী। অতুবু অপরাধ লৈরবদি হরিনাম শোন্‌বগী ফল থুনা ফংদে। অদুনা অপরাধ-লৈতবা পুন্সি লেন্‌গদবনী হরিনাম শোন্‌বগী মহৈ চাগে হায়রবদি।

## মূল ৭৭

এই আজ্ঞা পাঞা নাম লই অনুক্ষণ।
নাম লৈতে লৈতে মোর ভ্রান্ত হৈল মন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

এই—অসি , আজ্ঞা—য়াথং , পাঞা—ফংদুনা , নাম—হরিগী মিংলেন , লই—লৌজ , অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা , নাম—হরিনাম , লৈতে লৈতে—লৌবা মরম্না , মোর—ঐগী , ভ্রান্ত হৈল - শেরান—তুমায়ে , মন—পুক্নিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"গুরুগী য়াথং'স হংজুনা ঐনা মত্তমপুম্বদা হরিনাম শোল্লী। নাম শোন্দুনা লৈংদগী ঐগী পূক্নীঙ ইচোই-চোইরক্লে।"

মূল ৭৮

ধৈর্য্য ধরিতে নারি, হৈলাম উন্মত্ত।

হাসি কান্দি, নাচি, গাই যৈছে মদমত্ত ॥ ৭৮ ॥

শব্দার্থ

ধৈর্য্য—তপথববু, ধরিতে—ফাবা, নারি—ঙমদে, হৈলাম—ওইরে, উন্মত্ত—অঙাওবা, হাসি—নোকযি, কান্দি—কপ্পী, নাচি—জগোই শাই, গাই—ঈশৈ শকযি, যৈছে—গুম্না, মদমত্ত—যুঙাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নাম শোল্লকপদা ) পূক্নীঙ ফাথদুনা তপথবা ঙমদে; হেক্তা ঙাওথংলকয়ি। অদুগা ঐহাক যুঙাওবগী মতৌগুম্না নোকযি, কপ্পী, জগোই শাই, ঈশৈ শকয়ি।

মূল ৭৯

তবে ধৈর্য্য ধরি মনে করিলু বিচার।

কৃষ্ণনামে জ্ঞানাচ্ছন্ন হইল আমাব ॥ ৭৯ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুগীতুংদা, ধৈর্য্য ধরি—তপথরগা, মনে—পূক্নুংদা, করিলুঁ—তৌযি, বিচার—য়াথল, কৃষ্ণনামে—কৃষ্ণগী নাম অদুনা, জ্ঞান—খঙববু, আচ্ছন্ন—কূপশল্লবা, হইল—ওইখ্রে, আমার—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা তপথরগা ঐনা পূক্নীংদা বিচার তৌরম্মী, কৃষ্ণগী নাম অদুনা ঐগী ( দার্শনিক ) জ্ঞান কূপ ছনখ্রবনী।

মূল ৮০

পাগল হইলাঙ আমি ধৈর্য্য নাহি মানে।

এত চিন্তি নিবেদিলুঁ গুরুর চরণে ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

পাগল—অঙাওবা, হইলাঙ—ওইরে, আমি—ঐ; ধৈর্য্য—হুম্বা, নাহি—লৈত্রে, মনে—পুক্নীঙদা, এত—অসিমক, চিন্তি—খল্লদুনা, নিবেদিলুঁ—হঙ্গৎলম্মী, গুরুর—গুরুগী, চরণে—খোঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক অঙাওরে, পুক্নীঙ তপথবা লৈত্রে। অসিনা চিন্তা অমা ওইরদুনা গুরুদেবগী খুঙাখাদা হঙ্গৎলম্মী।

## মূল ৮১

কিবা মন্ত্র দিলা, গোসাঞি, কিবা তার বল।
জপিতে জপিতে মন্ত্র করিল পাগল ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

কিবা—করি, মন্ত্র—মন্ত্র (লাইরা), দিলা—পীবিরিবনো, গোসাঞি—হে প্রভু, কিবা—করি, তার—মদুগী (মন্ত্রগী), বল—শক্তি (মঙম, ময়াই), জপিতে জপিতে—শোল্ল শোল্লগা, মন্ত্র—মন্ত্রনা, করিল—ওইহল্লে, পাগল—অঙাওবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"হে প্রভু, করি মন্ত্রনো পীবিরিবসিবু? মসিগী শক্তিনা করিনো? শোল্ল শোল্লগা মন্ত্রসিনা ঐবু অঙাওহল্লে।"

## মূল ৮২

হাসায় নাচায় মোরে করায় ক্রন্দন।
এত শুনি গুরু হাসি বলিলা বচন ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

হাসায—নোকহল্লী, নাচায়—জগোই শাহল্লী, মোরে—ঐবু, করায়—তৌহল্লী, ক্রন্দন—কপ্পা, এত—অসিথক; শুনি—নাকোঙদা তারগা, গুরু—গুরুনা, হাসি—নোক্লুনা, বলিলা—হায়রম্মী, বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঐবু নোকহল্লী, জগোই শাহল্লী, কপহল্লী।" অসি তাগা ঐগী গুরুনা নোল্লহুনা য়া হায়রম্মী।"

### মূল ৮৩

কৃষ্ণনাম মহামন্ত্রের এইত স্বভাব।

যেই জপে— তার কৃষ্ণে উপজয়ে ভাব ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন, মহামন্ত্রের—লাইরা মকোকসিগী, এইত—অসিনীদো, স্বভাব—মতৌ, যেই—মহাক অহুনা, জপে—শোল্লী, তার—মহাক্কী, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা, উপজয়ে—পোকয়ি, ভাব—প্রেম, নুংশিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণনাম হায়বা মহামন্ত্রগী মতৌদি অসিনীদো- শোল্লিবা মীহুদা কৃষ্ণবু নুংশিবা পোকয়ি হায়বদি মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি।

### তৈনরোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়া তাবদা মহাক্কী গুরুনা খুমখিবা পাওখুমগী মর্মদি অসিনী—"নহাক ঙাওরে হায়না নহাক্কা থল্লিবা, তশেংবদি নহাক ঙাওদে, নঙগী চিত্তদা কৃষ্ণবু নুংশিবা (কৃষ্ণপ্রেম) হায়বহু পোক্লে। শ্রীকৃষ্ণ-নাম-কীর্তনগী মগুণ-দি অসিনী, মহুদি—মাগী নাম শোল্লিবা মীগী থম্মোইদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্লকনী, প্রেম পোক্লবদি নোকপা কপ্পনচিংবসি মথন্তা হেক্তা তৌরকনী।"

### মূল ৮৪

কৃষ্ণবিষয়ক প্রেমা—পরম পুরুষার্থ।

যার আগে তৃণ তুল্য চারি পুরুষার্থ ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণবিষয়ক—কৃষ্ণনা মরম ওইবা, প্রেমা—নুংশিবা, প্রেম, পরম—পুম্নাং-দ্রাংবা, পুরুষার্থ—মীওইবগী পামগদবা পোৎ, যার—মাগী,

আগে—মমাঙদা ; তৃণ—নাপীগা , তুল্য—মাম্নৈ , চারি পুরুষার্থ—পুরুষার্থ মরি [ধর্ম্ম (বর্ণগীথৌ), অর্থ (লন), কাম (অপাম্বা), মোক্ষ (অরান্‌খুভম)]।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবগী পুম্নাং-ন্নাংবা পামগদবা পোংতি কৃষ্ণনা মরম ওইবা প্রেম ( মন্নুংশি ) অতুনী। প্রেম মতাসিগী মমাঙদা খ্বাইনা খঙনরিবা ( ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ) হায়বা পুরুষার্থ মরিছু নাপীগুম্বনী।

### নৈনরোল

কৃষ্ণবু নুংশিবগী নুংঙাইবদা অতুগা প্রেমসিনা মিহৌনঙাই ওইবদা অসুক্কী মতীক হেন্‌খরে মতুদি—মণি, বতুগা চাংদম্নবদা নাপী হায়বসে করিসু ওইদে, মতৌ অতুগুম্না কৃষ্ণপ্রেমগা চাংদম্নবদা ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষসু করিমতা ওইদবগুম্মী। ধর্ম্মার্থ-নচিংবা পুরুষার্থ মরিবু নাপীগুম্বনী হায়বা নত্তে, কৃষ্ণবিষয়গী ওইবা প্রেমগা চাংদম্নবদা মখোয় মবিছু কৈছু-লৈতবনী হায়বনী। ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা হায়রি—"মনাগেব প্ররূঢায়াং হৃদয়ে ভগবদ্রতৌ। পুরুষার্থাস্তু চত্বারস্তৃণায়ন্তে সমন্ততঃ ॥ পূ. ১/২২ ॥"

## মূল ৮৫

পঞ্চম পুরুষার্থ প্রেমানন্দামৃত-সিন্ধু।
মোক্ষাদি আনন্দ যার নহে একবিন্দু ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চম পুরুষার্থ—মঙাশুবা পুরুষার্থ , প্রেম-আনন্দ-অমৃত-সিন্ধু—কৃষ্ণপ্রেমদগী পোকপা নুংঙাইবা কৌবা অমৃতগী ঈপাক , মোক্ষ-আদি—অরান্‌-খুভমনচিংবা , আনন্দ—নুংঙাইবদো , যার—মতুগী (কৃষ্ণপ্রেমগী) , নহে—নত্তে , একবিন্দু—মরীক অমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙাশুবা পুরুষার্থদি কৃষ্ণপ্রেমদগী পোকপা নুংঙাইবা কৌবা অমৃতগী ঈপাক্কী। মোক্ষনচিংবদগী পোকপা নুংঙাইবনা মহাক্কী ( কৃষ্ণপ্রেমগী ) মরীক অমফাওবা ওইবা ঙমদে।

## মৈলোন

প্রেমানন্দামৃতসিন্ধু অসিদা য়াওরিবা অমৃত শব্দসিনা তাক্লিবদি প্রেমানন্দদি চাংয়ম্লাই লৈতবনী অচুগা নিত্য ( ছুংকোইবা ) পোৎনী হায়বা অচুনী, অচুগা সিন্ধু শব্দনা তাকপনা মপান্নাইদবনী হায়বনী। সমুদ্রদা চাং তম্বা ঙমদবা ঈশীঙ লৈবগুম্ কৃষ্ণপ্রেমদসু চাংওনঙম-দবা আনন্দ লৈ, সমুদ্রগী ঈশীঙনা ময়েং থক তাদবগুম, তৎতনা ফংলব-ফাওবদা প্রেমানন্দগী ময়েং হুম্বরকপা লৈতে। প্রেমানন্দসি আস্বাদন তৌবদা হায়নঙাই লৈতনা হাওরবা পোৎ অমনী। কৃষ্ণপ্রেমদগী পোকপা আনন্দবু সমুদ্রনী হায়রবদি মাগা চাংদম্নবদা ধর্মার্থকামমোক্ষদগী পোকপা আনন্দচুদি ঈশীঙ মরীক অমদগীসু হুম্ববা পোৎনী।

## মূল ৮৬

"কৃষ্ণনামের ফল প্রেমা'—সর্ববশাস্ত্রে কয়।
ভাগ্যে সেই প্রেমা তোমার করিল উদয ॥ ৮৬ ॥"

## শব্দার্থ

কৃষ্ণনামেব—কৃষ্ণনাম শোনবগী, ফল—মহৈদি, প্রেমা—কৃষ্ণবু নুংশিবা, সর্ববশাস্ত্রে—শাস্ত্র পুম্বনা, কয় হায, ভাগ্যে—লাইবক ফবনা, সেই প্রেমা—প্রেম অচু, তোমার—নহাকীদি, করিল উদয—থোরক্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"কৃষ্ণনাম শোন্‌বগী ফলদি প্রেম-পোকপা হায়বচুনী হায়না শাস্ত্র পুম্নমক্না হায়। লাইবক ফবনা প্রেম অচু নঙগী থম্মোইদা পোক্লক্লে।"

## মূল ৮৭

"প্রেমার স্বভাবে করে চিত্ত-তনু-ক্ষোভ।
কৃষ্ণেব চরণ প্রাপ্ত্যে উপজায লোভ ॥ ৮৭ ॥"

## শব্দার্থ

প্রেমার—কৃষ্ণবু নুংশিবা হাযবচুগী, স্বভাবে—মতৌনা, করে—ওইহল্লী, চিত্ত—পুক্নীঙ, তনু—হকচাঙ, ক্ষোভ—লাঙতক্নবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, চরণ—খুয়া থঙ্গাল, প্রাপ্ত্যে—ফংননবগীদমক, উপজায়—পোকহল্লী, লোভ—পাম্বা, মিহৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমগী স্বভাব-না ( নামশোল্লিবা মীগী ) পুক্নীঙ হকচাঙ অনীমকপু লাঙতক্নহল্লী অদুগা কৃষ্ণগী চরণ ফংননবগীদমক মিহৌহল্লী।

## তৈনরোল

"কৃষ্ণ প্রেম পোক্লবদি পুক্নীঙ হকচাঙ অনীমক ইলাঙ লাঙডী হায়বদুগী মতৌ ( লক্ষণ ) করম তৌয়ি হায়বদু মথাগী পয়ারশিংদা হায়রি।"

## মূল ৮৮-৯০

প্রেমার স্বভাবে ভক্ত হাসে কান্দে গায়।
উন্মত্ত হইয়া নাচে—ইতি-উতি ধায় ॥ ৮৮ ॥
স্বেদ কম্প রোমাঞ্চাশ্রু গদগদ বৈবর্ণ্য।
উন্মাদ বিষাদ ধৈর্য্য গর্ব্ব হর্ষ দৈন্য ॥ ৮৯ ॥
এত ভাবে প্রেমা ভক্তগণেরে নাচায়।
কৃষ্ণের আনন্দামৃতসাগরে ভাসায় ॥ ৯০ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমার - কৃষ্ণপ্রেমগী, স্বভাবে - মতৌনা, ভক্ত—ভক্তনা, হাসে--নোকয়ি, কান্দে কপ্পী; গায় ঈশৈ শকযি, উন্মত্ত - অঙাওবা, হইয়া—ওইদুনা, নাচে—জগোই শাই, ইতি-উতি—মায়কৈ অমদমুক অমদমুক, ধায়—চেল্লী, স্বেদ--হমাঙ, কম্প—নীকপা, রোমাঞ্চ—তুচুংবা, অশ্রু—পিরাং, গদগদ—রাঙাঙবদা লৎ-লৎ লাউবা, বৈবর্ণ্য—কুচু ওল্লকপা, উন্মাদ - ঙাওবা, বিষাদ—শূকথবা, ধৈর্য্য—তপ থবা পাখত্তবা, গর্ব্ব—নাপল, হর্ষ—হরাওবা; দৈন্য—অতোনবগী মতৌ, এত ভাবে—অসুক য়াম্বা মওংদা, প্রেমা—কৃষ্ণপ্রেম-না, ভক্তগণেরে—ভক্তশিংবু, নাচায—জগোই শাহল্লী, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, আনন্দ অমৃত—নুংঙাইবগী মছক ওইবা অমৃতগী, সাগরে - সমুদ্রদা, ভাসায়—তাউহল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"কৃষ্ণপ্রেমগী মতৌনা ভক্তনা নোকয়ি, কপ্পী অদুগা ঈশৈ শকয়ি, ঙাওদুনা জগোই শাই অদুগা মায়কৈ অমদা অমদা কোইচেল চেল্লী। হমাং,

হকচাঙ-নীকপা, তুচুংবা, পিরাংশিন্থবা, হুংশাসোর হোন্নবদা থবেং থবেং হোনবা, কুচু হোংবা, ডাওবা, শুকৃথবা, তপ থবা পাখত্তবা, নাপল, হরাওবা, তোম্থবা-মওং ময়ামসিদা কৃষ্ণপ্রেমা ভক্তশিংবু জগোই শাহল্লী অদুগা কৃষ্ণগী হুংঙাইবা কৌবা অমৃতগী ঈপাক্তা তাউহল্লী।"

## নৈনরোল

ভক্তনা নোকপা, কপ্পা অমদি ঈশৈ শকপনচিংবা তৌরিবসি কৃষ্ণ-প্রেমতনা তৌহনবনী, ভক্তদুনা তৌগে হায়না তৌবা নত্তে।

শ্রীকৃষ্ণদি আনন্দগী মছক্কী, মহাক্কী রূপগুণ লীলাস্তু আনন্দগী মছক্কী, রূপ গুণ-লীলাশিংসি নাঙগীওবদগী মমাঙদা ফংথিজ্রিবা আনন্দ অমগী ঈপাক্তা ভক্তন৷ তাউদুনা লৈ।

## মুল ৯১

"ভাল হৈল, পাইলে তুমি পরম পুরুষার্থ।
তোমার প্রেমেতে আমি হৈলাম কৃতার্থ। ৯১॥"

## শব্দার্থ

ভাল অফবা, হৈল - ওইরে, পাইলে--ফংলে, তুমি—নহাক, পরম—পুঙরাং-রাংবা, পুরুষার্থ—মীওইবনা পামগদবা পোৎ, তোমার—নঙগী, প্রেমেতে—কৃষ্ণপ্রেমসিনা, আমি-ঐহাক, হৈলাম—ওইরে, কৃতার্থ- মহৈ যানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"য়াম্না ফরে, নহাক পরম পুরুষার্থ ওইবা কৃষ্ণপ্রেম অদু ফংলে। নঙগী কৃষ্ণপ্রেমসিনা ঐহাক ( গুরু ওইবগী ) মহৈ যাল্লে।"

## নৈনরোল

ভাল হৈল—"ফরে ( নঙগীস্তু ঐগীস্তু ), নঙনা কৃষ্ণনাম শোল্লগা কৃষ্ণ প্রেম ফংলেদো, অসি নঙগী ফবনী, অদুগা ঐগী ফরিবনা ঐনা নঙোন্দা তাকৃপিবা মন্ত্রগী ফল নহাক চারেদো। নঙ ঙাওদেকো, নঙ পরম পুরুষার্থ ওইরিবা প্রেম হায়বদু ফংদুনা নোকপা-কপ্পা অমদি জগোই-শাবা তৌরিবনীকো " অসি হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী গুরুনা মঙোন্দা হায়বিখি।

## মূল ৯২

"নাচ গাও ভক্তসঙ্গে কর সঙ্কীর্ত্তন।
কৃষ্ণনাম উপদেশি তার সর্ব্বজন ॥ ৯২ ॥"

### শব্দার্থ

নাচ জগোই শাও, গাও—ঈশৈ শকুউ, ভক্তসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়ননা, কর—তৌ; সঙ্কীর্ত্তন—(নাম) শোনবা, কৃষ্ণনাম - কৃষ্ণগী নাম, উপদেশি—পাউতাক পীতুনা, তার—লান্‌বিয়ু, সর্ব্বজন—মী পুম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী গুকনা হায়রম্মী—"জগোই শাও, ঈশৈ শকুউ, ভক্তশিংগা লোয়ননা নামসঙ্কীর্ত্তন তৌ। কৃষ্ণনাম শোন্নবা পাউতাক পীতুনা মীপুম্নমকপু লান্‌বিয়ু।"

## মূল ৯৩

"এত বলি এক শ্লোক শিক্ষাইলা মোরে।
'ভাগবতের সার এই' বোলে বারে বারে ॥ ৯৩ ॥"

### শব্দার্থ

এত—অসিথক, বলি—হায়তুনা, এক শ্লোক—শ্লোক অমা, শিক্ষাইলা—তম্বিরম্মী, মোরে—ঐঙোন্দা, ভাগবতের—শ্রীমদ্ভাগবতমগী, সার—মচি, এই—মসিমক, বোলে—হায়, বারে বারে—হন্না, হন্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়রগা (ঐগী গুকনা) শ্লোক অমা ঐঙোন্দা তম্বিরম্মী। 'মসি শ্রীমদ্ভাগবতমগী মচি ওইবা য়ানী' হায়না হন্না হন্না ঐঙোন্দা হায়বিখি।

## মূল ৯৪

এবংব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা
জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।
হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়
ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

এবংব্রতঃ—অস্মুম্না নিয়ম-ব্রত লৌরিবা মীনা, স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা—মছামক্কী মুংশিশ্রবা হরিগী মিংবু শোল্লি-শোল্লগা, জাত—পোকপা, অনুরাগ—প্রেম, ( জাত-অনুরাগঃ—প্রেম-পোক্লবা ), দ্রুতচিত্ত—থম্মোই-পেৎলবা, উচ্চৈঃ—খোল হৌনা, হসতি—নোক্‌য়ি, অথঃ—অদুগমু, রোদিতি—কপ্পী, রৌতি—লাউ-খোংঙী, গায়তি—ঈশৈ শকয়ি, উন্মাদবৎ—অঙাওবগুম্না, নৃত্যতি—জগোই শাই, লোকবাহ্যঃ—মীনা করি হায়গদগে থন্দবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অস্মুম্না ব্রত লৌদুনা ভক্তি-অঙ্গ সাধন তৌরিবা মীনা মছামক্কী মুংশিবা হরি-নাম অদুবু শোল্লি-শোল্লগা প্রেম পোক্লকুনা অঙাওবদোনা থম্মোই পেৎথরকুনা অদুগা মীমাঙদা ইকাই ইকি থাদোকুনা খোল হৌনা অমুকন্স নোকয়ি, অমুকসু কপ্পী, করিগুম্বদা লাউ-খোংঙী, করিগুম্বদা জগোই শাই

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১১/২/৪০ )।

এবংব্রতঃ—অসিগুম্না ব্রতনা ( নিয়মনা ) মাগী ওইবা অদুগুম্বা মী, শ্রীমদ্ভাগবতমদা নৈনবিবা শ্লোকসিগা হেক থংনবা শৃণ্বন্ সুভদ্রানি-নচিংবা শ্লোক অদুদা শ্রীহরিগী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংবু শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন-স্মরণচিংবা তৌবদি ভগবদ্ধর্মনী হায়না উপদেশ পীরি, শ্রবণ-কীর্ত্তনগী মছক-ওইবা ভগবদ্ধর্মসিবু ব্রত ওইনা লৌদুনা লেঙদবমখৈ চৎলিবা মহাকপু এবংব্রত কৌয়ি। ফীভম পুম্নমক্তা ঙাক্তবা য়াদবা নিযম্নু ব্রত কৌয়ি।

স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা—মছাগী মুংশিজবা নাম শোল্লগা। স্বপ্রিয়-নাম হায়বা শব্দসিগী অর্থ মথল অনী থোকপা য়াই—স্ব ( মছামক্কী ) মুংশিজরিবা শ্রীহরি অদুগী মিং হায়বা অর্থ অমা, নত্রগা স্ব ( মছামক্তা ) মুংশিজবা মিং হায়বা অর্থমা, শ্রীহরিগী মিং লীঙলাক-ঙমদবমখৈ লৈ, মদুগী মনুঙদা কনাগুম্বা ভক্তনা খাইদগী হেন্না পামজবা মিং হায়বা অর্থসিমা।

নাম অসি শোন্নু-শোন্নগা জাতানুরাগ হায়বদি অনুরাগ ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) পোক্লবা মী ওইরক্লনী।

অসুম্না অনুরাগ পোক্লবা মতমদা ভক্ততুগী চিত্ততু পেথরকয়ি হায়তুনা মহাকপু দ্রুতচিত্তঃ ( থম্মোই-পেৎলবা ) ওই হায়রিবনী। প্রেম পোকপা মরম্না শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনিঙবগী উৎকণ্ঠা ( ইখৌ-লাংবা ) অমা ভক্তগী থম্মোইদা পোক্লকয়ি। উৎকণ্ঠা সনা কনখৎলবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা বিষয় অতৈদা ভক্তগী পুক্নীঙ চঙলক্তে, মতমতুদা মহাক লোকবাহ্যঃ হায়বদি মীবু ঙাইদবা অমদি ইকাই-ইকিনচিংবা লৈরক্রবা হাযবতু ওইরকয়ি।

লোকবাহ্য ওইরবদা মহাক অঙাওবদৌনা নোকযি, কপ্পী, খংলাও লাওরকযি ঈশৈ শক্লকযি, অতুগা কোযচেল চেল্লী। মরমদি মহাক শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমদা নত্রগা লীলা অমদা লুপ্তুনা লৈ। মতমতুদা, মহাক প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা লৈ হাযবা থঙদে। অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈবগুম থল্লী। মতুনা, যেংবদা মহাকপু অঙাওবদৌনা উই।

নৈনরিবা শ্লোকসি মূল ৮৮ গী প্রমাণনী।

## মূল ৯৫-৯৬

এই তাঁর বাক্যে আমি দৃঢ়-বিশ্বাস করি।
নিরন্তর কৃষ্ণনাম-সংকীর্ত্তন করি ॥ ৯৫ ॥
সেই কৃষ্ণনাম কভু গাওয়ায় নাচায়।
গাই নাচি, নাহি আমি আপন ইচ্ছায় ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

এই—মসি, তাঁর—মহাক্কী ( ঐগী গুরুগী ), বাক্যে—ৱাহৈদা; আমি—ঐ, দৃঢ়—অচেৎপা, বিশ্বাস—থাজবা, করি—তৌযি, নিরন্তর—অতৎ-অথম লৈতনা, কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিং, সংকীর্ত্তন—শোন্নবা, করি—তৌয়ি, সেই—অদু, কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিং, কভু—করিগুম্বা মতমদা, গাওয়ায়—ঈশৈ শকহল্লী, নাচায়—জগোই শাহল্লী, গাই—ঈশৈ শকয়ি, নাচি—জগোই শাই, নাহি—নৈতে, আমি—ঐনা, আপন—ইছাগী, ইচ্ছায়—অনীঙবদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখা তাথরম্মী )—"মহাক্কী ( ঐগী গুরুগী ) রাহৈদা ঐনা চেৎনা থাজে। অদুনা অতৎ-অথম নাইদনা কৃষ্ণনাম শক-শোল্লী। কৃষ্ণনামছুনা করিগুম্বদা ঐবু ঈশৈ শকহল্লী অদুগা জগোই শাহল্লী। ঐনা ইছানা তৌগে হায়না ঈশৈ শকপা নত্তে জগোই শাবা নত্তে।"

## মূল ৯৭

কৃষ্ণনামে যে আনন্দ-সিন্ধু আস্বাদন।
ব্রহ্মানন্দ তার আগে খাতোদক-সম ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণনামে—শ্রীকৃষ্ণগী মিংদা, যে—অদু, আনন্দ-সিন্ধু—নুংঙাইবগী ঈপাক, আস্বাদন—মহাও তংবা, ব্রহ্ম-আনন্দ—নিরাকার ব্রহ্মগী নুংঙাইবা, তার—মহাক্কী ( কৃষ্ণনাম শোনবগী নুংঙাইবদুগী ), আগে—মমাঙদা, খাত-উদক—খোংবানগী ঈশীঙগা, সম—মান্নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবদা ফংবা আনন্দদুদি সমুদ্রগুম্বনী। সমুদ্রদুগী মমাঙদা নিরাকার ব্রহ্মদগী ফংবা আনন্দদুদি খোংবানগী ঈশীঙমুক্তনী।"

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবদা ফংবা আনন্দবু মহাসমুদ্রনী হায়রগা নিরাকার ব্রহ্মবু অনুভব তৌবদগী ফংবা আনন্দবু লাঙখোঙগুম্বনী হায়রি। অদুবু নীঙশীঙগদবা অমদি লৈ, মদুদি—ব্রহ্মানন্দ হায়বা পোৎসিংসু করিসু লৈতবা অমদি নত্তে, ব্রহ্মদা আনন্দগী মখল মথেল লৈত্রবসু মপান্নাইদবা আনন্দদি লৈ। অদুবু কৃষ্ণনামগী আনন্দদুনা—চাংদা, মখল মথেল্দা অদুগা মহাওগী অঙক ফংবদা ব্রহ্মানন্দদগী শরুক কোটি কোটি [illegible] হায়বত্তনী। অওইবা হাযবা তারগদি, সংসারবিষয়া পাম্বনা মোৎলবা থম্মোইগী জীব-শিংদি সঙ্কীর্ত্তনগী আনন্দসিগী নুংঙাইবা মরীক অমকাওবা ফংবা ঙমদে। হাযরিবা আনন্দসি জাতানুরাগ ওইবা মীতাদনা ফংবা ঙম্মী। বিষয়-না মোৎলবা থম্মোইদদি কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তনগী আনন্দসু ওইথোক্তে অদুগা ব্রহ্মানন্দসু ওইথোক্তে। মরমদি হ্লাদিনীনা প্রধান ওইবা শুদ্ধসত্ত্ব হায়বদু

ওইদ্রিবমখৈদি ভগবৎ-আনন্দবু অনুভব তৌবা য়াদে, অমোৎপা থম্মোইদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরকউ হায়বা য়াদে।

পযারসিগী প্রমাণ ওইনা শ্লোক অমা মথাদা পীরি।

## মূল ৯৮

"ত্বৎসাক্ষাৎ করণাহ্লাদ-বিশুদ্ধাব্ধিস্থিতস্য মে।
সুখানি গোষ্পদায়ন্তে ব্রাহ্মাণ্যপি জগদ্গুরো॥ ৯৮॥"

### শব্দার্থ

ত্বৎ—নহাক, সাক্ষাৎকরণ—উনবগী, আহ্লাদ—নুংঙাইবা, হরাওবা, বিশুদ্ধ—অশেঙবা, অব্ধি—মহাসমুদ্র, স্থিতস্য—লৈরিবা, মে—ঐগী, সুখানি—নুংঙাইবা, গোষ্পদায়ন্তে—শল-খোঙগুন্ ওইহল্লে, ব্রাহ্মাণি—নির্বিশেষ ব্রহ্মগী নুংঙাইবা, অপি—সু, জগৎগুরো—হে জগৎ পুম্নমগী গুরু ওইবা ভগবন্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রহ্লাদনা শ্রীনৃসিংহদেবদা হঙ্গৎলী—"হে জগৎগুরু! নঙবু উবদা ঐহাক্না লৈরিবা প্রাকৃত-নত্তবা আনন্দসমুদ্রসিগা চাংদম্নবদা নির্বিশেষ ব্রহ্মবু অনুভব তৌরগা ফংবা আনন্দসু শল-খোঙ্গুনগুম্না করিসু-লৈতবা পোৎ অমা ওইনা ঐঙোন্দা থোক্লে।"

### নৈনরোল

বিশুদ্ধ-অব্ধি—অশেঙবা সমুদ্র হায়বনী। বিশুদ্ধ (অশেঙবা) হায়বা শব্দনা তাকপদি ভগবানবু উরগা ওইরকপা আনন্দসু প্রাকৃত জগৎকী প্রাকৃত আনন্দ নত্তে—মসিদি প্রাকৃত-নত্তবা, চিন্ময় হায়বদি হ্লাদিনীনা ওইরকপা পোত্তা অমনী—হায়বসিনী।

## মূল ৯৯

"প্রভুর মিষ্টবাক্য শুনি সন্ন্যাসীর গণ।
চিত্ত ফিরি গেল, কহে মধুর বচন॥ ৯৯॥"

### শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, মিষ্টবাক্য—অথুম্বা ৱাহৈ, শুনি—মনাকোঙনা তারগা, সন্ন্যাসীর গণ—সন্যাসীশিংডুনা, চিত্ত—পুক্লীঙ, ফিরি গেল—ওনখ্রে, কহে—হায, মধুর—অথুম্বা, বচন—ৱা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অথুম্বা ৱাহৈ মনাকোঙনা তারগা সন্ন্যাসীশিংডুগী পুক্লীঙ ওল্লকখি অতুগা অথুম্বা ৱাহৈনা হায়বম্মী।

### মূল ১০০

"যে কিছু কহিলে তুমি, সব সত্য হয়।
কৃষ্ণপ্রেমা সেই পায়, যার ভাগ্যোদয ॥ ১০০ ॥"

### শব্দার্থ

যে কিছু—খজিক্তো, কহিলে—হায়খিবা, তুমি—নহাক্না, সব—পূম্নমক, সত্য—অচৈবা, হয—ওই, কৃষ্ণপ্রেমা—কৃষ্ণবু নুংশিবা, সেই—মহাক্না, পায ফংঙী, যার—মহাক্কী, ভাগ্য-উদয়—লাইবক ফবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'নহাক্না হাযখিবা থৱদো অচৈবা ওাক্নী। লাইবক ফরক্লবা মী মহাক্কদনা কৃষ্ণপ্রেম ফংজে।"

### মূল ১০১

কৃষ্ণ ভক্তি কর, ইহায় সভার সন্তোষ।
বেদান্ত না শুন কেনে, তার কিবা দোষ। ১০১ ॥"

### শব্দার্থ

কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণদা ভক্তি, কর—নঙনা তৌয়ি, ইহায—মসদা, সভার—পূম্নমক্কী, সন্তোষ—অপেন্‌বা (ওই) বেদান্ত—বেদান্ত দর্শন শাস্ত্র, না শুন—নঙনা তাদে, কেনে করিগীনো, তার—মতুগী; কিবা—করি, দোষ—অশোয-অঙাম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"নহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি তৌরিবা অসিদা খ্বায়-পুম্নমক পেন্নে। অদুবু নহাক্না বেদান্ত শ্রবণ তৌদবদি করিগীনে।? মাগী ( বেদান্তগী ) করি অশোয়বা লৈবগে ?"

মূল ১০২

এত শুনি হাসি প্রভু বলিলা বচন— ।

দুঃখ না মানহ যদি, করি নিবেদন ॥ ১০২ ॥

শব্দার্থ

এত - অসিখক , শুনি--নাকোঙনা তারগা , হাসি - নোক্লুনা , প্রভু—শ্রীচৈতন্য প্রভুনা বলিলা—হায়রম্মী , বচন—ৱা , দুখ—মুংঙাইতবা , না মানিহ—ওইনা লৌদবা , যদি--বদি , করি নিবেদন—হঙ্গচ্চগে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সন্ন্যাসীশিংগী ) ৱাসি তারগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নোক্লুনা ৱা হায়রম্মী—ৱারৌবিরোইদৌবা লৈরবদি ঐহাক হঙ্গচ্চগে।

মূল ১০৩

ইহা শুনি বোলে সর্ব্বসন্ন্যাসীর গণ।

তোমারে দেখিযে যৈছে সাক্ষাৎ নারায়ণ ॥ ১০৩ ॥

শব্দার্থ

ইহা—মসি , শুনি—নাকোঙনা তারগা , বোলে - হায় , সর্ব্ব-সন্ন্যাসীরগণ—( মায়াবাদী ) সন্ন্যাসী পুম্নমক্না , তোমারে--নহাকপূ , দেখিয়ে—উই , যৈছে—গুম্না , সাক্ষাৎ—চংচংবা , নারায়ণ - পরমেশ্বর ভগবান্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুগী ৱা ) অসি তারগা ( মাযাবাদী ) সন্ন্যাসী পুম্নমক্না হায়রম্মী—"নহাকপু চংচংবা পরমেশ্বর ভগবান্ নারায়ণগুম্ উই।"

## মূল ১০৪-১০৫

"তোমার বচন শুনি জুড়ায় শ্রবণ।
তোমার মাধুরী দেখি জুড়ায় নয়ন॥ ১০৪॥
তোমার প্রভাবে সভার আনন্দিত মন।
কভু অসঙ্গত নহে তোমার বচন॥" ১০৫॥

### শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী, বচন—ৱা, শুনি—তারগা, জুড়ায়—পেল্লী, শ্রবণ—নাকোঙ, তোমার—নহাক্কী, মাধুরী—মাধুর্য্য, দেখি—উবগা, জুড়ায—পেল্লী, নয়ন—মীৎ, তোমাব—নহাক্কী, প্রভাবে—মতীক-ময়াইনা, সভার—পুম্নমক্কী আনন্দিত—নুংঙাইবা, মন—পূক্নীঙ (ওই), কভু—কদৌঙৈদা, অসঙ্গত—নাতৈ-চাদবা, নহে—ওইদে, তোমার—নহাক্কী বচন—ৱা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(সন্ন্যাসীশিংনা মথা তাথরম্মী) "নহাক্কী ৱাহৈ তাবগা নাকোঙ পেল্লী, নহাক্কী মাধুর্য্য উরগা মীৎ পেল্লী। নঙগী মতীক-ময়াইনা লোইনমক্কী পূক্নীঙ নুংঙাইজে। নঙগী ৱাদি কদৌঙৈদসু নাতৈ-চাদবা ওইরোই।"

## মূল ১০৬

প্রভু কহে—বেদান্ত সূত্র ঈশ্বরবচন।
ব্যাস রূপে—কহিল যাহা শ্রীনারায়ণ॥ ১০৬॥

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, কহে—হায়, বেদান্তসূত্র—ব্রহ্মসূত্র, ঈশ্বর-বচন—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ৱা-নী, ব্যাসরূপে—শ্রীব্যাস ওইনা, কহিল—হায়খিবনী, যাহা—মদু, শ্রীনারাযণ—শ্রীভগবান্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"বেদান্তসূত্রদি ঈশ্বরগী ৱানী। শ্রীনাবায়ণ-মক্না শ্রীব্যাস ওইরগা বেদান্তসূত্রসি হায়খিবনী।"

## মৈনমল্লোল

শ্রীভগবান্‌মক্‌া পরাশর অমসুং সত্যবতীগী মচা ব্যাস ওইনা অবতার তৌখিবনী। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"দ্বৈপায়নোঽস্মি ব্যাসানাম—ব্যাসশিংগী মনুঙদা দ্বৈপায়ন হায়বত্র ঐনী।" বিষ্ণু পুরাণস্তু হায—"কৃষ্ণদ্বৈপায়নং ব্যাসং বিদ্ধি নারায়ণং স্বয়ম্—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসবু স্বয়ং নারায়ণ-নী হায়না খঙগদবনী। ৩/৪/৫॥" শাস্ত্র-প্রমাণসিগী মতুঙ ইন্না হায়রিবনী—"ব্যাসগী রূপ-তা শ্রীনারায়ণনা হায়খিবা অত্রু।" বেদব্যাস কৃষ্ণদ্বৈপায়নসিন। বেদান্ত-সূত্র-লেংবনী। বেদান্তসূত্রদা সূত্র ৫৫৫ থক যাওরি, মসিবু ব্রহ্মসূত্র কৌযি অত্রুগা শারীরক সূত্র হায়নস্তু কৌয়ি।

## মূল ১০৭

"ভ্রম প্রমাদ বিপ্রলিপ্সা করণাপাটব।

ঈশ্বরের বাক্যে নাহি দোষ এই সব॥ ১০৭॥"

### শব্দার্থ

ভ্রম—শেরান্নবা লৌবা পোৎশক অমবু অতোপ্পনী হায়না লৌবগী দোষ, প্রমাদ—মীনা ভাওবদা পুক্নীঙ চঙনা তাহৌদবদগী লানবা, বিপ্রলিপ্সা—নমথাক তৌনীঙবদগী লানশনবা, করণ-অপাটব—থবক হৈতবদগী লান্না তৌবা, ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, বাক্যে—ৱাদা, নাহি—লৈতে, দোষ—অশোযবা, এই সব—অসি পুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোৎ অমবু শেরান্নবা লৌবা (ভ্রম) পুক্নীঙ চঙহৌদবদগী লান্না লৌবা (প্রমাদ), নমথাক্ তৌবগীদমক লানশনবা (বিপ্রলিপ্সা), থবক হৈতবদগী লান্‌বা (করণ-অপাটব)—দোষ অপুম্বসি ঈশ্বরগী ৱা-দা য়াওদে।

## মূল ১০৮

"উপনিষৎ সহিত সূত্র কহে যেই তত্ত্ব।

মুখ্যবৃত্তি সেই অর্থ—পরম-মহত্ত্ব।।" ১০৮॥

### শব্দার্থ

উপনিষৎ—বেদগী জ্ঞান-কাণ্ডগী লাইরীকশিং, সহিত—লোয়নননা,

সূত্র—লংলা-লংজীন্ ওইবা বাক্য , কহে—হায় , যেই তত্ত্ব—অওইবা ব্রহ্ম, মুখ্যবৃত্তি—পাক-খণ্ডবা শক্তি , সেই অর্থ—অর্থতু , পরম-মহত্ত্ব—পুণ্ডথোই থোইবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'উপ'নিষৎকী প্রমাণ উৎতুনা মুখ্যবৃত্তিনা বেদান্তসূত্রগী তৌরিবা অর্থতু সত্যনী , অসিগুম্বা অর্থদা বেদান্ত সূত্রদগী ফংবা তত্ত্বতু অশেংবা তত্ত্বনী ।"

## নৈনব্রোল

**উপনিষৎ** —বেদগী জ্ঞানকাণ্ডগী ব্রা লৌখৎতুনা লেপ্তবা লাইরীকশিংবু উপনিষৎ কৌয়ি। ঈশ, কেন, কঠ, মণ্ডুক কৌব-নচিংবা উপনিষৎ যাম্না লৈ । উপনিষৎশিংদা সব ওইনা ব্রহ্মাগী তত্ত্ব লেপ্লিবনী । **উপনিষৎ সহিত**—উপনিষৎকী প্রমাণগা লোয়ননা হায়বনী। **সূত্র**—মচি ওইবা অর্থগী ( সাবার্থবিশিষ্ট ) ময়েক খজিক্তগী ওইবা বাক্যবু সূত্র কৌয়ি। পীক্রবা বাক্যগী সূত্রসিদা যাম্না লুবা অর্থ হাপ্পল্লী । পযারসিদা পল্লিবা সূত্র-সিনা বেদান্তগী সূত্রশিংবু হাযরিবনী ।

**মুখ্যবৃত্তি**—করিগুম্বা শব্দগী মহৌশাগী ওইবা শক্তিনা থোকহনবা অর্থতু শব্দতুবু উচ্চারণ হেক তৌবগা পুক্লীঙদা নীঙশীঙলকপা অর্থ ওইরবদি মতুবু শব্দতুগী মুখ্য-অর্থ ( মক ওইবা অর্থ ) কৌয়ি অমসু, শব্দগী বৃত্তি হায়বদি শক্তিতুনা মুখ্যার্থসি পোকহল্লবাদ মতুবু **মুখ্যবৃত্তি** কৌযি। মতুদি—শল হাযবা শব্দসি উচ্চারণ তৌরবদি মথা, মমৈ, মচি-নচিংবা পানবা শা জাতো অমা নীঙশীঙলকযি , শা মখলসিনা শল-শব্দগী মুখ্যার্থনী , অতুগা শল-শব্দগী বৃত্তিনা হায়বদি শক্তিনা অর্থসি থোকহল্লী হাযতুনা বৃত্তিতুবু শল-শব্দগী মুখ্য-বৃত্তি কৌযি।

## মূল ১০৯

"গৌণবৃত্ত্যে যেবা ভাষ্য করিল আচার্য্য ।
তাহার শ্রবণে নাশ হয় সর্ব্ব কার্য্য ।। ১০৯ ।।"

## শব্দার্থ

গৌণবৃত্ত্যে গৌণ বৃত্তিনা , যেবা ভাষ্য—টীকাতু , করিল—তৌরম্মী , আচার্য্য—শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা , তাহার—মতু , শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা , নাশ—মাঙবা , হয—ওই , সর্ব্ব—পুম্নমক , কার্য্য—থবক ,

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"গৌণ বৃত্তিনা ( মচেক্না মৈয়গা লোযা অর্থনা ) শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা তৌরম্বা ভাষ্যটীকাদু নাকোঙনা তারুবদা থবক পুম্নমক পুম্মাঙ মাঙৗ।"

## মৈনদ্রোল

**গৌণবৃত্তি**—মুখ্যার্থ থাদোক্তুনা মুখ্যার্থগী গুণ লৌতুনা কল্পনাগী ( লম্নাই বুদ্ধিনা শাজনবা অদুগী ) মতেঙনা থোকৃহনবা অর্থবু **গৌণার্থ** কৌয়ি অদুগা গৌণার্থসি ফংনবা বৃত্তি অদুবু **গৌণবৃত্তি** কৌয়ি। মদুদি পুরুষসিংহ, সিংহ ( নোংশা ) শব্দগী মুখ্যার্থদি যাম্না থৌনাফবা শা অমবু হায়বনী, কনাগুম্বা পুরুষনা—হায়বদি মী অমনা অদুগুম্বা শা ওইবদি ওইথোক্তে। মরমদুনা—সিংহ শব্দগী মুখ্যার্থ থাদোক্লগা সিংহগী থৌনাফাবা হায়বা গুণ অদুদা লৌতুনা কল্পনাগী পান্থৈনা গুণ অদুবু পুরুষদুদা হাপচল্লগা সিংহগুম্না থৌনাফবা মীবু পুরুষ-সিংহ কৌবা যাই। মদুদা **পুরুষসিংহ** শব্দগী অর্থদি "সিংহগুম্না থৌনা ফবা পুরুষ" ওইগনী, মসিবু গৌণবৃত্তিগী অর্থ কৌযি।

খ্বাইনা তৌনবদি, মুখ্যবৃত্তিদা অর্থ হল্লগদি শব্দদুগী নত্রগা বাক্যদুগী নাতৈ চাদ্রবা মতাঙদা গৌণবৃত্তিদা অর্থ হন্দোক্নৈ। ভ্রম-প্রমাদনচিংবা দোষ লৈবা লাইরীক্তা গ্রন্থকাবগী মমায় ঙাক্নবগীদমক ভ্রম-প্রমাদ-নচিংববু কৃপ-ছম্নবা হায়দুনা গ্রন্থদুগী ব্যাখ্যা তৌরকপদা গৌণবৃত্তিদা অর্থ হন্দবা য়ারক্কবা যাওযি। অদুবু বেদান্তসূত্রদদি দোষ পুম্নমক্নি অমত্তা য়াওদে. মরমদুনা গৌণবৃত্তিদা বেদান্ত সূত্রবু ব্যাখ্যা তৌকফম থোক্তে। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা বেদান্ত-সূত্রগী ব্যাখ্যা তৌবদা মুখ্যবৃত্তি থাদোক্তুনা গৌণবৃত্তিদা সূত্রগী অর্থ হল্লে, মরমদুনা শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য নাকোঙনা তারুরগাদ বেদান্তগী অশেঙবা অর্থ খঙবা ঙমদে হায়দুনা করিমতম্মু কাম্নবা লৈতবতা নত্তনা কল্পনাদগী থোরকপা অপব্যাখ্যা ( ওন্নতৈনবা ব্যাখ্যা ) তারুবনা মাঙবগী চাংদুম হেল্লী।

প্রকাশানন্দ-সরস্বতী-নচিংবা অদ্বৈতবাদী সন্ন্যাসী পুম্নমক্না শঙ্করা-চার্য্যগী ভাষ্য নৈনৈ, অদুবু মাগী ভাষ্যসিদি ভক্তিগী অকায়বা ওই হায়দুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা শ্রবণ তৌদে হায়বদু প্রকাশানন্দদা খঙহল্লম্মিবনী।

### মূল ১১০

"তাঁহার নাহিক দোষ, ঈশ্বর-আজ্ঞা পাঞা।
গৌণার্থ করিল মুখ্য-অর্থ আচ্ছাদিয়া।। ১১০ ।।"

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ( শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যগী ) নাহিক—লৈতে, দোষ অরানবা, ঈশ্বর-আজ্ঞা - ঈশ্বরগী যাথং, পাঞা — ফংদুনা, গৌণ-অর্থ —গৌণবৃত্তিদা অর্থ করিল — হনখি, মুখ্য-অর্থ—মুখ্যবৃত্তিগী অর্থবু, আচ্ছাদিয়া—কূপছন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'মহাক্কী (শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যগী) দোষ লৈতে মরমদি ঈশ্বরগী যাথং ফংদুনা মুখ্যবৃত্তিগী অর্থবু কূপছল্লে হাযরগা গৌণবৃত্তিদা অর্থ হনখিবনী।"

### নৈনরোল

শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যদি সাক্ষাৎ মহাদেবনী—শঙ্করঃ শঙ্করঃ সাক্ষাৎ। পদ্মপুরাণ-উত্তর খণ্ডদা যাওরিব। মহাদেবনা পার্ব্বতীদা হায়খিবা রা লৈ, মহুদি—"দেবি কলিকালদা ব্রাহ্মণ মূর্ত্তি ( শঙ্করাচার্য্য মূর্ত্তি ) লৌদুনা ঐমক্না মাযাবাদগী মছক ওইবা অসৎ ( ওইদবা ) শাস্ত্র লেংখি।" মহাদেবদি বৈষ্ণবশিংগী মন্নুংদা পুণ্ডথোই থোইবনী হাযবা রাম্ব শ্রীমদ্ভাগবত-না হায়রি—"বৈষ্ণবানাং যথা শম্ভুং/১২/১৩/১৬ ।।" বৈষ্ণব অথোয়বা মহাদেবগী অবতাব শঙ্করাচায্যনা ভক্তিবিরোধী ওইবা ভাষ্য লেংলিবা করিগীনো হায়বদা নৈনরিবা পয়ারসিনা রাহংদুগী পাউথুন্নী।

### মূল ১১১

"ব্রহ্ম-শব্দে মুখ্য-অর্থে কহে ভগবান্।
চিদৈশ্বর্য্য-পরিপূর্ণ, অনূর্দ্ধ-সমান ।। ১১১।"

### শব্দার্থ

ব্রহ্ম—অদ্বয়তত্ত্ব, শব্দে—রাহৈনা, মুখ্য-অর্থে—মুখ্যবৃত্তিগী অর্থদা, কহে—কৌয়ি, ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্, চিৎ-ঐশ্বর্য্য—চিৎ-কৌবা

ঐশ্বর্য্যনা ( লম্না ), পরিপূর্ণ—পূণ্ডথন্-থন্‌বা, অনূর্দ্ধসমান—মথক্তা অমা ( ঊর্দ্ধ ) অদুগা মান্নবা অমা ( সমান ) লৈত্রবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"ব্রহ্ম হায়বা শব্দনা মুখ্যবৃত্তিগী অর্থদা ভগবানবু হায়রিবনী—মহাক্তি চিৎ-ঐশ্বর্য্যনা পূণ্ডথন্-থন্‌বনী মাগী মথক্তা অমা নক্রগা মাগা মান্নবা অমা লৈত্রবনী।"

## নৈনরোল

ব্রহ্ম—বৃনহ+মন (কর্ত্তৃবাচ্যদা), বৃনহ ধাতুগী মতুংডা কর্ত্তৃবাচ্যদা মন প্রত্যয় তৌরগা ব্রহ্ম শব্দ থোক্লিবনী। মসিগী অর্থদি—বৃংহতি বৃংহয়তি চ ইতি ব্রহ্ম, মছানা অচৌবা ওইবা অদুগা অতোপ্পবুসু চাওহনবা মহাক অদু ব্রহ্মনী। অতোপ্পবু চাওহনবনীনা চাওহন্নবগী শক্তি ( পাঙ্গল ) মহাক্কী শোয়দনা লৈবা তাই, মরমদুনা ব্রহ্ম-শব্দগী অর্থদগী ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হায়বাস খণ্ডবা ঙম্মী, অওইবমক, শ্রুতিনসু অর্থসিবু য়াই, শ্বেতাশ্বতর কৌবা শ্রুতিনা হায়, ব্রহ্মগী শক্তি যাম্না লৈ—"পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে, শ্বেতাশ্বতর। ৬।৮।" থবক্তা শক্তি লৈ হায়বা তাকয়ি, মরমদুনা ব্রহ্মনা শক্তি শীজিন্নদুনা থবক তৌয়ি, ব্রহ্মগী শক্তিদি থবক তৌগন্‌বনী হায়বসিসু মথক্তা পল্লিবা শ্রুতিবাক্যদগী খণ্ডবা ঙম্মী। অদুগা শ্রুতিনা অসিমসু হাযবি, "অনন্ত ব্রহ্ম—ব্রহ্মদি ঙমখৈনাইদবনী।" ব্রহ্মনা ঙমখৈনাইদবসি—স্বরূপ-তা শক্তিদা অদুগা শক্তিগী থবক্তা, শক্তি উৎপগী মখল মথেন্দা ওইরিবনী। মহাক ব্রহ্মনী—বৃংহতি, অচৌবা ওই, হীরম পূম্বদা লোইন-মক্তগী হেন্না অচৌবনী—স্বরূপ য়েংলগসু অচৌবা, শক্তিদসু অচৌবা, শক্তিগী থবক্তসু অচৌবা শক্তিদা অচৌবা ওইরিবনীনা শক্তিগী মশীঙদসু অদুগা শক্তি থৃদিংগী চা দাদসু মহাক পূম্নমক্তগী পূমহেন হেন্না চাউয়ি। স্বরূপ-তা অচৌবা ওইবনা মহাক সর্ব্বব্যাপক [(পূম্নমকপূ কুপ্পা)—সর্ব্বগ ( মফম পূম্বদা চৎপা )], অনন্ত ( ঙমখৈ নাইদবা ), বিভু ( পূমছন-শনবনী )। করিগুম্বদা আকার ( ছক-ওং ) লৌবসু যাওয়ি। ব্রহ্মগী শক্তিনা থবক-তৌদবা মতাংডা মহাক নির্ব্বিশেষনী অদুগা মাগী শক্তিনা থবক তৌবা মতাংডা মহাক সবিশেষ অমদি সাকার ওই। মরমসিনা শ্রুতিনা হায়—"দ্বেবাব ব্রহ্মণোরূপে মূর্ত্তং চৈবামূর্ত্তংচ। বৃহদারণ্যক।২।৩॥১॥—ব্রহ্মগী রূপ অনীনী, ত্তিমূ-নাইবা অদুগা মূর্ত্তি-নাইদবা ( অমূর্ত্ত )।" শক্তিনা থবক তৌরকপদা

আকারগী রূপশুন্নচিংবা, ঐশ্বর্য্যনচিংবা থোরকয়ি ( মখোয়তুগী বিকাশ ওই-রকয়ি )। ব্রহ্ম নিত্যনী ( মতম পুম্নগীনি ) অদুগা অনাদি-নী ( মহৌন্দগী হৌনবা অমা লৈত্রবনী )। মহাকী স্বরূপ, শক্তি, স্বরূপকী মখলমথেল, শক্তিগী মখল মথেল অদুগা শক্তি থোরকপা মথোকী মখল মথেল— লোইনমক নিত্যনী অনাদি নী। অদুবু স্বরূপকী অমসুং শক্তিবিকাশগী তোঙান-তোঙানব মখল মথেলদুগী সত্তা লৈত্রবদি মখোয় খুদিংমক নিত্যনী অনাদিনী হায়বদু ওইথোক্তে। তশেংবদি ব্রহ্মদি অমতা ওইরবসু অনাদি-কালদগী মশীঙ লাকভমদব স্বরূপ তা মচাবু ফোঙদোক্তুনা ভাংন্থোরক্লিবনী। "একোঽপি সন বহুধা যো বিভাতি। গোপাল তাপনী শ্রুতি পূর্ব্ব ২০॥" মূর্ত্তি মযাম স ওইবা ওইনা মহাক মূর্ত্তি অমতনী, মহাক "বহুমূর্ত্ত্যেক মূর্ত্তিকম্"॥ শ্রীমদ্ভাগবত ১০/৪০/৭॥' মহাকী মূর্ত্তি ময়ামসি মহাকী স্বরূপ-অনন্ত স্বরূপনী অদুগা অনন্ত স্বরূপশিংসে মহাকী শক্তিবিকাশগী শীঙনাইদবা মখলমথেলগী খুদম্নী। অনন্ত স্বরূপ শংগী মনুঙদা স্বরূপ অমদা মাগী শক্তি পূম্নমক লৈবা অদুগ শক্তি খুদংগী খবকসু মপুঙফানা ফোঙদোকপা অদুগম্বা স্বরূপ-তুবু পূর্ণতম ( মপুঙ পুঙফা ফাবা ) স্বরূপ কৌয়— স্বরূপ অসি পরম ব্রহ্ম-নী, মরমদ স্বরূপ অসিদা ব্রহ্মত্বগী ( ব্রহ্মনা হায়বগী ) পূর্ণতম বিকাশ ওই। শক্তিগী থবক্না ঐশ্বর্য্য ওইনা ( ঐশ্বরগী থৌদো ওইনা) ফোঙদোক্লবা স্বরূপ-শিংদুগী খুদিংমক ভগবান্নী, মখোযসিগী মনুঙদা শক্তিনচিংবগী পূর্ণতম বিকাশ ওইরিবা স্বরূপ অদুদা ভগবান ওইবগী ( ভগবত্তাগী ) বিকাশ অদু পূর্ণতম ওইরব দ স্বরূপ অদুবু স্বয়ং ভগবান্ কৌযি, মরমসিনা পরমব্রহ্মদি স্বয়ং ভগবান্নী। স্বয়ং ভগবান পরব্রহ্মাসিদা ব্রহ্মত্বগী (হায়বাদ ব্রহ্ম ওইবগী) মপূ ফাবা ওইবা হাযবদু ওই, মরমদুনা মহাক পরতত্ত্বনী ( পুকোক্নী )। মহাক অসমোর্দ্ধ ( মান্নবা অমা অদুগা মথক অমা লৈত্রবা ) হাযবদুনী।

মফমসিদা ব্রহ্ম শব্দগী ফংলিবা অর্থ সি মাগী ধাতু-প্রত্যয় তৌরগা ফংবা অর্থনী অদুগা অর্থসি শ্রুতি হায়বদি উপনিষৎকী প্রমাণসু সমর্থন তৌরবনী। কবিরাজনা শব্দগী অতোপ্পা অর্থ অমা মন্নাম্না খঙনদবা মতমদা মহাকী ধাতু প্রত্যয়-না ফংলকপা অর্থদু মুখ্য অর্থনী। মরম'সনা মফমসিদা ব্রহ্মশব্দগী ধাতুপ্রত্যয়না থোকপা অর্থদুনা মাগী মুখ্য অর্থ ওইগদবনী, মরমদি ব্রহ্ম-শব্দগী অতোপ্পা ( হায়বদি ধাতু-প্রত্যয়গা মরি লৈনদবা ) অর্থ অমত্তা খঙবা লৈতে। লৌরিবা অর্থসি উপনিষদগী বাক্যনসু সমর্থন

তৌরবদ্বীনা মুখ্য অর্থসিদা করিগুম্বা মাতে চাদবা লৈবরা হায়না চিংমন্ডাই লৈতে, মরমহুনা লক্ষণাবৃত্তিদা ব্রহ্মশব্দগী অর্থ তৌরুবগী কাম্নবা লৈতে।

মথক্তা নৈনরিবসিদগী খণ্ডবা ওম্বদি ব্রহ্ম শব্দগী মুখ্য অর্থদা স্বয়ং ভগবানমকপু খণ্ডহল্লে। ভগবান্ অসি চিৎ-ঐশ্বর্য্য মপুঙ ফানা চেনবনী অহুনা **চিদৈশ্বর্য্যপরিপূর্ণ** হায়রিবনী। ব্রহ্মাদি সচ্চিদানন্দগী মছক্কী, মহাক্কী শক্তিবু চিচ্ছক্তি কৌয়ি, চিচ্ছক্তিনা ষড়ৈশ্বর্য্য ( ঐশ্বর্য্য তরুক ) ওইরকপনী। ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য প্রাকৃত জগৎকী প্রাকৃত ঐশ্বর্য্য নত্তে। প্রাকৃত ঐশ্বর্য্যদি মায়াগী ছক্লোন্নী, ভগবান্গী ঐশ্বর্য্যদি চিচ্ছক্তিগী শক্লোন্নী।

## মূল ১১২

"তাঁহার বিভূতি দেহ--সব চিদাকার।
চিদ্বিভূতি আচ্ছাদি তাঁরে কহে 'নিরাকার'॥ ১১২॥"

## শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী, ( ব্রহ্মগী ), বিভূতি—ঐশ্বর্য্য ( মরল ), দেহ—হকচাঙ, সব—লোইনমক, চিদাকার—চিৎঙাক্তনী, প্রাকৃত-নত্তবনী, চিদ্বিভূতি—চিৎঙাক্তগী বিভূতি আচ্ছাদি—কূপশল্লগা, তাঁরে—মহাকপু ( ব্রহ্মবু ), কহে-কৌযি, নিরাকার—মূর্ত্তি-পান্দবা শক-ওংনাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ব্রহ্মগী বিভূতি অমসুং হকচাঙ—লোইনমক চিৎঙাক্তনী (হাযবদি প্রাকৃত নত্তে)। মহাক্কী চিৎঙাক্তগী ওইবা বিভূতিবু কূপশল্লগা মহাকপু মূর্ত্তি-পান্দবা ( শক্লাইদবনী ) হায়না শঙ্করাচার্য্যনা হায়।"

## নৈনরোল

ভগবান্দি লীলা শাম্নে, মহাক্কী ধাম ( মফম ) লৈ, লীলা শান্নমিন্নবা পরিকর লৈ, লীলাগী পোৎচঙসু লৈ, মসি পুম্নমক মহাক্কী বিভূতিনী। অতুবু পুম্নমক্তিগী অমত্তসু প্রাকৃত জড ( থরাই-পান্দবা ) ওইবা পোৎ অমত্তা নত্তে। মখোয় থুদিংমক প্রাকৃত নত্তে চিৎঙাক্তনী, মহাক্কী হকচাঙসু চিৎনা নঙ-নঙ-লাওবা পোত্তানী, প্রাকৃত নত্তে। মখোয়গী মরক্তা অমত্তসু অশেম্বা ( সৃষ্ট ) পোৎ নত্তে, অনাদিকালদগী ওাম্বোইদুনা লৈরক্লবনী, অতৎঅথম লৈত্তনা ওান্দোরিবনী; মখোয়সি নিত্য ( মতম পুম্নমক্তী ওইবা ) পোৎনী।

অসি ফাওবা ব্রহ্ম শব্দগী মুখ্যার্থ শম্পংনা হায়রে। হৌজিকমুক শঙ্করাচার্য্যনা তৌবা অর্থ অদু নৈনরক্নি।

মমাঙগী পয়ারগী নৈনরোলদা ব্রহ্ম—শব্দগী অর্থদা শরূক অনী লৈ, মদুদি—বৃংহতি অদুগা বৃংহয়তি। শঙ্করাচার্য্যনা বৃংহয়তি হায়বা শরূক থাদোক্লগা বৃংহতি হায়বা শরূকী অর্থ তৌরম্লে, বৃংহয়তি ( চাওহন্‌বা ভম্বা মহাক—হায়বা ) শরূকসিদগী ব্রহ্মগী শক্তি লৈ অদুগা শক্তিদুনা থবক তৌযি হায়বগী ঋ থঙবা যাই। শরূকসিবু থাদোক্লগদি শক্তি লৈতে অদুগা শক্তিদুনা তৌবা থবকসু লৈতে অদুনা ব্রহ্মদি শক্তি-লৈতবনী ( নিঃশক্তি-কনী ) অমসুং শক্লাইদবনী ( নিরাকারনী ) হায়না অর্থ হনবা তারকয়ি। শক্তি লৈত্রবনীনা মহাকী বিভূতিনচিংবা লৈবা যাদরে, মরমদি বিভূতিদি শক্তিগী বিকারনী ( শক্লোঙ্গী )। বৃংহতি হায়বা শরূকসিতমক লৌরগা শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মশব্দগী অর্থ তৌরম্লে, মদুদি—ব্রহ্মদি অচৌবা ( বিভু ) পোৎ অমা ওইবতনী, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী শক্তি, শকওং, মরল ( ঐশ্বর্য্য ), বিভূতি ( শক্তিগী বিকার ), ধাম, পরিকর ( লোইন খম্নিন ) করিমতা লৈতে—অদুনা ব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষ আনন্দসত্বা অদুতনী। ব্রহ্মগী শক্তি লৈ হায়বসিগী প্রমাণ শ্রুতিগী করিগুম্বা মতাঙদা লৈরমদ্রবদি শক্তি—থঙহনবা বৃংহযতি—শরূক অদু থাদোক্লগা অর্থ তৌবা তারম্বনী হায়বদি মুখ্যার্থ থাদোক্লগা গৌণার্থ তৌবা তাবনী, নত্রগদি অর্থদু নাতৈচাদবা ওইগনী। অদুবু ব্রহ্মগী শক্তি লৈবগী বাফমদ শ্রুতিগী প্রমাণ ( পরাস্য শক্তির্বিবিধেব শ্রূযতে-নচিংবা ) লৈন-লৈনমক—। মরমদুনা মুখ্যবৃত্তিদা অর্থ তৌনবগী মবম লৈন-লৈনমক ) শঙ্করাচার্য্যনা প্রমাণ অদুবু থৌশাদদুনা গৌণবৃত্তিদা অর্থ তৌরে, মরমদুনা মহাক্কী অর্থদু নাতৈ চাদ্রে। মসিনী মহাপ্রভুনা হায়নীঙলম্বদি।

গৌণ বৃত্তিদা অর্থ তৌরগা শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্মী—ব্রহ্মদি নিরা-কারনী। ( শক্লাইদবনী )।

সাকার ( শকং নাইবা ) ওইবা পোৎ হায়বসিদবু ভমখৈ নাইবনী, ব্রহ্মনা সাকার ওইরবদি করম্না মহাক বিভু ( সর্ব্বব্যাপক ওইনা চাউবা ) ওইগদৌরিবনো হায়না হ বা যাই। মদুগী পাউথুমদি অসিনী—বিভু ওইবা হায়বসি ব্রহ্মগীদি মাগী স্বরূপকী লোইনরক্লবা ধর্ম্মনী, অদুনা মহাক ওইনীঙবা স্বরূপ অমা ওইরবসু মহাক বিভুনী।

## মূল ১১৩

"চিদানন্দ তেঁহো—তাঁর স্থান পরিবার।
তাঁরে কহে—প্রাকৃত সত্ত্বের বিকার ॥ ১১৩ ॥"

### শব্দার্থ

চিদানন্দ—চিৎ অমসুং আনন্দগী মচুক, তেঁহো—মহাক (ব্রহ্ম), তাঁর—মহাক্কী (ব্রহ্মগী), স্থান—মফম, পরিবার—লোইন-খুম্মিন (পরিকর), তাঁরে—মহাকপু (ব্রহ্মবু), কহে—কৌয়ি, প্রাকৃত—মায়াগী; সত্ত্বের—সত্ত্বগুণগী, বিকার—শক্লোন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"মহাক্তি (ব্রহ্মদি) চিৎ অমসুং আনন্দগী মচুক্কী, মহাক্কী মফম (ধাম) অমসুং পরিকর নৈ। মহাকপু (ব্রহ্মবু) প্রাকৃত গুণ সত্ত্বগী শক্লোন্নী হায়গদবা?"

### নৈনরোল

সৃষ্টিগী মতমদা মাযার গুণ-পুম্নমক মথুম-মবাঙ হৌরক্তুনা শকশোলকয়ি। অদুম্না শকাহাংলবা প্রকৃতিগী গুণশিংদগী জগৎ-প্রপঞ্চ (ভূত মডা) থোরকয়ি। ভগবানগী দেহতু প্রাকৃত সত্ত্বদগী থোরকপা ওইরবদি—মহাকস্থ সৃষ্টি (অশেংবা থোরকফম অমদগী থোরকপা) পোৎনী অমসুং সৃষ্টিগী মমাঙদা মহাক লৈরমদে হায়বসি যাবা ভাবকপনী। অদুগা মহাপ্রলয়গী মতমদা সৃষ্টবস্তু পুম্নমক মাঙখ্রবা মতমদা ভগবানসু মাঙবা তাই, অদু ওইরবদি মহাক অনিত্যনী (মতম পুন্দগী নত্তবনী) হায়বনচিংবসু যারে হায়না লৌবা তারকযি। অদুবু অসিগুম্বা সিদ্ধান্তদি শ্রুতিগী বা নত্তে, শ্রুতিনা হায়রিবদি ভগবান-দি নিত্যোনিত্যানাম্ হায়রিবনী।

## মূল ১১৪

"তাঁর দোষ নাহি তেঁহো আজ্ঞাকারী দাস।
আর যেই শুনে তার হয় সর্ব্বনাশ ॥ ১১৪ ॥"

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (শঙ্করাচার্য্যগী), দোষ নাহি দোষ লৈতে; তেঁহো—মহাক্তি, আজ্ঞা-কারী—য়াথং-ঙাকপা দাস—নাইনী, আর—অদুগা,

যেই—মহাক, শুনে—নাকোঙনা তায়, তার—মহাক্কী, হয়—ওই, সর্ব্বনাশ—পূস্মাণ্ড।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"( ব্রহ্মবু নিবাকারনী হায়না হায়বা অদুগা সাকার-স্বরূপ অদুবুনা প্রাকৃত-সত্ত্বগুণগী শক্লোম্নী হায়বদা ) শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী দোষ লৈতে, মরমদি মহাক্কি য়াথং-তাকপা মনাইনী। অদুগা মাগী ৱাসি নাকোঙনা তারিবা মীতুগীদি পূস্মাণ্ড মাঙবা ( শর্ব্বনাশ ) ওই।"

## মুল ১১৫

"বিষ্ণুনিন্দা আর নাই ইহার উপর।
প্রাকৃত করিয়া মানে বিষ্ণুকলেবর ॥ ১১৫ ॥"

## শব্দার্থ

বিষ্ণুনিন্দা বিষ্ণুবু থীনা হাযবা, আর নাই—অতৈ লৈতে, ইহার—মসিগী, উপব—মথক্তা, প্রাকৃত—প্রাকৃতনী, মানে—লৌয়ি, বিষ্ণু কলেবব—বিষ্ণুগী দেহবু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"বিষ্ণুগী হকচাঙবু প্রাকৃতনী হায়না লৌবসিগী মথক্তা ওইবা বিষ্ণুনিন্দা অতৈমা লৈত্রে।"

## তৈনবোল

প্রাকৃত-নত্তবা নিত্যবস্তু চিদানন্দঘন ভগবদ-বিগ্রহবু নিত্য-নত্তবা প্রাকৃত-সত্ত্বগুণগী শক্লোম্নী হাযনা খনবদগী হেনবা বিষ্ণুনিন্দা অমা লৈত্রে। করিগুম্বা পোৎ অমবু তুক্কচনাই ওইবা মওংদা হাযরবদি পোৎতুবু নিন্দা তৌবনা, অদুক্ক মতীক চাওবা পোৎপু অদুক্কী মতীক হন্থনা হায়রবদি মতু খ্বাইদগী হেন্না চাওবা নিন্দানি। পরব্রহ্ম ভগবান্দি খ্বাইদগী পুঙহেন-হেন্না চাওবা পোৎনি, মহাক নিত্যগী নিত্যনী—মঙোন্দগী হৌনব অমা লৈত্রবনী ( অনাদি-নী ), ওমখৈ-নাইদবনী ( অনন্ত-নী ) অদুগা প্রাকৃত বস্তুদি নিত্য নত্তে মাঙব-তাকপা-নাইবনী, ভগবানগা চাংদম্নরুরবদি প্রাকৃত সত্ত্ব নচিংবা মায়িক গুণদি কয়াম্মূক হন্থখ্রবগে হায়ববু ভগবানগী নাক যৌনা হাইজন্-ভস্বদি হায়কন্নু, ভগবৎ-ধামগী কাচিন অমদা চঙবগী

অধিকার ফাওবা মথোয়গী লৈতে- করি হায়নী মহাক্কী মমাগুদা মায়য়োক্ল-চনা লেপ্পবগী অধিকার ফাওবা প্রকৃতিগী লৈতে। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী গুণগী বিকারনী হায়না ভগবানবু হায়রবদি ভগবানবু নিন্দা তৌবদো অযৌবীদা তৌরবনী। বযুবু নিন্দা তৌবা নাকোণ্ডনা তারবদি মহানরক হায়রবদা তাইযে।

## মূল ১১৬

"ঈশ্বরের তত্ত্ব-যেন জ্বলিত জ্বলন।

জীবের স্বরূপ-যৈছে স্ফুলিঙ্গের কণ।। ১১৬ ।"

## শব্দার্থ

ঈশ্বরের —ব্রহ্মগী, তত্ত্ব— অওইবা, যেন গুম্মী, জ্বলিত--মৈচাক-মপুঙ ফাবা, জ্বলন—মৈচাক, জীবের স্বরূপ—জীবগী মছক্তি, যৈছে—গুম্না, স্ফুলিঙ্গের— মৈরীকপীগী, কণ—মরীক মচা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঈশ্বরদি মৈচাক-মপুঙ-ফারবা মৈগুম্বনী অদুগা জীবশিংনা মৈদুগী মৈরীকপী মচাগুম্বনী।"

## নৈনরোল

মৈগা মৈরীকপীগা স্বরূপকী হায়রগদি পোৎ অমতনী (হায়বদি অনীমক মৈনী), অদুগুম্না ঈশ্বর অমসুং জীবস্তু স্বরূপালোমদা য়েংলগদি পোৎ অমতনী ( হায়বদী চৈতন্য-নী। ঈশ্বরনা বিভু (অচৌবা) চৈতন্য-নী অদুগা জীবনা অণুচৈতন্য ( লৈচেংমুক পীকপা চৈতন্যনী )। মতুদি "পরমাণুরেবায়ং জীবো ন বিভু। বেদান্ত সূত্রগী গোবিন্দ ভাষ্য।" 'এষোঽণুরাত্মা। মুণ্ডক ৩/১/৯।।" শ্রুতিদা করি করিগুম্বা মফমদা 'আত্মাবু মহৎ নত্রগা বিভু' হায়দুনা পল্লম-বদি মফম মফমদুদা আত্মা শব্দতু পরমাত্মাগী অর্থদা শীজন্নরিবনী জীবগী আত্মাবু হায়বা নত্তে। চৈতন্য ওইবগী শক্তক্তা অনীমক অমতনী থেন্নদে। অদুবু মৈরীক্কা মপুঙ-ফানা চাক্লিবা মৈবুলদু নত্তবগুম্না অদুগা ওইবস্তু য়াদব-গুম্না অণুচৈতন্য জীবস্তু বিভু-চৈতন্য ঈশ্বর নত্তে অদুগা ওইবস্তু য়াদে। অদুনা ( পীকৃলেন পীকপা। ) ওইবা অদুগা বিভু (চাউরেল-চাউদ্ধা) ওইবগী মরমদা জীবগা ঈশ্বরগা থেন্নে। ঈশ্বরনা বিভু-বদুনী - য়াম্না হেন্না চাওবনী, অদুগা

জীবদি অণু-বস্তুনী য়াম্না হেন্না পীকপনী, শম্‌দোন্ অমবু শক্তক চামা থোক্ল খায়দোক্লগা অমুকম্তু শক্তক অমমমত্তবু শক্তক চামা থোক্ল। খাযদোক্লগা শক্তক থূদিংনা শম্নদোন মপুমত্তুগা চাংদম্নবদা পীকপা যাবমথৈ পীকপত্তদগীম্তু জীবনা ঈশ্বরগা চাংদম্নবদা থোইনা হেন্না পীকযি। মতৌ অসুম তৌনা জীবগা ঈশ্বরগসি খেন্নৈ অমম্তুং খেন্নদে। অনীমক চিংওইবা পোৎনী হায়তুনা খেন্নদে, অণু ওইবা বিভু ওইবগী ৱাদা খেন্নৈ।

## মূল ১১৭

"জীব তত্ত্ব শক্তি, কৃষ্ণতত্ত্ব শক্তিমান।
গীতা-বিষ্ণু পুরাণাদি ইথে পরমাণ॥ ১১৭॥"

### শব্দার্থ

জীবতত্ত্ব—জীবগী অওইবা, শক্তি—শক্তিনী. কৃষ্ণতত্ত্ব—কৃষ্ণগী অওইবদ; শক্তিমান শক্তিগী মপুনী, গীতা—শ্রীমদ্ভগবৎগীতা, বিষ্ণু-পুরাণ-আদি—বিষ্ণুপুরাণচিংবা পুরাণশিংনা, ইথে—মরমসিদা, পবমাণ—প্রমাণ ওইরিবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"জীবনা শক্তিনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিগী মপুনী। মরমসিদা শ্রীমদ্ভগবৎগীতা অদুগা বিষ্ণুপুরাণচিংবা পুরাণশিংনা প্রমাণ ওইরি।"

## মূল ১১৮

"অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।
জীবভূতাং মহাবাহো যযেদং ধার্য্যতে জগৎ॥ ১১৮॥"

### শব্দার্থ

অপরা—হন্থবা, ইয়ম্—অসি, ইতঃ—অসিদগী, তু—অদুবু, অন্যাম—অতোপ্পা, প্রকৃতিম্—শক্তি, বিদ্ধি—খঙও, মে—ঐগী, পরাম—থোইগৎপা, জীবভূতাম—জীবশিং (থবায়-পান্‌বশিং), মহাবাহো—পাম্বোম-লিংবা (অর্জ্জুন), যযা—অদুনা, ইদম—মসি, ধার্য্যতে—পুরি, জগৎ—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"হে পাম্বোম-লিংবা অর্জুন হন্থবা ( অপরা ) প্রকৃতিসিদগী তোঙ্গা থোইগৎপা (পরা) প্রকৃতি অমসু ঐগী লৈরি, মতুঙ্গি থরায়-পান্নবা পোৎশিং অসিনী ( জীবশিংনী )। মসি খঙজন্লু। জীবশিংসিনা জগৎ অসিবু পুরি।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভগবদগীতাদগী লৌথোকপনী ( ৭/৫ )। মসিগী মমাঙ হেক থংনবগী শ্লোক অদুদা ( গীতা ৭/৪ ) লৈপাক, ঈশীঙ, মৈ, নুংশীৎ, অতিয়া পুক্লীঙ, লৌশিং, অমসু, অহঙ্কার ( এ )—বহিরঙ্গা-শক্তি নৈপান অসি ওইরক্লিবা প্রকৃতিগী রা হাযখ্রে। মফমসিদা ইয়, শব্দনা বহিরঙ্গা-শক্তিসিবু হাযরিবনী। বহিরঙ্গা-প্রকৃতিসি জডনী ( থরাই পান্দবনী ), অদুনা মাবু হন্থবা প্রকৃতিনী হায়রিবনী। মসি নত্তবা জীবশক্তিগী মছক ওইবী প্রকৃতি অমা লৈবি। জীব-শক্তিসিবু তটস্থা ( তোর্বান্তাবা ) শক্তি হায়নসু খঙনৈ, শক্তিসিদগী জগৎকী জীব পূন্নমক থোরকয়ি, মরমসিনা মসিবু জীবভূতা হাযরিবনী, জীবভূতা প্রকৃতিসি পবা—নী হাযবদি অথোইবনী, মসি চৈতন্য চেনবী প্রকৃতিনী হাযদুনা মাবু পরা হাযবদি অথোইবী হাযরিবনী। চৈতন্য-চেনবী জীব-শক্তিসিনা [ মছামক্লা ভোগ ( চাবা-থকপনচিংবা ) তৌনবগীদমক ] জগৎসিবু পুরি। জগৎসিদা জীবগী ভোগ তৌনঙাই লৈরিবা পোৎ পূন্নমক হন্থবী জডা ওইবী বহিরঙ্গা প্রকৃতিগী শক্লোন ঙাক্তনী, মতু পূন্নমক ( নত্রগা জডা প্রকৃতি ) ভোগ্যনী ( ভোগ তৌনঙাই পোৎনী ) অদুগা জীবনা ভোক্তা ( ভোগ-কর্ত্তানী ), জীবগী চৈতন্য লৈ হায়দুনা চৈতন্য-লৈতবা জড-জগৎপু জীবনা মাগী মাগী কর্ম্ম মতুঙ ইন্না ভোগ তৌবা ঙম্মী। জীবসি জীবশক্তিগী অংশনী জীবশক্তিনা ওইবা জীবনা বহিরঙ্গাশক্তিনা ওইবা জগৎপু ভোগ তৌননবগীদমক ধারণ তৌরি ( পুরি )।'

জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী—হায়বদি জীবশক্তি নত্রগা তটস্থা শক্তিনী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিসিগী মপু শক্তিমান অদুনী হাযবদু নৈনরিবা শ্লোক সিনা উৎলি।

## মূল ১১৯

"বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা।
অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥ ১১৯ ॥"

## শব্দার্থ

বিষ্ণুশক্তিঃ—বিষ্ণুগী শক্তিদি , পরা—থোইগৎপা , প্রোক্তা—কৌয়ি। ক্ষেত্রজ্ঞ-আখ্যা—ক্ষেত্রজ্ঞ-শক্তি হায়নস্সু কৌনৈ , তথা—অতুগম্মু , পরা —অথোইবী , অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞা—অবিদ্যা ( মায়া ) , কর্ম্ম—মহৈ পান্বা থবক , সংজ্ঞা—কৌনবা ; অন্য—অতোপ্পী , তৃতীয়া—অহুমশুবী , শক্তিঃ —শক্তি ; ইষ্যতে—কৌনৈ মত্রগা খঙনৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"বিষ্ণুশক্তিদি পরা-শক্তি হায়না খঙনৈ, অতোপ্পা শক্তি অমগী মমিংনা ক্ষেত্রজ্ঞাশক্তি কৌযি , অতোপ্পা অহুমশুবী শক্তি অমনা অবিদ্যা-কর্ম্ম হায়না খঙনৈ ।"

## নৈনরোল

ভগবানগী শক্তিবু মাহৌশানা মখল অহুম থোক্না খাযদোকযি । অহানবদা বিষ্ণুশক্তি অসিনী, স্বরূপ শক্তি মত্রগা অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তিবু বিষ্ণুশক্তি হাযরিবনী , মরমদি অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তিনা পরা-নী হাযবদি শক্তি পুম্নমক্কী অথোইবনী । অনীশুবা শক্তিনা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা হাযবদি ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবী শক্তিনী , মসিগী অতোপ্প মমিংনা জীবশক্তিস্সু মত্রগা তটস্থাশক্তিস্সু কৌযি । অহুমশুবা শক্তিনা অবিদ্যা কর্ম্মসংজ্ঞা কৌয়ি , মসি মায়া-শক্তি হাযনস্সু কৌযি । অবিদ্যাগী অর্থদি মায়া হাযবনী, মসি ভগবানগী বহিরঙ্গা ( অন্তরঙ্গা-নত্তবা ) শক্তিনী সংসারস্সু মায়াগী থবক্নী ( কার্য্যগা ) থবক্নী মরমগা ( কারণগা ) খেন্নদে হায়না খল্লগদি সংসারস্সু মায়ানী হায়বদি বহিরঙ্গা শক্তিনী মরমসিনা কারণগী মছক-ওইবী অবিদ্যা অতুগা মাগী থবক্নী মছক ওইবা সংসার—অনীমক ভগবানগী বহিরঙ্গা-শক্তি মাযানী ; মসি অহুমশুবা শক্তিনী । মসি বহিরঙ্গা-শক্তি ওইরবস্সু তটস্থাশক্তি ওইরিবা জীববু কূপছনবা ঙম্মী ।

জীবসে ঈশ্বরগী শক্তিনী হায়বদু নৈনরিবা শ্লোকসিনা উৎলি ।

### মূল ১২০

"হেন জীবতত্ত্ব লঞা লিখি পরতত্ত্ব।
আচ্ছন্ন করিল শ্রেষ্ঠ ঈশ্বর-মহত্ত্ব ॥ ১২০ ॥"

## শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা ; জীবতত্ত্ব—জীব ওইববু , লঞা—লৌরগা , লিখি—ইরমদুনা , পরতত্ত্ব—পরতত্ত্ব-ব্রহ্মনী হায়দুনা ; আচ্ছন্ন—কুপ্ ছনবা , করিল—তৌরম্লে , শ্রেষ্ঠ—পুগুথোই থোইবা , ঈশ্বরমহত্ত্ব—ঈশ্বরনা চাউবগী রাবু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"অসিগুম্বা জীববু পবতত্ত্ব-ব্রহ্মগা থেন্নদে হায়না ইবমদুনা পুগুথোই-থোইবা ঈশ্বরনা চাউবগী রাবু কুপ ছন্দুনা থনম্লে ।"

## নৈনরোল

অণু-চৈতন্য জীবগা বিভু চৈতন্য ঈশ্ববগা থেন্নদে হায়ববদি বিভু-চৈতন্য ঈশ্বরগী চাং তাবনী । ঈশ্বরগী চাউবগী চাংদি মীযাম্না খঙদে , অদুনা মথোয়না শঙ্করাচার্য্যগী রা থাজদুনা লৌরবদি জীবগী শক্তিগা ঈশ্বরগী শক্তিগা মান্নে হায়না লৌবা তাবকযি , মদু ওইরবদি সাধারণ ময়ামগী মফমদা ঈশ্বরগী মহিমাবু কুপ ছন্দুনা থম্বা তারকযি হায়বদি শাক্তগী চাং হন্থরকপা তারি । অদুনা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যগী ব্যাখ্যাদা ব্রহ্মগী মহিমা হন্থবা তারে । মসিনী শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়নীগুলিবা ।

নৃসিংহতাপনীগী ভাষ্যদ শঙ্কারাচার্য্য মহামক্না ইরম্মী—"মুক্তা অপি লীলয়া বিগ্রহং কৃত্বা ভগবন্তং ভজন্তে ।—মুক্ত ( অরান্-খুভম ফংলবা ) মীশিংনা ভক্তিগী কৃপানা তোপ-তোপ্পা দেহ লৌদুনা ভগবানবু ভজন তৌয়ি ।" জীবগা ব্রহ্মগা খেন্দ্রবদি হাযবদি মুক্ত ওইবা মানা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইখ্রবদি, মুক্ত ওইবা ফীভমদা উপাধি অমত্তা লৈতবনীনা, মুক্ত ওইবা মীশিংনা স্বতন্ত্রদেহ ( নাইতোম-তাবা হকচাঙ ) লৌবা হাযবসি ওইথোক্তে । অদুম্ম ওইনমক শঙ্করাচার্য্যনা ইরম্লে মদুদি—মুক্ত ওইরবা ফীভমদসু জীবনা স্বতন্ত্র দেহ লৌবা ঙম্মী । মরমসিনা এখোয়না তশেংনা খঙলে মদুদি—জীবগী নিত্য ( মতম পুম্বগী ওইবা ) স্বতন্ত্রসত্ত্বা (তোঙান্তাবা মরৈ) অদুবু শঙ্করাচার্য্যনসু য়ারম্লে ।

## মূল ১২১

"ব্যাসের সূত্রেতে কহে পরিণাম-বাদ ।
ব্যাস ভ্রান্ত বলি তাহাঁ উঠাইল বিবাদ ॥ ১২১ ॥"

## শব্দার্থ

ব্যাসের—শ্রীব্যাসদেবগী , সূত্রেতে—বেদান্ত সূত্রদা , কহে—হায়রি ; পরিণাম-বাদ—ওইরকপগী রা , ব্যাস—শ্রীব্যাসদেব , ভ্রান্ত—লাল্লে , বলি—হায়দুনা , তাহাঁ—মতুদা , উঠাইল—থোকহল্লে , বিবাদ—যেৎপা ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলব্যাসদেবগী বেদান্তসূত্রদা হায়রিবনা পরিণামবাদ-নী (ওইরকপগী রানী) । শ্রীলব্যাসদেবদো লাল্লে হায়দুনা মতুদা শঙ্করাচার্য্যনা যেংলে ।

## নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবগী বেদান্তসূত্রদা য়াওরিবা "আত্মকৃতেঃ পরিণামাৎ ॥ ১/৪/২৬ ॥" হায়বা সূত্রদা পরিণামবাদ ( ওইরকপগী রা ) অসি উৎলি ।

পরিণামবাদ—"জগৎ অসি ব্রহ্মগী পরিণতিনী ( ব্রহ্মদগী ওইরকপনী ), চফুনা লৈখোমদগী ওইরকপগুম্বা ( লৈখোমগী পরিণতি ওইবগুম্বা ) জগৎসু ব্রহ্মগী পরিণতিনী ( ব্রহ্মদগী ওইরকপনী ) ।" অসিগুম্বা মত-পু পরিণাম-বাদ কৌয়ি ।

আত্মকৃতেঃ পরিণামাৎ হায়বা বেদান্ত সূত্রসিগী মুখ্যার্থদা—ব্রহ্মনা জগৎ ওইনা ওন্থরকপন। নত্রগা ওনখৎলকপনী হায়বসি প্রমাণ ওইরে ।

ব্যাস ভ্রান্ত হায়বা বাক্যগী অর্থ ব্যাস লাল্লে হায়বা নত্তে, ব্যাস সূত্রগী পরিণামবাদ ওইনা লৌবা অর্থতু লাল্লে হায়দুনা শঙ্করাচার্য্যনা যেংলিবনি। হায়বদি, জগৎসি ব্রহ্মগী পরিণাম-নী ( ব্রহ্মদগী ওইরকপনী ) হায়না লৌবা অর্থতু লাল্লে হায়না শঙ্করাচার্য্যনা হায়রিবনী ।

## মূল ১২২

"পরিণামবাদে ঈশ্বর হয়েন বিকারী ।
এত কহি বিবর্ত্তবাদ স্থাপন যে করি ॥ ১২২ ॥"

## শব্দার্থ

পরিণাম—শকওন্বা , বাদে—রাদা , ঈশ্বর—ঈশ্বর , হয়েন—ওই , বিকারী—শক্লোন-পুবা , এত—অসি , কহি—হায়দুনা ; বিবর্ত্তবাদ—ভ্রমগী ( শেবান্নবা লৌবগী ) রা , স্থাপন—থম্বা, শাগৎপা , যে করি—তৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরিণাম-বাদদা ঈশ্বরনা বিকারী ( শক্লোন-পুবা ) ওইরে। অসি হায়রুনা বিবর্ত্তবাদ ( পোৎ অমবু পোত্তোপ অমনী হায়না শেরান্নুনা লৌবা মত ) অসি পুথোক্লম্মী।

## নৈনবরোল

পরিণাম—পরিণাম শব্দগী অর্থদি শক্লোন ( বিকার ) হায়বদি ওইরকপা হায়বনী। শঙ্গোমগী পরিণাম দধিনী 'শঙ্গোম অফম্বনী) হায়বদি শঙ্গোম্না শক্লোন ( বিকার ) ফংলুনা ( শকওন্দুনা নত্রগা মাওংথিল্লুনা ) শঙ্গোম-অফম্বা ওইরকযি, মতৌ অদুগুম্বা জগৎসি ব্রহ্মগী পরিণাম নত্রগা বিকার-নী ( শক্লোন্নী ), অদু ওইরবদি ব্রহ্মনা বিকারী ( শক্লোন-পুগম্বা ) ওইরে। অদুবু ব্রহ্মদি বিকারী নত্তে হাযবদি নিত্যনী (মতম পুম্বগী ওইবনী) লেঙদবা হোংবা-য়াদবা পোত্তানী, পরিণামবাদবু য়াক্লবদি ব্রহ্মসি হোংবা-য়াদবনী হায়বা য়ারোইদোরে, মরমসিনা পরিণামবাদবু অৱানবা মত-নী হাযবা তারে। মসি শঙ্করাচার্য্যগী যুক্তিনী ( নাতৈ নী )।

বিবর্ত্তবাদ—ভ্রমবাদ (পোৎ অমবু পো ত্তাপ অমা ওইনা লৌবা)। থৌরীবু লিন্নী হায়না শেরান্নুনা লৌবা, কোংগ্রেংবু লুপানী হায়না লৌবগীদমক লানবা; মতৌ অদুগুম্বা ব্রহ্মবু জগৎনী হাযহনা তৌবা ভ্রম থোক্লিবনী। মথল মথেল-নাইবা পাকচাউরবা জগৎ অমা ঐথোয়না মীৎকুপ থুদিংগী উরিবসি ঐথোয়গী ভ্রম-নী হায়বদি থৌরীবু লিন ওইনা উবগুম্বা ব্রহ্মবু ঐথোয়না জগৎনী হায়না ভ্রম তৌরি। মীৎনা উবগী বিষয় ওইরিবা জগৎসি মীৎনা উদবা চৈতন্যগী মছক ওইবা ব্রহ্মদা হাপচনবা অধ্যাস-নী ( ভ্রমদগী থাজরুবনী )। থৌরীবু লিন্নী হায়বা ভ্রম অদু থোক্লগনু ঐথোয়গী অকিবা পোকয়ি, কোংগ্রেংবু লুপানী খল্লুবগী ভ্রম থোক্লবনু ঐথোযগী অপাম্বা পোকয়ি, অদুম ওইনমক তৌরিবা পুম্নমক্কি ভ্রম (শেরান্নুনা লৌবা) ওাক্তনী। মতৌ অদুগুম্বা, উরিবা জগৎসিদা ঐথোযগী মীৎনা উবা অৱা-নুংঙাই ওইনবগী পোৎ—লৈ হাযনা ঐথোয়না খল্লগনু ঐথোয়না খল্লগা থাজরিবদু অৱানবা ৱানী। ঐথোয়গী ভ্রম পোকহল্লিবা পোৎতুগী মছক খঙলবদা ঐথোয়গী ভ্রমদু কোকয়ি, থৌরীবু থৌরীনী হায়না খঙবা ঙম্লবদি লিন্নী হায়না লৌরুবগী ভ্রম অদু লৈত্রে। মতৌ অদুম্না, ব্রহ্মবু ব্রহ্মনী হায়না খঙবা ঙম্লবদি জগৎ-নী হায়না লৌরুবগী ভ্রম অদু লৈত্রে—মতমদুদা, ব্রহ্ম

নত্তুনা কদায়দম্ভু করিমতা লৈত্রে হায়বা খঙবা ওন্মী। অসিগুম্বা মত-পু বিবর্ত্তবাদ ( ভ্রমবাদ—পোৎ অমবু পোত্তোপ অমা ওইনা লৌবগী রা ) কৌহি। বিবর্ত্তগী অর্থদি ভ্রম ( শেরান্ননা লৌবা ) হায়বনী।

বিবর্ত্তবাদ হায়বা মত-সি শঙ্করাচার্য্যনা পুথোক্লম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী—"শ্রীব্যাসদেবগী পরিণামবাদ অসিদদি নির্ব্বিকার ( শক্লোন-পুদবা ) ওই হায়দুনা য়াবা তাই, মরমত্তুনা পরিণামবাদ অসি লৌবা য়াবা রা নত্তে। বিবর্ত্তবাদসিদদি ব্রহ্মবু বিকারী ওই হায়না প্রমাণ তৌদবা যাই, মরমত্তুনা বিবর্ত্তবাদসি লৌখৎকদবনী। হায়বদি জগৎসি ব্রহ্মগী পরিণাম নত্তে ব্রহ্মবু ভ্রম তৌবদনী।" মত অসি মহাক্লা পুথোক্লম্বনী।

## মূল ১২৩

"বস্তুত পরিণামবাদ—সেই ত প্রমাণ।
'দেহে আত্মবুদ্ধি' এই বিবর্তের স্থান॥ ১২৩॥"

## শব্দার্থ

বস্তুত—তশেংবমক, পরিণামবাদ—শক্লোন-পুবগী রা, সেই ত—মত্তুমক, প্রমাণ—নাতৈ, দেহে—হকচাঙবু, আত্মবুদ্ধি—আত্মানী হায়না খঙবা, এই—মসিনা, বিবর্তের—ভ্রমগী ( শেরান্ননা লৌবগী ), স্থান—রাযম্নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"তশেংবমক পরিণাম-বাদদি প্রমাণ ওইবা হায়দুনী। হকচাঙবু আত্মানী হায়না খনবা অসিনী বিবর্ত্তবাদগী রাফমদি।"

## নৈনরোল

বস্তুত—তশেঙবা রাফমদা, হায়বদি ব্রহ্মসূত্রগী মুখ্য অর্থদা। পরিণামবাদ সেই ত প্রমাণ পরিণামবাদদি প্রমাণ ওইনা লৌবা যাই। মসিগী ধ্বনিদি ( খোন্থাংদি ) অসিনী মত্তুদি—পরিণামবাদদি শাস্ত্রনা য়াবা রানী।

পরিণামবাদবু শাস্ত্রনা য়াবনী অত্তুগা বিবর্ত্তবাদবু নাতৈচাদবনী হায়রবদি শাস্ত্রনচিংবনা। বিবর্ত্তবাদ লৈ হায়না পল্লম্লিবা করিগীলো হায়না হংবা যাই। রাহংত্তুগী পাওখুমদি দেহে আত্মবুদ্ধি— হায়বনচিংবা অসিনী।

দেহে আত্মবুদ্ধি—আত্মা-নত্তবা ( অনাত্ম ) হকচাঙ-পোল্লাংবু আত্মানী খনবা। দেহদি আত্মা—নত্তবা অদুগা নিত্য—নত্তবা ( অনিত্য ) ওইবা পোংনী, জীব খাইনা আত্মা নত্তবা হকচাঙ-পোলাংবু আত্মানী হায়না খল্লী- হকচাঙগী অরা—মুংঙাইববু জীবাত্মাগী অরা-মু ঙাইনী হায়না খল্লী। মায়ালাংদা থুরিবা জীব ঐখোয়না খল্লী— ঐ-ঐগী দেহনা ঐনী, হকচাঙসিগী মফম অমদা অনাবা যাওরবদি অনাবদু ঐগীনী হায়না খল্লী। অদুবু, ঐদি হকচাঙ নত্তে, হকচাঙদি হোংবা-নাইবা নিত্য-নত্তবা পোংনী, মাগীদি পোকপা-শিবা হাযবদু লৈ, স্বরূপ অশেঙবা ঐ ওইরিবদুদি হাযবদি ঐ হায়বা জীবাত্মা অদুগীদি হেনবা-তাবা লৈতে, পোকপা-শিবা লৈতে, মাদি নিত্যনী। মসিবু ঐখোয়না খঙদে হায়দুনা দেহগা দেহগী ওইবা পোত্তবু "ঐনী ঐগীনী" হায়না খল্লী, মতৌ অম্সুম্না দেহগী অরা মুংঙাইবু ঐগী অরা-মুংঙাইনী খন্দুনা ঙমখৈ—নাইদবা চৈনা ফংঙী, অদুগা মায়া—লাংদা ময়েৎ-চয়েৎ তৌবদু হেন্না যেৎশল্লী, মাযালাং থদংনবা ভগবান্‌গী মাযকৈরোমদা ওন্সন্নবা হোংনগে হায়দে। অম্সুম্না আত্মা—নত্তবা হকচাঙবু আত্মানী হায়বা বুদ্ধিসে ঐখোয়গী ভ্রম-নী— আত্মা-নত্তবা দেহবু আত্মানী হায়বা ভ্রমসিবু বিবর্ত্ত কৌয়ি।

মায়ালাংদা থুরবা জীবগী বৈরাগ্য ( পামদবা ) পোকহন্নবগীদমক শাস্ত্রকারশিংনা দেহবু আত্মানী হায়বা বুদ্ধিগী মতাঙদা বিবর্ত্ত-শব্দ শীজন্নদুনা বিবর্ত্ত হায়বদি ভ্রম ( শেরান্না লৌবা ) অসিদা জীবশিংগী মীৎযেং চিংশল্লি-বনী। ব্রহ্মবু জগৎনী হায়না লৌবগী ভ্রমবু বিবর্ত্ত কৌবদি শাস্ত্রকারশিংগী উদ্দেশ্য নত্তে।

## মূল ১২৪

"অবিচিন্ত্যশক্তিযুক্ত শ্রীভগবান্।
ইচ্ছায জগত-রূপে পায পরিণাম ॥ ১২৪ ॥"

## শব্দার্থ

অবিচিন্ত্য—রাখন্না লাম্বা ঙমদবা, শক্তি—যুক্ত—শক্তিচেন্‌বা; শ্রীভগবান্—শ্রীভগবান্, ইচ্ছায়—নীঙবগা; জগত রূপে- জগৎ ওইনা, পায়—ফংঙী; পরিণাম—শক-ওন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"রাখম্না লামওমদবা শক্তি চেল্লিবা শ্রীভগবান্নী। অদুনা মহাক্না নীওতকপগা জগৎ ওইনা পরিণাম (শক-ওন্‌বা) ফংগী।"

## মূল ১২৫

"তথাপি অচিন্ত্যশক্ত্যে হয় অবিকারী।
প্রাকৃত চিন্তামণি তাহে দৃষ্টান্ত যে ধরি॥ ১২৫॥"

### শব্দার্থ

তথাপি অদূম ওইনমক, অচিন্ত্যশক্ত্যে— রাখম্না-লামওমদবা শক্তিনা, হয-ওই, অবিকারী— শকহোংদবা, প্রাকৃত চিন্তামণি— প্রাকৃত ওইবা রত্ন পোকপী মণি, তাহে— মতুদা, দৃষ্টান্ত— খুদম, যে ধরি— লৌযি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"অদূম ওইনমক শ্রীভগবান্দো মীওইবগী রাখম্না লামওমদবা মাগী শক্তিনা অতুম হোংবা নাইদনা লৈ। মতুদা খুদম ওইনা লৌগদবদি প্রাকৃত চিন্তামণি হাযতুনী।"

## মূল ১২৬

"নানা রত্নরাশি হয চিন্তামণি হৈতে।
তথাপিহ মণি রহে স্বরূপ অবিকৃতে॥ ১২৬॥

### শব্দার্থ

নানা— মখল মখাগী, রত্নরাশি— রত্নমপৈ, হয়— পোকয়ি, চিন্তামণি হৈতে— চিন্তামণিদগী; তথাপিহ— অদূম ওইনমক; মণি— চিন্তামণিদু, রহে— লৈ, স্বরূপ— মশক, অবিকৃতে— লেওদবা ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিন্তামণিদগী মখল মখাগী রত্ন ময়াম পোকয়ি। অদূম ওইনমক চিন্তামণিদুগী স্বরূপ লেওদবা ওইনা লৈ।

## মূল ১২৭

"প্রাকৃত বস্তুতে যদি অচিন্ত্যশক্তি হয়।
ঈশ্বরের অচিন্ত্যশক্তি ইথে কি বিস্ময় ॥ ১২৭ ॥"

## শব্দার্থ

প্রাকৃত বস্তুতে—প্রাকৃত ওইবা পোত্তা, যদি—বদি, অচিন্ত্যশক্তি—ৱাখল্লা লামঙমদবা শক্তি, হয়—ওই; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, অচিন্ত্যশক্তি—ৱাখল্লা লামঙমদবা শক্তি লৈ, ইথে—অসিদা, কি-করি, বিস্ময়—অঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"প্রাকৃত ওইবা পোত্তাদা অচিন্ত্যশক্তি লৈরবদি ঈশ্বরগী অচিন্ত্যশক্তি লৈ হায়বসিদা করি ঙকঙাই লৈবগে ?"

## তৈনরোল

চিন্তামণি কৌবা মণিসি প্রাকৃত ওইবা পোৎনী। অসিদগী মথল মথাগী রত্ন পোকয়ি। রত্নময়াম মঙোন্দগী থোকখ্রবস্ত মশক হোংদে, হাম্না রত্ন পোক্তৈগী মমাঙদা লৈরম্বা মাগী ফীভমদো কবিমতা হোংদে। প্রাকৃত ওইবা পোত্তা অসিদফাওবা শক্তি অস্থক য়াম্না লৈরবদি প্রাকৃত-নত্তবা চিৎ-ঙাক্তগী ওইবা পোৎ—ঈশ্বর হায়বতুগী অচিন্ত্যশক্তিনা ঈশ্বর মছামক্তা ফীভম কায়দবমখৈ ( হায়বদি বিকার লৈতবমখৈ ) জগৎ হায়বা পরিণাম অসি ফংবদা করি ঙকঙাই লৈবগে ?

## মূল ১২৮

"প্রণব সে মহাবাক্য - বেদের নিদান।
ঈশ্বর স্বরূপ প্রণব সর্ব্ববিশ্বধাম ॥ ১২৮ ॥"

## শব্দার্থ

প্রণব—ওঁকার, সে—মা, মহাবাক্য—হায়গদবা রারম পুম্নমক য়াওরিবা বাক্য, বেদের—বেদগী, নিদান—মরু, থোক্লকফম; ঈশ্বর স্বরূপ—ঈশ্বরগী মছক, প্রণব ওঁকারনী; সর্ব্ববিশ্বধাম—বিশ্বপুম্নগী তুঙফম্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ওঁকার অসি মহাবাক্যনী ( হায়গদবা বিষয় পুম্বা য়াওরিবা বাক্যনী ) অমসুং বেদগী খোরককম মরুনী। প্রণব-সি ( ওঁকারদি ) ঈশ্বরগী স্বরূপ নী অদুগা বিশ্ব পুম্বগী ভূঙকফম্নী।"

## মৈনরোল

**মহাবাক্য**- হায়গদবা ( বর্ণনীয় ) বিষয় পুম্নমক য়াওবা বাক্যবু মহাবাক্য কৌই। মসিদি, **রামায়ণ** হায়রগা করি খণ্ডনবগে হায়ববু মাগী মনুঙদা শ্রীরামচন্দ্রগী তত্ত্ব-লীলানচিংবা খণ্ডগদবা বিষয় পুম্নমক চিথদবমখৈ য়াওবে, মতৌ অসুম্না শ্রীরামচন্দ্রগী মরমদা হায়গদবা বিষয় পুম্নমক রামায়ণ-দা য়াওরি হায়রুনা রামায়ণ অসি শ্রীরামগী বিষয়গী ওইবা মহাবাক্যনী। অসুম্না **মহাভারতসু** কুরু পাণ্ডবশিংগী মরমগী ওইবা মহাবাক্যনী। রামায়ণ-মহাভারত-নচিংবদি আপেক্ষিক (অতোপ্পগী মপান্থাংবা) মহাবাক্যনী—থোইদোকপা বিষয় অমমমগী মহাবাক্যনী। নিরপেক্ষ লম্নাই বিষয় থোইদোকপা অমগী ওইদবা) মহাবাক্যদি প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা জগৎকী কদায়দা করি লৈরি হায়বা লোইনমক মতাঙ্কী উদ্দেশ্য ওইবা অদুগা মচু পুম্নমক মাগী মনুঙ চনবা বাক্য অদুনী। অসিগুম্বা মহাবাক্য অমগী রানী মৈনরিবা পয়ারশিংসিনা হায়রিবা মহাবাক্যদি।

**প্রণব**—ওঁকারবু প্রণব কৌই। প্রণবসি বেদগী নিদান হায়বদি থোরকফম্নী। 'ওঁকারাদ ব্যঞ্জিত স্পর্শ স্বরোষ্মন্তস্থ ভূষিতাম। বিচিত্র-ভাষাবিততাং ছন্দোভিশ্চতুরুত্তরৈঃ। অনন্তপারং বৃহতী সৃজত্যাক্ষিপতে স্বয়ম। মসিগী চাউরাকপা অর্থদি—লৌকিক ( মীয়ামগী ওইবা ) অমদি বেদগী ওইবা লোন্দা মখল-মখাদা লেংলিবা অচৌবা বাক্যগী মছুক ওইবা বেদমপৈবু ওঁকারদা অমূক লোইশল্লিহনী ( উপসংহার ) তৌরিবনী। শ্রীভাগবত ১১/২১/৩৯—৪০।'

প্রণব-সি ঈশ্বরগী হায়বদি পরব্রহ্মগী স্বরূপ নত্রগা রূপ অমনী। "এতদ্বৈ সত্যকাম পরঞ্চাপরঞ্চ ব্রহ্ম যদোঙ্কার.। — হে সত্যকাম, ওঁকারনী হায়রুনা ময়াম্না খণ্ডনরিবদো পরব্রহ্ম অমসুং অপবব্রহ্মগী ( পববহ্ম-নত্তবগী ) স্বরূপ-নী। প্রশ্নোপনিষৎ ৫/২/" "শাস্ত্রযোনিত্বাৎ। ব্রহ্মসূত্র ১/১/৩/" হায়বা বেদান্তগী সূত্রসিগী মতুঙ ইন্না ব্রহ্মনা বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্কী

থোরকফম ওইবনা অমসুং প্রণব-না ব্রহ্মগী স্বরূপ অমা ওইবনা প্রণবসু বেদ-নচিংবগী থোরকফম্নী হায়বত্ত প্রমাণ চারে।

প্রণব-না ঈশ্বরগী স্বরূপ অমা ওইবনীনা অদুগা ঈশ্বরনা বিশ্ব পুম্নমক্কী ধাম ( তুঙফম-আশ্রয ) ওইবনীনা প্রণবসু বিশ্ব পুম্বগী তুঙফম ওইবে।

## মূল ১২৯

"সর্ব্বাশ্রয় ঈশ্বরের প্রণব উদ্দেশ।

'তত্ত্বমসি' বাক্য হয় বেদের একদেশ ॥ ১২৯ ॥"

## শব্দার্থ

সর্ব্ব আশ্রয—পুম্নমক্কী তুঙফম ঈশ্বরের পরব্রহ্ম ভগবানগী, প্রণব —ওঁকার, উদ্দেশ—পান্দম তৎ-ত্বম-অসি—মহাক অদু মহাক্নী, বাক্য— ৱাফম, হয—ওই বেদের—বেদগী, একদেশ—মাযকৈ অমতমক লৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

' পুম্নমক্কী তুঙফম ওইরিবা ঈশ্বরগী পান্দমদি প্রণব ( ওঁকার ) অসিবু বৈদিক জ্ঞান পুম্বগী থোরকফম্নী হায়বত্ত উৎপনী। তৎ-ত্বম্-অসি হায়বা ৱাহৌশংনা বেদগী মায়কৈ অমতমক ভাক্নি।"

## নৈনস্নোল

শঙ্কারাচার্য্যনা হায়--তত্ত্বমসি অসি মহাবাক্যনী। অদুবু তত্ত্বমসি হায়বসিদি সামবেদগী ছান্দোগ্য উপনিষৎকী ষষ্ঠ প্রপাঠক অদুগা প্রসঙ্গ লৌনবা বাক্য অমনী। 'স আত্মা তত্ত্বমসি শ্বেতকেতো অসিনচিংবা। ছান্দোগ্য /৬/১৪/৩ ॥" বেদপুম্নমক্কী মনুঙচনবা বেদ অমদি সামবেদনী, সামবেদতুগী মনুঙ-চনবা উপনিষৎ পুম্নমক্কী মনুঙদা উপনিষৎ অমদি ছান্দোগ্য-উপনিষৎ-নী, ছান্দোগ্য-উপনিষৎ অদুগী বাক্য অমদি তত্ত্বমসি হায়বসিনী। প্রণব-না বেদ পুম্নমক্কী বাচকনী ( খঙহল্লিবনী ) অদুগা বেদনা প্রণবকী বাচ্যনী ; মরমদুনা প্রণব-তি তত্ত্বমসি গীসু বাচক-নী। প্রণব-না খঙহল্লবা পোৎ অদুগী শরুক মচা অমখক তত্ত্বমসিনা ওইবিবনী। প্রণব-তি ঈশ্বর-নচিংবা পোৎপুসু খঙহল্লী তত্ত্বমসিদি মদু খঙহন্দে। প্রণবকী বাচ্যনা তত্ত্বমসিগী ৱাচ্যদগী যাম্না হেল্লী, মরমদুনা প্রণবকী মহুত্তা তত্ত্বমসিনা কদৌঙৈদসু মহাবাক্য ওইবা য়ারোই।

তত্ত্বমসি—তৎ ( মহুমক—ব্রহ্মঅহুমক ) ত্বম (নহাক হায়বদি জীব অসি ( ওই ), ( জীব ) নঙ ব্রহ্ম অহুনী। জীবগা ব্রহ্মগা (খেন্নদে হাযবনা তত্ত্বমসিগী অর্থহু শঙ্করাচার্য্যনা মতৌ অস্মু৷ হ'ল্লবনী। অহুবু সন্ন্যাস লৌবা মতমদা কেশবভারতীদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা বাক্যসিগী অর্থ অতোপ্পা মওংদা হনখি, মহুদি অসিনী- তস্য ত্বম্—তত্ত্বম্ (ষষ্ঠীতৎপুরুষ সমাস), তত্ত্বমসি—তস্য ( এহাক্কী ব্রহ্মহুগী ) ত্বম নহাক—জীব ) অসি ( ওই ) নহাক ( জীব ) ব্রহ্মগী ওই—ব্রহ্মগী মনাই ( দাস ) ওই। মসিনী ভক্তিমার্গগী মতূঙ ইনবা অর্থ।

## মুল ১৩০

'প্রণব মহাবাক্য- তাহা করি আচ্ছাদন।

মহাবাক্যে করে তত্ত্বমসির স্থাপন ॥ ১৩০।"

### শব্দার্থ

প্রণব—ওঁকারনা, মহাবাক্য—মহাবাক্যনী, তাহা—মহুবু, করি—তৌদুনা, আচ্ছাদন—কূপছনবা, মহাবাক্যে—মহাবাক্যদা, করে—তৌরে, তত্ত্বমসির স্থাপন—তত্ত্বমসি খিনজনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'প্রণব-না মহাবাক্য অশেংবনী, মহুবু কূপছল্লগা শঙ্করাচার্য্যনা তত্ত্ব-মসিবু মহাবাক্যনী হায়রে।"

### নৈনরোল

প্রণব-না বাচক ওইবনা অহুগা তত্ত্বমসিনা প্রণবকী-বাচ্য ওইবনীনা তত্ত্বমসি হায়বা বাক্যবু মহাবাক্যনী হায়বদি বিচার অচুম্বা নত্তে।

## মুল ১৩১

"সর্ব্ববেদ সূত্রে করে কৃষ্ণের অভিধান।

মুখ্যবৃত্তি ছাড়ি কৈল লক্ষণা-ব্যাখ্যান্ ॥ ১৩১ ॥"

### শব্দার্থ

সর্ব্ববেদ সূত্রে—বেদ পুম্নমক্কা অমস্তুং বেদান্ত সূত্র পুম্নমক্কা, করে—

তৌয়ি। কৃষ্ণের—কৃষ্ণবু, অভিধান—হায়বা, মুখ্যবৃত্তি—হায়বগা পাক-খঙবা, ছাড়ি—থাদোকুনা, কৈল—তৌরে, লক্ষণা-ব্যাখ্যান—মচেক্লা য়েবা অর্থ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

"বেদ পূম্নমক্কা অমুগা বেদান্ত সূত্র পূম্নমক্কা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী পান্দম ওইনা লৌরিবনী। মুখ্যবৃত্তিসি থাদোক্লগা লক্ষণাবৃত্তিদা (শঙ্করাচার্য্যনা) ব্যাখ্যা তৌরে।

## নৈনরোল

বেদ পূম্নমক্কা অমুগা বেদান্তসূত্র পূম্নমক্কা শ্রীকৃষ্ণদবু পান্দম ওইনা ব্যাখ্যা তৌরিবনী। মসি মুখ্যবৃত্তিদা তৌবা ব্যাখ্যানী। মুখ্যবৃত্তিবু অভিধা-বৃত্তিসু কৌয়ি। মুখ্যবৃত্তিদা অর্থ তৌরগদি বেদপূম্নমক্কী অমসুং বেদান্তসূত্র পূম্নমক্কী ব্যাখ্যা তৌরিবা বিষয়দি শ্রীকৃষ্ণতনী। মসিগী প্রমাণদি অসিনী—"মাং বিধত্তেঽভিধত্তে মাং বিকল্প্যা পোহ্যতে হ্যহম্। এতাবান সর্ব্ববেদার্থ শব্দ আস্থায মাং ভিদাম। শ্রীভাগবত, ১১/২১/৪৩।। শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীচরন্না ইরম্মী—"পরম প্রতিপাদ্যশ্চাহং শ্রীকৃষ্ণ স্বরূপ এব ইত্যাহ—শ্রীকৃষ্ণস্বরূপসিনী প্রতিপাদ্য (পুথোক্কদোরিবা) অথোইবদি, মসিনী মথক্তা শ্লোকসিদা হায়রিবা।" শ্রীমদ্ভগবদগীতাদসু শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যঃ—বেদশিংনা খঙগে তাল্লিবদো ঐহাক্নী। /১৫/১৫।।" অমুনা ব্রহ্মশব্দগী মুখ্যার্থদি শ্রীকৃষ্ণনী।

লক্ষণা—মুখ্যার্থ লৌবদা বাধা পোক্লবদা (নাতৈ চাত্রবদা) বাচ্যগা মরি লৈনবা থোইদোকপা পোং অতোপ্পা অমা ওইনা খঙববু লক্ষণা কৌযি। "মুখ্যার্থবাধে শক্যস্য সম্বন্ধে যাঽন্যধীর্ভবেৎ। সা লক্ষণা। অলঙ্কার-কৌস্তুভ। ২/১২।" মদুদি—"গঙ্গাদা মহাক বাস তৌযি।" হায়বাসিদা গঙ্গা শব্দগী মুখ্যার্থনা ভাগীরথী কৌবী তুরেল অমবু খঙহল্লী, মদু ওইরবদি বাক্যসিগী অর্থদি অসি ওইবা তারে—"ভাগীরথী কৌবী তুরেল মনুঙদা মহাক লৈ।।" তুরেল মনুঙদা লৈবা হায়বসি নাতৈ চাদবা ৱানী, অমুনা মুখ্যার্থ লৌবদা বাধা (অপনবা) পোক্লে। অমুনদি, গঙ্গা-শব্দগী অর্থদি 'গঙ্গা-তোর্ব্বান' হায়না লৌবা তাই—মরমদি গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লৈবদি য়াই—গঙ্গা তোর্ব্বানসি, গঙ্গাগা মরী লৈনবা পোত্তা অমনী। অদু ওইরবদি

মথক্কা পনৃথ্রিবা বাক্যগী অর্থদি—'গঙ্গা তোর্বান্দা মহাক লৈ।" হায়বসি ওইবা তারে। অর্থসি লক্ষণাবৃত্তিদা লৌরগা ফংবা অর্থনী। মুখ্যার্থনা নাতৈ চাত্রবদি ( সঙ্গতি ওইদ্রবদি ) লক্ষণাগী মতেঙ লৌবা তাই, মুখ্যার্থগী সঙ্গতি লৈরবস্যু লক্ষণাগী অর্থ লৌরবদি লক্ষণাগী অর্থহু নাতৈ চাররোই।

নৈনরিবা পয়ারসিগী মর্ম্মদি অসিনী—শঙ্করাচার্য্যনা অভিধাবৃত্তিবু থাদোক্লগা লক্ষণাবৃত্তিদা হায়বদি মুখ্যবৃত্তিবু থাদোক্লগা গৌণবৃত্তিদা সূত্রগী-ব্যাখ্যা তৌরে, মহাক্না মূখ্যবৃত্তিদা ব্যাখ্যা তৌরবদি বেদনচিংব। অতৈ শাস্ত্র-গুম্না বেদান্ত সূত্রগী পান্দম ওইবা বিষযদি শ্রীকৃষ্ণনী হায়বসি উরমগদবনী।

## মুল ১৩২

"স্বপ্রমাণ বেদ—প্রমাণ-শিরোমণি।

লক্ষণা করিলে স্বতঃ প্রমাণতা-হানি॥ ১৩২।"

## শব্দার্থ

স্বপ্রমাণ—মছানা প্রমাণ ওইবা, বেদ—বেদ, প্রমাণশিরোমণি—প্রমাণ মকোক, লক্ষণা কারলে—লক্ষণাবৃত্তিদা অর্থ হল্লবদি, স্বতঃ-প্রমাণতা–হানি - মছানা প্রমাণ ওইজবা অতুগী মহাম ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছামথন্তনা প্রমাণ ওইবা অতুগা প্রমাণ-মকোক ওইবা বেদনী। লক্ষণাবৃত্তিদা অর্থ তৌরবদি মছানা প্রমাণ ওইবা অতুগী মহাম তাই।

## নৈনরোল

মুখ্যবৃত্তিবু থৌশাদহুনা গৌণবৃত্তিদা অর্থ তৌবগী দোষ খরা মথক্কা পনখ্রে, মতুদি—( ১ ) মুখ্যার্থগী নাতৈচারবস্তু গৌণার্থগী মতেঙ লৌবদি শিষ্টাচার ( হৌন-লীচৎ ) নত্তে ( ২ মতু তৌবদা অর্শেঙবা অর্থসু ফোঙদোক্তে, কবিগুম্না মফমদা অর্থ মচেৎ অতুগা করিগুম্বদনা ওন্নতৈনবা অর্থ থোরকপা য়াই, বেদান্তসূত্রগী গৌণার্থ লৌবনা বিষ্ণুনিন্দা ওইরে, ব্রহ্মগী মহিমাগী ময়েংস্ত তাহল্লে, ( ৩ ) ব্যাপ্যবু (মনুঙদা লৈরিবা পোৎপু) ব্যাপক ওইবা ( পূমকোন-কোনঙম্না ) পোৎক্য মথক্কা বাচ্যবু বাচক-কী মথক্কা পয়ে। নৈনরিবা পয়ারসিদা উৎলিবা দোষনা অসিনী মতুদি—লক্ষণা বৃত্তিদা বেদবাক্যগী অর্থ তৌরবদি বেদনা স্বতঃপ্রমাণ ওইবগী মতাঙদা মহাম তাবা অমা ওই।

শ্রীমন মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—শঙ্করাচার্য্যনা লক্ষণাবৃত্তিদা বেদান্তসূত্রবু ব্যাখ্যা তৌদুনা বেদগী স্বতঃপ্রমাণতা মাঙহন্নে—মহাক্কী লম্নাই শাগৎপা অর্থবু প্রামাণ্য ওইহল্লগা বেদনা প্রামাণ্য ওইববু থৌশাদ্রে।

## মূল ১৩৩

"এই মত প্রতিসূত্রে সহজার্থ ছাড়িয়া।
গৌণার্থ ব্যাখ্যা করে কল্পনা করিয়া॥ ১৩৩॥"

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না, প্রতিসূত্রে—বেদান্তগী সূত্র খুদিংমক্তা, সহজ-অর্থ—শাগোম্নরক্কবা অর্থ (হায়বদি মুখ্যার্থ), ছাড়িয়া—থাদোকুনা গৌণ-অর্থ—নাচেক্কী অর্থ, ব্যাখ্যা করে—হায়রে, কল্পনা করিয়া—লম্নাই শাগৎতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"মতৌ অসুম্না বেদান্তগী সূত্র খুদিংদা শাগোম্নরকপা অর্থ (মুখ্যার্থ) থাদোকুনা মরম্নাই রাখম্না শাগৎতুনা গৌণার্থ হাযরে শঙ্করাচার্য্যনা।"

## মূল ১৩৪

এই মতে প্রতিসূত্রে করেন দূষণ।
শুনি চমৎকার হৈল সন্ন্যাসীর গণ॥ ১৩৪।

### শব্দার্থ

এই মতে—মতৌ অসুম্না, প্রতিসূত্রে—বেদান্তসূত্র খুদিংদা, করেন দূষণ—দোষ উৎলী, শুনি—মনাকোঙনা তারগা, চমৎকার—ঙকপা, হৈল—ওইখি, সন্ন্যাসীর গণ—মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংদো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না বেদান্তগী সূত্র খুদিংদা শঙ্করাচার্য্যনা তৌরম্বা গৌণার্থগী দোষ উৎলী (শ্রীমন মহাপ্রভুনা)। মদু মনাকোঙনা তারগা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংদো ঙকপনা থেংশ্রে।

## মূল ১৩৫-১৩৬

"সকল সন্ন্যাসী কহে—শুনহ শ্রীপাদ।
তুমি যে খণ্ডিলে অর্থ, এ নহে বিবাদ ॥ ১৩৫ ॥
আচার্য্য-কল্পিত অর্থ—ইহা সভে জানি।
সম্প্রদায়-অনুরোধে তবু তাহা মানি ॥ ১৩৬ ॥"

### শব্দার্থ

সকল সন্ন্যাসী—সন্যাসী পুম্নমক্না, কহে – হায়, শুনহ—নাকোঙনা তাবিযু, শ্রীপাদ—শ্রীপাদ ( শ্রীমন মহাপ্রভু ), তুমি নহাক্না, যে—মহু, খণ্ডিলে—ককৃথৎলে, অর্থ—অর্থ, এ ম'সি, নহে—নত্তে, বিবাদ—খৎনবা, আচার্য্য-কল্পিত—শঙ্করাচার্য্যনা লম্নাই শাগৎপা, অর্থ—অর্থ, ইহা – মসি, সভে—( ঐখোয় ) লোইনমক্না, জানি – খঙঙী, সম্প্রদায়-অনুরোধে সম্প্রদায়গী যেংবনা, তবু অতুম ওইনমক, তাহা—মতুবু মনি—য়াই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

মাযাবাদী সন্ন্যাসী পুম্নমক্না হায়রম্মী—"ওহে শ্রীপাদ, নাকোঙনা তাবিযু, নহাক্না শঙ্করাচার্য্যগী অর্থ ককৃথৎলিবাস খৎনবা নত্তে ( হায়বদি অচুম্বনী )। শঙ্কবাচার্য্যগী লম্নাই শাগৎপা অর্থনী হায়বসি ঐখোয় লোইন-মক্না খঙঙী। অতুম ওইনমক সম্প্রদায়গী য়েংবদগী মহাক্কী অর্থতু ঐখোয়না য়ারিবনী।"

## মূল ১৩৭

মুখ্য অর্থ ব্যাখ্যা কর দেখি তোমার বল।"
মুখ্যার্থ লাগাইল প্রভু সূত্র সকল— ॥ ১৩৭ ॥

### শব্দার্থ

মুখ্য অর্থ—মুখ্যবৃত্তিদা লৌবা অর্থ, ব্যাখ্যা কর—ব্যাখ্যা তৌরো, দেখি—য়েংগে, তোমার—নহাক্কী, বল—পাঙ্গল, মুখ্যার্থ মুখ্যবৃত্তিগী অর্থ, লাগাইল—হাপ্লম্লে, প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা, সূত্র সকল—বেদান্তগী সূত্র পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা হায়রম্মী—"মুখ্যবৃত্তিদা লৌবা অর্থদু নত্তনা হন্নো, নপাঙ্গল কথামুক লৈবগে হায়বদু য়েংগে ঐথোয়।" মতুদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা বেদান্তগী সূত্র পুন্নমক্তা মুখ্যার্থ হাপ্লম্মী।

## মূল ১৩৮

"বৃহদ্বস্তু ব্রহ্ম কহি শ্রীভগবান।

ষড়বিধ-ঐশ্বর্য্য-পূর্ণ পরতত্ত্বধাম ॥ ১৩৮ ॥"

শব্দার্থ

বৃহৎ-বস্তু—অচৌবা পোৎ ( মছাসু চাউবা অতোপ্পবুসু চাউহনগনবা ) ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, কহি—কৌয়ি, শ্রীভগবান্, ষট্-বিধ—মখল তরুক্কী, ঐশ্বর্য্য—লন্মা, পূর্ণ—থল্লবা, পরতত্ত্ব—খ্বাইদগী থোইবা তত্ত্ব, ধাম—( লোইনমক্কী ) তুঙকম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"অচৌবা পোৎ ( হায়বদি খ্বাইদগী চাউবা পোৎ ) ব্রহ্ম অদুবু শ্রীভগবান্ কৌয়ি। মাদি ঐশ্বর্য্য মখল তরুক্তা থল্লবা খ্বাইদগী থোইবা তত্ত্বনী অদুগা পুন্নমক্কী তুঙকম্নী।"

নৈনরোল

**বৃহদ্‌বস্তু** অসিনচিংবা— বৃংহতি ( মা মছামক্তা অচৌবনী ) বৃংহযতি চ ( অদুগা অতোপ্পবুসু চাউহনবা ওম্নী ) ইতি মহাক্তি ব্রহ্মনী। মতৌ অসুম্না মুক্তপ্রগ্রহাবৃত্তিদা ব্রহ্ম-শব্দগী মুখ্যার্থ তৌরগা উবা ফংবদি—খ্বাইদগী চাউবা পোৎতু ব্রহ্মনী—হাযবসিনী, স্বরূপ-তা, শক্তিদা—শক্তিগী মশীঙদা অদুগা শক্তি থুদিংগী থবক্তা খ্বাইদগী চাউবা মহাক্তো ব্রহ্মনী। "বৃহচ্চাদ বৃহণত্বাচ্চ তদব্রহ্ম পরমং বিদুঃ। বিষ্ণুপুরাণ /১/১২/৫৭ ॥ শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায—"বৃহত্বাৎ অতিশয়বস্তুত্বাৎ বৃংহণত্বাৎ সর্ব্বাশ্রয়ত্বাৎ স্বরূপ-বিস্তারকত্বাৎ মাতৃত্বাৎ জগদযোনিত্বাৎ—মহাক কাহেনবা পোৎনী হাযদুনা, পুন্নমক্কী তুঙকম্নী হায়দুনা স্বরূপ-শন্দোকপনী হায়দুনা, জগৎ-থোরককফম মকনী হায়দুনা, ব্রহ্মাসি পরমাত্মানী।" শ্রীমদ্‌ভাগবতমগী শ্লোক অহানবগী টীকাদা ব্রহ্ম-শব্দবু ব্যাখ্যা তৌবদা শ্রীপাদ জীব-গোস্বামীনা হাযরম্মী—"সর্ব্বত্র বৃহত্ত্বগুণযোগেন হি ব্রহ্ম-শব্দঃ প্রবৃত্তঃ। বৃহত্বঞ্চ স্বরূপেন গুণৈশ্চ

যত্রানধিকাতিশয়ং সোঽস্য মুখ্যার্থঃ। অনেন চ ভগবানেবাভিহিতং। স চ স্বয়ং ভগবত্ত্বেন শ্রীকৃষ্ণ এবেতি। তস্য ধ্যেয়স্য সবিশেষত্বং মূর্ত্তিমত্ত্বম। —মফম পূম্নমক্তা চাউবা হায়বা গুণ তিন্নবা ব্রহ্মশব্দ ওইবনী। স্বরূপ-তা চাউবা অতুগা গুণ পূম্বদা চাউবনী—হীরমশিংসিদা ব্রহ্মগা মান্নবসু কনামতা লৈতে, মথক্তস্য কনামতা লৈতে। মসি ব্রহ্ম-শব্দগী মুখ্যার্থনী। মুখ্যার্থসিনা ভগবান্নী হায়বিবনী, ভগবান ওইবদসু খ্বাইদগী হেন্না চাউবনী হায়তুনা ব্রহ্ম-শব্দনা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লী। মহাক সবিশেষ-নী মূর্ত্তি-নাইবনী।

## মূল ১৩৯

"স্বরূপ ঐশ্বর্য্যে তাঁর নাহি মায়াগন্ধ।

সকল বেদের হয় ভগবান সে 'সম্বন্ধ'॥ ১৩৯॥

### শব্দার্থ

স্বরূপ - মচাগী শক, ঐশ্বর্য্যে—লন, ঈশ্বর ওইবদা, তাঁর—মহাক্কী, নাহি—লৈতে, মায়াগন্ধ—মাযাগী মণম্, সকল বেদের—বেদ পূম্নমক্কী, হয়—ওই, ভগবান—সবিশেষ ( শক্লাইবা ) ব্রহ্ম, সে—মহাক, সম্বন্ধ পুথোক্কদবা নক্রগ। নৈনগদবা বিষয়।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"মহাক্কী স্বরূপ অমসুং ঐশ্বর্য্যদা মায়াগী মণম চঙদে। বেদ পূম্নমক্কা পুথোক্কদবগী নক্রগা নৈনগদবগী বিষয় ( সম্বন্ধ ) ওইরিবসু ভগবান মহাক্কী।"

## মূল ১৪০

"তাঁরে নির্ব্বিশেষ কহে চিচ্ছক্তি না মানি।

অর্দ্ধ স্বরূপ না মানিলে পূর্ণতা হয় হানি॥ ১৪০॥

### শব্দার্থ

তাঁরে—মহাকপু ( ব্রহ্মবু ), নির্ব্বিশেষ—ছক্লাইদবনী, কহে—হায়, চিচ্ছক্তি—চিৎ-কৌরবা শক্তি, না মানি—য়াদতুনা, অর্দ্ধ স্বরূপ—স্বরূপ তংখাইমা, না মানিলে—য়াত্রবদি, পূর্ণতা—মপুঙ-ফাবা হাযবদো হয়—ওই; হানি—চাংতাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"চিৎ শক্তিবু য়াদহুনা মহাকপু ( ব্রহ্মবু ) নির্বিবশেষ-নী হায়রি। স্বরূপ তংখাইমবু য়াত্রবদি মপুঙফাবা হায়বতুগী চাং হুন্থহল্লে ( হায়বদি মাগী শক্তি লৈতে হায়বনীনা মাবু পূর্ণতত্ত্ব মপুঙফাবনী নত্রগা পরতত্ত্ব-পুঙথোই থোইবনী হাযবা য়াদ্রে )।"

### লৈনরোল

বেদান্ত-দনা হায়বা নত্তে, বেদ পুম্নমক্তু হায়রিবনী মতুদি--ব্রহ্মদি সবিশেষনী ( ছক্লাইবনী ) অতুগা মহাক্কী চিৎ-শক্তিস্ত লৈ। ব্রহ্মতুগী চিৎ-শক্তি লৈ হায়বতু যাদহুনা শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মবু নির্বিবশেষনী হায়না হায়রি-বনী। স্বরূপ তংখাইমবু য়াত্রবনীনা মপুমগী ময়েং তাকল্লে। অতু ওইরবদি করম্না ব্রহ্মবু পূর্ণতত্ত্ব হায়বদি পরতত্ত্বনী হায়গদগে ?

### মুল ১৪১

"ভগবান-প্রাপ্তিহেতু যে করি উপায়।
শ্রবণাদি ভক্তি—কৃষ্ণপ্রাপ্তির সহায় ॥ ১৪১ ॥"

### শব্দার্থ

ভগবান—পরমেশ্বর ভগবানবু ; প্রাপ্তি-হেতু—ফংনবগীদমক ( সেবা ফংননবগীদমক ), যে—মতু , করি—তৌযি , উপায়—পান্থে ; শ্রবণ-আদি—নকোঙনা তাব-নচিংবা , ভক্তি—সাধন ভক্তি , কৃষ্ণ-প্রাপ্তির—শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা ফংননবগী , সহায়—পান্থে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"শ্রবণ ( নাকোঙনা তাবা ) হায়বতুনচিংবা সাধন ভক্তিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবগী হাযবদি কৃষ্ণসেবা ফংননবগী পান্থেনী। ( মতুতনা মাবু ফংনবা উপায়নী )।

### লৈনরোল

সাধনভক্তি মাপন্দি অসিনী :—

শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম্
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যং আত্মনিবেদনম্ ॥
( শ্রীমদ্ভাগবতম্ ৭/৫/২৩ ॥ )

## মূল ১৪২

"সেই সর্ব্ব বেদের 'অভিধেয়' নাম।
সাধন ভক্তি হৈতে হয প্রেমের উদগম ॥ ১৪২ ॥"

### শব্দার্থ

সেই—মতুনা (সাধন ভক্তিনা) সর্ব্ব বেদের—বেদ পুম্নমক্কী, অভিধেয়—তৌফম থোকপা (কর্ত্তব্য) নাম—মিং, সাধনভক্তি—থবক পাঙথোক্লবগী পাম্বৈ ওইবা ভক্তি-অঙ্গ, হৈতে—দগী, হয—ওই, প্রেমের—(কৃষ্ণবু) নুংশিবা হায়বত্নগী, উদগম—থোরকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"মতুবু (সাধনভক্তিবু) বেদ পুম্নমক্কা 'অভিধেয়' (তৌফম-থোকপা-কর্ত্তব্য-নী) হায়না মিংথোক্লে। সাধন-ভক্তিদগী কৃষ্ণবু নুংশিবা (কৃষ্ণপ্রেম) পোকয়ি।

### নৈনরোল

বেদ পুম্নমক্কা হায়রি মতুদি—ভগবানগী সেবা ফংননবগীদমক্তি শ্রবণ-কীর্ত্তন-অসিনচিংবা সাধন ভক্তিত্তনা জীবগী অমত্তা ওায়বা তৌফম-থোকপা মথৌনী (অভিধেয-নী)। বেদান্ত সূত্রগী অহুমশুবা অধ্যায়গী অনীশুবা পাদদস্থ অভিধেয়-তত্ত্ব নৈনরি অদুগা সাধনভক্তিতনা অভিধেযনী হায়বস্থ সূত্রগী মুখ্যার্থনা লেপ্লরি। গোবিন্দ-ভাষ্যগী হৌরকপমক্তদা ইরি—"অথাস্মিন পাদে প্রাপ্যানুরাগহেতুভূতা ভক্তিরুচ্যতে।"

## মূল ১৪৩

"কৃষ্ণের চরণে যদি হয় অনুরাগ।
কৃষ্ণ বিনু অন্যত্র তার নাহি রহে রাগ ॥ ১৪৩ ॥"

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, চরণে—খোঙদা, যদি হয়—ওইরবদি, অনুরাগ—প্রেম (নুংশিবা), কৃষ্ণ বিনু—কৃষ্ণ নত্তনা, অন্যত্র—মফম অতোপ্পদা, তার—মহাক্কী, নাহি রহে—লৈত্রে, রাগ—অপাম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"( কনাগুম্বনা ) শ্রীকৃষ্ণ-চরণবু মুংশিরবদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা অমবু মহাক্পা পাম্বা অমা লৈত্রে।"

### ৱৈনরোল

কৃষ্ণ প্রেম অদু সাধন ওইবা মীগী থম্মোইদা পোক্লবদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ বিষয়দা আসক্তি ( অপাম্বা ) লৈরক্তে।

## মূল ১৪৪

"পঞ্চম পুরুষার্থ সেই প্রেম মহাধন।

কৃষ্ণের মাধুর্য্যরস করায় আস্বাদন।। ১৪৪ ।।"

### শব্দার্থ

পঞ্চম—মঙাশুবা, পুরুষার্থ—পুন্সি-পান্দম, সেই—মদু, প্রেম—( কৃষ্ণবু ) মুংশিবা, মহাধন—লন অচৌবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, মাধুর্য্যরস—মাধুর্য্যগী মহাও, করায—তৌহল্লী, আস্বাদন—তংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"কৃষ্ণপ্রেম কৌবা মহাধন অদু জীবগী মঙাশুবা পুন্সি পান্দম্নী। প্রেম অদুনা কৃষ্ণগী মাধুর্য্যরস আস্বাদন তৌহল্লী।"

### ৱৈনরোল

অপাম্বা পোৎ অমা ফংননবা থৃৎলাইবু ধন ( লন ) কৌযি, থ্বাইদগী হেনবা পোত্তা ফংননবা থৃৎলাইবু **মহাধন** অচৌবা লন কৌবা য়াই। প্রেম লৈরবদি পৃম্নমক্তগী চাউবা তত্ত্ব ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা যাই, মরমদুনা প্রেম-বু মহাধন কৌরিবনী। শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবনী, সেবাগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী--মাম্নবা লৈত্রবা অদুগা মথক্তসু লৈত্রবা—মাধুর্য্যরস আস্বাদন তৌবা য়াই।

## মূল ১৪৫

"প্রেমা হৈতে কৃষ্ণ হয় নিজভক্তবশ।

প্রেমা হৈতে পাই কৃষ্ণসেবা সুখরস।। ১৪৫ ।।"

### শব্দার্থ

প্রেমা হৈতে—প্রেমদগী , কৃষ্ণ হয়—শ্রীকৃষ্ণনা ওই , নিজভক্তবশ—মহামক্কী ভক্তগী মখাপোম্‌বা , প্রেমা হৈতে—প্রেমদগী , পাই—ফংঙী , কৃষ্ণসেবা—কৃষ্ণদা তৌবা সেবাগী , সুখরস সুংঙাইবগী মহাও।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কৃষ্ণবু ) মুংশিবগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণতু মাগী ভক্তগী মখা পোল্লী। কৃষ্ণপ্রেম লৈরবদি ভক্তনা কৃষ্ণবু সেবা তৌবগীদমক মুংঙাইবগী মহাও ফংঙী।

## মূল ১৪৬

সম্বন্ধ, অভিধেয়, প্রয়োজন নাম।
এ তিন অর্থ সর্ব্বসূত্রে পর্য্যবসান ॥ ১৪৬ ॥

### শব্দার্থ

সম্বন্ধ মরী লৈনবা হায়বদি নৈনতুনা ফংগে তাক্লিবা বিষয় , অভিধেয়—অপাম্বা পোৎ ফংবগী তৌফম-থোকপা থবক ( কর্ত্তব্য ) , প্রয়োজন—পুন্সি-পান্দম , নাম—কৌবা , এ—মসি , তিন—অহুম , অর্থ—পান্দম , সর্ব্বসূত্রে—বেদান্ত সূত্র পুম্বদা , পর্য্যবসান—মতোম্লোম্বা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সম্বন্ধ-তত্ত্ব ( শ্রীকৃষ্ণগা জীবগা মরী লৈনবগী রা ), অভিধেয়-তত্ত্ব ( সম্বন্ধতুগী মরীদা তৌফম থোকপা থবক ) অমসুং প্রয়োজন-তত্ত্ব ( পুন্সি-পান্দম ) হায়বা তত্ত্ব অহুমসে বেদান্তগী সূত্র পুম্নমক্কী মুখ্যার্থদগী ফংঙী।

### তৈনরোল

ব্রহ্মশব্দগী বাচ্য ওইবা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধ তত্ত্বনী, মহুবু ফংননবগী তৌগদবা সাধনভক্তিনা অভিধেয়তত্ত্বনী অমসুং শ্রীকৃষ্ণপ্রেমতনা প্রয়োজন-তত্ত্বনী হায়বসে—বেদান্তসূত্রগী মুখ্যার্থ তৌরগদি তত্ত্ব অহুমসিতনা লোইরে হায়বা খঙগনী।

## মূল ১৪৭-১৪৮

এইমত সর্ব্বসূত্রের ব্যাখ্যান শুনিয়া।
সকল সন্ন্যাসী কহে বিনয় করিয়া ॥ ১৪৭ ॥
"বেদময় মূর্ত্তি তুমি সাক্ষাৎ নারায়ণ।
ক্ষম অপরাধ পূর্ব্বে যে কৈনু নিন্দন।।" ১৪৮ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; সর্ব্বসূত্রের—বেদান্তগী সূত্র পুম্নমক্কী , ব্যাখ্যান—শব্দোক্লা হায়বা , শুনিযা—নাকোঙনা তাত্নুনা , সকল সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসী পুম্নমক্লা , কহে—হায় , বিনয় করিয়া—নোঙ্গহ্নুনা , বেদময়—বেদগী মছক ওইবা , মূর্ত্তি—শক্‌কম , তুমি—নহাক , সাক্ষাৎ—চংচংবা ; নারায়ণ—নারায়ণ , ক্ষম—ঙাকপিযু , অপরাধ অরান-অহুই , পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা , যে—মহু , কৈনু—( ঐখোয়না ) তৌখি ; নিন্দন—নিন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না বেদান্তসূত্র পুম্নমক্কী ব্যাখ্যা মনাকোঙনা তারগা মাযাবাদী সন্ন্যাসী পুম্নমক্নুনা নোঙ্গনা হায়জরম্মী—"নহাক বেদগী মছক ওইবা মূর্ত্তি সাক্ষাৎ নারায়ণ অত্নুনী। হান্না ঐখোয়না নিন্দা তৌখিবগী অপরাধ অহু ঙাকপিযু।"

## মূল ১৪৯

সেই হৈতে সন্ন্যাসীর ফিরি গেল মন।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম সদা করয়ে গ্রহণ ॥ ১৪৯ ॥

### শব্দার্থ

সেই হৈতে—মতমহুদগী , সন্ন্যাসীর—মাযাবাদী সন্ন্যাসীগী , ফিরি গেল—হন্‌খ্রে , মন—পুক্নীঙ , কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ, কৃষ্ণ , নাম—মিংলেন , সদা—মতমপুম্বদা , করয়ে—তৌরে , গ্রহণ—লৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমহুদগী মাযাবাদী সন্ন্যাসীশিংগী মপুক্নীঙ হন্‌খরে। মতম পুম্বদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়হ্নুনা হরিনাম লৌখি হায়বদি শোন্‌খি।

## মূল ১৫০

এইমত তা সভার ক্ষমি অপরাধ।
সভাকারে কৃষ্ণনাম করিলা প্রসাদ ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

এইমত — মতৌ অসুম্না, তা—মখোয়, সভার — পুম্নমকপু, ক্ষমি— ঙাকপিদুনা, অপরাধ—অযোল-অরাল, সভাকারে—পুম্নমক্তা; কৃষ্ণনাম —কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন, করিলা— তৌবিরে, প্রসাদ— চান্‌বিবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখোয় পুম্নমক্কী অযোল—অরাল ঙাকপিরগা মখোয় লোইনমক্তা কৃষ্ণনাম চান্‌বিদুনা পী'বখী।

## মূল ১৫১

তবে সব সন্ন্যাসী মহাপ্রভুকে লৈয়া।
ভিক্ষা করিলেন সভে মধ্যে বসাইয়া ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

তবে — অসিগী তুংদা, সব সন্ন্যাসী— সন্ন্যাসী পুম্নমক্তা, মহাপ্রভুকে —শ্রীমন মহাপ্রভুবু, লৈয়া—পুছন্দুনা, ভিক্ষা করিলেন—লূক হারম্মী, সভে— লোইনমক, মধ্যে — ময়ায়দা, বসাইয়া—ফম্‌হল্লগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগী ( বেদান্ত ব্যাখ্যা তৌবগী ) তুংদা শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু পুছল্লগা ময়ায়দা ফমহল্লগা লোইনমক লূক থুল্লম্মী।

## মূল ১৫২

ভিক্ষা করি মহাপ্রভু আইলা বাসাঘর।
হেন চিত্র লীলা করে গৌরাঙ্গসুন্দর ॥ ১৫২ ॥

### শব্দার্থ

ভিক্ষা করি - লূক থুল্লগা, মহাপ্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা; আইলা—

লেঙঙকখি, বাসাঘর—লৈকম ক্ষুমদা, হেন—অসিগুম্বা, চিত্র—অঙকপা, লীলা—থৌদৌ, করে—তৌয়ি, গৌরাঙ্গসুন্দর—শ্রীগৌরাঙ্গনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লুক খুল্লগা শ্রীমন্ মহাপ্রভু গৌরাঙ্গসুন্দর লৈকম তাম্না লেঙঙকখি অদুগা অসিগুম্বা অঙকপা লীলা শায়খি।

মুল ১৫৩

চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র সনাতন।
শুনি দেখি আনন্দিত সভাকার মন ॥ ১৫৩ ॥

শব্দার্থ

চন্দ্রশেখর—শ্রীচন্দ্রশেখর, তপনমিশ্র—শ্রীতপনমিশ্র, সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী, শুনি—নাকোঙনা পাও তারগা, দেখি—উদুনা, আনন্দিত—নুংঙাইবম্মী, সভাকাব—পুম্নমকী, মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা তৌরম্বা যুক্তিশিংদু নাকোঙনা তারগা অদুগা মহাক্কী মতীক ময়াইনা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংগী মপুক্নীঙ ওনবদু উরগা চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র অদুগা সনাতনখোয় পুম্নমকী পুক্নীঙ নুংঙাইরম্মী।

মুল ১৫৪

প্রভুকে দেখিতে আইসে সকল সন্ন্যাসী।
প্রভুর প্রশংসা করে সর্ব্ব বারাণসী ॥ ১৫৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভুকে—শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু, দেখিতে—য়েংবা, আইসে—লাকয়ি, সকল সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসী পুম্নমক, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুবু, প্রশংসা—থাগৎপা, করে—তৌয়ি; সর্ব্ব—লোইনমক, বারাণসী—কাশী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু দর্শন তৌবা সন্ন্যাসী লোইনমক লাকয়ি। বারাণসীদা লৈবা মী পুম্নমকনা প্রভুবু থাগৎলম্মী।

## মুল ১৫৫

বারাণসী পুরী আইলা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
পুরী সহ সর্ব্বলোক হৈল মহাধন্য ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

বারাণসী—কাশী, পুরী—নগর, সহর; আইলা—লেঙলকখি, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু, পুরী-সহ—পুরীগা লোয়ননা, সর্ব্বলোক—মী-পুন্বা, হৈল—ওইখি, মহাধন্য—থাগৎনঙাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা বারাণসী পুরীদা লেঙলকখি। নগরগা লোয়ননা মী পুম্নমক মহৈ যাম্না য়ানখি।

## মুল ১৫৬

লক্ষ লক্ষ লোক আইসে প্রভুকে দেখিতে।
মহাভিড হৈল দ্বারে নারে প্রবেশিতে ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

লক্ষ লক্ষ—লাখ লাখ, লোক—মী, আইসে—লাকয়ি, প্রভুকে—শ্রীমন্ মহাপ্রভুবু, দেখিতে—দর্শন তৌবা, মহাভিড—মীযাম তিনবা, হৈল—ওইখি (তিনখি), দ্বারে—থোঙদা, নারে—ঙমদে, প্রবেশিতে—চঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুবু দর্শন তৌবা মী লাখ লাখ লাক্লম্মী। মী য়াম্না তিন্খি, অতুনা থোঙদা চঙবা ঙম্মদে।

## মুল ১৫৭

প্রভু যবে যান বিশ্বেশ্বর-দরশনে।
লক্ষ লক্ষ লোক আসি মিলে সেইস্থানে ॥ ১৫৭ ।

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা, যবে—মতমদুদা, যান—লেঙঙী,

বিশ্বেশ্বর—বিশ্বেশ্বের কৌবা শিবলিঙ্গ ; দরশনে—দর্শন তৌবা , লক্ষ লক্ষ লাখ লাখ , লোক—মী , আসি—লাক্লুনা , মিলে—তিন্নৈ , সেইস্থানে—মফমত্তুদা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা বিশ্বেশ্বর মহাদেব দর্শন তৌবা লেঙবা মতমদা মী লাখ লাখ লাক্লুনা মফমত্তুদা তিনখি ।

## মূল ১৫৮

স্নান করিতে যবে যান গঙ্গাতীরে ।
তাহাঞি সকল লোক হয় মহাভিড়ে । ১৫৮ ॥

**শব্দার্থ**

স্নান - ইরুজবা , করিতে—তৌবা , যবে—মতমত্তুদা , যান—লেঙভী , গঙ্গা-তীরে—গঙ্গা-তোর্বান্দা , তাহাঞি - মফমত্তুদা , সকল লোক —মী পুম্নমক ; হয় — ওই , মহাভিড়ে—মীয়াম তিন্‌বা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমন মহাপ্রভুনা গঙ্গা-তোর্ব্বান্দা স্নান তৌনবা লেঙবা মতমদা মী পুম্নমক মফমত্তুদা লাক্লুনা মীয়াম-তিন্‌বা অচৌবা অমা ওই ।

## মূল ১৫৯

বাহু তুলি বোলে প্রভু—বোল হরি হরি ।
হরিধ্বনি করে লোক স্বর্গ মর্ত্ত্য ভরি ॥ ১৫৯ ॥

**শব্দার্থ**

বাহু—পাম্বোম , তুলি—থাঙ্গৎতুনা , বোলে - হায , প্রভু—শ্রীল গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা , বোল—হাযয়ু, শোল্লু , হরি হরি—হরি হরি হরিধ্বনি—হরি হায়বা খোন , করে—তৌয়ি , লোক—মীয়াম্না , স্বর্গ—লাইরৈপাক , মর্ত্ত্য শিগদবশিংগী লমদম, পৃথিবী , ভরি—থন্না ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীলগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা পাম্বোম থাঙ্গৎলগা হাযরম্মী—"হরি হরি শোল্লু ." অত্তুদা মী পুম্নমক্না স্বর্গ মর্ত্ত্য পুম্নাল্‌-নিন্না হরিধ্বনি তৌখি ।

মূল ১৬০

লোক নিস্তারিয়া প্রভুর চলিতে হৈল মন।
বৃন্দাবনে পাঠাইলেন শ্রীসনাতন।। ১৬০ ।।

শব্দার্থ

লোক—মীয়াম্বু, নিস্তারিয়া—লানবিদ্রুনা, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, চলিতে--চৎনবা, হৈল—ওইরে, মন—পুক্নীঙ, বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-ধামদা, পাঠাইলেন—থাখিরম্মী, শ্রীসনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুদো মীয়াম্বু লানবিরগা লেঙনীঙথি। অদুনা প্রভুনা শ্রীসনাতন গোস্বামীবু বৃন্দাবন মায়কৈ পাংহন্নথি।

মূল ১৬১

রাত্রি দিবসে লোকের দেখি কোলাহল।
বারাণসী ছাড়ি প্রভু আইলা নীলাচল।। ১৬১ ।।

শব্দার্থ

রাত্রি—অহিং, দিবসে—অয়ুক-নুংথিলদা, লোকের—মীয়ামগী, দেখি--উদুনা, কোলাহল—চরাংনবা, বারাণসী—কাশী, ছাড়ি—থাদোক্নুনা প্রভু—মহাপ্রভুনা, আইলা—লেঙলকখি, নীলাচল—শ্রীক্ষেত্রদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং নুংথিল চুপা মীয়াম তিন্দুনা চরাংনবহু উরদুনা বারাণসী থাদোক্নুনা প্রভুনা নীলাচলদা ( শ্রীক্ষেত্রদা ) লেঙলকখি।

মূল ১৬২

এই লীলা কহিব আগে বিস্তার করিয়া।
সংক্ষেপে কহিল ইহাঁ প্রসঙ্গ পাইয়া।। ১৬২ ।।

### শব্দার্থ

এই লীলা—লীলা অসি, কহিব—হায়গে, আগে—তুংদা, বিস্তার—শন্দোকপা, করিয়া—তৌদুনা, সংক্ষেপে—শম্পৎনা, কহিল—হায়রবনী, ইহাঁ—মফমসিদা, প্রসঙ্গ—ৱারী মতাঙ; পাইয়া—ফংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লীলা অসি (মাযাবাদী সন্ন্যাসীশিংবু লানবিবসি) শন্দোক্না মতুঙদা ঐহাক লীরকৃথিনী। মফমসিদা ৱারী-মতাঙ অচাবা অমা ফংবদগী শম্পৎনা লীজবনী।

## মূল ১৬৩

এই পঞ্চতত্ত্বরূপে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।

কৃষ্ণনাম-প্রেম দিয়া বিশ্ব কৈলা ধন্য॥ ১৬৩॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, পঞ্চতত্ত্বরূপে—ছকফম মঙাসি ওইনা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, কৃষ্ণ-নাম-প্রেম—কৃষ্ণগী মিং অদুগা কৃষ্ণবু নুংশিবা, দিয়া—পীদুনা, বিশ্ব—বিশ্বজগৎপু, কৈলা ধন্য—ধন্য (মহৈ য়ানবা) ওইহন্‌বিখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা তত্ত্ব মঙাগী ছকফম লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অদুগা কৃষ্ণবু নুংশিবা (কৃষ্ণ প্রেম) যেন্‌বিদুনা বিশ্বজগৎপু ধন্য ওইহন্‌বিখি।

### নৈনরোল

শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীগদাধর অমসুং শ্রীবাস-নচিংবসি পঞ্চতত্ত্বনী (তত্ত্বমঙানী)।

## মূল ১৬৪

মথুরাতে পাঠাইল রূপ সনাতন।

দুই সেনাপতি কৈল ভক্তি-প্রচারণ। ১৬৪॥

### শব্দার্থ

মথুরাতে—মথুরাদা , অতুগা মথুরাগী মনুঙ-চনবা বৃন্দাবনধামদা , পাঠাইল—থাখি , রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামীবু , সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীবু , দুই—অনী , সেনাপতি—লাম্মী হুঞ্জবনা , কৈল—তৌখি , ভক্তি-প্রচারণ—ভক্তি শন্দোকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মথুরাদা শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামীবু থাখি । সেনাপতি অনীসিনা ভক্তি প্রচার তৌখি ।

### নৈনরোল

লান্দা সেনাপতিগী হুকুম মতুঙ-ইন্না লাম্মীশিংনা লান তৌগ্নি । নৈনরিবা পযারসিদা শ্রীরূপকা শ্রীসনাতন গোস্বামীগবু সেনাপতি অনী হায়না হায়বি । ভক্তি বিরোধী ওইবা থবক্কী মথক্তা মখোয়না লান তৌদুনা মতুবু মায়থীহল্লম্মী অতুগা ভক্তিগী বাজত্ব লিংখি । শ্রীরূপকা শ্রীসনাতনগনা ভক্তিগ্রন্থ যাম্না লেংখি , ভক্তিগ্রন্থশিংসিগী মতেঙনা লমদম পুম্নমক্কী ভক্তি-প্রচারকশিংনা পাংতোক পীদুনা মীযাম্বু ভগবানগী মায়কৈদা পুশল্লী । হায়রিবা ভক্তিপ্রচারকশিংনা লাম্মী মযামদুনী অতুগা শ্রীরূপ সনাতন অনীনা মখোয়গী সেনাপতি লুচিংবনী অতুগা মখোয়না লেংবা লাইরীকশিংনা সেনাপতিগী পাওতাক-পাংথেন হায়বদি যাথ নী ।

শ্রীরূপকা শ্রীসনাতনগনা ভারতকী নোংচুপ থংবা শরুক্কী লমদমদা লৈরম্বা ভক্তি-বিরোধী ওইবা মত অদু ককৃথৎতুনা ভক্তিধর্ম্ম প্রচার তৌখি ।

### মূল ১৬৫

নিত্যানন্দ গোসাঞে পাঠাইল গৌড়দেশে ।
তেঁহো ভক্তি প্রচারিল অশেষ বিশেষে ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , গোসাঞে—প্রভুবু , পাঠাইল—থাখি গৌড়দেশে—বঙ্গদেশদা , তেঁহো—মহাক্না , ভক্তি প্রচারিল—ভক্তি শন্দোকখি , অশেষ বিশেষে—য়াম্না পাকৃশন্না ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

নিত্যানন্দ প্রভুবু গৌড়দেশদা ( বঙ্গদেশদা ) থাখি। মহাক্না য়াম্না পাক্‌শন্না ভক্তি ধর্ম্ম প্রচার তৌখি।

## মূল ১৬৬

আপনে দক্ষিণ দেশে করিলা গমন।
গ্রামে গ্রামে কৈলা কৃষ্ণনাম-প্রচারণ।। ১৬৬।।

### শব্দার্থ

আপনে—শ্রীমন্ মহাপ্রভু মছামক্না, দক্ষিণ দেশে—খা ভারত লমদা, করিলা—তৌখি, গমন—চৎপা। গ্রামে গ্রামে—খুঙ্গং খুঙ্গংদা, কৈলা—তৌখি, কৃষ্ণনাম-প্রচারণ—শ্রীকৃষ্ণগী নাম শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভু মছামক্না খা ভারতকী লমদা লেঙখি অদুগা খুঙ্গং খুঙ্গংদা কৃষ্ণনাম শন্দোক্লম্মী।

## মূল ১৬৭

সেতুবন্ধ পর্য্যন্ত কৈলা ভক্তির প্রচার।
কৃষ্ণপ্রেম দিয়া কৈলা সভার নিস্তার।। ১৬৭।।

### শব্দার্থ

সেতুবন্ধ পর্য্যন্ত—রামেশ্বর সেতুবন্ধ ফাওবা, কৈলা—তৌখি, ভক্তির—ভক্তিগী, প্রচার—শন্দোকপা, কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা, দিয়া—পীদুনা, কৈলা—তৌখি, সভার নিস্তার—পুম্নমকপু লান্‌বিবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা সেতুবন্ধ ফাওবা ভক্তি প্রচার তৌখি অদুগা কৃষ্ণপ্রেম পীদুনা পুম্নমকপু লানবিখী।

## মুল ১৬৮

এইত কহিল পঞ্চতত্ত্বের ব্যাখ্যান।
ইহার শ্রবণে হয চৈতন্য-তত্ত্বজ্ঞান।। ১৬৮ ।।

### শব্দার্থ

এইত—অসিনীদো , কহিল—হায়রে , পঞ্চতত্ত্বের—পঞ্চতত্ত্বগী , ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা , ইহার—মসিবু , শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা , হয়—ওই , চৈতন্য-তত্ত্ব—চৈতন্যগী রারম , জ্ঞান—খঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনীদো পঞ্চতত্ত্বগী ব্যাখ্যা তৌবদি। মসিবু নাকোঙনা তাববদা শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী তত্ত্ব করিনো হাযবত্থ খঙবা ঙমগনী।

## মুল ১৬৯-১৭০

শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত তিনজন।
শ্রীবাস গদাধর আদি যত ভক্তগণ ।। ১৬৯ ।।
সভাকার পাদপদ্মে কোটি নমস্কার।
যৈছে তৈছে কহি কিছু চৈতন্য বিহার।। ১৭০ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু , নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , তিনজন—মী অহুম , শ্রীবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত , গদাধর শ্রীগদাধর , আদি—নচিংবা , যত—(লৈরম্বা) কযা ভক্তগণ—ভক্তশিং , সভাকার—লোইনমক্কী , পাদপদ্মে—খোঙ-থম্বান্দা , কোটি—কোটি , নমস্কার—খুরুম্বা , যৈছে-তৈছে—পঙতৌ তৌবা মওংদা , কহি—হায়বনী কিছু খজিক্কং , চৈতন্যবিহার—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য—মখোয় অহুম শ্রীগদাধর অমদি শ্রীবাস-নচিংবা ভক্তশিং, মখোয় পুম্নমক্কী খোঙ-থম্বান্দা কোটিবক হন্না খুরুমজরি। পঙতৌ তৌবা মওংদা শ্রীচৈতন্য-লীলাগী খজিক্কং ইজবনী।

## মুল ১৭১

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৭১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী, রঘুনাথ -শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী, পদে—খোঙদা, যার—মহাক্কী, আশ- ,,শা, চৈতন্যচরিতামৃত—চৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরীক, কহে— গাঁজে, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীলরঘুনাথদাসগী খুয়া-খাদা আশা থমজবিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজ ঐনা চৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইরীকসি ইজৈ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদিখণ্ডে পঞ্চতত্ত্বাখ্যাননিরূপণং নাম সপ্তমপরিচ্ছেদঃ।

---



# শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

**উপন্যাস**—ইমা, রোহিণী, মুংশিরাখৈবা, থাদোকপা।

**রাবী মচা**—লৈকোম্নুংদা, লৈমুংশি।

**শৈরেং**—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,

শৈরাংবা ( ১বা শকক )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈবোলগী অনুবাদকা কোন্নবা ) মমল লুপা ২০

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন-শৈখন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary

৬। Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা। লুপা ২০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনীশুবা। লুপা ১৮

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা। লুপা ১৫

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মরিশুবা। লুপা ৩২

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মঙাশুবা। লুপা ২০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড তরুকশুবা। লুপা ২৮